এলাংবম দীনমণি

# পিষ্টোল অমা কুন্দাল্লে অমা



১৯৮২ দা সাহিত্য একাদমী মনা পীখ্রবা

---

# পিষ্টোল অমা কুন্দাল্লে অমা

এলাংবম দীনমনি

অইবা মশা
শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকায
ইম্ফাল — ৭৯৫ ০০৮




অহানবা ফোঙবা ঃ জুন ১, ১৯৮১ (কোপী ১০০০)
অনীশুবা খৃৎনম ঃ জনুৱারী ১৯৯৫ (কোপী ৫০০)
অহুমশুবা খৃৎনম ঃ নবেম্বর ২০০৭ (কোপী ১০০০)
বোবী পব্লিকেশন্স, শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকায়গীদমক্তা এলাংবম শিবরঞ্জন অমসুং শিবরাজনা পুথোকপা।
মখুম ঃ সুধীর নাউরোইবম
মমল ঃ লুপা ৯০/-



PISTOL AMA KUNDALLEI AMA— a collection of short stories by Elangbam Dinamani, published by Bobi Publications, Singjamei Leishangthem Leikai, Imphal — 795 008. Typeset at Printing and Publishing Division, Writers' Forum, Imphal and printed at Kangla Printers, Governor Road, Imphal; 3rd edition : 2007; Price : Rs. 90.

# অহুমশুবা খূৎনমগী ৱাহৌ

ৱারীমচাবু খোয়দারিবা কয়ানা নৌহৌননা থৌইনশিন পীবিরকপদগী অহুমশুবা খূৎনম অসি পুথোকচবনি। সাহিত্যদদি পূক্নিং থৌগৎপিবসু চঙই। থৌগৎপিরকপশিংবু কাউজদে। লাইরিক ওইনা পুথোক্নবা লাক্নরকপদা নুংশিজরবা ইনাও বি এস রাজকুমার অমদি সুধীর নাউরোইবমনা থবক পূম্নমক ফৈগাক ফৈনা পুবিখি। ইনাও অনীবু কাউজদে। মণিপুরী সাহিত্যদা অমুক্কসু হন্না শিন্নজরি।

নবেম্বর, ২০০৭

এলাংবম দীনমনি

# অনীশুবা খূৎনমগী মতাংদা

ব্রাহৈ অনী-মরিদং

অহানবা ফোঙবা চহী তরামমরিমুক লৈরগা অনীশুবা খূৎনম অমা চিংবসিদি নুংঙাইবা ফাওবগা লোয়ননা ইকসু ইকায় অদুগা কপসু কপনিংই। অহানবা পুথোকচখিবা মতাংদা অপাবশিংনা তরাম তরাম তৌবিখিবা অদুগা সাহিত্য অকাদেমীনা পূক্নীং থৌগৎপিরকখিবা তত্তনা নীংশিংজরি। নীংশিংবসিনা অনীশুবা খূৎনমগী থৌইনশিন ওইনরি। মণিপুরী সাহিত্যদা নৌহৌননা অমুক শিন্নজরি।

জানুৱারী, ১৯৯৫

এলাংবম দীনমনি

# অহানবা ফোঙবগী ৱারোল

ৱাফম অমত্তং

শোয়গনবা অমদি শোয়নীংগনবা মীওইবগী উয়া কুপ্পা পুক্কী ৱাবু কনানা শিৎ-শিৎনা খঙবা ঙম্বা। অদুগা শামিন খজিক ফংলুবদুদি তম্নীংবা ঙাক্লি; তাসু তানীংই। মীনা মীগী ৱা তম্নীং-তানীংই। হৌনবা ওইবা তাই।

তমজরিবসি মীগী ৱা ঙাক্তনি; মীৱাসু অদুম ময়াওরি। চান্নবা য়াওরগনা পঙনুং মনুংঙাইবা, মতা চাদ্রগনা ৱাচোয়নি হায়বা; মথেল পামগনবা মীওইবনি। মথেল অমা ওইনবা য়াগৱা হায়বগী থাজবদা ৱারীমচাশিং অসি ময়ামদা শিন্নজরি। পাবা অমদি তাবা য়াবা য়াওরগা মরূপ-মপাং অতৈদা তম্বীয়ু। য়াদ য়াখিদবা থোক্লগনা অইবা মশাদা তই

জুন ১, ১৯৮১ অইবা

PISTOL AMA KUNDALLEI AMA— is considered an outstanding contribution to Manipuri literature for its intimate depiction of human relationships, a keen sense of irony and wit, lively and sparkling style and its faith in the ultimate triumph of human values:

— Sahitya Akademi
(1982)

# য়াওরিবা ৱারীমচাশিং

পিস্টোল অমা কুন্দাল্লৈ অমা / ১
চিঠি অমসুং চিঠি / ১৫
প্রয়াগকী অহিং অমা / ২৯
শক্তম অমদি শক্তম অদুগা শক্তম / ৩৮
মহা য়েনশঙ শঙ্গারে / ৪৭
মূর্তি মন্দির অমদি থৌরাণী / ৫১
লৈচিন্দা পল্লবা থা / ৬১
হোতেল অমা, মিংতিং অনী গিলাস অহুম / ৮২
দ্রুত বিলম্বিত / ৮৭
ঈচেল খকপ্রবা তীর্থ মচা মচা / ১০৯
থাশিগী মঙাল / ১১৭
কবিদ-কবি উম্নরুবা / ১৩৩

# পিষ্টোল অমা কুন্দাম্লে অমা

মতম ঃ নুমিদাংব্রাইরম পূং তরূক খরা কল্লপ।

মফম ঃ ঐগী য়ূম।

মীওই ঃ ঐ, ইবেমহনবী – 'হনবী, মা...।

ঐগী য়ূম, ঐগী থোঙনাও, ঐগী মাঙ্গোল; মতমসু ঐগী; ঐমক্কী মতমনি।

কাং লোইবা নুমিৎনি। নুংথিল চূপ্পগী জয় জয় শ্রীজগন্নাথ... হরেগী হৈরুক লোইরকপগা লোয়ননা খেচরী অশাবা লোক্লবগী লৈকায় লৈকায়গী মান্দোপ পাংনখিবা ঙাইহাক ওইনরবা মতমনি। য়ূমদা চীকপা মতাংনি। থিল্লকপা ওফিসকী কার অদু থাদোকখ্রগা ব্রিফকেশ অদু য়াল্লগা তথক-তথকপা লাঙতক্লরবা খোঞ্জেলনা কৌগে খনবনি। অদুবু লক্লরগে খংহনগে, ঙকহনগে হায়বগী ব্রাখল অমা লাকপদগী খোঙউপ মখোল ফারপ-ফারপ থাংলকই। নুমিৎ ১৪ নিদং থাদোকপদা 'হনবীবু উনীংবনা য়েংনীংবনা, লোয়ননা লাঙতক্লরবা ঈখৌগী তথকপা শাফূনা, ঐনা চৎলমদাইদা চেকনা খাগত্তুনা নীংথিনা থারম্বা, শুমাঙ মতোনগী কুন্দাম্লেগী পল্লি মচা অদুদা খুদি থীখি; তুগে তৌই। খংনীং নীংশিংলক্লুনা য়েংনীংনা য়েংলুই। ফজনা হৌরম্মে; শাৎলম্মে। পরেং মরক্তা খরদি হাঙনা উই।

অয়ূক ঙন্তা য়েংবা শেম্বগী ব্রাখলনা মাঙওইনৈ; শিরি তপ্পা কাখৎলি; তপ্পা কাঙ-কাঙদুনা চৎলি। দ্রোইংরুমদা মীনিন হাইরপ তায়। ঙাশিনবা, হাইজিনবা য়ৌদবা থোঙনাওদা খজিক উরুবদা ঐ শ্বায় লাউই, কোকচাউবী ফুং! থোঙজাও য়ৌবা ঙমদ্রে, লৈশীন্দুনা, চেপথদুনা পকশিন্দুনা মুন্না য়েংবা তাখি।

নুপা নহা অদু ঐনা মশক খঙই। ঐগী লুহোংবগী মতাং অমদা চাউরাক্না ব্রারোয়পোৎ পুরমদাইগী অদুব্রাইদা, কনানো মরূপ অমনা হাইরপ-হাইরপ পনখিবগুম তৌখি—ললিত, ললিতেশ্বর! মখা তানখিদে। মাবুদি ঐনা মশক মুন্না খঙবনি। উখিদবা, শমনা অমুক খনবা তারবদা, মাঙখিবা চহী ফনা য়াম্মে। মশক থোইনা হোংলমদে, ফিজোন্দা মতমগী মঙান খমথেংনা উবা নত্তনা।

সোফাদা মখোয় অনী নকশিন্না ফম্মিন্নদুনা লৈরম্মী। অহনবীগী মমায় তঋায় অমা চাইথরকপা মশমতনা খঞ্জল্লি; মপূং ওইনা উবা ফংদে। মরূ লূকথদুনা ফনা কুইনা লৈখি। কোয়রাওনরবা মমিৎ অনীমক্তা মপি অতৎপা লৈতনা শীল্পরম্বা য়াবগী ফীবমনি। মানা হেক-হেক মথ্বায় নুংঙাইতবা মতাং কয়াদা অসিগুম্বা ফীবমদা ফমদুনা লৈবা ঐনা কয়ারক থেংনখ্রবনি। মতমদুদা ঐনা থেমখিবা, মানা হেন্না ওইনখিবা, চৈ-খৈ চৈথোক্লুরগা, শাউমনবনা হেক হাকমনখিবনা কিন্না শুদোক্লুরগা কিন্না পানখিবা মফম নত্তবা কয়াদা নানবিদুনা পায়বিদুনা; নম্বীদুনা থেম্বদা অহিং তঋায় য়ৌখিবা মতাং তত্তনা য়াওখ্রবনি। মানা চাক ওইনখিবা, ঐনা থেমখিবা, শায়রগা ইন্দে হায়বদা খাকখিবা; মমৈদা শুপকোন কোল্লগা তূম্ফম কা তান্না পুরকখিবা; মানা, নোংফাই মরক্তা খজিক ঙাম্থোকপা থাজগুম শুক্তোকপা মরক অদুদা খোয়রুম-খোয়রুম তৌখিবা য়ানীংদ-পরৈ মরক্তা য়ানীং-ওইননা মায়পুনখিবা; মিৎকূপ অনীগী মনুংদা শাপতা তুমখিবগুম অশাউ-ব্রাকৎ মাঙখিবা, মহুত্তা অতোপ্পা খোয়থুম্নরবা ব্রাকৎ কয়া লাল্লকখিবা...।

ঙাইহাক লৈরগা ললিতনা মাগী পূংলবা মশম অদু তপ্পা তপ্পা হাইগৎপিখি, তপ্পা কৌখি,

— ইবেমহন।

'হনবী খুমখিদে। মঙক্তি খজিক হাইগৎলকখি। ললিতনা তপ্পা হায়রকখি,

— ইবেমহন, ঐ চৎলগে।

'হনবী খুমদ্রি। নাম্থরকপা ফি-মতেক অদু হাইগৎখি। থাদরকপা মাগী মখুৎ অদু তপ্পা ওকখি; মখুৎ অনীনা তপ্পা পায়শিনখি, মাগী মফেগন্দা তপ্পা

থম্বিখি। থাদোকখিদে পায়দুনা, তক্কুনা, মোল্লি মোল্লি, শান্নখি। হায়রকখি,

— নঙবু য়াম্মা ওৎলরে শাউনুকো। য়াম্মা নুংঙাইনা, মওং তা-না ঈংনা লৈরম্মিবসে ঐ পেল্লে। ঐনা হেক থুংলবগা, বসতগী হেক কৃমথবগা ভৈগো থেংনৈ; মঙোন্দা নঙগী মরমদা হংবনি। মানা লোইনা তম্মে। ভৈগোনে, হেরা ভৈগো খঙদ্রবো, কাউরবো — ফাগি য়াম্মা তৌগনবা, ঈশৈ শকপদো। নোংমা মহোয়গী হোস্তেলদা চাক চানবদা ঈশৈ...

— খঙই। কাউদে; অমত্তা কাউদে।

— ঐ নত্তনা!

ললিতনা নোক্লপ তৌরগা হায়খি। 'হনবী কৈসু খুমখিদে; মপি তপ্না তৈথোকখি। হৌগৎকে তৌখি। ললিতনা মরেংবান পায়দুনা তপ্না খামখি। হায়রকখি,

— ঙাইখো সে, ঐসু চৎলগে। অথুবা লৈরবো? ঙল্লিদা।

— 'সুক কুইববু চিঠি-কা অমত্তা থারক্কে, পাউসু তাদে, নহোয়গী য়ূমগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রবনি।

— চিঠি থাগে য়াদবনিনে; থাহন্দবনিনে। সোমদগী লাকপসু লাক্তে।

— কদায়দৈ লাক্লনি, লৈফমদি খঙদে, হংফমসু খঙদে। মী পূম্নমক কয়াদা লাঙতক্লপ্রবা!

— নঙদি?

'হনবী খুমখিদে। ললিতরোমদা হাইরপ য়েংখৎখি। ঙাইহাক লৈরগা ললিতনা ইবেমহনগী মনঙনদা তপ্না নানবিখি তপ্না, অতৈ তাখিনি মতাঙম, য়াম্মা নকশিন্না নাপ্পা চীক্লা হায়খি,

— ইবেমহন শাউনুকো।

— ঐনা হায়ফম থোকপনি ব্রারৌনুকো। ঐগী ইরাল নত্তে। ললিত!

— হুম কৈনো?

— নঙ ঐঙোন্দা করি হায়নীংলি? লোইরবা?

— লোইশিল্লে। হায়ররোইদৌবদা মঙায়রে। মসিদি ঐগী ওইনা অসুম থম্মগে। ঐদি তশেংবনি, ঐনা নঙোন্দা হায়খিবশিংদো হায়গে লাকপা নত্তে; অসুম্না নঙগী মতম মাঙহনগে লাকপসু নত্তে। চুম্না নঙ উবদুদা চঙনীংমনস্ত্রদনা চঙলকপনি অদুগা, নবানি শোয়দনা লাকউকো। ঐনা লৈ হূকপা য়েংলরাও।

— ঐবুদি নঙনা কৌনিংবা অমা কৌ অদুগা মাবুদি, মানা নঙোন্দগী য়াম্না হল্লি; য়ারবদি...।

— ঐ খঙই ইবেমহন, ঐ খন্দবসু নত্তে। অদুবু ঙসিগী নুংদাংব্রাই অসিতদি নহানব্রাইগী অমা ওইনা লৌরুবননি। হয়েংদগী নঙ ঐগী 'ইতৈমা'; মা ঐগী ইয়াম্বগুম্বনি।

'হনবী হান্নগুম মরু লূকথখি। মপি খজিক তৈথোকখি। মশম অমুক্তা হাইগৎপিখি। নাপ্পা চীক্লা ললিতনা করিনো অমা হায়খি; তাগে লাক্লবনি; তাহৌদে। মখোয় অনী লেপখৎমিন্নরকই। অমুক্কসু মানা নাপ্পা চীক্লা হায়খি; মখূৎ অনী চেৎনা পায়নরি। 'হনবীনা নোকফেৎ তৌরগা য়ানীংদবা উৎপগী মওংদা মঙক হাইখি।

— অদু, ঐ চৎখ্রগে?

— ফরে, ঐ 'সুম লৈহৌরগে।

— *নয়ূমনিনা লৈহৌবা তারে। থোঙ্গান ফাওবা হেক-হেক থিঞ্জিল্লম্বদু থিঞ্জিল্লরোইদো। ফরে, শাউনুকো, ঐ ফরক খরা তারুরে।*

'হনবী শাউখিদে হায়বা ঐ খঙই। নাকনগী, মনীংগী থোঙ্গান তাবা অদোমদা থোকমিন্নখি। ঙাশিনবা থোঙজাওগী পর্দা থোক হাইগৎলগা ইমুং চঙই; সোফাদা ব্রিফকেশ অদু লংশিনবোই থম্বোই খিল্লগা মখোয়না থোকখিবা অদোমদা থোক্লে হায়দুনা চৎলি। পর্দা হাইগৎলুবগা ঐ হু হল্লকখি। মীহূৎথোঙদা য়েংবদা সোরোক্তা মবানি লেপমিন্নবা উই। খূবাক ঈশৈগী কাঙবু অমা কন্না নোক্রুনা তপ্না-তপ্না চৎখিবা মৈঙান্দা উহৌই।

থোঙনাও তপ্না ঙাশিল্লম্মগা ঐ তপ্ন-তপ্না অমুক হল্লকখি। লীগী চৌকী অদুদা ঙেক ফম্মী। মায়োক্লনা থারিবা সোফা অদুদা শংত্রিক য়েংলুই; ঙসাইগী কাথোকপা থোঙনাও অদুদা অমুক ইনীং-নীংলুদনা য়েংথোক্লুই। ফনা লাওনা কা-বা থোঙনানি; ঐনা খজিক হাইগৎলুবদা পর্দা চিদাইরোমগীদুদা খূৎফম থোইনা কায়বা লৈতনা কূখত্তুনা লৈরি। পোৎ থেন্দুনা থম্বা অম্বারী মচা অদুগী মথক্তা থেৎলিবা ঐগী লুহোংবগী ফোটো অদু খংউ উরকই। ফূক হৌগৎলি। চুরুপ অমা চমগে লৌথোকই। মৈখেৎ মরু মা-না মা-না থোঙজাওরোমদা য়েংলুই; হাইদোকখিবা ফাওজিন্নকপা নুংশিত্তা পর্দা মপুম ওইনা চাউহাই খজিক খজিক হাইরি। নাকোং থাঙ্গৎতুনা তারূই; মাগী খোঙথাং মান্দে; ফক্লাং ঘড়ীগী মখোল

হেন্না হেন্না হৌগৎলকখি – তেক! তেক! খেৎ–! শ্রু! এস্ত্রে কোয়েং য়েংই। সোফাগী ময়ায়গী মেজ মচা অদুদা, গন্না মনাক্তা লৈবা উই। থাদগে চঙশিল্লি; থাদরমদ্রে, কৃৎশীন্দুনা লৈরিবা অনীগী সোফা অদুদা শংত্রিক য়েংলম্মগা তপ্না লেঙঙম-শাঙমদনা হল্লকখি। কদায়দা? মফম খঙদে। সিলিং-ফেন খংথা থারুই, ঙাইহাক্কী মনুংদা অরোইবীদা উং উং...! খরা অমুক লৈথে। তুরোই-ঙাগ্নোই পৈনা তারিবা ব্রিফকেশতা কুইনা য়েংদুনা লৈখিবগুম তৌই।

– হৈ-মা! জিজি! জিজিনিনে...।

’হনবী তথক তথকখি। চেনশিল্লক্কুনা চেৎনা কোল্লে। ফি মতেক অদুনা থোক কৃপশিন্দুনা ঐবু মপাম্বোমনা ঙকশমদা কোল্লগা চিংথে; মচীন লোংখৎলকই। খূনীং কাঙখৎলকই। মখূৎ য়েৎনা মায় তৈথোকপীরম্মগা...।

– কদায় করি করি লৈরকপা! ’সিরো! কয়াম কুইরে? ফোন তৌরকপা য়াদ্রো, করিদা লাকই ঐসুনে...

*ফোন! ললিত! সোফা! থোঙনাওগী পর্দা! মীনম-লম্বেলগী অরোনবা ফুমজিন্নবা ফোন! ফোন! ঐ চপ অদুম লেপ্তুনা লৈ।*

*– মায়-মিৎ তারোইদ্রো! ঈরুজগে হায়রো? ঈশিং শাহল্লুরো! কদাই’সিগী শোদি? জিজিসি লাকএনে, থাজদ্রবনে...! ইহে! বোবোদি তূমখ্রেনি। ইমাগী বোবো! বোবো! হাই জিজি লাকয়ে! নুতিগী ঙাইরিবা।*

থোকখিগে তৌই মচা লৌরুনবা।

– ’হনবী! ঙাইখো।

ঐগী লূন্নবা খোনফম তাবদা মা চপ লেপ্পি; থোঙদগী তথক তথক হল্লকই। ঐগী মাঙদা লেপ্লে। ঐবু উবদা লকক্ তৌখি; চঙশিল্লকপা ঙমদে। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। চিংনবা অমদি ঙকপগী মিৎয়েংনি। ঐনা শংত্রিক য়েংলুরগা মকোক্তগী অসুম-অসুম য়েংথরকই। চুরুপ মতেক অদুদা অনৌবা অমমুক চম্মী; মৈখু শাংনা কাম্মী; কামদুনা ফনা কুইনা লৈখি।

– জিজি!

– ঐ, ঐ লাকপা কুইরে। সন্ধ্যাগীদুদা ’সি য়ৌরক্লে।

– অদুগা কদায়দা...?

মানা হংবা লোইদ্রিঙৈদা ঐনা থোঙনাও অদোমদা লৈদুনা মুন্না য়েংলুই। মঙোন্দা অমুক লৈশীন্দুনা য়েংলুই; মাসু থোঙনাও অদোমদা চপ য়ুংনা পৈরপ

য়েংদুনা লৈরম্মী। মশমদু তপ্না হাইগৎলুরগা হংলকখি; ঙমখৈ লৈতনা ঙকপগী, নুংশাথীবগী সুর ঈরোইনখিবা ব্রাহংনি,

— জিজি কৈদৌরে? হা?

— ললিত থিন্দোকলুরবরা?

— চৎখ্রে।

মা ভাব তারকপা মওং মাল্লি। ঐগী ইনাক্তা খজিক নোক্লগা চঙশিল্লকই তপ্না হায়রৈ,

— মা মশেম লুহোংখিদৌরে লাকউ হায়রম্মী ইবানিমক। কাং য়েংবা অসুম চখোরকপদা ঐগা থেংনবনি ঐনা চঙঙুখিসি হায়দনা চঙঙকপনি। মাবু খঙব্রো?

— খঙই। মুন্না খঙই। নঙবুসু খঙগে। উরে, তারে।

— ঐসু খঙই উরম্মনি, তাসু তারম্মনি। অদুগা জিজি, ...

— জিজি কৌরক্লবসু য়ারে। লৌনমগে লাক্লবা কান্নররোই।

— জিজি, অমুক্তা তাবিখো ঐবু লান্না লৌবদি চুমদে।

— মাদি? নঙগী ললিত?

— ললিত ঐগী নত্তে। মাসু লান্দে।

— ঐগী ইরান্নি। ঐনা নঙবু থাজরুবগী ইরান্নি।

— জিজি লান্দে। ঐ লান্দে। ললিতনা ঐখোয়গী থাজবা...

— ললিত! ললিত! তূমিন লৈয়ু।

— জিজি, অমুক্তা তাবিখো।

— ঐবু নত্তবা তৌহনগনু ইবেমহন, নঙ হৌজিক নঙনা থোকপা তৌবা য়ারগনি। ইমায় নমায় খুদ্রিঙৈদা। ঐবু শা য়ৌনদি চিংথগনু। নফি হোংঙো।

মা তূমিন্না লৈখি। ঐঙোন্দা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈ। মপিনা মমায় চোৎহৌই; ঐ অমরোমদা লৈথোকই। ঐনা চুরুপ চম্মিঙৈদা তপ্না হৌরকখি,

— ঙস্বগীদি নহাক্না নুপানি, নঙনা য়াবগী লৈবনি। নহাক্না লৈথোকখ্রবদা ঐগীদি লোইরে। য়ূম অসিদা ঐগী ইফম লৈতে। নখূৎ চল্লবীনি। ঐগী কৈসু হায়ফম লৈতে। অদুবু জিজি, ঐবু লান্না লৌবিগনু ঐনা নত্তবা অমত্তহেক তৌখ্রবা ইচা লৈরিদনা, নহাকসু লৈরি; সেবা তৌবা ঙমদনা মাঙজখিগে। ঐ লান্দে জিজি, ঐবু লান্না লৌবা...

— ঐনা উখ্রিবা হৌজিক্তা তাখ্রিবদুদি ঐগীরা?

— ফম্মিন্নবনি। ব্রারী শারম্বনি। নহাক্কী নমান্নবা কয়াগসু পঙশা মশায়; ঐগী কয়া অমসু লাকপদুনি জিজিনা হেন্না খঙলিবদুনি। নহাক লৈবা লৈতবা, নহাক য়াওদনসু তামো ইবোচৌখোয়গা পঙচৎ চৎমিন্নরুবদুদি।

— মদুগী ব্রা তোংঙাল্লি। ফম্মিন্নববু অদুক নকশিন্নব্রো? মখূৎ করিগী... কপ্না কপ্না করিগী...। কান্নদে। ঐগী ইরাননি। ঐনা খঙহৌদবননি। নঙসু ঐঙোন্দা লানমল্লি 'হনবী! নঙ হান্না হায়বদি য়াদ্রো? হায়ন-শীংনবনি। নঙোন্দা, নখূভা পূম্নমক লৈরম্বনি। করিগী ফোঙদোক্তে। করিগী অদুক চাউনা মীনম্মী? ঐঙোন্দা করিগী মীনম্মী? মঙোন্দা লৌনম্মী? নচীন পান্দ্রো? হায়বদু হায়নীংদ্রবসু কনাদনো ইবা য়াদ্রো? করিগী অদুক পঙনা...

— মদুমা ঐ খুমফম খঙদ্রে। খুম্নবসু লৈতে। ঐনা য়াদুনা হোঙলকপনি। নহাক্সু পাম্মী হায়দনা।

— মদুনি ঐনা খঙনীংলিবা। করিগী য়ারিবা? ঐগী অপাম-পামদগী ব্রাফমদা লাক্তৌরিবনা করিগী? হা! খুম্মো!

— ঐ খুমফম খঙদে জিজি! ঐ ভাব তাদ্রে। নহাক্না ঐবু পাম্মী, য়াই হায়বা তারে। ঐসু য়ানীংঙে। হায়ন-শীংনবগীবু অসিদা লোইহ্রিবো। হৌজিক্তা ইন্টর্ভিয়ু লৌরকইসিবু ঐবু করি হায়য়ু হায়নো!

মপি তরং-তরং শীস্থখি। লৈথোক্নুনা লেপ্লগা মমায় খুম্মগা তূমিন লৈখি। ঐসু ঙাইহাক ব্রা ঙাঙদে। থনুংদগী হৌরকপা ব্রাহং অমনা ঙহাক্কী অচীকপদু থুগাইরুই,

— নঙ, ললিতপু নুংশিবা নৎত্রা?

খুমদে।

— হা?

খুমদে মমায় তপ্না হাইগৎলকখি।

— ইবেমহল! নৎত্রা? নুংশিব্রা?

— নুংশিখি।

— হৌজিকসু নুংশিরি? নুংশিরি। ঐ খঙই। নঙসু খঙই। মাসু খঙই। ফম্মু ব্রা হায়গে, ফমখো।

মা ফমথৈ। মনাক্তা চঙশিল্লগা চৌকি চিংশিল্লগা মায়োক্নুনা ফম্মী ঐসু। তপ্না হংলুই,

— ঐ, ঐবুদি নুংশিব্রা?

— নুংশি।

খাম্বা ঙমহৌদে; ওয়গী খূৎনম্ননি, য়েৎকী মখজাইদা মতিং-মতিং, মরি-মরি লৈ। মরু লূকথদুনা মম্রিৎ-মনা চেজেৎ উইশিন্দুনা খাঙখি। মমিৎ নোইনা নোইনা মথূৎনা মশম তপ্না হাইগৎলগা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকখি; তপ্না হৌগৎখি; মিংশেল অচৌবদুদা য়েংলগা মচীনবানগী ঈ অদু মফি মতেক্তুনা তপ্না তপ্না তৈথোকই। মঙোন্দা খূৎচাউগী খূৎনম্না কম্না কম্না, – 'মদুবু য়াবরো? নুংশিববু মাসু ঐসু জগৎ লোইনা নুংশিবা হৌনব্রো?' হায়না হংখিবা অদুগী পাউখুম য়াম্না মোং-হাবা তৌরুবা লৈতনা পীরকখি,

-- নহাক্না ঐবু কোলেজদা সাইকোলোজী তশ্বীরক্রমদ্রবা, ঐনসু ফিলোসোফিগী ছাত্রী অমা ওইনা হৌরক্রমদ্রবদি নহাক্কী ব্রাহং অদুগী পাউখুম য়াম্না শাংনা পীনীংলমদবা য়াই। নহাক্কী লমচৎ মফম খঙদ্রবী লৌনম্বী নুপী অমা ওইনা নৎত্রবসু মনোবিজ্ঞানদা থব্রায় য়াওবী, নহাক্কী অদুঙৈগী নৌরিবী মরূপ অমা ওইনা তাবিয়ু।

খজিক্তং খৌদেমখি। মিংশেন্দা মতুং ওনশিন্দুনা লেপ্লগা য়াম্না ঈচঙ খৌনা মশাবু চেৎনা থাজনা হায়রকখি,

– লৈশারিঙৈদা, নহাক্কী ওইদ্রিঙৈদা ঐ মাবু নুংশিরুই। মানসু ঐবু নুংশি। হৌনবনি তশেংবা মপু মশক খঙনদ্রিঙৈ, মাগী মাগীনি হায়বা তাংদাংবা মীশক লৈত্রিঙৈদা কনাগুম্বা অমবু অমনা নুংশিরুবা, খোয়দারুবা পাপ নত্তে। চহী মতাংগীনি; করিগুম্বা কনাগুম্বা অমদা থম্মোয় চঙদে হায়দুনা লৈখ্রবা লৈখ্রবীশিংসু, অচৎ-অওক কয়া থেংনবদা, উন্নবদা, য়েংনবদা চান্নরুবা মতম মফমদা পাম্মুবা, নুংশিনা থোক্লুবা অশেংবনি। ফোঙদোক্লবা ফোঙদোক্লদবগী ব্রানা অমনি; মী শীদুগী ওইনা লৈখ্রে। অদুগা কনাসু কনাসু নৎনদবা, মশক-মশা ফাওবা খঙন-উন্নদবা, লমজাওদা চৎপা অমা ফাওবদা, অয়েকপা লাই অমা ফাওবদা খোয়দারুবা মশানা তাবনি। ইন্সটিংটিব বিহেবিয়রনি। মতমদুদা নহাকপু খঙদ্রি ঐবুসু খঙলমখিরোই। হায়ন-শীংনরে। হোংলে; ননাক্তা লাক্লে। নহাক ঐগী ওইরে ঐসু নহাক্কী ওইনা লৈররে। নহাকপু অমুক নৌনা নুংশিরে। লুহোংবা নুমিত্তগী অসুম অসুম নুংশিরকপনা নোংমতা ময়েং তাখিদ্রি। ঙাইহাক্তং উদবা মতমদা ফাওবা নহাক্কী ফোটো পুথোক্তুনা য়েংই। (মাগী চিঠিদা তত্তনা হায়রকখি)

মঙানি তন্নানিদং লাপথোক্লরুবসিসু কপ্পনা ইপুম থিংলি। নহাক্লা থোকখিবা থোঙ্গাল অসোমদা ঙাইহাক লৈতনা য়েংই। নহাক্লা ওফিসতগী কুম্মকপদা নোমহৌ নোমহৌ, চাউকান চাউকান চঙলকপা, ঐনা থোঙনাওদগী উখিবদু, মদুদা উদনতা লৈ। মঙদা নহাক্তনি। নঙনা লাক্লনি হায়রকপা নুমিৎ অদু হেক পাবদা, খূৎ অসি চাক থোংলিঙৈদা অমুক থেকই, ঈরুজরিঙৈদা অমুক থেকই, নচা অসি সুম্বদা অমুক থেকই– নুমিৎনা মচী লেঙদবা।

– অমদুগী নুংশিবদুদি? কাউখ্রব্রা?

– ফাখিবা ঈশৈ কৈসু লৈতবা অদু ফাওবা খঙহৌদনা ঙংখিবা তাইবংনি। থৌদোক কয়া অরাকপা থৌদোক্লা নমথখিবা য়াই অদুগা মদুমক পূংমুৎ মুৎখ্রে হায়বদি, জিজিসু হায়বিয়ু– মীওইবগী থম্মোয়দা ওইথোক্কদ্রনে? নুংশিবা থম্মোয়গী চাউরবা খুনীংথেক অমনি। ঐ থাজবা ঙমদে। থব্রায়না হিংলিবমখৈ কাউদ্রবা থৌদোক অমা ওইবা তাবনি। মহৌশানি। মীওইবগী পূক্লীংনি, মীওইবগী থব্রায়নি অয়াম্বা মতমদা নীংশিংলূদ্রবসু করিগুম্বা মিৎকুপ অমদা মঙাল ফাওরকপা, মদুদা মতম ঙাইহাক মাঙলুবা ঐদি হৌনবীনি হায়না খল্লি। জিজিবু ঐ হান্নদগী খঙই; নমিংসু হান্না তারে; উরুবদগী অমুকসু খঙলে; হায়ন-শীংনা তৌরবা মতুংদদি খঙনীংবা কয়া অমগা লোয়ননা খঙনবসু লাক্লখি। খঙবা য়াবা মখৈ খঙখি। লাই য়েংদুনা, ঐবুদি মীরায়বগী মীরায়বা শীংথাবিরুরনু, নচা অসি য়েংদুনা হায়বিয়ু, নহানব্রাই জিজিখোয়গা তম্মীন্নরম্বী ইচেম্মা শ্যামবালাবু সুক্লীংমক নীংশিংবিদ্রবো! হা!

শ্যামবালা হায়বী অমা পাল্লম্মী। মাগী মিৎয়েং, মাগী হাইনোক, মাগী মিৎচী, নোংমা ঐনা ব্রাফম অমা হৌদোকপা, মানা হরাও হরাও তৌরকপা; নোংফাদোকসু কুম্মিন্নরকপা; ঈহৌ কয়াগী ব্রারী ইমান্নবা কয়াদা পাউদম...! নীংশিংদে হায়বদি য়ারোই। হায়বা ঙম্মোই। অদুবু। অদু ওইরসু,

– অদু হৌজিক মাবুসু নুংশিরি, ঐবুসু। ঐবুনা কনা ওইনা, মাবুনা করি ওইনা?

– মানা মা ওইনা জিজিনা জিজি ওইনা। মানা মতম অমগী মরূপ্পি, নহাক্লা ঐগীনি; খঙ্গবদি ঐগীতগীনি, ইথক্তগীনি। জিজিনা ওইবা ঙম্বা ঙমদবা ঐগী দাই নত্তে ঐগীদি ঐগীতা ওইনা, ঐগী ইচা অসিগী জিজি ওইনা নুংশিরি। ললিত হৌজিক মরূপনি, ইনাওশিং ওইরবনি। মশেম লুহোংলনি; কাংখোং চাইবগী

থাজনবী লৈত্রে। মাসু হেন্না, অসুম অসুম হেন্না লাপথোকখ্রবনি! নকশিন্নবা মফম মতম লৈবদি হায়রুনু থায়নগী ওইনা ব্রারীনবগী মতাং মঙায়রে লৈরম্বদা।

— অদু নঙগী ঙসিগী অদুনা করি?

— মদুনা লাল্লে হায়বা তারগদি ঐ ইরাল লৈরবীনি। মদুগী ফংফম থোকপা দণ্ডি জিজিদা লৈরে। অদুগা ঐদি য়াম্না হেন্না লানবা নত্তে খল্লি। মতম অমদা খজিক নক্লরুবদগী চৈনা খজিক খাঙলুরে। অদুবু ঐ ইশাবু, জিজিবু ঙমখৈ লান্না কাউরুদে, কাউবসু ঙম্মোই। হেন্দ শেক্কী মতাংদসু পঙশোক মশোকই। লীলা-পালাসু পঙয়েং ময়েংমিন্নৈ। পঙফম ফম্মিন্নৈ। অদুগা ঐদি য়াম্না লীকচবা মীনি। ঐবু থাজদবদি পাপ পুগনি! পাপ পুজনি জিজি, ঐবু অদুক লান্না লৌবদি...

মমায় অমুক খুমজিনখ্রে; মশম পুল্লপ অমুক কিন্থখরে, ব্রিফকেশ মনাক্তা ফম্মগা ঐনা হায়রুই,

— ঐগী য়ূমদা, ঐগী কাদা, ঐমক্কী নুপীদা... নঙগী ঙসিগী অসিদি চুমদে। মদুদি নঙসু য়াইদনা?

— য়ারে; মদুনা লানখিবমক তারবদি...!

-- করিগী তাবা তাদবা। লাল্লে হেক মহায়য়ু, লাল্লি। নঙগুম্বী মৱা-মপুরোইবা লৈবী অমনা চৎকদবা লমচৎ নত্তে। নখূৎ অদো ঐতগীনি, নরেংবান হান্নগী খঙদে, হৌজিক ঐগীনি, ঐতগীনি। মদু নঙ শেলহৌবা ঙমখিব্রা? নশম অদু ঐনা হাইগৎপা নত্তনা...। মতৈমনাওগী মরী অসি নঙনা নীংববু ফাগী ওইরবোই নীংব্রো। লনাইতগী ওইবা ব্রাফম অমা লৈরিবদু নঙগী সাইকোলোজী বদমাশ অদুনা চৎনব্রো! মরূপকী নুংশিনবনা অমনি, ঈরাং য়াওনা নুংশিবদি নরাননি, নরাননি। চুম্নগী ফম্মিন্নবগা, হেন্দ শেক্কী খূৎ পায়নবগা কায়নখ্রবা কায়নখ্রবী অনীগীগা মান্নৈ হায়না ঐ লৌবা ঙমদে, অদুদি নঙসু য়ারিদনা?

খুমদে মশম হাইগত্তুনা লৈ, মরু অদুম্মক লুকথরি। ঐগী হান্নগী খোঞ্জেল অদুম্মক তা-নবা ঐ লাক্লে; হায়খি,

— মদু ঐ খাঙবা ঙমদে। চাউখ্রবা নরাননি। নঙ হৌজিক করি করম তৌগে'বা? ঐ কৈদৌবা?

— লাল্লুরে।

— হেক য়াব্রো! অতৈ হেনজিল্লম্মো...!

— মদুদি হায়গনু। ফূ, হাংলু; লাল্লুরবা খূৎ অসি ককথৎলু, শম অসি মৈ

থাও, ঙক অসি ককউ। নহাক্না পীবা দগু ঐ য়াগনি; লাম্লুরে অদুগা, ইচা অসি পন্দুনা, নহাক পন্দুনা ব্রাশক্কে, পুকচেল খজিক হেক মাংখ্রবা ঐ...

— নয়ানগী ঐবু কৈদৌ হায়বা?

— জিজিনা অপাম্বা অমা।

— নচা অসি নুংশিকো?

— নুংশি।

— নপুরোইবা ঐবু?

— নুংশি।

— কৈদৌবা ঙমগনি?

— লোইনমক; নহাক্কীনি, নহাক্কী কুশি।

— শিবা তারবদি?

— শিবা অরুবা নত্তে, নহাক্না থাজদনা লৈদৌ শরূক ঐবু হাৎলো; শিজখ্রগে। নখূৎমক্না হাৎলু।

— শোয়দ্রে? শেম-শারো? রেদী?

— রেদী।

— ইল্লিবা নফি লৌথোকউ—

ব্রিফকেশ তপ্না হাংদোকই। মঙোন্দা মুম্না য়েংই। মফি য়েৎলোম-মায়রোমদা থাদে। ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলকই। ঐনা খূৎ নাম্মনা হুমাং তৈথোক্লগা নাম্মনা ব্রিফকেশতা হুমজিল্লি। পিস্টোল অদু লোইরোই চিংথোকলকই। মঙোন্দা য়েংনা য়েংনা মরূ মফম চাবা চাদবা শেম্মী। খূৎ নীকই! অনী চঙদুনা পায়খত্তুনা মঙোন্দা থাঙত্তুনা মপা তম্মী। মরায়বক মপা চপ চানা তম্মী। হায়রুই,

— নখূৎ চুম্না থাদৌ।

— ঙাইখো।

— কিরব্রা, হায়নীংবা হায়খো য়ারি; মতম লৈরি।

অতৎপা লৈতনা শিন্থরকপা পিরাংতনা মফুরিৎ অদু চোৎলে। নাকচীগী হুমাং মরক অদুদা চাউথোক্লা নোকফেৎ তৌরকখি; য়াম্না চীংলেম্বা মোমোননি; অমুক্তা থেংনখিদ্রি। চেঙ খৈবঙুম নীক্লবা পিস্টোল মচীনদা য়েংলগা মফুরিৎ অদু মখূৎ অনীনা মথারোমদা শেগাক শেগায়রকখিবা খঙহৌদে। ঐ খংপ্রেক খংখি। মখোঙ শেঙ্গম শানা লেপ্লে; মথা অদু লোংই, মখূৎ অনীনা ফুরিৎ হাইদোকই;

তনিকপা খোঞ্জেলদা থোয়না হায়রকখি,

— লাইবক্তা নত্তে। লাইবক্কী মরাল্ল নত্তে। ব্রারকপা ঙমহৌদ্রবা থম্মোয় অসিগী মরালনি নঙগী থম্মোয়নি নঙনা লৌখিগদবা। নখূৎ চুমদবা তৌগনু।

— অতৈ?

তূমিন লৈখিবদগী লেঙ-লাক্লে। ঐগী খূৎ নীকপা হেনজিল্লকখি। ঐনা তেংখনদা খুদোম্বী লোনশিল্লি। মুন্না য়েংলন্নগা মমিৎ চেজেৎ উইশিনখরে। হাইখিদ্রে, হুমখিদ্রে; মকোক মপা চপ চানা লৈরিবা হুমাই অদুগী নুংশিত্তা চোইথোরকপা মশম-মনা খরা য়েৎলোম-মায়রোমদা ফ্র-ফ্র হাইরিবদু নত্তনা মশা পূন্নমক নুংগী মূর্তি ওইখরে। মিৎকুপ অমগী মনুংদা নৎত্রগা মতুংদা ওইরক্লদবা অকিবা য়াক্লবা ফল লাঙতক্লনা খৌগং-তিনয়োৎকা লোয়ননা ঙাইখ্রে। মপা চুম্না খূৎ অনী, মিৎ অনী। ঙাইহাক্তি জগৎ অদু পূংঈং! দাং! দাং! অনীরক খপখি।

পিস্টোল অদু মনাক্কী সোফা অদুদা হুৎ লংশিনখ্রগা খূৎ অনী শৎ তিংথোক্লগা ঐ ঙাইদুনা লৈখি। মমিৎ খংপাঙ পাঙথোরকখি। ঐনা নোকফেৎ তৌরগা খূৎনা হুৎপগা লোয়ননা ঙক্লসু কৌই। লেপ্পা লেপ্পা মরু ঙম্মিবমখৈ লুকথদুনা মমায় খুম্মগা হিক্লা হিক্লা কপখরে।

— লাক-ও, ঐ ব্রারে!

ফনা কুইনা মমায় হাইগৎলক্লে।

— হনবী! অহনবী!

কপ্পা কপ্পা মমায় হাইগৎলকখি। ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলকই। মচীন অদু চুম্না থম্বা ঙমজখিদে। ঐ খরা চঙশিল্লি।

— লাক-ও।

তাশিন্নদনা লৈ। অমগা কানশিল্লি।

— সে! ব্রারে খুদাং চোকএ হায়রগা।

— লাক-ও-ই!

— হনবী। নুংশিবী। সে।

— সুকলাক লাক-ওই। সুকচঙ চঙঙক্লোই।

হায়দি হায়, খোঙথাং অনী থাংজিল্লকই। ঐনা 'মসি!' হায়দুনা খরা চঙশিল্লুবদা মা খংচেন চেনশীল্লকখি। কান্নদবদা য়েৎলোম মায়রোমদা য়াম্থরিবা

ফি মতেক অদুতা নত্তে, শেগায়খ্রবা মমল্ল য়াওদ্রবা মফুরিৎ অদুসু চিংথৎ-লৌথক্তুনা লংশেকখ্রগা ঐনা ঙমজবমখৈ চেৎনা কোনখি; হাঙলবা মনঙ্গন অদুদা খূৎচাউ থাদুনা নোইরুই। খূৎফম মরী-মরীনা লৈতেংলবা মখজাই অদুদা মায় পূম্নমক্না ফনা কুইনা তকখি। হিক হিক্কী খোঞ্জেল হান্নদগী য়াম্না হেন্না তোয়রকখি।

— কপচেৎপী! কপসু কপ্পিয়ে।

— কপ্তুদি কোৎচাবা। হিংচাবা চৎখ্রনি, হাৎত্রবনিনা! হাৎলো কৈদৌরে! হূরানবা! নঙনসু ঐবু...।

— হাৎকনি! নঙবু হাত্তব্রা য়েংউ। পূংহাৎ হাৎকে...

হায়না হায়না মশম হাইগৎলি; মরেংজুম অনীমক্তা পেন্নবা নৈরম্মী। (ললিত হাইরপ নীংশিংলকখি।)

নোকপা অমদি নোকহনবা শংখিদে। হনবী তশেংনমক হান্নগী হনবীনি। শেৎলিবা মফি ঐনা খজিক চিংলুই; মা শাউরকখি। খূপাক অমা, লাইবক্তা, চাখি; হায়রকখি—

— *সে! নমথিবনা নশাদু লোইরে। ঈরুজবিখিগে লাক-ও! মীহাৎপা-ও!*

— লাক-ও ফরে ঐবু ঈরুজবিররো, বাথরুমদা, শা-ফবী।

— নুপীমচা ইবেমহল। কৈনো দোং-দোং তৌববো?

— অ... ঙাইখো, হাংদোক্কে। মহোই জিজিনা মচানুপা অঙাওবদুগী নোংমৈ লৈরকএ'য়ে অদু মপানা মচাগী মহুত্তা কাপ শান্নরিবা।

— ঐ-মা! নুপামচা লাকঅরো?

— লাকএ! বোবো তূমখ্রবা?

— তূমখ্রে। ইশু ইবেন চোইদেপ চৎলুগে; থোঙ লোনশিল্লো! তূমখিবদা ঙায়রি হৌদোকলরোই। মা হেক হৌরকপদা লাক্কে; লেংবানসু তৎলে। কদায়, ইবুংঙোদি?

— অ... ঈরুজবা চঙখ্রে।

— হৈ! ঈশিং লুমহৈদে? নঙনদুম খরা লুবিয়ু, য়োং অঙাওবা! থা-মখায়'মা লুরকঅম্মরোই। হৈ! থোঙ লোনশিল্লরাও সে। নপাদু লাকপগা মশু লৌররাও হায়য়ু... ঐ-মা, নুপীমচা নঙগী কুন্দাল্লে অমদি নেৎথৎলুরে হৈ! হায়হৌদ্রবদি মী খূদিংগী পীশুম শুক্লরনি। ইমাননি।

— য়ানি ইমা মপু লাক্লবনিনা মানা থোকপা তৌরসনু। ঐগী নৎত্রে। চোইদেপ চোংবা লোইবা ফাওবা য়াওরক-ও! জিজি লৌবা লাকহনগে।

— হৈ! মাদি ব্রারৈনি নপা থারকউ। ঐ মহাক লাক্লিফাও ঙাইরমগে হায়য়ু।

— হোয়, হোয়।

*এলাহবাদ, ১৯৭৭*

# চিঠি অমসুং চিঠি

— হো কনা কনা লৈবগে?

— কনা ওইরবনো?

— ডাক-পিয়ননে; চিঠি অমত্তা থমজরমগে।

চিঠি! সুমতী হিপ্না হিপ্না উপন্যাস মচা অমা পারম্বনি। ফুক হৌগৎলি। মশম-মনা নাম্নগনি হায়রবদি লায়রদনা ফেনাৎ তোংশিনবা য়ৌনা কাউই; মমাঙগী মেজ অপীখক অদু কাল্লগা চেম্প্লোকই। তাপ লৌরগা য়েংই হরাও-নিংদোল ঈরোয়নৈ; খল্লম্বমক চুম্মম্মী—

টু,

শ্রীমতি সুমতী দেবী

...              ...              ...

...              ...              ...

ফ্রোম,

গোপাল সিং

...          ...          ...

...          ...          ...

– অদু সোমদা সোই অমত্তা।

– ও, ও! চুম্মী, কাউথোকউরে। কলম লৌথোকউখিগে।

– 'সিদা য়াওজরি, য়ানি।

মানা মীগী কলম পীরম্বদু ডাক-পিয়ন অদুনা হৈনা ওক্রমদ্রবদি সিরিগী নুং অদুদা তারমগনি। হন্না-কা য়েংলমদে, চেনশিল্লকপোই চোংশিল্লকপোই চঙলকই। ইমুংগী মী লোইনা অন্নাংগী হৈজিংপোৎকী লাঙবা চৎখি; মথন্তনি। অদুবু থোঙ অদু চেৎনা লোনশিল্লি। মনা খজিক কারিবা থোঙনাও অদোমদা খঞ্জানরগা য়েংনা য়েংনা খাউ অদু ময়ুংলোমদা শেগায়বা হৌই; অমুক খঙঙকপদগী মফৈগী মচীন্দা নীংথিনা শেগায়রগা লৌথোকই। প্রেক-প্রেক ফাক্লগা মমৈ-মকোক থোক চুমথোকই; পাবা হৌই–

''নুংশিথোইবী, ঐগী সুমতী''

লেপ্লম্বদগী সোফাদা ফমথে। তুংগী মোন্দুম অমা লৌরগা সোফাগী পাম্বোমদা থারগা লোংনা হিপথৈ। তনিক তনিকখিবা থম্মোয়গী শউমতনা মখূৎ খূৎশা তরামক তনিকখিবা খঙহৌদে। তপ্না পাথৈ–

"...          ...          ...,

নঙনা ঐগী চিঠি অসি ফংবা মতমদা থা অদু শোয়দনা মপূং ফারগনি, য়েংউ আকাশতা। (চুম্মী, ঙসি তরামরিনি পানবনি। হ! পূর্ণিমারনে?) করিগুম্বদা থেঙলবা থাবল অদুনা মরোল থোকলম্মবদি ঐনা মঙোন্দা করি করি হায়রকপগে, করি হায়না শোলহৌবগে হায়বদো পিরাং ঈরিক্তনা মাঙওইনদুনা তম্মক্তনি। অদুবু সুমতী থাজদে, মাদি নুংশি খঙদবনি। য়েংবদবু মেঙনা উবনি। নঙ য়াওদবা অম্বাইগী লৈকোলগী থাবলশিংসে ঐঙোন্দদি লাংবন নুংশা কোটী ওইররে। (হোরেল থোরকপদা হংসিরা?) নুমিৎ মশীংদি মচী লেঙদে অদুবু নঙোন্দগী লাপথোকপগী অরাপ্পসিমদি মিৎকুপ হেক খূদিংগী চহীরোমদা ওল্লরে। (ঙসাইদা মখূৎ থেক্তুনা পারম্বনি ঙসি নিপাম্নি সুপ্নে।) হৌজিকপু থা অনীরোম হেন্না ব্রাৎলি খল্লুবদা থবক তোক্লসিরা, মীগী মীনাই ওইররোইসিরা হায়না খল্লে। পূম্নমকসে ঐনা তৌরুবা পাপনা ওইবা তারে হায়না খল্লে। (মহোয় সাইন্সকী মীসিসূ পাপকা থাজরিবোরে!)

"করি হায়নি, নুমিৎচুপ্পা নঙবু নীংশিংদুনতা লৈ; অহিংদা নঙ উখিদবা মঙ য়াওখিদ্রি। নঙনা নঙগী ফি মতেক, মোইরাংফি চনবা অদুনা নকোক খুম্বোই লাকপোই তৌরগা চা পুরকপদো, লুহোংবা নোংঙানবগী অয়ুক্কুদা, মদুদা শংশং-শংশং উদুনা লৈরি। (হৌজিক ঐনা ইল্লিবসিরো, হ! সিদি চন্দে। হঙ্গামপান্দু ওইরিনি।) লুহোংবা নুমিত্তা নঙনা লৈ চাইবা, লৈ হুকপা, ঐনা অমুক ফজনা শেমজিনবিদুনা হুকপা মদুদা মী ময়াম্না নোকখিবা পূম্নমক নীংশিংলকই। (হৈকাইসু নাইদে! লৈ হুক্লগা তপ্না অমুক শেমসু শেমজিল্লম্মীয়ে। কয়া তৌ ঙস্মীনো!)

"নঙদি নীংশিংলমদবা য়াই, চান্নবী; অহানবা অহিং অদুদা, (মায়থাবসিদি!) ঐনা চাবা চাক অদু নঙনা চারবা মতুংদা, নঙনা ফমজাউদা হিপ্লম্বা, ঐনা করিগীনো মীগী ফমুংদা হিপপিরম্মীদি হায়দনা লঙনখিবা, নঙনা মোমোন মোমোন্তমক তৌখিবা, পাউখুমদি থনুংদা থমখিবা। ব্রাহং অদুগী পাউখুম ওইনা নঙনা, ঐনা হায়রিবমখে য়াখিবা! আ! চান্নবী নুমিৎ অদো অমুক্তগা পুরকউবা, নঙনা পুরকপগী পুরকপা! অহিং নোং-শোয়বা কল্লা অমত্তা তূমনখিদবা! (শেৎলিবা মফি অদু খজিক খোমজিন তাশিল্লি।) পূম্নমক অসে ঐঙোন্দা মঙদা মঙদৌনা মকু মঙদৌনা থোক্লরে। করম্বা কান্দা থা অহুম অসি লোইখিগবা! নঙবু অমুক্তা নৌহৌনা চেজেৎ কোনবা ফংঙগবা! (মচোম্পাক কয়া নাইখিদ্রবনো!) থা অনী ফাওবা ফানা লৈমিন্নবা ফংদনা করিনো ঐনা তৌরিবসিবো! (মপি খজিক তৈথোকখি সুমতী।)

"সুমতী ঐ মঙ্গোল ওইরি। চৎখি চৎখিবা মফমদা, চঙখি চঙখিবা মায়কৈদা অপনবা করিসু লৈতে। ঐবু পূম্নমক্লা তরাম-তরাম তৌরি। ওজাশিংনসু ঐবু য়াম্না লুনা-চান্না তৌরি। ঐ খঙই পূম্নমকসে নঙগী ফলনি। নঙনা ঐবু লুনা তৌবা, নুংশিবা অহিং-নুংথিল ঐতবু খন্দুনা লৈবা নঙনা ঐগীদমক্তা লাই নীংবা, ঐবুতবু লাইনীং ওইবা অদুননি। ঐগী ইফমদা নঙগী মক্তুবা ব্রাখলগী মহৈনি। সুমতীগুম্বী অমনা য়ূমদা লৈরিঙৈদা ঐনা কদায়দনো শোয়গদবা? ইমান্নবনা হেনখিবগী ব্রা লৈতে। নঙনা ঐবু নঙগী নথানুংদা চেৎনা কোনখিবনা ঐনা মঙ্গোল ওইদৌরিবনি। কপকন্দবা ঐনি, ঙরাং অহিংদি কুইনা কপ্লে; নঙগী মরমদগী কপ্পনি! (সুমতী খোঞ্জেল ফাবা ঙস্মক্তরে; হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে।)

"অমনা হাই, তৌঙম্বী। নঙনা লেপপ্রে-লেপ্তে হায়দনা নোংমা মুরুম মুরুম শোনবদুনা কমদৌরে। চুমব্রা, হান্নশিন্নরিব্রা? অশেংবা অমা য়াম্না থুনা

খঙহল্লকউ। মমিংদি নঙনা থোনগনি হায়দায়? নুপা ওইরগনা নঙনা থোনবা নুপী ওইরগনা ঐনা থোনবা। কো? য়ানীংবা য়ানীংদবা শেংনা হায়রকউ। থুনা পাউখুম পীরক্কদবনি। নঙগী চিঠি হেক ফংদ্রিফাওবা কাদগী মপান থোক্রোইদৌবনি; ট্রেনীং মফমদকা চৎলোইদৌবনি। নঙগী ফোটো অসি ঐনা হেক নৈহৎপদা মল্লে। নঙনা হোস্টেলদা লৈরিঙৈদা ঈরুজরিঙৈদা নম্মী হায়বা ফোটো মচা অদু থারকউ। মদু কোল্লগা থা অনী অহুম লেনগে। (হিংচাবা! মায়থাবা! ইকাইসু খঙদে।)

"নঙদি ঐবু নমঙদা খক উ লাক্ত্রা? উরিরোই নঙদি (নঙদনিহে উরিবা! হৈরেদা, ঐদি তূমদ্রবসু নঙগী মঙ মঙঙি। ঐনা কপ্লিবসিদি নঙদি নুপানিনা উরম্মোই। ঐনা চাবা থকপা য়ারক্তবা, ইশাসি অনা লোয়রিবা নঙনদি উরিরোই। খঙগনি লাক্তা লাকখো, লোইনা শিৎ-শিৎনা তমথোক্কে। নথাদা মায় উপশিল্লগা পেন্নবা কপকে। লাক-তা লাকখো।) ঐনা চৎলমদাইদা কোনবদা নশাদু লুম্বু-লুম্বু শাহৌবদো ফরবরা (তু অমুক তৌরকএ!) মঙদি য়াম্না নুংঙাই; নঙ কৈসু থোইদোকপা তৌরম্মোই নীংই। করি করিনো নঙনা লৈরকউ হায়বদু অমুক্তা মচা খায়না ইরকউ। চিঠিসি হেক ফংবগা পন্থদনা পাউখুম পীরকউ। (পিরোয়ননা চেনা তপ্না হাইদোকই।)

"হায়সু হায়বনি নঙনা ওৎলিবসি ওৎলেদা তূম্বা য়াদ্রে, লাইরিক পাবা য়াদ্রে। চা থক্তনখ্রবা ঐনা চা থক্তনি হায়বা কাউরে। নঙ হৌনুকো! ঐ থোক থাদোক্তুনা লাকচনি। লাকউরা লাক্তনুরা অশেংবা অমা খঙহল্লকউ। পাউখুম থীনগনু। ফোটো হায়বদো কাউবা য়াদে। লোইরে — নঙতগী, গোপাল।"

অহুম্রক হন্না পাখি। পাবা লোইরগা চিঠি অদু অমুক্তং চুপ্নগা মথাদা চেৎনা কোল্লি। ফনা কুইনা মমিৎ উইশিন্দুনা লৈ। চোংলিবা থম্মোয়গী মিহুল চিঠি অদুদি খঙলিনি।

সুমতী ফুক হৌগৎলি। চিঠি অদু প্রেক প্রেক অমুক থুপচিল্লি। হৌগৎলগা ঙেক অমুক ফমথদুনা অমুক ফাক্তোক্লগা পারম্মী। তপ্না অমুক থুপচিল্লগা মাগী মোন মখাদা নমশিল্লম্মী মেজপী দ্রব্বার হাংদোক্লগা কলম লৌথোকই; ওয়রোমগী চিংথোক্লগা রাইতিং পেদ লৌথোক্লগা থম্মী। মখুম হাংদোকলুবদা ইনবা চেনা লোইরম্মে। মনমগী শম্ফিচে অদুদা ঙাইরম্মে। মাগী লাইরিক থম্বা অম্বারী অদু হাংদোক্লগা থক-খা কোইহাই হাইগত্তুনা অনৌবা রাইতিং পেদ অমা থিবা লাক্লে।

লৈতে ফংদে। হেরা, ঐবু নহান্দা উরম্বনিদা, মহাক্না পুম্ব্রজাৎলনে। অমত্তনি পুখিবা ঐনা লৌথোক্লগা হাপখিবনি। অমা লৈফম থোকই। কদায় চৎখ্রে? থিনা থিনা মাগী ময়েক নাইবা ময়াম, মরোল মরোল থম্মিবা অদুদা অমা-অনী শৎ-শৎ কাংখত্তুনা য়েংই। মথা ইথং থংবদা হাইগৎলুবদা ফোটো মচা মচা ময়াম অমা হাপ্লা চেখাও অমা থেংনৈ। ইহে! অল্‌বুমদা নপশিনগে তৌবনি হেক্তা কাউবা ! হোরেনদি মনপ্পগে। তহা-তহাবগী মরক অদুদা ফোটো অনী মরীদংস্ু চিংখোক্কুনা য়েংভুরি। (নহালব্রাই লৈশাবী পৃংকক ওইরকপগী অদুদা পুম্ব্রি মপান্দা মৌপ্বা অপীখক অদু পম্মগা নমখিবা অদুদা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈখিদ্রবা মৌপ্বা অদুগী মরমদা খল্লুরে। সোর শাংলপ হোল্লম্মগা চাউরাকপা মপা অদুদা ইনশিনখি। থম্মগে খন্না খন্না অমা অনী কাঙথোকলুই। চেখাউ মচা পীশক অমা থেংনৈ। লৌথোক্লগা করি করম্বা য়াওরি য়েংগে হায়দুনা হাংদোক্লুই। থোক শত্তোক্লবদা ফোটো নৎলমদে পীক্না থুপচিল্লবা অপাবা, অশংবা মচুগী চে অমা ওইরম্মী। মানা খঙবা চেনি; সুমতী স্বাই লাউখিবা খঙহৌদে। নীংলুবা ইতৌ তৌদনা থোঙজাওরোমদা য়েংথোক্লুই। অদুম লোল্লি। পাররোই খন্না খন্না তপ্না তপ্না ফাক্তোকই। চোইজাইনগে তৌরকপা চূবাগী শম্না অনী মরী অদু তপ্না হাইগৎলি। ময়েক লানা কুপ্না চাং চপ মান্ননা ইবা চিঠি অদু তপ্না পাথরুই—

"সুমো,

ঐনা ইকোন কোম্না থাখিবা চিঠি অদু ললিতানা নঙোন্দা পীরম্মনি হায়না খল্লি। (ললিতাবু শং-শং নীংশিংলকখি। নুমিদাংব্রাই তহা তহা লাক্লগা পীরম্মী। মঙা-তরুক্তি পুথোক পুথোক্কুনা পাখিবা অশাংবা চিঠি অদুনি।) নঙ পরীক্ষা ঙম্মে, হায়বা পাউ ললিতানা হায়রক্কুনা তারে। য়াম্না নুংঙাইরে। মথা তমথগনি, সিদা লাক্কনি হায়বদু করি খন্নরি। লাকউবা। থা অমুক্তা ওইরবসু কোইমিন্নবা চামিন-থকমিন্নবা য়াই। ঐ থা অমুক্তি লৈখিনি অদুগা থোরক্লনি। ঐনা থোক্লক্তিঙৈদা নঙ খরা ঙল্লপ লাকউবা। নঙগী মিং চনবগী হোস্টেলদা লৈনবগী লোইনা শীনগে। কৈসু নুংশা থিনু। নথক্তা লাকউ। (প্লেনদা চৎখিবা, মপানা খিনবিবা, মানা ওক্কদবগী ঙাইদুনা লৈরম্বা; মপা য়াওরকপদা অমরোমদা লৈশিন্দুনা লৈখিবা, মিত্তি মরক মরক্তা চা-নখিবা, মোমোন মোমোন তৌনখিবা নীংশিংলকই। নোংমা নুমিদাংব্রাইরম অমা অহানবা ওইনা, মপাবুঙ চৎপ্রবা মতমদা, লৈকোন্দা ফম্মিন্নখি।

... কৈদৌরে নথন্তা লাকউ হায়রগা?

... লৈশাবীবু মথন্তা কমাই লাক্তোইনো মীরম অসিদা, পাবুঙনা থিল্লকপনিদনা।

... ঐ লৈরিবসিদি? ঐবু কনানো?

... হো ইবুংঙো অদু হেক য়াব্রো। পাবুঙখোয়দা কম্মাইনা হায়দোইনো।

... নমাক্লা থোকপা লোইনা শিল্লম্মনি ইথন্তা চৎখিগে পাবুঙ– 'সিনিদা ইকুবোক্তা হায়ববু।

... হৈমা! ইকাইসু নাইদে। ইকাইদমাল্লেনে!

... আই অশেংবা হায়ববু করি ইকাইবা।

... করিনো অশেংবা হায়বদি?

... অশেংববো? অদুরো নঙসে, ঐ, ঐ খঙইদনা, শ্রীমোহেন্দ্রসিং, ডাক্তর ওইদৌরবা, ডাক্তর মোহেন্দ্র সিংহননে...

... হোয়নে হায়রোনে।

... হায়রোরা? হায়গে। খরা চঙশিল্লকউ মী তাবা য়াদে, হায়রগে।

... কনাসু লৈতে, আ– থাপনা লৈজবা মীনি; ঐখোয়গী লোলসু খঙঙম্মোই।

... অদু ওইরসু চঙশিল্লকউ, লোন্না হায়গে।

... তল্লি মীনা হায়রগা...।

... ঙাওশিন্ননুকো। মী য়াম' লৈকো...। ঐদিনে...।)

''তশেংবনি সুমো, নঙবু নীংশিংখিদবা নুমিৎ অমত্তা য়াওখিদ্রি। মী অশিবা লেপ্লিবৈঙদা ফাওবা নঙবু নীংশিংলকই।

''অহিং খূদিংগী মঙ মঙই; মঙ খূদিংগী নঙতবু উই। মঙদসু অদু মঙাই, নথন্তা লাকউ হায়বসিদা সুকয়া য়াদে। নমান্নবা খরা হেক্তা লোয়নরকপা। হয়েং নঙনা ঐখোয়দা লাকপদদি য়াদেকো নথন্তা লাক্কদবনি। (সুমতী অদুবৈঙদা নোকখিবগুম খক্তিক ইকাইরপ নোকখি, মশাদি খঙহৌদে।)

''সুমো, নহান্দি মঙ নুংঙাইমন্দদনা অহিং হৌগৎলগা কপকে তৌই। অদুম তূমদ্রে। মঙদুগা হায়রুরবদি নঙসি ঐগী ওইনি হায়বা থাজদ্রে। (মফম কায়রবা ময়েকনাইবা মরোল-মরোল অদু মথন্তা নীংখায়দুনা তুরকখি। সুমতী

খংলুরে।) ঐ অসে য়ুমদা থোকয়ে হায়দনা তৌই। নঙনা পাম্মী হায়হৌবা কফোই অচৌবদু পুরগা নহোয়দা চৎলি হায়দনা তৌই। নহোয় থোঙ্গানসু মাল্লি, ঐখোয়গীনি হায়গুমসু তৌই, ঐনা হৌজিক লৈরিবা য়ুম অসিগীসু মাল্লি, মদুদা নঙ অসি দোলাইদা হাপ্লগা পুশিনখিবা মাল্লি, ঐনা হংবদা লুহোংখ্রবনি চঙলুরনু হায়রে কনানো অমনা—। অস, ঐ মিৎকপ খংথোক থোকই। নীনি হুম্লি চাক চঙদে।

"সুমো, মঙনা মঙনি; তাইবংদদি নঙবু ঐঙোন্দগী লাপথোকহনখিবা ঙম্মোই। নঙবু ঐনা নুংশিজবসিদি নুমিৎনা থানা মাঙহনবা ঙম্মোই। ঐনা নঙবু থাদোকপা ঙম্মোই। নঙনদি মমাঙগী চিঠি কয়াদা থাজদবা উৎলি। ঐগী থম্মোয় অসি লেনখায়দুনা নঙোন্দা উৎনবা মতাং ফংলবদি ঐনা পেনগনি। নঙনা নোংমা হায়খিবদাই, ঐখোয় ময়াম পিকনিক চৎমিন্নবা হৌখিবা চহীদা; নুমিত্তু ঐ কাউবা ঙম্মরোই, দিসেম্বরগী তাং ৮নি। চাক লোইরকপগী অদুদা অনী-অনী হৌনরগা ঈরুজবা চৎনবদাই ঐখোয়? মাই সনাতোম্বী হায়দুনা ইপঙ পঙঙদনা ঐখোয়নীগী তুং ইল্লকপদো; লমখাংদা ঐনা নবানি চৎলো হায়না হায়রুবদগী ভাব তারদনা তাব্রেল লৌরুগে হায়দনা চৎখ্রগা হল্লক্তুবদো! ব্রারী শা-শাদনা সুম-চৎপনা তুরেল মরিল অদুদা পঙচৎতা চৎপদো; নুমিৎ অদুদা — ঐখোয় অনী ব্রাশকমিন্নখিবদো।

...

সুমতী — লাপমল্লে হল্লসিবা।

মোহেন্দ্র — এ! ঈরুজরগুমসিরো?

সুমতী — ঐ লুররোই, নহাক লুরো, ঐ ঙাইগে।

মোহেন্দ্র — ঐসু লুররোই। অদুদি অস্বাইদা ঙাইহাক ফমসি ময়ামদু হন্নরক্লমখিরোই।

সুমতী — অসিদি শৃকমল্লি কি, নুংশাদা ফমসি।

মোহেন্দ্র — হে-রা ঐ য়াওরিবসিদি?

সুমতী — ঐনা কিরিবসে নঙনে?

মোহেন্দ্র — করিগী কিরিবা?

সুমতী — অস্বায়দা ইথস্তা থাদোকপিরম্মদি?

মোহেন্দ্র — সুমো নঙবু ঐনা থাদোকপা। হকচাংনা মথব্রায়বু থাদোকপা। কদায় নখূৎতু।

সুমতী – ভল্লি, ব্রাই লান্মকপা।

মোহেন্দ্র – সে তু, ঐনা সুমায়না পায়বা নঙগীনা সুমায়না থন্বা। হোংঙবনি সে। লৈ হুকপা হায়বদু তু সিনা ওইরে খুৎ অনীগী পরেং, তো।

সুমতী – লৈ হুকপবু অদুক চেৎনা কোনব্রো!

মোহেন্দ্র – মদুদি য়ৌদ্রিবনি। য়ৌহল্লুরা?

সুমতী – য়ারে। অসুম্না নথাদা অদুম কোন্দুনা থম্বিয়ুকো। লমখাঙদা থাদোকপীগনুকো। কো। নহোয় নুপাসে থাদোক্কল্লি হায়য়ে। থাদোকঅদি ঐদি য়ারোইদৌনি ইথন্তা হেক্তা।

মোহেন্দ্র – নঙদুম ঐবু থাদোক্কনু। থাদোক্কদ্রা?

সুমতী – থাদোক্লোই। নহাক্তি?

মোহেন্দ্র – সুকথা থাদোক্লোই।

সুমতী – ব্রাশকউ।

মোহেন্দ্র – নঙসু শকউ।

...

"নুমিৎ অদুদগী হৌনা নঙসে ঐগী ওইরবনি। মসিদফাওবা ঐনা নঙবু থাদোকপা তারবদি ঐগী ভুংগী খোঙথাংদা অকায়বা লাকপা ওইসনু। (সুমতী স্বাই লাউরকই। লেপ্পস্বদগী ফমথরকই। অম্বারীদা মকোক্না ঙাথে। পিগী ঈরিক্কা লোয়ননা চেনা অমগা অমুক হাইদোকখি। নিংকোক-নিংকোক মখা পাথে।)

"নুংশিবী, ঐগী থব্রায়গী মপু ওইরিবী সুমো, থোক্লিবা নুমিৎ অসে নোংমা নৎত্রগা নোংমা কেমথরক্তুনা মাঙখিনি, মাগী জগৎ অসি পূমচীক চীক্লখিনি অদুবু ঐগী নুংশিবদি কৈদৌনুংদা কেমথরোই মুৎখিরোই। ঐগী নঙগী নুংশিবগী জগত্তি করিগুম্বা মতাংদসু চীকখিরোই। ঐনা নঙবু চেৎনা চেৎনা কোনখিবদাই নঙনসু পূম্নমক থাদোক্তুনা ঐবু কোনখিবদাই। (মানা ফমথরকপদা তানিং তানিং মফম লেঙহৌরবা ফোটো ময়ামগী খাউ অদু উপ্পা তারকখি। ফোটো অনী-মরী চাইনা তারকখি। অতৈদি লোইনা উপশিল্লি; মানা হোষ্টেলদা লৈরিঙৈদা নম্মকপশিংগী মনুংদা য়াম্মা নৌনা চীংলেম্না ব্রাখলগী মূর্তি মানবা অদুমদি লোংথোক্না তাদুনা লৈ।) ঙসিসু চেৎনা কোল্লি। হয়েংসু চেৎনা কোন্দুনা থমখিগনি। কনা অমত্তনা খাইদোকপা ঙমদনবা থনুংদা কোন্দুনা থম্মনি।

"ঐনা থোক্লকপদা করি করি লৈরকউগে? নঙনা লাক্লগনা ইবানি লৈমীন্নরে

লাক্তবা তারগনা ঐনা পুথোরক্কে। মরোল থুনা খঙহল্লকউ। চিঠি অসি নমান্নবা অতে পাহনগনু। মাঙসু মাঙহল্লমগনু। ঐখোয়দা ইবানি পামিন্নখিদৌনি— অহিংদা, অহানবা অহিংদা, ঐগী কাদা, ফরে, পাউখুম খৌরাংনা ঙাইরিকো।

ঐগী সুমোগী

মোহেন্দ্র

সুমতী পাক হৌগত্তে। তারিবা ফোটো ময়াম অদোমদা অহাঙবদা য়েংদুনা ঙাইহাক লৈ। অতৎপা লৈতনা শিষ্করিবা মিৎলু অনীগী পিরাংনা মতা ফরবা খজাই অনী শেপ্লেননা চোৎলরি। ঙাইহাক্তং অদুদা মোহেন্দ্রগী অনোকতনা হেন্না মপৃং ফারবা মায়থোঙ অদুদা চীংলেম্বগী মোমোন উরকই। চুবাদা হাইগৎলকপা ঙৌরুনবা শমগী পরেং মচা অদু উরকপগুম তৌই। খঙহৌদনা মাঙখি। শোর শাংনা হোম্থখি; তপ্না লোইরোই হৌগৎলকই। উপু লোইশিন্দুনা লোনশিল্লম্মগা ফমুংদা ফম্মে। ঙাইহাক ফম্লম্মগা তপ্না তপ্না উপ্না হিপথরকই। মখূৎ অনীনা মখদাং শৌরগা মোন্দা শংত্রিক য়েংবগুমদি তৌই অদুবু অহাঙবদা য়েংদুনা লৈ। হাঙবা মানবনি হাঙদে ময়েক শেংফাত্তবা, খরা শেংবা, হেন্না শেংবা সুকশেং শেংদবা অমম্বা থৌদোক কয়া মথং মনাও হায়বা লৈতনা কুফেৎ-কাফেৎ তৌরি। অনীরক অহুমলক হজিল্লকপসু য়াওখি, মশাদি খঙখিদে। মরক অদুদা নুমিদাং অদুমদি, অরোইবগী নুমিদাং অদুমদি, ময়েক শেংনা নীংশিংনা উরকই।

... হোস্টেলদনি। মী অয়াম্বা ছুটি মনুং ওইবনা ময়ূম ময়ূম চৎনখি। হেক কারকপগা অরোইবা পরীক্ষা তৌদৌনি, নুমিৎসু য়াম্না নত্তে থোক্লগুমসি হায়দনা মহোয় মরিদি লৈ। অতৈ মঙা তরূক অমগা য়াম্না চীক্লা লৈবা তাঞ্জানি। চাক চাবা তোক্লগা লাইরিক ঙাইহাক পাগে ফমথবদা মঙাইরি, মপানগী নোংজুগী খোঞ্জেল অদু নমহত্তুনা দুর্গা বেন (ময়ামগী সেবা তৌবী) না থোঙদা খৎনা-খৎনা কৌরকই। হাংদোকই,

— কৈনো বেন?

— নবুঙ লাকএ।

— নবুঙ হায়দি?

— হেরা, নহানব্রাইগী নবুঙ ডাক্তরদো।

— হা! কদায় লৈ। পুশিল্লকউ। ইহে! য়াদে। ঐ লাক্কে ফমহল্লম্মু। অদো বেন, চা অমুক্তা লৌবিরুচো।

চীংঙৈদুদা মিংশেল য়েংদুনা খজিক কেরম্মী। ফি অমা তনহোং হোংই তফীং তফীং থোক্লকই। মী ঙাইফম কাদা মোহেন্দ্র ফমদুনা লৈরম্মী।

– কদোমদৈনো 'সুক থেঙনা? হয়েং লাকপা য়াদ্রো? মীগী মমাঙদা ওস্লেক্লা ইকায়জখ্রে। হয়েং *ঐনা থোরক্লগা* উনবা য়াবদুবু! ওস্লোক্লা ঙাইঙমখিদ্রে। চৌকিদারনা চঙগে য়ারকইসি...।

– হয়েং য়ৌবা য়াদ্রবা, হৌজিক অহিংদা পাইথ্রদৌবা। নঙ উনরমদ্রবদি সুকয়া য়াদবা। ঙন্না থুংঙদৌবনি ব্রেদর ফত্তদনা আদগী সুকপাই পাইখত্তবা, হৌজিক্তা য়ৌরকইসিনি। চৌকিদার বহাদুরসিদি ঐগী মরূপনিনা।

– কদাই' পাইদোইবা?

– বোম্বেদা।

– করিগী?

– ঐগী মখা তমথবা হায়বদো য়ারে; কানাদাদা চৎপা তারে। চহী মঙাগী ফংলে।

– এ! কদাইদৈ য়াদে। থুমল্লি।

– অঙাওবী, মীগী অকক্লবা মতমবু। সরকার অনীনা শীন্ন-লেপ্পরগা–

– নঙ সরকারনা হেন্না লুব্রো...

সুমতী মপি ঈরা চেল্লম্বদগী হিক-হিক য়ৌরক্লে। মমাঙ ওইরপ্না লেপ্লম্বদগী লেপ্পা ঙমশিল্লক্করে। লৈমায়দা নীঙ্গাংনা ফম্মগা মমায় খুমজিন্দুনা মখোল থোক্লা কপলক্লে। মপানদা কুমগী নোংসু কপ্পি।

ফনা কুইনা কৌবা খুমদে; হায়বা তাদে চা পুরকপা অদুদগী মমায় লোত্তুনা দ্রো-দ্রো তৌবদু মঙাই। বেন-না মতম হায়রম্মগা থোকখিবগা মোহেন্দ্রগী মতম্বাক্তা মমায় উপশিল্লগা কপ্লরে। মোহেন্দ্রনা ঙাঙবা খূদিংগী, থেম্বা খূদিংগী, "য়াদে য়াদে য়ারোই" হায়বা অসিদগী হেনখিদ্রে। অদুবু মতম! নোকপা কপ্পা, পোকপা শিবা, উনবা কায়নবা মঙোন্দা অঙ্ক চপ মান্নে; অর্থ চপ মান্নে। অদুবু তাইবংগী মফমদদি মতমগী অর্থ খেন্নে, অঙ্ক মান্নদে। কপ্পমথৈ কপলুরগা সুমতী মোহেন্দ্রগী মখূৎ চেৎনা কোল্লগা খোঞ্জেল থোকউ য়াদ্রবা খোনফমদা হায়রকখি,

– ঐসু চৎকে। লাক্কে!

– চৎকদবনি। ফেমিলী পুবা য়াই। পুক্‌মসু থোকই। হন্দক থা মরি-মঙা লৈরগা থোরক্লবা লাক্লরি। মদুদা য়ুবী পম্মে হায়রগা নখূৎ-ইখূৎসি অসুমাইনা

পায়নরগা, লৈ হুক্লরগা হা! আদা হনীমুন – কানাদাদা; সে মতম য়াম্না হেল্লে। অঙাংদৌনা কপ্লিঙৈদা ব্বারী শাহৌদ্রে। কপচেৎপী...! নঙ হয়েং কানাদাদা কপ্পু খঙনি। সে থোকখ্রগে। নমায়দু অমুক্তা হাইগৎলকউ। সে, লেপখৎলু।

– দুর্গা বেন মপান্দা লৈরমগনিকো।

-- ঐ খঙডি। স্বাই লাউ।...

সুমতী খোঙ-তোন ফাওনা তু চুংখি। মতাং অসিমক্তদা ফোন খীংলকই। ফোনলোমদা য়েংথোকলুই মমিৎ-মনা খংশিং শিংবগুম তৌরকই। তত্তনা ’সুম খিংলক্লবা অদুদা সুমতীসু তপ্না তপ্না হৌগৎলকই। তাপ পায়খৎলি। ললিতা ওইরম্মী। “ঙসিদি নুমিদাং নহোয়দা লাক্কে নঙ চখোক্লমগনু” হায়রকই।

– নুমিদাংবু কদায়দা চখোক্কদোইনো হিংচাবী?

... নহোয় অনী পিকচর হেক-হেক, ও! সোরী, নহোয় হরে লৈতেকো! লাকঅরোইদা কোম্না লাকঅগে। মহোয় বাবানা চৎলুসি হায়বদুদা হায়বনি।

– নঙ মহোয় বাবাদুবু ওফিসকা কাদ্রবো, নমা নচাদা শঙ লৈরবো?

... ওফিস কাবাইবু নুতিগী বারোদা হল্লকই। ঙসিদি ঙল্লা লাকউ। নহোয়দা চৎলুসি হায়খিবা।

– অদুগা লাকঅরোই হায়রিবা? হোয়দা বাবানবু ঙন্না হল্লকঅদি লাকপা লাক্তবা অষ্কানিদা।

– হৌরকএ হিংচাবীসিদি। লাক্কে! হৈ অদুগনে পাউ জাৎ অমসু তম্বীগে।

– কৈনো?

– হৌজিক নত্তে হোরেন। হোরেন চা লোনমিন্নবা, নঙ, ঐনা লোনবা চা থক্ত’ কুইরৈনি।

– মী লৈনে লোন্নবা। হৌজিক হায়রো কৈনো?

– য়াদে। থম্মে। বাই! দার্লিং টাটা।

থমখি। সুমতীসু তপ্না থম্মী; থজিক নোকই। ফোন মনাক্তা খিল্লিবা গোপালগী ফোটো অদুদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। নীংশিংনা তারকই; নোকমি নোকমিবা মচীনবান অদুদগী থোরকপা মাল্লি... সুমতী ঐ মঙোল ওইরি ...খঙই, পুম্নমকসে নঙগী ফলনি। নঙনা ঐবু লুনা তৌবা, নুংশিবা... ঐগীদমক্তা লাই নীংবা; ঐতবু লাইনীং ওইবা অদুননি... সুমতীগুম্বী অমনা... কদায়দনো শোয়গদবা।...

গোপালনা চৎলমদাইদা থক্লম্বা চুরূপ মতেক অদু মুখৎপোই মুখত্তবোই তহা-তহা নমশিল্লম্বা (সুমতীনসু হান্নগী মওংদু খজিত্তা ফাওবা কায়হন্দনা থমজরবা পেঞ্জরবা) শামুময়াগী অহৎপা এস্ত্রে অদু উরকই। মনাক্তা মপুরোইবনা শীজিন্নবা অখিনবা য়োৎকী মৈখেৎ অদু তপনা পায়খৎলগা খেৎলি। অমুক্তদা হৌই। মৈরি চাউনা কারি। মখূৎ ওয়না নীংথিনা পায়রিবা চিঠি অদু মপান্দগী হৌনা লোইরোইনা চৃখি। অপাবা চে ওইজরবসু থারপ তারবা চেনানি তপ্নপ্না চাকখি। মৈখু মরী-মরী গোপালগী ফোটোরোমদা হাইজিল্লকই। মখূৎ য়েৎনা ফোটো অদু তপ্না লৌখৎলগা মোমোন তৌনা ঙাইহাক য়েংলম্মগা মথাদা চেকশিন্না নান্দুনা মিংশেল অদু তৈথোকই। অমুক্তা মমায় মপাদা নক্লা পুশিল্লগা ঙাইহাক য়েংই। অসুম য়েংলম্বদগী মচীন পৈরপ সুগৎলগা মশম নিক্লুই। মখূৎ ওয়দা খংশা শারকপদা থংপ্রেক খংই। খংনীং নীংশিংলকই। য়েংখিবদা মরি-মরি কোন্দুনা তারবা চেগী তাম্থী অদুনা অরংবা মেজদা লেংলি-লেংলি লৈবদু উরকই। তপ্না খোমজিল্লগা ইরুভম কা তম্না চঙখি।

থোরক্লগা উপশিন্দুনা লৈরম্বা গোপালগী ফোটো অদু হান্নগুম মওং চুম্না মাগী ফমুংলোমদা পৈরপ খিল্লি। ফমুংদা ফমথরগা চিঠি অদু লৌগে হায়না মোন কাঙখৎলুই। মানা ঙসাইদগী থিরম্বা রাইতিং পেদ অদু মবুক পীক থনবা অমা মখাদা লৈরম্মী। তপ্না চিংথোক্লগা মথন্তা খজিক নোকখি, থনুংদা। কলম থোক হাংদোক্লগা খল্লুবা লৈতনা অনীং-অনীংবদু ইথে,

“সুমো-তগী গোপাল,

• • •

— হৈ! চীনি য়াম্মল্লে। মহোয় বাবাদি থুম্বা হৈনদবনি।

— নঙদি অথুম্বদা থকঅমদাই?

— অদো ইচেম্মা হৌজিক হৈনদ্রে।

— খঙঙে-খঙঙে। চৎলম্মো ঐ পুথোরকঅগে। অঙাং অসি মপাদা লৈবা হৈনরম্মোই।

— ইক-ই! মপা উরগা ঐঙোন্দগী পাইথখিবা নঙ উদ্রিতৌনি! মপানা লুনা তৌজবনা। নঙসু খঙদৌ খিত্তা ঙাইরে। অদুনদি হৌজিক থা...।

— ফরেসে! নঙ’ ঙসাই পাউ অমা হায়দু কৈনোনে?

— ও! ও! কাউরুরে। কানাদাগী ডাক্তরদো—

— চাদু ঐ চুম্মকঅগে নখূৎ হামদোকওনে...। অ, কৈদৌবা?

— অদো কানাদাগী নিঙোল অমগা লূহোংঙে'য়ে।

— ও! হে-রা অদু ওইরে। চৎসি লাকও। থকউসি আদা।

— এ, হৈরম্মেহৈ নঙসু চা লোনবা।

*এলাহবাদ, ১৯৭৭*

# প্রয়াগকী অহিং অমা

অহিং অদু কালেন-নিংথম ওন্নবগী খম থেংনা শাবা অহিংনি। অয়ুক ঙন্তাদগী নুংথিল ফাওবা লাইরিক পারুরগা, নুমিদাংৱাইরম ঙাইহাক তূমথোক্লুবগা তূম্বা সুকয়া য়াখিদবা অহিংনি। ওম্লোকপনি অহিং অদু; নোংয়াই মতুংদগী মৈ (ইলেক্ট্রিক) অদুম লাকখিদরে। হাংদোকপা য়াবা থোঙ পূম্নমক হাংদোক্লে; থোঙনাও মরিমক শাবাক ফাক্লে। থোঙজাও অনী য়াবা মখৈ নমদুনা ফাক্তোক্লুনা থম্মে। হুমাইনা লৈদ্রবদুদদি কাঙসু মঙা-তরা ঙংঙরে। তূমদবনিনা চীকপদি ঙমদে। মোমবতী মতেক অমথক লৈরম্বদু চুখৎলগা থোঙ ময়াগী মেজ মচাদুদা খিল্লম্মী। ফমুং কুথবা অদুদা লোংনা হিপ্লগা খূৎনা মায় খল্লদনা ঙাইহাক হিপ্লি। ঘড়ী য়েংলম্মগা অমুক হীপথবা মিনিট তরামুক্তা ঙাইরি শোৎ-পেক অমগুম্বা অমা তারকই। থোইনা থৌশারুদে, য়ূমগী হান্না খল্লম্বা ৱাখল মথা খন্থনবা লাক্লখি। ফনা কুইনা ঐ লেঙদনা লৈখিমাল্লে খূৎ সজীং হৌরম্মে। খূৎ নাম্মতং পূথগে নীংলকপগী অদুদা থোঙদা কনাগুম্বা অমা হেক লেপ্লা উই। কিরপ চায়। অদুবু ফীরু-ফীরাং খুম্বগী মূর্তি অদু হাইরপ উরুবদা ইশাবু থাজরকই! ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ।

মূর্তি অদু চঙলক্লে। ফনা কুইনা ঐগী মেজ অচৌবদুগী মনাক্তা লেপ্পা উই। পান্বোমনা খুমখিবগী তৌবনি ঐ মিৎ পাঙলি। ফজনা পাঙলি। ফজনা য়েংলি। ফনা কুইনা লেপ্পম্মগা ঐগী মথংগী কা অদুদা চঙখি। মৈদুসু পুশিনখি। মানা চঙখিবগী অদুদা ঐসু হৌগৎলগা খোঙ্গ্রাওদগী ছুরী অদু লৌথোক্লে; চিংথোক্লুনা হাংদোক্লে। পর্দা মরুমদা য়েংদুনা লৈরুই। ঐ থোইদোক্লা মিপাইখিদে। অদুবু থোঙলোমদদি হন্না-হন্না য়েংলুই। তপনা চত্তুনা থোঙজাও অনী পুনা পাল্লুরে।

ঐনা য়েংখিবদা মা মখূৎ নাম্মনা মৈ অদু পায়রগা নাম্মনা ঐগী উপু মচা অদু হাংদোক্লগা মারি। ঐ শো লোনগন্দে। অদুনা মনীং তৌগুম তৌই। কৈসু থমদে হায়বা য়াই; ফি অনী অহুম, লাইরিক খরা, চাক লাম্মগা চানবা হায়দনা অচাপোৎ খরগা থম্মী; লোইরে।

হাই! ঐ ঐগী পৈশাগী বেগ থনম্মীনা! থা লোইশিল্লকপনি পঙয়াম য়াম্নবুদি য়াওদে হায়ববু পৈশানি। ফৈ! মথব্রায় লৌরগে; নুপী অমনসু! হেরা!

শীংদুনা লুম্মিঙৈদা মা করিনো অমা পায়খ্রগা মৈ মূখৎতুনা থনম্মগা থোরক্লে। থোঙজীন হেক কাম্থোরকপগী অদুদা ঐনা থাউমৈ অকাপ্পী অদুনা লুখমদা লৈজবী থাদুনা সুরুই। মা, ইক! লৈমায়দা লফু হাইথরকপদৌনা দোম। তুম্পক তাদুনা লৈ। নাক-য়েক, য়েৎলোম মায়রোম লাউসিরা খল্লুই; হ! মা ব্রাম্থখ্রে ঐনা ঙম্মনি। থোঙ হায়রা অনীমক লোল্লে, লোয়নবা কয়া য়াওরম্মবসু ঐনা লাকচরনি খল্লুবদগী লাউদ্রে। থোঙ অমদি থোঙনাওদা ফন্না কুইনা না থাঙ্গত্তুনা তারুই; মনুংদা কাঙ অনী-মরি ঙংবা অমদি মপান্দা অনকপদা তোতী ঈশিং তপ্লপনা তাবগী মখোল নত্তনা অতৈ করিসু তাবা লৈতে। মোমবতী অচৌবা থানগৎলে; (তুরিবা মঙোন্দা য়েংলুবা অমদি ঐগী থাঙ মচাদু শেন্নবদি তোক্তে!) থোঙজাও অনীগী অমদি থোঙনাওগী পৌরোন অদুদা হাইরপ-হাইরপ য়েংউই! মৈ অদু পুশিল্লগা চঙলে মনাক্তা। মনাক্তা নক্লা থম্মগা অকাপ্পী অদুনা মমায়দা কাপ্লুই। মমায়দনি। ঐ ঙক্তবা ঙমদে। নোংদোনগী থাজনা হিকথদুনা তারম্বদু মঙায়। নাকচীদা হুমাং কারম্মী; নুং অমদি পানগী অব্রাবা খাঙখিমাল্লে; মচীনবান থক-খা কংলম্মী; নুংগী মৈশা কনখিমাল্লে; অদুবু তঙাং-তঙাংবদি হন্দে, মহৌশাগদি শীংনখিদমাল্লে। লাইবক্তা নম্বা অঙাংবা বিন্দীনা-চীং-লেম্বা শরূক কয়া হেনগৎহল্লী; অদুবু মখূত্তা পায়রিবা (কোম-গোম থারবা) ঐগী মনী বেগ অদুনা মাবু খা-দা চিংথরি; নৎত্রগদি শকফম অদু য়ূম কয়া, দেশ অমদি লায়রদনা

মহাদেশ লাম্না লেপত্রে হাইনীংঙাইনি; হাইহন্নীংঙাইনি। য়াম্না নহা মাল্লি। মরাইবক্তা লৈয়ি লৈত্রি; ফিগা য়াওদ্রবা থবাক্তা চহী অমদি ফংজদা চাকচাগী মমি তান্ত্রি; লাইবক্কী অঙাংবা উরোং অদু নৎলমদ্রবদি মালিগী মিৎয়েংদা লৈরিবী লৈরাংনি; মীখূৎ চনাদ্রিবী চেক্লানি। খা-গী তত্থায় অমনা উপ্লপ চেপ, থক্কীনা লোংনা তারি। মীরায়বিরবা লাইথী অমগুম পদ্রাক তারি।

ঐনা থাঙ অদু লৈমায়দা থম্মগা মায়থোঙ তংখায় অমা খুমখ্রবা মাগী শন্নাং অদু তপ্না হাইগৎলুবগী অদুদা মা খজিক লেঙলকখি। মানা মমিৎ পাঙলকপগা মৈঙাল অদু লাকপগা চাউরাক্লা চপ মান্নখি। মা ফূক হৌগত্তুনা লেপ্পি। ঐ থাঙ অদু তাপ পায়; নক্লা চঙশিল্লি। ফীবম শেমদুনা লেপ্লগা,

— হৈ! লাঙলবদি নঙ! উবরা? ...নঙ কনানো? কনানো নঙ! কনানা থারকপনো? হা?

মা থোইনা তথক্তে। থাঙ অদুদা মুন্না য়েংলম্মগা মমাঙদা তারিবা ঐগী বেগ অদুদা য়েংলুই; তপ্না হায়রকখি,

— সিংহজী!

— সিংহজী কা-য়না! নঙ ঐবু খঙব্রা? হা!

— ওজা সিংহ, ঐ অদোমবু খঙই; ঐ সুকুলগী নুপীনি।

— শুক্লা হায়বদি?

— অদোমগী মরূপ, রেলৱে বুকিং ক্লার্ক সুকুল।

— হা? আর. পি. শুক্ল?

— মানি, রাম প্রসাদ সুকুলগী নুপী।

— হায়দি, সম্মী?

— মানি শর্মিলা সুকুল।

— সম্মী, নঙবো? কমদৌনা?

— মা থা অনীরোম ফারে জেলদা লৈখিবা।

— আর. পি. শুক্লবো। ফনা কুইরে মাগা উন্নখিদবা। জেলদা করিগী? সম্মী ফম্মু। নঙদি... অ... অদোমদি এক্সাইজগী মন্ত্রী... গী অমত্তা পোকপী...

— মানি, ঐ এক্সাইজগী মন্ত্রী বি. এম পান্দেগী মচানি। থক্তা অমা শাৎত্রবা খাদা অমা পোমদ্রবী। ঐ শর্মিলানি। শ্রীমতি সুকুল।

ঐ ঙকখি। হাইরপসু থাজরুদে। মুন্না য়েংই। সম্মীবু ঐ অমুক্তা উখিদ্রি।

শুক্লনদি য়াম্না তোয়না ব্রারী শাখি। লুহোংবগী অহিং ফাওবগী ব্রারী মকোক্তগী লোইবা ফাওবা লীখি। ক্লাক খোংবা ফাওবা তূমখিদবা; পূং তরা তারকপদা মিৎকপ থোকখিবা, লোন্না মানা মনীংগী থোঙ্গাল্লোমদা থোক্লগা অয়ূক কোয়রুবা শাদনা ঈশৈ ঙংঙদনা থোঙ্গাল অচুম্বদা চঙলকপা, মাগী মীনায় অদুনদি খঙবনিনা মোমোন তৌখিবা... অদুগী ব্রারী অদু মরী-মঙারক হঞ্জিল হঞ্জিল তমখ্রবনি। নৌহৌনা খংনীং নীংশিংলকখি। খঙবোই খঙদবোই, ভাব তাবোই তাদবোই হংখি,

— মাবু জেলদা ’বা?

— অং জেলদা। থা অনীরোম ফারে।

— করিগী?

— অদোম্না হেন্না খঙবিরিবদুনি মাদি মীনম সোরী য়াদে চুমচৎনি। উরগা উই, চাদ্রগা চাদে; অতাবীনি।

— ঐ খঙই। অদু কৈদৌরবা?

— জেলদা চহী তরেৎ লৈবা তারে। লৈবা হৌখ্রে।

— আই! করিগীনো সম্মী?

— ঐখোয়গী বাজী, মাগী মকুবোক্তা মুক্ররে। ইপা খঙদে মীপা খঙদে মন্ত্রীনি শীংনরুরবদি মহাম তারেদনা।

মানা শম্না তমখিবননি; তশেংবদি মাগী মরাল থোইনা লৈতে খল্লি। ঐনা হর্ররাদগী এলাহবাদ ফাওবা চৎপদা পূং অমগী মনুংদা কনানো অমদা শেল লুপা তরামরিখক পীরগা নুংঙাইবা ফম্ফম-তূম্ফম অমা ফংখি। রেল অদু মাগী থাফম থোকপদগী পূং অমা খরা হেন্না থেঙলে। করি তৌরবনো খন্নরিঙৈদা ঐবু মী অমনা কৌরে। শুক্লা চৎলি। অচীকপা কা অমদা চঙবদা চাউর-চাউরবা মানবা মী খরা ফম্বা থেংনৈ। মদুদা ঐনা ইহান হান্না উবনি শুক্লবু। মখূৎ তুংবুম্ননা লেপম্বা উবনি। য়াম্না চীংলেম্বা মী অমনা (কোন্না খঙলকপদা মা সি. আই. দি.গী মকোকথোংবা মীওই খরগী মনুংদা অমনি।) ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলগা শুক্লদা খুদোম্বী থিল্লগা হংলকখি,

— নুপাসি মশক খঙব্রা?

— খঙই। মঙোন্দগী টিকেৎ লৈবনি।

— রিজার্বেসন ফংলবা নৎত্রা?

— ফংলে।

— পৈশা কয়া লৌহৌই!

— টিকেৎ মমল।

— মথক্তা? পৈশা কয়া পীজরুই নুপাসিদা?

ঐ শিং লাউখি।

— অদোম কনানো? ঐ কনানো খঙব্রা? মদু হংবা য়াবা মীরা! নো। হু আর য়ু? পুলিস...?

— ঐ পুলিসকী মীনি সা'ব শাউবীগনু।

মানা মাগী শক্তাক চে পুথোক্তুনা উৎখি। শাউবদি হন্দে।

— নো, মিষ্টর দি. আই. জি. ঐসু কেন্দ্র সরকারগী থবক তৌবা মীওই অমনি। শেঙ্গা-থুমজাবু য়াম্না তাথীবা মীনি, ঐ ওজানি। বিশ্ববিদ্যালয়গী ওজানি। চিংনবা মী অমবু ওৎপদি ঙম্মী চুম্মী, অদুগা ঐগীসু নাগরিক অমা ওইনা অধিকার কয়ামুক...

— নো, প্রো. সা'ব! সুমদৌবনি; তপথবিখো...

মানা ঐবু কা অমদা পুশিল্লে। চা কৌখি। মানা শম্না হায়খিবদা শুক্র হায়রিবা অসিনা ফার্ষ্ট ক্লাস টিকেৎ ককপা মীওই অমদগী পৈশা লুপা তরা চারুরে হায়দনা পাউ লাক্লে। থিবদা ফার্ষ্ট ক্লাস টিকেৎ ককপদি ঐদা মঙাইরে ঐঙোন্দগী ওইরম্মনি, মাবু ফাগে তৌবদা প্রমাণ লৈত্রে অদুননি হায়বনচিংবা তম্মকখি। কনানা পীরকপা পাউনো? অদুসু থিবা ফংদ্রে। শুক্রগী অয়াওবা পৈশা-নুংশা হংদনা, য়েংনদনা তৌরবা মতুংদা ঐবু য়াম্না হঙ্গোইনা কৌরম্বা ওইরম্মী। ঐবু য়াম্না ব্যবহার তৌনা থাদোরক্লে, ফনা শাংনা থিন্দোরকখি।

ঐনা ঐগী ফম্ফমদা হেক ফমথবগী অদুদা ঙসাইগী শুক্র অদু চঙলক্লগা খুৎ-নুং শোক্লরদনা য়াম্না থাগৎলরে। মদুগী নুমিৎ অদুদগী খঙনবনি। ঙাইহাক ব্রারী শারগা রেল থাবা হৌরকপদা মা কুমথহৌরে। চৎলমদাইদা মানা হায়রম্বা ব্রা অমনা প্রো. সিং সাব, অদোম অচুম্বা পাম্বা মীওইনি; অচুম্বা চৎপসে অব্রাবা নংবনিকো; চেকশিনবিয়ু। ফাগীদি ফাগীনি হায়ববু ঐ খল্লরুই।

মানা জেলদা লৈখিবগী মরমসু অচুম্বা ঙাঙলুবগী ওইরম্মে। মাবু শহর অসিদা ট্রান্সফর তৌরকপা অদুসু মুম্না থিরুবদা অওইবা তৌরুবগী ওইরম্মে। মানা নোংমা অহিং হল্লকপদা য়ু ঙাওবা নুপা অমগা খৎনরুরে। নুপাদু নিয়মনা

য়াদবা য়ু শুংবা মী ওইরম্মে। মানা পাউ পীদুনা তান্নরে। মরক্তা নুপাদুনা লোৎলগা এক্সাইজগী মন্ত্রীদা পৈশা ওথাক য়াম্মা পুদুনা কন্নবা হায়জরুরে। য়ারক্রে। প্রমাণ চপ চা-না পায়খ্রগা শুক্রবু মকুবোক্লা কৌদুনা থেম্মে। থেম্মিখৈ য়ানীংলম্বদগী শেল পুথোরকপগী অদুদা মকুবোক্লা মন্ত্রী ওইরি হায়বা কাউদনা পঙলাউ লাউনদনা পুলিসকা পুলিসকা লোইনরে। মানা কৌরুবা পুলিসনা মাবু ফাদুনা ওৎখ্রে। মন্ত্রীনি; মানা মীচম– অঙাওবা মীচম থাশি মরক্তা পূর্ণিমা থিরিবা– নুংশা ঙাইহিরিবা। চহী মঙা থবক শূবা জেল।

– অদু সম্মী, নঙ ঐঙোন্দা হান্না হায়বদি য়াদ্রা?

– শকসু খঙজদ্রি। লৈফমসু ঙরাংদনি খঙলিবা!

– হৌজিক্লা কৈদৌবা কমদৌনা?

– চাদবা ঙসি মঙানি শুরে।

– মঙানি! চরা তরা?

– ঈশিং থক্কুনা লেনবনি। ইপামদসু চঙনীংদে মানা য়াদে। ঙরাং মাগী মনাক্তা চৎলুই। মিনিট অহুমখক মতম ফংই। অতৈ হায়নবা নংদে; অদোমগী শক, লৈফম তাকপদা কোন্নখ্রে। ঐ মফম খঙদ্রে প্রো. সা'ব! ঐনা খজিক্তুং পুজরকপা অদুসু লোইরে।

– করিগী খজিক্তা মন্ত্রীগী মচা...

– সুকুল অসি মানা য়াদবা মীনি। নুংশিনবনি ঐগা মাগা লুহোংবিয়ু হায়বা য়াদে। ইবানি চেল্লকপনি। মমৈদা ইমানা খরা লোন্না পীরকপনি। ইমাসু অনী লোনবগী অহন্নি; ইমাতোন্না চুম-শো লোইনা পায়বনি।

– ফরে ব্রারী কোন্না তৌরসি নঙ চাক চাদ্রিবনি...।

ষ্টোব থাগৎলে, মৈফু থাগৎলে। থোংব-থাকপদদি নুপীনি, 'ঐনা হেন্না হৈগনি' হায়দনা চঙলে। থোংলে থাক্রে। লৈজবা মানা হৈনগদবা পুথোক্কুনা থোংহল্লে। তশেংনমক হৈ-শিংই থোংবা-থাকপা মরীক চুম্মী।

– অঙাংদি কয়া শুরে সম্মী?

– পোক্লি?

খজিক ইকায়রপ মোমোন তৌই। থোংনা থোংনা মানা ব্রারী মথং মথং লীথরকখি। মানা হৌখিবা অন্না-নুংঙাইদা মপি তারি, ঐনা মাগী হয়েংদগী চহী তরেৎ লেনগদবদুগী মওং-মতৌ কয়া মথং মথং ঙাইহাক খল্লুই। হয়েংমক জেলদা

চত্তুনা উন্নরুগে; মাগা তান্নরুগে; মাগী ব্রা অমা লৌরগা ঐগা লৈমিন্নরগা লৈমিন্নরে, ফজরোইদৌবা ওইরগা মানা অদুম মাগীদা লৈরগা ঐনা মতেঙ পাংবা হায়বদুনি হায়দনা লেপ্লে। চাবা-থকপা লোইরগা কোল-লিক তরং তরং ফেংদোক-চামথোক্লম্মে। ফম্মিন্নরগা ঐনা হৌদোক্তুনা হয়েংমক শুক্র উন্নরুসি হায়বদা মানা হান্না খনবনি ঐবু পঙব্রা ব্রাহনবা থোক্লদ্রা হায়দনা কাঙথোকপা ঙমদ্রবনি হায়। অচৌ অশাং ইমুংগী মীওইনি হায়বা তাকই। হয়েং অয়ূক পূং তরাগী অদুদা চৎমিন্নবা লেপ্লে। মাদি লেকথোকখ্রগে হয়েং হনগে হায়, ঐনা ফজরোই, ফমুং-ফানুংসু অমত্তনি চৎলো থিনবিগে হায়বনি। অদুমকপু মাদি থারগা হিপকে কনানা করি হায়নে'গে হায়নীংবমখৈ হায়জসনু হায়দনা ফনা খাঙই।

– হ! ফত্তে সম্মী; আগা চৎলু। ঐ থিনবিগে, য়ূম্লোন-কৈরোন্নবগী মমিত্তা, ঐনা লৈরিবা য়ূম অসিগী য়ূম্বুদুগী মমাঙদফাওবা ফজদবা ব্রা লৈ।

– কৈদৌয়ে'গে। ধর্ম্মদা কায়দ্রগা লোইরে। শহর ওইজরবসু প্রয়াগনি, সঙ্গমগী শহরনি, ধর্ম্মগী মফম তীর্থ।

চুম্মী। অদুবু ঐ য়ানীংখিদে। চৎখিবদা লেপ্লে। থিনগে হায়বসু য়াদ্রে। চৎলমদাইদা ঐনা লুপা য়াঙ্খেখক পী। লৌ হায়বা য়াদে হয়েং নৎত্রগা কোন্না মফম খঙনা মতেং পাংবীয়ু ঙসিদি পীরনু হায়রে। অদুমকপু কুনদি নমদুনা পায়হল্লে হোরেল ভারা-নুংলা পীনবা হায়দনা। ঐ হয়েং পূং ১০ চপ চানা লাক্লে নঙ লোইদুনা লৈরম্মু হায়বদা মানদুম হানবা য়াই হাল্লবদি হান্না লাক্লে হায়। লম্বেল তাক্লম্মী য়ূম—মুৎথীগঞ্জ য়ূম নম্বর কে.—১০২, এলাহবাদ— ২।

থিন্দোক্লুরে। ফনা শাংনা থিল্লুরে। রিক্সা অমদা তোংলগা চৎখ্রে। সোরোক্কী মৈঙান্দা ঈংনা চীকনা চৎখিবা রিক্সা অদুদা ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈখি; – করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা! ঐবু চৎপনা ফরিব্রা! শুক্লনা হয়েং...! হে-রা শহরগী ময়োন্দবু। ফনা কুইনা তূম্বা য়াখিদে।

য়ূম নম্বর ১০২ দা চঙলুই! য়াম্মা চাউবা য়ূম্নি। থোঙান্দা মী অমা শঙদুনা লৈ। হ! ওন্নরব্রনে! হংলুই–

– 'সিবু কে. ১০২ নৎত্রো?

– বাবুজী ১০২ নি, কে.দি নত্তে। কে.দি তাদ্রি। 'এ' হায়বিব্রো? কনা উম্নবিগদবনো? 'সিদি জজ পান্দেগী য়ূমনি।

— অজ! ও!... অদু য়ুমসিদা ভারাদকা সম্মী কৌবী, শর্মিলা শুক্ল কৌবী...

— বাবুজী অসিদি ভারাগী ব্রা লৈতেনা। ওয়রম্মনি।

— ও,ওয়রম'তারে। ফরে ব্রারৌনুকো।

— এ, করিগী?

হ! ওয়রব্রনে। কে. ১০২নি। চুম্মী। ইহৌদ্রবসু ফজনা নীংশিংলি। 'এ.' হায়রমব্রনে। হায়দে; 'কে.'নি। অদুব্রাইগী য়ুম অম'নীদা চণ্ডদুনা হংলুই। কে. লৈতে; ১০২ লৈ; তু আদগী য়ুমসে, অজগীনি। এ. ১০২ লৈ ৩০২, ৪০২, ৫০২...; কে. সূক্রে লৈতে। শর্মিলা শুক্ল? সুকুল শাক্লি, নুপীদি খোইনা খণ্ডদ্রে। ২০২ দা চণ্ডলুই; মরোঙ মরোঙনি। ভারাদকা অমত্তা শান্দে হায়দনা য়ুম্বু অদুনা হায়রকই। ৩০২ ওফিস ওইরম্মী; ৪০২ চণ্ডলুদ্রে, হাইরপ য়েংদি য়েংলম্মী জেল অদুম শাংলে।

— নো মিষ্টর সিংহ, অনীরক ফাকুনা য়েংলুবা কান্নদে। ঐনা খণ্ডবনি। মিং অদু য়াওদে, রেলব্রেগী মীওই অমত্তা লৈতে; চহী তরেৎকী মিয়াদ অমত্তা য়াওদে! করিগীনো কৈদৌরবনো?

— ঐগী মরূপনি মাগী নুপীদু অব্রাবদা ভারবা, অদুগী অমুক্তা উন্নদবা য়াদ্রবা!

— মাগী নুপীদুনবু জেল অসিদা লৈ হায়ব্রো?

— হায়রমগুম তৌবা! ঐসু মুন্না খণ্ডদবা। অসি ওইরমগদ্রা হায়দনা খনবা।

— নত্তে! লৈতে অসিদদি। খবক তৌরম্বা অমত্তা য়াওদে; রাজনীতিগী মীসু য়াওদে। চূরান-চিষ্ঠী, শোৎলাক-কৈরাকপগুম্বনা অয়াম্বনি।

— ব্রারৌবি' য়াদে জেলর সা'ব।

কৈনোনে হায়রিসিবো! শুক্ল, সম্মী! শুরাংগী সম্মীদুবু সম্মী নৎব্রজাৎলনে? ব্রারী, মপি! রেলরে ষ্টেশন ভান্না চৎলে। ষ্টেশন মাষ্টরগী কাদা চণ্ডদুনা হংলুরে; মিং অদু কৌবা য়াওদে হায়দনা ফজনা হায়রে।

— করিগীনো কৈদৌরে?

— হ! চুম্ন'সুম...। ঐগী মরূপনি। অসিদা ট্রান্সফর তৌরে হায়বগুম তা-বা। নুংশিপ্রবা মরূপনি উন্ননীংদুনা তৌজবনি। ব্রারৌবিবা য়াদে।

থোরকখি। থাজমন্দদনা অকোয়বদু চেপথরপ চেপথরপ য়েংলুই টিকেৎ য়োনবশিং অদুদা হংলুই। অমা অনীদি তাশিন্নদে খরনদি ফজনা হায়রকখি; লৈতবা শেংলে। ষ্টেশন মচা-মচা অম'নীদুদসু য়েংলুরে; লৈতে!

হে-রা! লাকপু লাকচৈনে। ট্রঙ্কোল। ট্রঙ্ক। মাগী অশেংবা লৈফমদুবু। মাগী হান্নগী ষ্টেশন অদুদা...। লাইবক য়েংলে। চাক চাবা নীংশিংদে ফনা কুইনা ঙাইবা তাখি। ঙাইখি। উচীন-নাচীন্না ফংনরে। লাউনরে। ইশক ঙাইহাক তান্নবা মতুংদা ৱারী শাই। মা ঙকখি। ঐনা উন্নদবা য়াম্না কুইরে করি করি কমদৌরি তানীংদনা তৌবনি হায়খি। মরক্তা হংলুই–

– নুংঙাইরিব্রো খৎন-চৈনবা ফরব্রো?

... খৎনবদি ফরে। চৈনবদি চখনরি।

– নঙবু ট্রান্সফর তৌদ্রিবো? তৌরুদ্রিবো?

... নহানৱাইগী অদুদগী 'সিদা তৌরকপসিদগী অদুম লেঙদ্রি।

– সম্মীদি কমদৌরি?

... মা হোস্পিটালদা লৈরি। হাই, ইচানুপা অমা পোক্লে, ঙসি তরূক-তরেৎনিদা ঙাইরি।

– কঙ্গ্রেচুলেশন! ঐনা ঙরাং সম্মীগা নঙগা মঙদা উই হায়বদি নুংঙাইবা পাউ তাদৌসিননিদনা।

... হে-রা, নঙবু সম্মী মশক খঙব্রো, উপ্রবনে?

– তাইবংদদি উদ্রি। মঙদদি ঙরাং উরে। ফজৈ হায়।

... হোরেল মঙোন্দা তম্বীগে। মানদি নঙবু মশক খঙই।

– কমদৌনা?

... নঙনা পীরম্বা মেগাজিন অদুদা নঙগী ফোটো য়াওবদো। নঙসু অমুক্তদি মরাকউ কৈদৌগে! ঐনা ট্রান্সফর তৌবা ঙাইরিব্রো। নহোয়গী প্রয়াগ অদো, তীর্থ অদো মদুদা তাগনি হায়বা থাজদে। অদুবু অমুক্তংদি ঐখোয় অনী অহুম লাকপা ঙম্ব্রা য়েংগে, তীর্থস্নান তৌগে। অওইবা ঙাঙবগী পাপ কোকপা য়াত্রা য়েংগে। নঙনা হেক হেক থীবা প্রয়াগকী শ্লোকতু করিয়ে...।

"কো কহ সকৈ পরয়াগ পরভাৱা" – প্রয়াগকী মঙণবু কনানা থাবা ঙম্বা। হন্না হন্না থীখিবা থীরিবা পৈরেংনি। অর্থ খঙবদি ঙসিদা মঙাইরি।

ঐগী কা থোঙ হেক হাংদোকপগা কোয়েং য়েংই। চাকশঙ মচা অখুবদুদা

চঙদুনা য়েংই। ঙরাং মানা চেকশিন্না লোইশিল্লস্বা অদু মফম ইকায় কায়দে। মানা য়ুংলস্বা পৈরপ তুহৌবা সুমচিং অদুদং লৈমায়দা পূংঙাম ঙামথরম্মে।

ফনবু নুংঙাইহিরিনে প্রয়াগ ইবেম্মা! হোরেন্দগা লাকখোমা। জৈ... গুরুদেব।

*এলাহবাদ, ১৯৭৭*

# শক্তম অমদি শক্তম
# অদুগা শক্তম

সনানা থাম্লবা তকমান, ময়েক মখল মখলদা ইরবা সার্টিফিকেট, লোয়ননা থাগৎ ব্রাহৈগী অইবা চে– মচাশিং মমৌশিংনা, মশূ ময়াম্না অমনমুক পায়– অমনমুক পায়, অমনমুক মুন তৌদুনা য়েংনরম্বনি। পূম্নমক মাগী মাগী কাদা, থংনবা য়ূমদা চৎনখ্রে। ময়াম অদুনা হৌ-হৌ, য়া-য়া, মরেং মরেং চৎপদু উরুবদা ওজা ভৈগো মাগী ঈ মতুম ঙাক্তনি খল্লুবদা নুংঙাইজৈ হরাওজৈ চাউথোকচৈ।

– ইবেচাউবী, হৌজিক্তী ময়ামদু নঙনা পোকখিবা ঙাক্তনিকো।

– হৈমা!

ইবেচাউবীদি চাননা ঙকল্লুরে। চহী তরামরিদা ময়ূম পাল্লকপনি। হৌখিবা চহী ৪৫ লৈমিন্নরকপদা মপুরোইবগী মচীন্দগী মাগী মমিং কৌরকপা অমুক্তা তাখিদ্রি। চহীমুক নমহায় তৌরম্বনা মচা নুপা পোক্লবা মতুংদা 'নুপামচাইমা' হায়দনা ওনখি। মচানুপা মরি, নুপী অহুম মশূ ময়াম অমা, পিবাগী; নিংঙোলশীসু।

ওজা ওইনা হৌরকপনা চহী ৪০ রোম চখরক্লি। হন্দক রিটায়র তৌরে।

চহী অসিমক্তদা সরকারগী মায়কৈদগী 'তমজনফম ওইবা ওজা' হায়বা মিংথোল অসিগা কোন্ননা সনাগী তকমাল, শেল ওইনা কয়া অমসু পীরক্রে। ঙসি সরকারনা শীনবা থোইদোকপা থৌরম অমদা মনাশিং অসি লৌরুবনি। ইমুং হুপ্পা হরাওনা য়েংনরম্বনি। ইমুংদসু নত্তে দেশ অপূম্বা হরাওনৈ। মাবু খঙবা, মাগী মরমদা তাবা পূম্নমক্না হায়নৈ খন্নৈ: "য়াই। ওজা ভৈগো ফংবা য়াবা ওজানি। থেঙবু থেঙমল্লবনি।" মাগা ওজা ওইমিন্নরম্বা, হৌজিকসু ওইহৌরিবা হৌমিন কামিন্নরকপা ওইনা তৌবা খরা নত্তনা পূম্নমক অমত্তা ওইনা নুংঙাইনৈ, পেন্নে— সরকারগী থৌশিল চুম্মী ঙাঙনৈ পৈশাবু কয়ানেবা? ইবেচাউবীনা হংলকই। লীশীং অহুম। খুম্মী, ওজা ভৈগোনা। হরাওরিঙৈ মনুংদুদা খজিক নোক্লিংলকই অহল ওইরবা ওজা। চীক্না চাক ঙাইমিন্নরিঙৈদা ইবেচাউবীনা খংনীং নীংশিংলক্তুনা হায়রকই,

— হৈমা ঐদি কাউরুরে ঙসাই চিঠি অমা পীরম্বনি।

— চিঠিবু কৈনোনে নুংতিগী লাকইদুদি ঙসিদা অহানবা লাকপা ওইনা তৌরিদুবো। নঙবু নুপামচাইমা, ফনসু শিংগৎপা ময়ারবনি। লৈবাক্কী মনা ফংলবা ওজা ভৈগোগী তালোয়নিকো নঙবো। লাউসে চঙশিল্লকউ।

— হৈমা কৈনোনে হনুথংসিদা। চরোদা! অঙাংশিং চঙলকতোকঅরনি। ঙসিদি হনুবা ঙাওইকো; ঙাওদৌরিদা! ঐবু অঙাংশিং মনাক্তা হিপ্পুরসিরা!

অনী খজিক নোকমিন্নে। খুইরবা মিৎপানগী মিৎলৈ মনুংদা ইবেচাউবীনা অদুঙৈগী লুহোংবা মতুং হুম্লিশুবা নুমিৎ অদু উরকখি; শংশং উরকখি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাং ঙল্লপ্পা চাক চারগা নুংশা থীনা থীনা ইবেচাউবী মফি অমা লৌবা ওইনা মখোয় অনীগী কাদা তপ্না তপ্না চঙলুই। ঙাইদুনা লৈরম্বা ভৈগোনা তপ্না চঙশিল্লক্তুনা কোনগে তৌই। ইবেচাউবী য়াম্না পাখৎনা খংনা তুংলোমদা খোঙফম অম'নী হন্দোকই,

— শোকপীরক্কনু।

— করিগী?

ঙক্না হংবনি। ইবেচাউবী ইকাইনা নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌদুনা লৈ; মফী মরোল পংলোইদা লোইশিল্লি। ভাব তারকপা ভৈগোনা খরা অমুক চঙশিল্লি; হায়রকই,

— হৈ! কনাসু খঙহল্লুনু! থোঙ লোল্লগে!

— ই ই! হৌজিক্তা অবোক্লা মাগী মনাক্তা হিপসি হায়দনা ফি লৌবা লাক-অগা।

— অঙাওবী কৈদৌনা তাকথোকউরিবা! লাউসে...।

— হৈমা!

ঙসিগী ইবেচাউবীগী মচীন্দসু 'হৈমা' থোক্লকই। ভৈগোসু ঈরাং অমদা ঙাইহাক্কু তাউরুরমাল্লে।

চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইরগা ঙাহৌ-ঙাহৌ চত্তুনা ঙাইহাক পোথারে। থাবল য়াম্না ফবা নুমিৎনি! য়ূম অচৌবদু ইকোয় কোয়না চত্তুনা য়েংশিনবোইনা য়েংলুরে। মচাশিং মশূশিং কৌদুনা-খোত্তুনা হায়বা য়াবা, তাকপা য়াবা ব্রা অম'নী তাকলম্মগা চঙলক্নে। ইবেচাউবীদি হিপলম্মে। ওজা ভৈগোদি মাগী লাইরিক তৌফমদা চঙলকই। ডাইরী অদু ফাক্লগা নোংমদুগী থৌদোক ব্রাথোক, মরু ওইবা ব্রাখল— নুং অমদি পানগী, ইশিল্লগে খল্লকপগী অদুদা লেফাফা অশাংবা অমা উই। ঙসাই মমানা হায়বা চিঠি অদু ওইরমাল্লে লেপ্লি। পায়খত্তুনা য়েংই। মমিং-মথা চুম্মী। কনাদগী কদায়ব্রায়দগীনো থোইদোকপা মথক্তদি ইরমদে। তপ্না পাই।

''ইকাইখুম্নজরিবা লোয়ননা নুংশিজরবা ওজাগী মফমদা'' — ফনা য়াম্না থায়। মরাকথোক্কী মরাকথোকনি খল্লগা অরোইবগী চেনা ফাক্লগা কনানো য়েংই।

''ওজাগী মতম অমগী<br>কে. কে. দেবী''

কে. কে. দেবী থেংনরুবদা ওজা ভৈগো খজিক নোকফেৎ তৌখি; থম্মোয়গী ঈথিল খজিক হোংই। থোঙলোমদা খজিক য়েংলম্মগা য়াঙলেন চপ তিংনা ফম্মগা পাথরুই।

''চিঠি অসি ফংবদা ওজা ঙকপিবা য়াই। ওজাগী মনা ফংবগী নুংঙাইবা (অমরোমদা অব্রাবা) ফোঙদোকচবা ওইনা থাজখিবনি। থাইনগী ওজাগী ছাত্রীনি খনবিদুনা, অরানবা কয়া লৈরবসু ঙাকপীয়ু। ঙাকপীফম থোক্তবা মতাং য়াওরক্লবসু ঙাকপীগনু; হায়ফম থোকপদগী হেন্না হায়জবা হৈনজদবী থায়নগী ঐহাক অদুনি।

(...নোংমা কুইরবগী ব্রানি স্কুলদনি। নূপীগী স্কুল অদুদা ভৈগো চঙলকপা

কুইদ্রি। নহানি। ওজা মকোক অদুনা মঙোন্দা তম্বীবা তাকপীবগী থবক্কী মথক্তা মপানগী থবক কয়াসু শিন্নে। মপান্দা এক্সকর্শন চৎপগী থবক মানা পুখি। মী খনবা লোইরবা মতুংদা নুপীমচা অনীখক মানা কমনরুমদা থেঙনা মথন্তা ফম্মিঙৈদা লাকখি। অমদি কৃষ্ণকুমারীনি। অমদুনা মমিত্তা মপিমক তা-না য়াওজগে, য়াহনবিয়ু হায়জখি— ভৈগোনা হায়খি— য়েংঙোই ঐনা ঙমদ্রে, খনবা লোইশ্রবনিনা। অদুনা হয়েং নহোয় হেড মিষ্ট্রেসকী ময়ূমদা চৎলো মঙোন্দা হায়জরুচো। হেক্তা কপ্পুচো, শিথশিন্নৌ হায়বা। মতাংদুদা পঙচাউ চাউদ্রিবী কে. কে. দেবীনা হায়খি— হেরা ইবেম্মা নঙসিমা হায়জফম থোকপদগী হেন্না হায়জবা হৌনদে লাক-ও। মরূপ অদুবু চিংদুনা চৎখি। ভৈগো হাইরপ মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই। ব্রাকৎ অদু মাগী শরূক খরা থুংঙমগুম তৌখি। নুমিৎ অদুদা মানা অহানবা ওইনা মশক খঙখিবনি...।)

"ওজাগী লৌশিং মপান নাইদে, অয়াম্বা হীরমদা মমুদ তানা ময়েক শেংনা মরীক চুম্না খঙবদা ময়াম্না থাগৎনবা লোয়ননা ছাত্র-ছাত্রী ফাওবনা কল্লক্কবা চুম্মী হায়বদু কুইরে খঙজবা। ওজাবু থাগচ্চবা ঙম্বগী লৌশিং খজিক ফংজরিবা অসিসু ওজাগী থৌজালননি খনবদা কোক নোন্দবা ঙমজদে। ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ ওজাদা ওজানি; পূম্নমকপু হৈদ-হৈহল্লগে হায়দুনা তাকপী-তম্বীবা ওজাবু কনানা নীংশিংদবা ঙমগদগে। খুদিংমকপু মচা মনাওগুম, মচল-মচাগুম খনবা, ঙাঙবা, লোয়নবা কনানা খঙদবগে। নচা অমগুম, খরা লৈরগা নচন অমগুম লোয়নজরম্মী— ঐসু য়াম্না মুন্না খঙজরম্মী— খঞ্জরম্মী। হৌজিকসু খন্দবদি নত্তে। ওজাগী তমজনফমগী শক্তম ইতিহাস ফাওবনা মুন্না খঙহৌরগদবনি। খল্লুবদা নুংঙাইজে। ওজানা তম্বীরকপনি খল্লুবদা ইচা-ইপুরোইবগী মমাঙদা চাউথোকচরি।

"ওজাগী চন্নবা মীনোক, লৈতেং য়াওদ্রবা ফিজোল, লৌথুপ-লৌকোই লৈত্রবা ঙাঙবা চৈবা পূম্নমক্তা পেনখিদবা মী য়াওখিদে— ঐনা খঙজবা ফাওবদা। শুমহৎখিবী কয়াসু য়াওখি হায়বা ঐ থাজে। অদুগা চন্নবা শক্তম অদুগী কান্নবসু ফংখি নৎত্রগা লৌখি হায়বসু ঐদি খঙই— ইনম্মসু – ওজাগী ইনম্মসু মুন্না খঙই হায়বা ঐ তশেংনা খঙই। চন্নবা য়াংলবা শক্তমগী ব্রাংমদা করি করম্বা শক্তম অমা লোৎলিবা অতৈ কনাসু খঙদে— মী অহম মরি নত্তনা— ওজা অমা, ঐহাক, ইনম্মা... অতৈ খরসু।

''নুমিৎ অদু ঐদি নীংশিংলি। ওজাগী ডাইরীদসু খরদি ইরম্বা য়াই; ওজাদি ডাইরী নুতিগী ইবা মীওইনিনা। য়াওশঙ লোইখিবগীনা মতুং, বারুণীনা য়ৌদ্রিঙৈ; নোংমদো। ঐদি ওজা উন্নবা লাকচবনি নুমিত্তো। মী ফমফম কাদা ফমদুনা লৈখি। ওজাগা কনানো অমগা ওজাগী ষ্টডীদা ব্রারী শাবদু তাখি। অহানবদা ওজানা খোল কল্লপ কল্লপ ঙাঙখি; শাউরপ তৌখি। মমৈদদি ওজা নেমথরকখি। শেল মশীং ঐদি খঙলকখিদে; অঙাং নুপামচা অদুদি য়াম্না ফজনা পাশ তৌখি; ঐসু খঙই। ঐ থাজবসু ঙমখিদে থাজদবসু ঙমখিদে। মদুনা অহানবা অমদি অরোইবসু ওইখিদে হায়না থাজরি। ঐ ওজাগা উন্নজরমদরে; অদুম থোকচরকখি।

''ওজাগী লৈরিবা, থম্নবা লাক্করিবা শক্তম অদুদা ব্রাফমসি কনানসু থাজরোই। হায়রুবা মী অদুদুম অঙাওবা তাগনি। কনানবু হায়রুগনি, মতিক লৈতে। মরক মরক্তা চুরূপ মচৈমা করিমা নোংফাদোক থকপা নত্তনা করিগুম্বা মখলগী নেশা অমত্তা ওজা শীজিন্নদে, ঐখোয় খঙজে। একাদশী ব্রত নিয়ম কায়দনা তৌরকই পূম্নমক্কা থাজনরি। মরক অমা ঙা ফাওবা চারুদ্রে। ময়াম্না কিনৈ। ঙাঙনবা তাখি সন্যাস ওইখিবদুম য়াইকো। ওজাগী গুণদমক হেনগৎখি। ঐখোয়দি ওজাগী মাঙদা তুবৎ শমদুনা চৎপা ফাওবা ঙমজখিদে– হৌজিকসু ঙমজদ্রি, ঙমসু ঙমজরোই।

''নোং য়াম্না তাবা নুমিৎ অদুমসু ওজা শোয়দনা নীংশিংবিরমগনি। (নুমিৎ থা পল্লুবা থোইদোক্তে) ঐ লাকচখিবনি– তহা-তহা; তথক তথক। মতমদু ওজানা ঐবু মতম ফনা চানবিবা মতাংনি। মপূং-মরৈ ফাগৎলকপগী তিনকী-লাইকিরক্তবা মতমদুদা নুপী ওইবগী থোৎলবা থম্মোয়গী ঈহল অমা ওজাগী মিৎয়েং অমদি ব্রাঙাঙনা ইহান হানবা ওইনা ঐগী নুংদা পোকহনবিরকপা নৎত্রগা হৌদোকপীরকপা মতাংনি। মফম-মরাং খঙদনা ঙাওখৎলকপা ঐনি। ওজাবু, অতৈনা তৌবগুম কিজবা হঙ্গোইজবা অহোইনদুম ইকাইখুম্নজবা ফীবম অদুসু অদুম্মক লৈখিবনি, হেনগৎনা লৈরকখিবনি। নোং মরক্তা লাকচখি। ছাটিন মচা অদুনা কনবা ঙমখিদবনা পূমচোৎ চোৎখি। লাক্তবা য়াখিদবনা লাকচখি। য়াম্নমক লাক্লিংনসু লাকচখি। ওজানা তরাম তরাম ওকপিখিবদু খল্লুবদা ঙসি ফাওবা হরাওজরি; চাউথোকচবসু পোকখি।

''নুমিৎ অদু ইনম্মা মপাম চৎখি হায়দুনা লৈরমদে। বাথ-রুমদা ফি হোংদোক্লুরগা, থোঙ হাংদোক্লুনা শৎ থোক্লকপদা ওজানা থোঙ ময়াদা য়াম্না নক্লা

লেপ্তুনা লৈরম্বদু ঐ নীংশিংজরি। ইনম্মগী ফি-রোল অকংবদু শেৎপদু ঐদি হঙ্গোইজখিবনা; ওজাবু উবদা হেন্না ইকাইজখি। হঙ্গোইদনবা ওজানা চম্না চম্না ঙাঙদুনা কোইদনবা লাক্লখি। অদুবু কোইজদবা হঙ্গোইজদবা ঙমখিদে ওজাগী ওপনা হেনখিবনা। ঈংলম্মনি হায়দুনা মৈফু অমা তনথা থাগৎপিখি। ওজাগী ষ্টউীদা য়াইমিম্নখি। ঐনা চিংনবা করম্বা লাইরিক্কী মতাংদনো হায়দনা হংবিরকপা; ঐনা হঙ্গোই হঙ্গোইনা পুথোকখিবা ওজানা মমুদ তানা সুগায়না তাকপীখিবা ঐ ঙসি ফাওবা ভাব তাজরি। তাক্লা তাক্লা ওজানা ঐঙোন্দা য়েংখিবা মিৎয়েং, মতমদুদা পৈদুনা শংত্রিক য়েংদুনা লৈরম্বদা ঐদি তথকচরুরে। অশোয়-অঙামগী থাজবদা ফি শেমজিনবা নত্তনা অতৈ কৈদৌবা ঙমখিদে।

... ওজাবু কৈদৌবিরে?

... কৃষ্ণকুমারী নঙসি য়েংবা নুংঙাই।

... হৈমা করিগীনো ওজা?

... খঙদে। কৈগীনো হায়বদি খঙদে। নুংদি নুংঙাই!

... ঐদি খঙইদো।

... কৈগীনো হায়য়ু য়েংসি।

... অদুবুরো। ...হায়জৌরো?

... হোয়নে, কৈদৌবা?

... অদুবুরো, ইনম্মগী ফি-রোল শেৎপদুদা ইনম্মা নীংশিংবিরৈনি।)

“মতমদুদা ওজানা ইনম্মবু নীংশিংবিখিদব্রা নীংশিংবিখিব্রা খঙবা ঙমজখিদে। ওজানা ঐগী ব্রা তাবদা ‘অঙাওবীসিদি’ হায়দনা নঙ্গন্দা খুবাক্লা থাবিরম্বদুদি ঙসি ফাওবদা নীংশিংলি। কোক্তসু শুরু-শুরু নৈরম্মী অঙাং মচাদা তৌবদৌনা অদুগা কাদগী ঙাহৌ ঙাহৌ থোকখি। ফনা কুইনা ওজা চঙলক্তে। চঙলকপদা কোফী কপ অনী পুদুনা চঙলকখি। ঐনা হঙ্গোইজনা ‘ঐনা লোনজরমগদববু’ হায়না ফোঙদোকখিবা ওজানা কয়াম য়াম্না চমথোকরকপা খনবদা হেন্না হঙ্গোইজখি। কোফী থকপা হেক লোইবগা কপ অনীদু চামথোক্লগে হায়দনা ফুক হৌগৎপগী অদুদা অঙকপা ফংনা কোক উরু-রু ঙাওরকখি। কপ লাম্বদা ঐ উপ্না তুথখি অদুগা ওজানা তপ্না ওক্লগা ঐবু কোন্দুনা থাংখি হায়বা ফাওবদং মতমদুদা খঙহৌই অদুদগী লৌশিং পূম্মাও মাঙপ্রে।

“ঐনা লৌশিং তারকপা মতমদা ফুক হৌগত্তুনা কোয়েং য়েংই। ঐনা

হিপলম্মিবদু ইনম্মগী অতোপ্পা হিদাল অমদূদনি। চোৎনা চোৎনা অদুম লিৎপ্পবা লৌখোকখিদবা ঐগী ফুরিৎ মরোল অনী কৈসুবুদি কায়রমদে হায়ববু কুদাম মফম ওম্লনা পাল্লম্মী, কোচী মফম লান্না ফারম্মী। খজিক চিংনরকপগী অদুদা অখন্নবা কয়াৎ খরদা অঙকপা মখলগী চৈনা ফাওরকখি। ঐ ফুক হৌগত্তুনা বাথরুমদা চেনজঙ চঙখি। খুদক্তা ঐ ইশাগী ফীবম খঙলকখি। ফি হোংদোক হোংদোক্লা — মৈ থাঙ্গৎলগা মিংশেনদা শম-না য়েংলুই। খজায় য়েংলোম মায়রোমদা মথা মথা খাম্মন্বা উরকখি। চৈনা মান্ননা ফাওরকপা খবাকসু হাইগত্তুনা য়েংলুই মথা মথা খাম্মী। চৈনা মান্নবগী মতিক মশোকসু মান্নরম্মী। ফনা কুইনা লৈরগা ঐ খোক্লকখি। কোক ঙাওবা অদুম লৈরি, চোকথবা অমা হেনজিল্লকই। ঈশিং খৌরাংবনা ঙাওরকই। ফমুং মনাক্তা গিলাস অমা লৈরম্বদু থকসিরা খনখি। চিংনবনা অদুম থক্লক্লে। লাইরিক লৌগে চঙলকপদা ওজা নহাক মেজদা নরু লুকথদুনা লৈরম্মী। তুং ওইরপ্পা খিল্লিবা অম্বারী অদু ইহাং হাংদোক্তুনা লৈরম্মী। লাইরিক অনী মরি নত্তুনা অতৈদি মখল মখলগী লীক্লী মঙা ভরুক লৈবা উই। অমসু ইহাং হাংদোক্তুনা লৈরম্মী। গিলাস অমদা থনকোক তৌনা লৈবসু উই। চঙশিন্দুনা থাঙ্গত্তুনা মনম নম্মুই। থক্লুবসু মনমদি ঐখোয়সু খঙই। ঐ ওজাদা তাক্লমদ্রে অদুম খোক্লক্লে। য়ূমদা চুমদ্রিং লাকখি।

"নুমিৎ অদুদগী ঐ ওজা ফাওবদা থাজবা ব্রাৎলবনি। অতৈদি সুকথামক থাজদ্রবনি। নুমিৎ ৬/৭নি লাইরিক তম্বা চৎখিদে। কারকপদা নহাক্লা উন্নে। ঐদি উন্নবা ঙম্মুদ্রে নহাক্লা হান্নগী মওংদা ইকায় কায়দনা ইচম চম্না করিঙম্বা মখলগী অহোংবা অমত্তা হেক য়াওহন্দনা লৈরম্বা, লোয়নরকপা কৌরকপা উবদা হান্নগুম অদুম ঙকখি। ঐসু হান্নগী মওংদু তানবা লাক্লখি। ঐদি ঙমখিদে হায়বা ঐ খঙই। মরমদি নুমিৎ অদুদগী নহাক্কী নমাঙদা চঙবা ঙমখিদ্রে; নহাক্লা কৌরবা ফাওবদা নহাক্কী নয়ূমদা ঐ লাকখিদ্রে লাকপা ঙমখিদ্রে। অদুবু চৎনীংদবদি নত্তে। মরক মরক্তা নহোয়দা চৎখিবা মরূপশিংনা হায়বদগী খঙববু নহাক্লা ঐবু হংলকই, হংহৌই হায়বসিনি। ঐনসু মরূপশিংদা নহাকপু হংনিংবনি অদুবু হংবা ঙমখিদে।

"পঙকুই কুইদনা ঐসু য়ূম পান্দবা য়াদদুনা লাইরিক তম্বা তোকপ্রে। মতুংদা পান্নবা মতুংদা অমুক মথা তমথখি। ওজাগী খৌজান্দগী য়ামদ্রবদা মী অমা ওইনদি অদুম পাঙ্জরি। ইপুরোইবসু পঙফৎ ফত্তবা তৌদে। ঐবু লুনা চান্না তৌবি। মাগী হায়ববু মরক মরক্তা মমিৎ খজিক চোইরকই য়াম্বসু য়াম্মকই। অহানবদদি ঐসু

শাউগে তৌরম্মী হৌজিক শাউদ্রে। মাসু খরা হল্লে। কদায়দা কয়া থাপ্না লৈরিবা করি থবক তৌরিবা ওজাদি খঙবিরম্মোই; কানসু কান্নদে খঙলুবগী। উবসু উবিরম্মোই। ঐনদি ওজাবু তত্তনা উজ্জৈ, হান্নগুম অদুম্মক মশক খঙজৈ, খঙজরি। ঙসিমকসু ওজাগী মনা পীবগী থৌরমদা য়াওজগদৌরি। উবদি উবিরোই। য়ামখ্রবা মীয়াম্নি। অয়াম্বনা ওজাগী ছাত্র-ছাত্রী ওইরকপা ওইগনি। ময়াম মরক অদুদা শরূক মচা অমত্তং ওইনা ঐখোয় ইমা-ইচা (মপাসু) চিদাই অমদা লৈগনি। ইচাশিংদা চাউথোক্না ওজাবু উচ্চগদৌরিবনি। ইপুরোইবগী মমাঙদা পোঙজগদৌরিবনি।

"ময়াম্না ওজাবু খঙলিবা অদু য়ৌনা ঐনা খঙলমদবা য়াই। ঐদি অপঙবীনি 'অঙাওবী'দুনি। অদুগা ময়াম্না খঙদবা, খঙবসু ঙম্মরোইদবা, খঙলবসু থাজরোইদবা শক্তম অমদি ঐনা হেন্না খঙজৈ। ঐদমক খঙবা ওইরমসনু– ওজা নত্তনা। অতৈসু খঙবা য়ানবা ঐনা তৌবা ঙম্মী, হায়বা ঙম্মী, তম্বা ঙম্মী; ফোঙদোকপা ঙম্মী। অদুবু ঐদমক অঙাওবী তাগনি; ঐ খঙই। কনাদবু খঙহল্লুগনি। খঙহল্লুবগী কান্নববু করিনো–হামেং মচানা খোংনাং লায়ওইরবা অমদা ব্রাইরুবা ঐনা নোংমা উরুই। ইপুরোইবদা য়াম্না চেকশিন্না, থাজনা তমনীংনা তমখি। মাদি নোক্তা মনোকখি। ঐদি কপসু কপখি। মাদি খঙখিদে।

"ওজাগী মফমদা নৎত্রগা মায়োক্তা করিগুম্বা মখলগী ব্রাকৎ অমত্তা কচ্চবা নত্তে। লৈবশিং থোক্লবসু ঐগী লন্নাইগী ওইনা থমজরে। অরোইবদা ঐনা হায়জগদবা হায়ববু চিঠি অসিদং লেফাফাগা কোম্ননা, পাবা হেক লোইবগা মৈ থাদোকপীয়ু। য়ারবদি ওজাগী তূম্ফম কাদুদদি থাবিগনু। কাদুদি মনম য়াম্না নুংশি ঙসি ফাওবা নুংশিরমখিনি। চে মৈ চাকপসি হৈনদবা মীদদি য়াম্না হৈনদবনি। লোইজরে, মঙ্গল ওইবিয়ু, ঐখোয়দসু পীনবিয়ু।"

ওজা ভৈগো পারগা ফনা কুইনা আনোক লৌথোক্লগা মখূৎ অনীনা মমিৎ খুমদুনা লৈখি। ঙাইহাক লৈরুরগা চিঠি অদু মশাগী লেফাফাগা কোম্ননা, অচেৎপা অথাবা ফি থারবা চেখাও অমদা নীংথিনা হাপচিল্লগা চা নম্মী, ষ্টিলগী উপুদু মথং-মথং, মরোল-মরোল হাংদোক্লগা মাগী ব্রিল হাপ্পা দরব্রার মচাদুদা হাপচিনখি। তূম্মগে চঙলকই। ইবেচাউবীগী মোন ময়াদা মাগী তকমান অদু সনামচুঙ্গী রিবোন অদুগা কোম্ননা চেপ্না তাদুনা লৈবা উই। ইশি শিনা তূম্মিবা নুপীবু কাবক মুম্না য়েংলগা নুং ফাওনা খজিক মোমোন তৌখি। চেপ্লিবা তকমান

থোক উপশিল্লম্মী। ফমুং চঙখি।

খরা লৈরগা মাগী ব্রিলদা, অরোইবদা পরেং অমা হাপচিনখি "ঐনা শিরবা মতুং চহী অমা লৈরগা, ফিরোই হেক লোইবগী নোংঙাল্লগা ঐগী লেফাফা 'বি/এল' অসি হাংদোকপা অদুগা ময়াম পাবা য়ানবা মনুংগী মচাক অসি ফোঙদোকপা।" উকিল মমান্নবা অদুদি নোকখি– হৌনা নোকখি।

ওজা ভৈগো শিদ্রি। শিরবা মতুংদসু চহী অমগা অমুক ঙাইবা তারি। ওজা ভৈগো ময়াম মরক্তা চঙ-চঙ লাউনা হিংলি।

ইম্ফাল, ১৯৭৭

## মহা য়েনশঙ শঙ্গারে

সমাজ সেবী তোলমুনা লিরপ তারবা খবর অদু শংত্রিক য়েংদুনা হন্না হন্না, জোনে চঙনা পারস্বদগী মরায় থোক হাইগত্তুনা মমিৎ কুফেৎ-কাফেৎ কুপ্তুনা ফনা কুইনা খন্দুনা লৈ। ফক্তগী বেরী অদু অমা চম্মগা মৈখু শাংনা কাম্মি। মানা পারস্বা খবরগী শরূক অদুদা অমুক য়েংথে। মথন্নতা মঙক নোন্নপ নোন্নপ খল্লম্মগা লৈখাই তারকই। কাচিন্দা চীংমী ফি খ্বাঙদা হৌরিবা মাগী নুপীদা হায়রকই,

— হায়, চাউবীরৈ চাক থাগৎলুরো। ইম্ফাল কাগে।

— করি অমুক হৌদৌরে?

— মন্ত্রী উন্নরুগে। শেঙ্গাওগী মমী অমা উরে।

চাউবীরৈ খজিক মোমোন তৌখি। খল্লি নুংদা— হন্দক্লা পাখবীগী তাউথবী লৌফম অসি চৎখিবা শোয়দ্রে, মচীন্দি থোক্তে। মপুরোইবগী মফীং মা খঙই। চাক অদুম মথাগৎলি। নুমিৎ হুম্নি ইম্ফালদা নৈরুরবা, হূমুরবা মতুংদা তোলমু ঙস্তানা অহানবা বসতা হাইথরকই। গাড়ীদগী হেক কুমথবগা, ময়ূম চঙলমদে, করিম খানগী শোয় তম্মকই।

— হো তা'করিম লৈব্রো?

— ঐমা! কৈনো ইবুংঙো তোলমু মঙ-হাদৌনা?

— অস তা'করিম হন্দক্তি ঐখোয়গী খুল অহুম-মরি অসি হৌবা শোয়দ্রে। ঐখোয়গী খুঙ্গাগী পার কেপিতা চাগা অসি অঙকপা ফংদৌরি জাৎনি। সরকারনসু শেল অসি হেক্তা হৈথদৌরি। মন্ত্রী ইতে তেহৌরে। মশেম মী অমা থারক্তুনা ময়ামগা তান-খোৎনা তৌরনি। খুন্দিম্নহৌরসি। তা'করিমদা য়েন কয়া লৈ?

খুন্দিম্নবা কান্দা মন্ত্রীনা ওফিসকী মী থারক্কনি হায়বদু অচিনবা অমা লৈবদগী লাক্ত্রে। পাউ থোইদোকপা খঙনবা নত্তে। ফনা কুইনা ঙাইরবা মতুংদা সোসিয়েল ৱার্কর শ্রীতোলমুনা ময়ামদা লাউথোকপনি। চাকঙাই খুন্দিনগী কায়নরমদাই ঙাইহাক অদুদা তোলমুনা সমজাইরকখি,

— মসি সুম তৌবনি ইপল, ইবাই থোজোসু তাবিয়ু, তা'মেরা, ইপুঙঙাং চাউচা, মরূপ লুখোই, আবেরহোয়সু তাবিয়ু। য়েন অসি মপী ১০০০ এমপ্লোই তৌশিনবা। চাবা হায়রা চগুম চনাই ঐখোয় য়ূম অমমমনা হুন্দোক্লিবসি ওস্লোক্লা য়ামখ্রপোৎনি; করি হায়গে তা'করিম।

মু. করিম খুম্বা শংদে কঙক্র কন্না মৈ চাকলি। মহোয় অনী অহুম ওনশিন্নরগা ঙসাইনা নৈরগা ককপা হৌখ্রবনি। সাফী তোলমুনা পীরম্বনি। করিম পক-পক তৌরি মঙক্তি মনোম্মী তোলমু মখা চখ্যরকই,

— মপী ১০০০ অদুনা, লীশীংদু লোইনা হায়গুমসি ৮০০ হায়সি; ৮০০ সু তোকও ৫০০/৫০০ না নোংমদা য়েরুম ৫০০/৫০০। হৌজিক হৌজিকমক ঐখোয়গী খুল অসিদা য়েরুম অমদা পৈশা ৬০/৭০ পীরি। ইম্ফালদদি, ইমাই নচীন থী হায়নি, লুপা অনীগী অহুম তৌরগা পৈশা ১০ নম্বনি। মদুসু পীশক পীশক মোংব-মরুমগুম্বা ঙাক্তা। ফরে মদুনা চোইনা থাবগী ওইজরবসু পূন্না থাবগীদা পার হেডতা, অমমমদা পৈশা ৫০/৫০ সোল তৌরবদি, কয়া য়াম্মনো য়েংউদো ৫০/৫০ দু ৫০০; লুপা টু হন্দ্রেন ফোকতি; নোংমদা ২৫০/২৫০। নুমিৎ নিনিদা ৫০০; মরিনিদা ১০০০; থা অমদা লুপা অসি ৭৫০০; ১০০০০ দগীনা ২৫০ দা মতারবা। মসি ঐখোয়না লিংখৎকদৌরিবা ফার্ম অসিদা কাদৌরিবনি, ঐখোয় খুল অহুম অসিগী পৈশা ওইদৌরিবনি। চহী অমদা লুপা লীশীং ৯০ লুপা লীশীং ৯০ অসিবু লৈরবদা ঐখোয় খুঙংগী লৌমীশিংনা ইম্ফালগী মহাজোনশিংদগী শেল করিগী পূরুনি। লৌ শান্দুনা করিগী উজরুনি। ইচা ইনাউ লাইরিক তম্বগী ওইনা চা' ওক্তবা ফৌ করিগী তাইরুগদগে! খো-খোপ্লা ফামগী

চাগাদগী এক্সপেন্স তৌদৌরিবনি। ঐখোয় হারু-হারু চেনবগী দরকার লৈত্রে। মথংগী চহীদা ভেক্টর অমা হায়া বাই তৌশিনগনি খুলগী ওইনা। মথঙ চহী অম'নীগী মনুংদা ইরেকত্রিকনা পুংলং লংনা থানগনি, টোটি লৌথরক্কনি।

ময়ায়দা অমখক্তং তরক-তরক থাল্লিবা লালটেন অদু নুংশিৎ চঙঙমাল্লে পুক-পুক ঙাইহাক তৌরম্মগা পুৎ মূৎপ্রে। থামম্বা নুমিদাং অদুদা অমগা অমগা বেরী লায়বগী মঙাল মরক অদুদা অহানবা মীটিং ফনা হৈংনা চত্থখি। কুইদি কুইরমদ্রে।

মথং মঙানি তরানি কায়-কায়না অনী অহত্রক্কা ভিন্নখি। মী মশীংদি খাইবোক খাইবোক হল্লরকখি। অদুবু ব্রারেপতি ফজ্জ ফজনা তাখি। মরক অসিদা ময়ামগী সেবা ফংজরিবা তোলমু ইম্ফাল ভোয়না কারুই। মায়খোঙ মকা লায়া লায়া হাইথরকই। চাউবীরৈদা থাজ থাজরবা ব্রাফম কয়া মরীক চুয়া চুয়া তম্মৈ। ভাউথবী লৌফম অদু অউনলৌ নত্তে। ভূস্মমদাইদা শোনবোই লাকপোই ঙাঙখিবা চাউবীরৈ তাহৌগুম তৌই– শঙ্গাবদা মন্ত্রী অমত্তংবু কুঘীরক্লবদি শেঙ্গুদুবুদি শেংলে। অহানবা ইনটোলমেন্টদুবু ফংহৌরদি ফরেদা; জয় গুরুদেব।

চাউরাক্লা য়ানখিবা অমদি তোলমুনা থাঙখিবা চাগী লমন শিংবা ওইনা খুলগী নহারোল অমদি অহল্লোন খরনা ময়ূম ময়ূমদগী উ-ব্রা খরা খরা পুখোক্লুনা অয়ুক চাকচামাঙদা শঙ অমা শারে। ইমোম খরা, চরু খরা, অনকপদগী ব্রায়রগা মথক কাবক কাবক ওখাক ফজনা কুপশিল্লে। ব্রাচেংনা ইকোয় কোয়না ফক্লাং খারে। য়োংশী য়ৈরুবা ফরক তাবদগী ব্রানৌগী পৈয়ানা লল্লপ পুল্লে। খুকউমুক ব্রাংনা কাংথক হারে, অব্রায়বা ফক্লোংনা। দীপ লিটরগী থাজবদা তোলমুনা হায়বদগী ব্রাই চরু, নাপী-মকুয়া কাংথক অদুদা চাউরাক্লা চাইরে। মচীক্লাক পীজনবা খুদেং শেগায়বা অম'নী থম্মে। মরূম কোকফম ওইনা ফি মতৎ-মতাগুম্বা খরা কাচিন কাচীন্দা কৈজ্জা কোন্দুনা থম্মে। মওং ওখাক্লা তারকপগী অদুদা তোলমুনা মাগী মচিং নাইবা খুদাং ঘড়ী অমদা য়েংজুরগা হায়রকই,

– হৈমা! য়েনদি! মীগী প্রধান অতিথিদি য়ৌরক্লনি অস! হো... তা করিম, জলাল, তোম্বা, মৈনো ইম্ফালদগী মীদি লাক্লরনি; য়েন অমুক্তা থমসি চেল্লু। ঐনা লোইনা হায়নরম্মবনি হেক্তা পীনরক্কনি।

করিম চেনপ্রে। জলাল, তোম্বা, মৈনোনচিংবনা অনকপদগী অমমম অনীনি কোন্দুনা পুয়ক্লে। চাউরবা শঙ অদুদা থাজিল্লে। থাজিনবদা অমদি নাম্বোক্লুনা

লবুকলোমদা ফৈনা মখোঙ চাউকান চাউকান চথোকখি। অঙাং ময়াম্না পুল্লপ তান্নদুনা ফাবদা মখোঙ নাম তেক্লে। তেক্লবসু তেক্লা ফার্মগীনি মশীং ব্রাৎপা য়াবা নত্তে, বোইজাওদা মশীং চনখ্রবনি। বোইজাওদা মচু মখল মখলগী মুক্লা ইবা হিসাবতি ঙসি ফাওবগী ওইনা য়েনবী য়েনবা য়েন্নাউ পূন্না শীশীং অমদগী য়াম্না তাদে। তোলমুনা তৌবা ফিজিকেল ভেরিফিকেশনদা ফংবনা– য়েনবী অহল মঙা; য়েনবা অনী, মখোঙ নাম তেকপদুগা অহুম; মতু কেনখিবদগী অমুক হৌরক্লবা সোইনৌ নিপাল, অদুগী মনুংদা অহুমখক্তি মঙক ইরেক লেকখৈ কুন্দুনতা লৈ চাউ-থকউ ইয়া য়াদে। অমখক্তি তোলমুনা চঙশিন্দুনা পায়রুবদা মঙক ইল্লি-ইল্লি তৌরম্মগা লেকখখিবদগী অদুম হৌগৎলক্লে। য়েন্নাও তরামুক্লদি মশা নাম্বা, মচীন পৈবা, মখোঙ কোনবা, খরা য়াওরবসু মশা লোইনা খীংলি পুল্লপ পুল্লপ চেনবা ঙন্নি। মরুম্না ১৩ শুরে। পূন্না থম্মী।

মতম চপ চাবদগী পূং মরিরোমদং খেঙথনা শঙ্গাবগী থৌরম অদু হৌখি। প্রধান অতিথিনা রিবোন অঙাংবদু ফজনা ককখি। মমশিল্লক্লবদুদা তহা-তহা হোৎনখি। মানা পীবা ভাষন্দা য়েন অমদি য়েরুম্না লৈবাক্কী অর্থনীতিদা করম্বা মখলগী অওনবা অমা পুরকপগে হায়বদু মরীক চুম্না পনখি। লোয়ননা য়েরুম, শঙ্গোম অমদি লফোয়নচিংবগী হকচাংদা কান্নবা ময়ামদা নৌহৌননা খঙহনখি। অরোইবদা লমদম অদোমগী লৌমী প্রজাবু নোম্বা কল্লি, খুমাঙ চাওশিন্না গ্যান তাশিন্সি; লোয়ননা লিংজেল মান্নে হায়না থাগৎলম্মী। মীখল ব্রাউরী-ব্রাউরী নকশিল্লকপগুম তৌবা মতাংগী ওইনসু দলগী ব্রা অনী-মরি ফেনজিল্লমগুম তৌই; ময়েক-মশাদি ইফোং ফোংফাত্তে। অকক্লবা শেল্লুগী ব্রাফম্না ব্রাখৈখি। ফার্মগী পোথোক্লা থোং থাকপা চাকলেন অমা শীনগনি তৌবনি, চিন্নবা মশেল ওইবনা খূদোল খরা চাউরপ পুরগা অতিথি লেঙখ্রে। চাউবীরৈনা শাবা ফি অদুনা খূদোনপোৎ য়োমখি।

থাবল মরক্তা য়েনশঙ অদু শীদুনা মানা মানা পুথোরকপা ব্রা, ই, ব্রাচেৎ পুশিন্নখি। মাগী মাগী য়েন ফাদুনা পুনখি। মঙানি তরুক্লি মতুংদা উখুল ফাওবা মমি লৈখিদে। স্তোক রেজিস্টার তোলমুগীদা থম্মী। নুতিগী শুরি। কেশবুকনা করিমগীদা থম্মী; অদুম সূরি।

*ইম্ফাল*, ১৯৭৯

# মূর্তি মন্দির অমদি থৌরাণী

আগরবর্তি অহুম মথং মথং চুখৎলে। খোয়রুম মোমোন তৌনা বাসী পৈরপ থোল্লিবা পীক্তক চেংতকপা মবুংঙোগী মূর্তিদা মুন্না য়েংজরগা মথূৎ অনী লোন্নজরে। মমিৎ চেজেৎ উইশিল্লে। পীক্লিঙৈদগী ফাজরকপা, নুতিগী অয়ুক অমুক, নুমিদাং অমুক থীজদুনা লাক্লবা মন্ত্র তপ্না থীরে। মখা তারকপদা মবুক্লীংদগী মশা ফাওবা খঙহল্লমদে, চিবোন চিবোনগী সূরদা মখোল থোক্লকই।

"ননাইবু চানবিবগী চানবীবা কৃপা তৌবিয়ু! মহাক্না থুংলগনি হায়রকপা নুমিত্তুনি ঙসি। শোয়দনা লাকহনবিরো। ইনাক্তা য়ৌহনবিরো। ঐগী থব্রায়নি পীনবিরো দায়াময়, তোল্লবশিংগী মপু, ননাইগী থব্রায় তোল্লবীদা শিন্নবিরো। কুইমল্লে কায়নবা...: কুইমনখ্রে গোপীনাথ।"

কায়নবা। মমিৎ অনীমক্তা পিরাং মরী-মরী অতৎপা লৈতনা শিন্থরকই। পিরাং মরক অদুদা ইকাইরপ্না মোমোনসু তৌরকই। হয়েংদি চৎপা তারে হায়দনা টিকেট পুদুনা লাকপা নুমিৎ অদুগী নুমিদাং অমা চাক থোংনা থোংনা হেমলতা, খাঙবমখৈ খাঙজরম্মগা ঙম্মক্তদুনা হিক্লা-হিক্লা কপললকখি। হয়েং পুগদবা চে-চাং থিদোক্লিবা নন্দকিশোরনা নোকফেৎ তৌরগা তপ্না চংশিল্লক্লুনা তুংলোমদগী তপ্না

কোনশিল্লক্লগা মখূৎ অনীনা মপি তৈথোকপীরকই। হীটর খজিক লৈখৎকে তিংথোরকপা হেমলতাগী মখূৎ চেৎনা পায়রগা মঙোনলোমদা মায়ওনশিনহল্লি।

— কৈনো হেমো, ঐবু চৎলনু হায়ব্রো?

— চৎলুনুবা য়ারবদি। য়াব্রো?

— য়াবাইবু থবক তোক্লগা লোইরে। তোক্লসিরা?

— তোকও পঙচৎতা চৎপা থবক্তু তোকপিরো খিৎ।

— তোকথোক্লগা কনানা থাকপিগনি?

— ঐ থাক্কে। ইনাক্তা লেঙদনা লৈবিয়ু। লৌ ভারী'মা পুরকই, সনামক্তনা ইবানী কায়'চা লোইরোই। অরেম্বদা তাল্লিবা পৈশানি। তোকপিরো।

— ঐদি মীগী মরল চাবা হৈনদেনে ইবেম্মা থৌরাণী।

— হৈনরিরোই। মীবুদি চাবদা হালেঙদ্রগা।

— মীসিবুদি ঐগীনি। হৌজিকসু চাথোক্কে, সে।

— কৈনোনে ঙাওমানেনে, সে হীটর...।

পিরাং মরক্তা খজিক নোক্লকখি। লোন্নরিবা মখূৎকী খূনম্না মচীনবান্দা হন্না হন্না কাইদ কাইদ তক্তুনা লৈ। লোইরোইনা কারকপা ধুপ মচৈ মঙাগী মৈখুদা পৈরপ্না শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। ধুপকী মৈখু মরক্তা অদুঙৈগী নন্দকিশোরগী চুরুপকী মৈখু মশেন-মরাং ফাওরকই। লেপ্না-লেপ্না মূর্তি লেঙশিল্লিবা রেক অদুদা ঙাথরকই মখুনীংনা শৌরগা য়েংদুনা লৈ। চুরুপকী মৈখু...

লুহোংবা নুমিৎকী নোংঙানবা অয়ুক্নি। হেমলতা ঈরু-মায়থজরুরগা মশম তৈথোক-তৈথোক্না কাদা চঙলকখি। য়ুমজাওগী মাবু য়েংগদবগীদা তৌবা মীয়াম মরক অদু উচিন-নাচিন্না ফাওদুনা লাকখি। মখোয়গী কা য়ৌরকপদা মশাদু ব্রাই ইশং শংজৈ। তয়াং তয়াং থোঙজিন হেক কানশিল্লকপগী অদুদা সোফাদা ঙাথদুনা পোত্থাবগী ফমফমদা নন্দকিশোর ফমদুনা চুরুপ মৈখু শাংনা শাংনা কামখত্তুনা লৈবদু উবদা মশাদু স্বাই! থোঙলোমদা মতুং ওনশিনবনি। মাবু য়েংলকপা নত্তে। অদুবু মশাগী মফি পঙলোইদা লোইশিন্দুনা খুনীং কাংগাং-কাংগাং চঙলকই; মশাদু ব্রাই পঙচিন্দা চিল্লকখি। ড্রেশিং টেবলগী মিংশেল মমাঙদা নন্দকিশোরলোমদা তুং ওনশিল্লপ তৌদুনা ফম্মগা মশম সুম্মী। হাইরপসু য়েংলুই। মৈখু কাঙোই মরি মরি কামখত্তুনা অদুম ফম্মী। কাঙোই অদুগী অহোবদু ফাওদুনা কামথোক্লকপা কাঙোই অদুদা মুন্না ঙাইহাক য়েংলুই। খঙনীং নীংশিংলক্তুনা মপুরোইবদা য়েংলুই।

মঙোন্দা পৈরপ্না য়াম্না ঈখৌ লাংনা য়েংদুনা লৈরম্মে। মশাদু য়ুবী থৌরীগী মতু চোম্বা কার্পেৎ মথক্তা ওনবদুঙাই শাউবীং শাউবীং লাউই। লৈথোরক্লগা মোমোন তৌনা খাঙই।

— ঈরুজরুরব্রা?

— উম।

— করিগী?

হেমো খুমদে। খুমফম খঙদে। খল্লি— লুরিনিদনা। মোমোন্দা মতৌই। য়েংসু য়েংথোক্লুদে। নন্দকিশোরনা লামদুনা মশম তৈথোক্লিবা টাব্রেল অদু পায়রগা তপ্লি তপ্লি চিংলুই। ঙাইহাক খাঙই; কন্না খাঙই। অঙম খজিক তাল্লকপগী অদুদা থাদোরকখি। লৌরুরগা অমুক পীরকপদা থাজদুনা মখূৎ তিংথোকলুই। মখূৎ অদু ফাখ্রে। তপ্না তপ্না চিংলকই। হেমো গতি লৈতে থোঙলোমদা য়েংলুই।

— কৈনো। মী ইমাহোয় লাকতোকঅরনি। অঙাংশিং—।

— লাকওই। চঙশিল্লকউ ব্রা অমা হংগে।

— অদুম হংঙো।

— মী তাখিনি।

— তারোই, লৈতে।

— তো, ঐনা হায়দ্রা মী লাকওই হায়দনা।

অমুকসু খুমফম খঙদে। মশানা মায়থিরে হায়বা য়াজখি। মায়থিবনা হেন্না নুংঙাইজখি। ইকায়না মোমোন তৌজখি। হৌখিবা অহিং নীংশিংলুরগা মমায় হাইগৎপা ঙমজখিদে। তপ্না-তপ্না চঙশিনবমক তাখি। ব্রাসু হায়রকখিদে। হন্না হন্না চৈনীংখি চৈসু চৈখি। শাউজিন্নরুই। অদুগা ইকাই মোমোন্দি খাঙবা মঙমখিদে।

মূর্তিগী নাকন্দা খিল্লিবা নন্দকিশোরগী ফোটো ঙম্মিবমখৈ য়েংদুনা লৈরম্মী। শিম্বরক্লিবা মপি তৈথোক্লগা ফোটো অদুদা শীংনরকই— খঙনীদনা ঙসি নঙ য়ৌদা য়ৌরকখোবা। নহানব্রাইগী লমন খুমগেবা! হিংনা চাবা হিংচাবা! ঙসি চাথোক্কেবা। সুকথা থারোই। থাদোক্তুনতা পঙচৎতা চৎপা। মীনুংশিসু খঙদবা। খঙনি ঙসি থাদোকপ্রা য়েংউ! নথবাক্তা মায় উপশিল্লগা কপকেবা নঙ। নশাদু পিসিনা পুংলুপ লূপহনগে, মীওৎপা নঙ!

ঙাঙনা ঙাঙনা, শোন্না শোন্না ঘড়ীদা য়েংখৎলুই। এ! খিত্তা ঙাইরম্মেকো। থবক থনা লোইনা ইহীং হিংলিনা। য়ৌরকপগা লাঙলরদৌনি। ঙাসু শেমদ্রি।

বামোন নুপামচাদুসু হেক থাদোকখ্রেদো। চা হান্না থাগৎলসিরা। য়ৌরকফাৎত্রিঙৈদগী হৌনা হায়রদৌনি চা-চা-চা! মহোয় মপানা লৈবা মীনাইদৌনা। হ! চাদি মানা ফোন তৌরকপগী অদুদগী থাগৎলসু আ হেন্দোক্না নংই। ঈরুজনবা ঈশিংদুম শাহনসিরা। লুমখৈ লুম্মগা আ হোটেলদা লুরকএ হায়দনা হেক মতোকই। লুমদ্রবসু ঙাঙদৌনি হেক্তা। লাইমা ফত্তে কোচ্ছাবসি। ফৈ য়ৌদ য়ৌরকখিসনু।

মথন্তা তহা তহাজে। ফোন পায়খত্তুনা সিটি ওফিসতা হংলুই– কমদৌবা? ...ঙাইহাক ব্রাৎলি হায়বা। ...ফনি ...ফ্লাইট কেনশেলকাদি তৌখিরোইকো। ...ও! ...ফনি থমজরগে।

ফমুং-ফানুং তনান তনান্না লৈরিবদু অমুক্তা শীৎ শীৎ নাল্লি, কল্লোকলুই। মোনখুম অদু য়েংলুই। মা মশানা লোনখিবদুনি লৈরোংতনা 'ওনলী ফোর মী' হায়না থাবা মোনখুম অদু মাগীদা অমুক খুম্মী নন্দকিশোরগীদা অমুক খুম্মী, ঙাইহাক অমুক য়েংই, খল্লি। মমৈথংদা ফমুং অমত্তবু অঙ্কানি হায়না খল্লদুনা হান্নগীদুদা অদুম থম্মে। মোন অনীদুদি খজিক নকশিন্নহল্লম্মী খঙহৌদনা ঈশৈ খজিক ঙংলকই। মিংশেন্দা চঙশিল্লক্তুনা মশম-মনা খজিক শেমজিল্লি। মিংশেল হেক য়েংবা খূদিংগী অদুনা হান্না উদুনতা লাক্লবা মিৎমৈ ময়াগী শমব্রূ অদু হেন্না ময়েক লানা উরকই। নৌহৌননা শমব্রূ অদুনা অদুঙৈগী মঙানী চাক্লৌবগী অহিংদা নন্দকিশোরনা হায়খিবা অদু ময়েক অমফাওবা চিংখদনা তারক্লি– "হেমো, নঙগী অসিদৈ শমব্রূসে ওল্লোক্লা রাসী লৈখ্রেদা। ফজবগা রাসীগা পূনবসিদদি ঐ লোইরে, শিবা চঙবগী ব্রাকা কাউরে।" নুমিত্তুদা মানা করি খুমখি হায়খিবা নীংশিংলুবা শংদ্রে। শমব্রূ অদুদা খুৎয়ায়না মারি মারি তক্লগা মিংশেন্দা ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈখি। খল্লকই– নশা শিবা চঙবগী ব্রা কাউজরবদি ফৈয়ে মীসু হাৎকদৌরে হিংচাবা। খনবদগী মখোল খজিকসু থোক্লকই।

মপান্দা মন্দিরগী কাংসি মখোল তারকই। মমিৎ-মনা খংশিং শিংলকই। ফিশেং তনহোং হোংদুনা মপোৎ-মচৈ পুদুনা থোক্লকই। ঘড়ীসু অমুক্তা য়েংলম্মী। লাইশঙগী শো হাংদোক্লগা লাপ্লপ্পা নুতিগী মতৌঙম মকোক লৈপাক শোক্লা খুরুমজে। পোৎ-চৈ শেম্না শেম্না এনশাং নাপী শেম্না শেম্না থোঙালোমদদা য়েংই, যূমগী থোঙলোমদদা য়েংবদুদা লাইসেবাগী লাকপা বামোন ইবুংঙোদুনা হায়রকই,

– কৈনো ইতৈমা থবক লৈরবরা লেংশিল্লো ঐ তৌগে কৈদৌগে ব্রালহৌবা

লোইরগা তাকচরক্কে।

— হোয়নে ইবুংঙো ইতৈমা ইরাং লাংএ। ফনবা অদুম তৌরোকো, অব্রাৎ-অপা য়াওরগা হেক লাউরকউ ইতৈমা চথোকলোই।

হেমো চঙলকই। বামোন মচাদুনা য়েংদুনা লৈহৌই। চঙখিবীদুগী তুংয়ান মুম্না য়েং লৈহৌই। মবুক্লীংদু হান্নগুম মরাঙ মরাংহৌই। অঙাং ওইরিঙৈদগী খঙলকপনি খলহৌই— মসি তশেংনা ফজরবা হায়বদু ওইতাইয়ে।

নুমিত্তু নন্দকিশোর লাক্রে। প্লেন অনীরক লাকখ্রে। হংলে ঙাইরে য়াওরক্রে। লাক্তবা শেংলে। নুংখিল চুপ্নদুমা হেমো ফমুংদা কপ্না কপ্না ঙাইহাক্তা পোথাদে। চাকসু য়াতোন তংলগা তোক্রে। থোঙ চেজেৎ লোনশিল্লগা চঙজফম ওইরিবা মবুংঙোগী মূর্তি অদুগী মমাঙদা, রেক্তা মকোক শৌরগা হিক্রা-হিক্রা কপচৈ। মরোল মরিদি ইহায় হায়দে। য়াচঙলকপগী অদুদা মমায় মমিৎ ইপোম পোম্মদনা লাইধুপ কৎলম্মী। লাইশঙগী শো লাম্থোক্লম্মী। অমুক চঙশিল্লক্তুনা হিপ্লে। মপি তৈথোকপদা শমব্র্ মপাদা মখূৎ ঙাইহাক লেপ্লি। হন্দক্তি মপুরোইবগী ব্রাঙাঙগা লোয়ননা অদুঙৈ মবেল খৌরাণীনা মানা অঙাং ওইরিঙৈদা হায়খিবা শোনখিবা অমা খংতা তারকই— ‘ইশূগী রাসীদি অসিদা পূমহৈ হৈজিল্লে। অদুবু ইবেনদি ব্রাইদা, পিতাফম খজিক নক্লপ থোকমাল্লেনে। লাই কন্না নীংঙু ইবেম্মা ইশূদি বৈষ্ণবীগী লৈখোন চঙই।’ মতমদুদগী হৌনা মবেম্না ঈশ্বরগী অঙক অঙকপা খৌজালগী ব্রারী তত্তনা লীবিখি। হৈরুক শেম্বা, তাঙ্গা য়াৎপা, লৈ লেংবা, আসোন শেম্বা পূন্নমক মতাং চাবা কান্দা তম্বী ভাকপীদুনা লাকখি। হৈসু হৈরকখি। শীজ লাইওইবীগুম, মীরাগুম পীক্লিঙৈদগী মবুংঙোদা থাজবা অমদি ভক্তি থমজরকখি। লুহোংলবা মতুংদা মপুরোইবগা পূন্না মূর্তি অনী ঈরাৎচরি। অমনা ঈশ্বরনি, শকনায়দবা মপু, অমনা মপুরোইবনি; শক্লায়বা ঈশ্বর, মিৎনা উবা লাই। ব্রাফম অসি কনা অমতনা তম্বীখিবা নত্তে মশাদা ফাওজরকপা, মথম্মোয়না থাজজবা ব্রাফমনি। মপুরোইবা নন্দকিশোরনসু নুংশিনা য়াবিখি। মানা হায়বা ম্নাদবা খোইনা তৌদবনি।

নুমিত্তু নন্দকিশোর অরুবা থবক অমা চৎকনি হায়দনা অহিং নোং ঙাল্লমদাইদগী লাঙলকপনি। ব্রেকফাষ্ট মচা অমত্তং লৌখিগে হায়বনি। হেমোসু কন্না হোৎনরি। খেঙলে হায়দনা তহা তহানা চঙদুনা য়েংলুবদা থাউ থাজৎলম্মগা মাগী রেক্তী মূর্তি অদুদা লৈ-শু কক্তুনা মমিং উইশিন্দুনা লৈরম্বা খেংনবদা নন্দকিশোর,

পঙশাউ শাউগন্দবা বামোন নত্তে, মথোঙ মরম ইখঙ খঙহৌদনা ব্রং। চৈবা হৌনবা চৈরুরগা মখা তারকই— কৈকান্নদবদা ব্রারেম-থৌরেম। প্রাক্তিকেল ওইদবা হনু-হনাদৌনা। ব্রাথী ব্রারেমদা মতম মাঙহনবা হুম্ভোকখো। অঙাং মানবা। ঐনা লাকপদা লৈরম্মবা। মারা ঐরা অমত্তমক সৈগনি য়ূমসিদা। মতমগী মমল খঙদবা।

পাখৎচরবী হেমো তহা-তহা হোৎনজে। থাউ শারিঙৈদা অদুম লেপ্পসু অম্মানি হায়বা শারদনা ধূপ অমত্তং চাকপোই চাক্তবোই চূখৎলগা মরু লুকথজবদা মঙাইরি। চেনশিঞ্জরকপদা থাউ শারমদ্রি। নংনবা ঙৌরগা পুথোকচরকপনি। মপুরোইবনা চাখিদ্রে থকখিদ্রে। নংদবগী ব্রা ওইরম্মোই; চৎমিন্নগদবা ওফিসকী মী ঙাইবদা চুরুপ অনী থকলম্বনি। হেমোনা কিনা কিনা ফমুং-ফানুং লোইশিল্লুবা থোরকপদা মা ফূক হৌগত্তুনা চৎপ্রে; চৎলগে হায়না ফাওবা হায়রমদে। খিংঙমদবা মপি ঈরোইনরবা মমিৎনা পর্দা খজিক হাইগত্তুনা মপুরোইববু য়েংজহৌখি। গাড়ী তোংমিন্নদুনা চৎখ্রবা কান্দা মখোল থোক্লা কপহৌই।

নুমিদাংব্রাই অদু নন্দকিশোর ঈশৈ ঙংল-ঙংলদনা থোঙ্গাম্লোমদগী চঙলকই। থোঙজিন কানশিন কানশিন্না কৌই— হেমো। খুম্মক্তে, হান্নগুম নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা থোরক্লগা ওক্লদে। মাদি ঙকলপ তৌরুরবনি, খংনীং নীংশিংলকই ঙসাই অয়ুক্কী থৌওং। চঙখিবদা ঙসাই অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্টকী অচা-অথক মচী লেঙদনা লৈরম্মী। নন্দকিশোর ভাব তাই। চঙদুনা য়েংলুবদা রেক ময়াদা মুরা অমদা ফমদুনা হেমো লৈরম্মী। য়েংখৎখিবদা রেক ইহাঙ হাঙলম্মে। অঙাংবা রেসমগী আসোন অদুদি অদুম্মক লৈরম্মী। হেমো হোয়সু হায়দে মায়সু হায়দে। মমায়দু চাকশঙগা ফাওনবা থোঙ অদোমদা ওনশিন্দুনা মরু লুকথদুনা ফম্মি। নন্দকিশোরনা তপ্পা কৌই; হন্না হন্না কৌই। হেমো খুমদে। নুংশা থিরম্বী, করম থোক্লগবা হায়না পাখৎচরম্বীনি। মপুরোইবনা হরাও-হরাও চঙলকপা উবদগী ওইনখিবনি। তশেংনা মথম্মোয় শোক্লা ওইনখি। ঙাইহাক লক্লবোই করিবোই তৌরম্মগা নন্দকিশোরনা পুল্লপ ফৈবম্ননা পম্মগা ফমুং তান্না পুখি। মপুরোইবগী য়াকা য়েংলম্বী হেমোনা নন্দকিশোরগী মথাদা মমায় উপশিল্লগা কপখি। কপ্পগী ফজবা অমদি ওইনথেম্বগী নুংঙাইজবা মপুরোইবনা লৌখি। ঈথৌ-ইরাংগী শাথেক্তা লমহেল্লবা মপুরোইবদা ব্রাকৎখি— থেঙবসু নত্তবা— নংদবসু নত্তবা অদুগা নঙনা ঐবু তথী তথী চৈবা ঐনা করি লানখি?

— কনানা লাল্লি হায়রগে। হায়য়ু, লালু চোমায় লৌগেনে।

— নঙগী মঙ্গোল ওইনবা নুতিগী ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরগা, ঙসি ফাওবা মঙ্গোল ওইহৌরিবা, চৎখিবা খূদিংদা খূৎলৌ পল্লৌদ্রিবা নবুংঙো অসিগী কৃপাদগী নৎত্রা?

— মাম্নেমী, সোম ওনশিল্লকও'বা।

— ওনশিল্লকওই নুংশিদে। হিম্পিরনু ইনাক্তা। অদুগা মানসু হুম্থোকখ্রোকাইনা! ঐঙোন্দা ফূ, চৈয়ু হাৎকে'সু ননীংনি অদুগা করি ধর্মনো!

— অদুবু ঐনা লাল্লে হায়রেদনা! মতুং-মনাও হায়জররোই। বৈষ্ণবী নঙগী ইষ্টদেবদা ঐ লঙজররোই ঙাকপিরো প্রাণ সখী।

— ঙাকপিরোই কোল্লক্কনু নুংশিদে।

— নুংশিদ্রদি...।

নুমিত্তুগী নুমিদাংদুদা অনীনা অমত্তা ওইনা ঈরুজ-মায়থরগা লৌথদুনা য়োৎকী উপুদা থম্মুরবা মবুংঙোগী মূর্তি নৌহৌনা লেঙখত্তুনা লাৎখি। হেমো থব্রায় হান্নদগী হেন্না তাজনা হোৎনজখি। নন্দকিশোরদি হেমোদা য়াওবা থব্রায়নি। অনীমক অদুম্মক মখঙনৈ।

মপুরোইবনা ইরকপা চিঠি, তৌরকপা টেলিগ্রাম অমুক্কসু পুথোক্তুনা য়েংজে। নুমিৎ, তাং, পুংফম মানা খঙবদুগা খেন্নদে। অদুগা করিগীনো লাক্লিবা। থাদোকপা য়াদ্রবা জাৎলা টিকেট ফংদ্রবরা, — খল্লকই। মওল মওল খনফম খঙদে লৈখায় তাফমসু খঙদে। মপি থিংবসু ঙমদে। মখোল থোক্লা কপচবসু ঙমদে। ব্রানা খাঙই হেমো।

চরাম চদৎনরবা মরক্তুদা ঙাইহাক উরোরোন তৌরুরে। মমঙওই-মহাওই কৌখিবগুম তারকই হেমো! হেমো মিৎকপ খংথোক থোকই। মপুরোইবরা! মখোল মাল্লি। ঙাইহাক মনা থাঙ্গত্তুনা তায়। মীচীক মীরাওখোল তারক্তবা ওখাক্লা থেঙলবা মতাংনি। থোইদোকপা লাকপা, কৌবা তাদে। হৌজিক্কীদু মাগী মখোল নৎত্রনে। মানখ্রেদা মানিদা লৈখাদা লাক্লমতারে। হ! অদুসু থেঙমল্লে হংসিরা ফোন্দা! হ! লাক্লগা, কৌরম্মগা দারী কাবদা খুদীকা থীদুনা তুরা জাৎলো! মখোন্দুবু হৌজিক ঐনা তাবদুবু!

খল্লম্বদগী ফূক হৌগৎলকই। মপানগী মৈ কাপ্তুনা তপ্না তপ্না থোরকই। কোইয়েং ঙাইহাক য়েংই। কৈদৌদে। চঙলগে লৈশিল্লকপা অদুদা মন্দির মথাদা হৌরিবা করবিরদা শ্রোৎ প্রেক লাউখিগুম তৌই। মম্বনিনা য়েংবদি উদে। খঙনীং

নীংশিংলকই– শো! মন্দিরগী শোদি ঐদি লৌশীনদেনা। লাইগৌরী লোইরগা পীরম্বনি অদুসু পীরমদ্রে। খন্না খন্না ফমুং নাকন্দগী টোর্চলাইট অদু পায়রগা অমুক খোরকই। সিরি থাক থাক কুমথরকই। লাপ্না হূই অমনা চিংনা খোংদুনা তেংথারকখি। মমাঙগী ইমুংদা অঙাং অমা খংকপ কপলকখি। হেমো নাকন য়েৎলোম মায়রোমদা তেন্না অমদি শাংনা কাপ্তুনা লাইশঙ তম্মকই। লাপ্নপ্না সেন্দল থম্না থম্না কাপ্তুনা য়েংই শো অদু থিংজিন্দুনা লৈবা উই। তপ্না তপ্না কাখৎলকই। শো অদু পায়রগা লোনব্রা লোন্দব্রা য়েংবা ওইনা ওয়ওয়ননা ক্রেক লৈরকপগী অদুদা খঙহৌদনা ক্রুক-ক্রুক; গ্রুং হপচিল্লকখি। হেমো পাখত্তুনা লাউবা নংবদি হায়রুনু মমায় লৈথোক্তুনা মৈ কাপ্পা নংহৌদে। মচিন মেল্লগা মকোক্তা ফিনা কুপশিল্লকখি অরোনবা লাইশঙগী থোঙদা অকনবা শাফুগা লোয়ননা লুখমদা জিং! হেমো মিৎকুপ্তা পূংমম মমখি, মঙ-হাদা ঈরাক্লখি।

হেমো কায়নথঙদা মিৎকপ থোকলকপগুম জ্ঞান তারকখি। মমিৎ পাঙলকপদা পূংমম মমদুনা লৈরম্বা থেংনবদা মানা হেক হেক য়েংবা নোংঙাল্লি-ঙান্দে খঙবা ভেন্তিলেতর অদুদা য়েংবনি হায়দুনা মকোক খজিক কাঙখৎকে তৌববু ঙকশম লেঙবা হেক্তা য়াদে, মকোক লূম্বগা চীকপগা মনুং থিৎনা কায়গদৌবগুম চৈনা ফাওবগা; মমায়-মমিৎ, মচীনবান, মখক্তায় ঙকশমদা উশিংশা থাখিবা মতুংগী প্রোক-প্রোক চাক্লা শাবা ফাওরকই; খংনীং নীংশিংলকই; মশা মাদুনা য়েংই তহা-তহা, তথক-তথক হকচাং ফুরিৎ মরোল অনী শুনা য়াওরমদ্রে; মথবাক্তা চৈনাখোল ফাওরক্রে, ইনখিবা ফি মতেক অদুদং খাংঙেদা ইহাং হাংনা কুপতুনা লৈরম্মে। উবদি নত্তে অদুবু উবদগী হেন্না শাথিনা পূম্নমক উরক্রে। তাখিরম্বা য়াবা টোর্চলাইট মারুবদা লাই ময়াম লেঙশিল্লিবা গদ্দীগী নোংশা খুবাম পাংথকপা মখোঙ অমা তাপ থেংনরকই। লোংলিবা ফীবম অদুদগী খজিক্তং চেপথবা ফাওবা ঙমদবগুম খোকপ্রে। অমম্বনা সুক তরেৎ সুরবা মরক অদুদা মখূৎ অনীনা মমায় খুন্নগা হেমো কপলক্রে। উচেক মচা থোংলকপগী অদুব্রাইদা হৌগত্তুনা থোরকই। থাংঙম পুঙমদবা খোঙথাংদা মাগী কা তম্মকই। হেমো পূংমম মম্বা মাগী কাদা চঙলকই। য়ৌরম-য়ৌফাত্তে ফমুংদা ফৈনা তুথে ফীজিনা মমায় খুম্মগা হিক্লা হিক্লা কপ্লি।

নুমিৎ নীনি হুম্নি চাখিদে থকখিদে। হিত্তুনতা লৈ। মরক মরক্তা কৈদৌরে নশা ঙমদবরা ইথোক খোকলত্তববু হায়না হংবা লাকপা মনেমদা কৈসু তৌদে

কোক ঙাউরি ঙাউরি তৌই হায়খি। মনেমদুদি অমরোমদা কুইনা খৌরাংলক্লবা মশূগী থাজবদা ফনবু নুংঙাইক্লরে। হরাও হরাওনা থোকখি। হিপলি হেমো। য়াওন-য়াতা ব্রানা থোকই। মপি কংবা লৈতে। ব্রাখল মঙ-হাগুম্মি, পূমহাঙগী মালঙ অমদা কাওশিংগুম তাউথরি। মরক মরক্তা তত্তনা ফাওরকপা ব্রাহংনি— হৌজিক ঐ কৈদৌবা? অমুকসু থনুংদগী, থনুংদগী হৌরকপা খোঞ্জেলনি অস! নঙনসু ঐবু কনবিবা ঙমহৌদ্রবা! হৌজিক ঐ কৈদৌবা? অস্ নঙনসু ঐবু কনবিবা ঙমহৌদ্রবা! হৌজিক...। ব্রাহংগী ঈথক্লি ব্রাকৎকী ইপোমনি মৈরক অসিদা কন্না ঙাইজরি মপুরোইবা নন্দকিশোরবু, কপ্লি— অ! লাকখিদ্রেদকো য়ৌরকখিদ্রেদকো। অমুক কোকচাউবী ফূং কায়— হা! লাকঅদি কমদৌনি।

মরিনী চল্লকপগী নুমিদাং অদুদা হেমো তপ্না হৌগৎলকই। য়ামদ্রবদা ঈরুজ মায়থজসিরা খন্দুনা বাথরুম তম্মকপগী অদুদা য়ূমজাওরোমদা মীয়াম কপ্লরকপা খংতা তারকই। ঙকপোই পাখৎপোই থোরকই। মকুবোক্লা ময়ায়দা লেপ্লগা ইমুংগী মীয়াম্না ইকোয় কোয়শিল্লি। লৈকায়গী মচেম মনেম মরি-মঙাসু মমায় খুমদুনা কপ্পা উই। ঙক্ল য়েংই। মফী মরোল নংবোই নংদবোই শেৎলগা তহা তহা চেম্ভোরকপা মনাওনুপা অতোম্বদা হংই— ইবুংঙো কৈদৌনরে? খুম্মমদ্রে; মতৈমদা লুরাক্লরপ্না য়েংলগা গাড়ী ঈন্দুনা তহা তহা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখি। তাল্লক অদুদা মকুবোক অদু মমৌ তমদুনা কাইদ-কাইদ চঙলকই। মকোক মরু খুম্মী মফী মরোল চেকশিঞ্জরগা লৈথোক্লুনা চৎখিগে তৌই।

— নুপীমচা লতাবী।

— পা-বুঙ।

— ঙাইখো।

মরু লূকথদুনা ঙাইজে। চঙশিল্লকই; মাঙদা লেপ্লে। ফনা কুইনা ব্রা ঙাঙদে। মমৌবু শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। পিরোইনরবা খোঞ্জেলনা মাঙওইনৈ— সে নঙগী...। মখুৎ ওইনা নৈশিন্দুনা পায়রকপা টেলিগ্রাম অদু মমৌগী মখুত্তা থাদে। মখা তাবা ঙমদে লৈথোক্লুনা চৎকে তৌই। তুংলোমদগী মচানুপীনা লাউরকই— পাবুঙ ইনম্মদো। য়েংখিবদা মমৌ হেমলতা মরু মরা ফূকলবা সনা খোঙনাং হাইথরকপগুম লৈমায়দা হাইথরক্লে। ওকহৌদে ঙাকহৌদে।

নুমিৎ তরাহুমদোইনি কোমাদা লৈরুরবা মতুংদা অহিংদা জ্ঞান তারকই। হেমো ফূক হৌগৎলকই কোয়েং য়েংই। ফম্মাংদা থাদুনা তূম্নিবী মনেমবু কাল্লগা

কোইরুক কোইরুক য়েংলম্মগা তুরোই ঙারোই চেম্থোরক্লে— হোস্পিটাল তুংওইনরম্মে। থোঙ্গাল হাংদোকপদা তুশিল্লি। ফূক হৌগৎলগা চেল্লকই। য়ূমগী থোঙ্গাল হাংদোকপা নংদে লিৎলগা চেনশিল্লকই। মন্দির মনাক্তা লেপ্লগা কোইরুক-কোইরুক য়েংলম্মী। শীংগৈ তম্না চেনশীনখি। ঙারিবা শীংজং তাপ পায়রগা লাইশঙগী থোঙ তম্না ফূজিল্লকই। ঙংদুনা লাউরকই— লৈ-রম্-মু নঙ! ময়া ক্রক ক্রক চীক্লুনা পাইশিনখি।

*এলাহবাদ*

৩০/৪/৭৯ ইং

## লৈচিন্দা পল্লবা থা

সীমা!

সীমাগা ঐগা মতম অমদা চান্নরম্মী। ঐ মাগী 'ঐতগী রাজো' ওইরম্মী মানা ঐগী সীমা। মাগী মখুৎনা ইবা চিঠি কয়ানা সাক্ষীনি অদুগা ঐনা ইখিবা চিঠি কয়ানা লেঙদ্রবা প্রমাণ ওইরি। তশেংনমক সীমা রাজোগী অদুগা রাজোনা সীমাগী ওইখি।

ঐনা মীরৈবাক্কী জেলদগী থোরক্লুনা য়ূমদা হল্লকপা কান্দা ইহান হান্না সীমাগী মরমদা হংই। ইতৈমনা ঐগী পোৎ লোইশিন লোইশিন্না হায়রকখি,

— কান্নদে রাজু মীগী মচাদি মচা অহুম সুপ্রে।

— হা ইতৈমা! করি'বা?

— হো নঙগী সীমা হায়বদো মচা অহুম সুপ্রে; নুপা অনী নুপী অমা। মাই নুপাদু নখোয় তাচৌহোয়গী মমান্নবনি খরদি অঙাং ওইরমাল্লে; তাচৌনদি খরা হনমাল্লে।

— নত্তেনে ইতৈমা! সীমাবো?

— ইহে! তুরেল ব্রাংমগী খুরা অঙাংজাওগী মচা—

— হোয়নে সীমাদো?

— মাবুনিনে হায়রিসে! কান্নদেসে ব্রারৈনি পোখারো। নহোয় তাচৌ লাক্লগা অঙাং পোখাহন্দে হায়দনা ঐবু চৈরনি। চাক চারো পোখারো। হয়েং অয়ুক শারসি ব্রারী।

সীমাবো! হা সীমাবো! ঐ তূম্বা য়াখিদে নুমিৎ হুম্নি ফানীংচিৎ লাকপা লম্বেলগী চোকথবা মরক্তা চাবা থকপা য়াখিদে। মিৎ উইশিনবা য়াখিদে। — সীমাবো! সীমানা...। মিৎ উইশিল্লি তূমগে লাক্লখি। য়াখিদে। হন্না হন্না য়াওনখি, হন্না হন্না য়াওনখি; য়াওনখি হন্না হন্না। সীমানা—! সীমাবো!! নোংঙাল্লমদাইগী অদুব্রাইদা হাইফেৎ উরোরোল তৌরুমাল্লে। ঐগী জেলগী কা মচা অদুদা খঙহৌদনা মৈ হৌরক্লে হায়দনা ময়াম কোয়লাং লাঙলম্মী। জেলর অদুনা মকোইনে মরাংনে লাক্লগা ঐঙোন্দা মথোঙ মরম খঙদনা মমিৎ-মনা শংদোকলদুনা হায়রমগুম তৌই,

— মিষ্টর রাজেন্দ্র সিংহ, নঙ সীমাবু থাদোকপা তায়। নৎত্রবদি—।

— নৎত্রবদি করি?

— নৎত্রবদি নঙগী নরাল ঙাক্লোই শিবা-চঙবা নঙগী দায়!

— করিগীনো ঐগী ইরানগা সীমাগা করি মরি লৈনরিবা?

— মরী? মরী হায়ববু মা মচা অহুম— নুপা অনী নুপী অমা... ঐ মিৎকপ খংথোক থোকই। জেলরসু মাল্লি; ইতৈমগী মখোলসু মানগুম তৌই। তৌবদি অনীমক অমত্তা নৎলমদে। ফক্লাং ঘড়ীনা চৎপগী মখোল ওইরম্মে। লাপ্না মঙ্গলার্তীগী কাংসী মখোল তারকই। হৌগৎলগা ঈশিং গিলাস অমা থকই। তীংলী য়াঙলীরগা মোন মথক'খা ওল্লগা শিৎ শিৎ নাল্লি। অমুক হিপথৈ। ঙাইহাক্তি তূমখিমাল্লে।

মঙানি তরানি চরাং-চরাংননা হৌখি। ইমান্নবা ময়াম ঐবু উন্নবা লাকই, ঐনসু চৎলুই। চহী কয়াগী মতুংদা য়ূমদা লাকপনি। থম্মোয় তয়াং তশোইখি। য়েংখিবা থেংনখিবা অরিবা কয়া, অনৌবা কয়া নৌহৌনা য়েংই অমদি উই। মরক অসিদা চীক্লক্লবা ইথম্নতা ঙায়রক্লবা কান্দা ফুম্বংনবগী থম্মোয়দা তয়াং-তশোইবগী মওং অমা তত্তনা ফাওরি। করিগুম্বা খরা তত্তনা হংজরি— পাউখুমসু থিজরি। পাবুঙগা তাচৌগনা, মখা খরা লৈরগা, হৌজিক নঙবু করি তৌগে হায়বা হায়দনা তত্তনা হংই। ঐনা ভাব তাবোই তাদবোই খুমখি— তরানি কুম্নিদদি

খনখিগে। হৌজিক ঐ খনফম খঙদ্রি।

পাবুঙগা তাচৌগা ঐগীদমক্তা য়াম্না ব্রাজনা উই। অতোন-অতাংনি হায়দনা লুনা তৌবগা লোয়ননা ইমা মশক খঙহৌদ্রবনি হায়দনা য়াম্না কেহল্লকপনি। ঙাওচৎনখিদ্রা হায়দনা ব্রাজে। ঐ খঙই। পাবুঙ মমিং নাইবা ঠীকাদারনি; তাচৌ মমিং লৈবা উকিলনি। ইতৈমা কোলেজদা ওজা ওইরি। লন-থুম ব্রাত্তে, পৈশাগী অব্রাবা শুকলৈ লৈতে। অদুবু থবক অমা তৌ হায়দনা পাবুঙনা কন্না হায়রি। ঐসু খল্লি– করি তৌসিগে। মমৈথঙদা লেপখি পাবুঙ, তাচৌ অমদি ইতৈমগী মমাঙদা অয়ুক্কী চা থকমিন্নবদা হায়খি– পাবুঙ, তাচৌ, ঐ হান্নদগী ময়ামগী সেবা খরা খরা তৌরকপগী তৌরকপা অদুম তৌরগে ঐ রাজনীতি য়াওরগে।

পাবুঙগা ইতৈমগদি কয়া য়ানীংখিদে। তাচৌদি য়ানীংই। মওং কয়াদা মখল খরদা ঐবু শৌগৎলি। রাজনীতি দল, সেবা, ঐঙোন্দা নৌনা অমদি লুনা থোক্তে। অপাননা মচু শঙলক্লবসু ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা ময়ামগী থবক্তা হৈনরকই। চত্থবা লাইনা থোকখি।

মতমগী খোঙচৎ কনানসু পান্নরুবা ঙম্বা নত্তে। অদুম মহৌখি। ফনা হৌখিবসু য়াওই, মতা চাদবসু কয়ানি। ফরক তারবা মরক্তা তাঞ্জাগী খুদোংসু মরাকই। হৌবদি অদুম্মক মহৌখি। শোক্লে শোক্লা, শয়োন চিংখৎলে চিংখৎনা হৌখি। নোংমা ইতৈমনা, চা থক্তুনা পোত্থামিন্নরিঙৈদা, ঐগী লুহোংবগী ব্রা হৌদোরকখি। ঐ খঙই, পাবুঙনা ঈনশিল্লকপা ওইরিনি। কোইনদব্বা ইতৈমনা দায় লৌরকপা ওইরিনি। মতাং চাবা য়েংলগা ঐনা হায়খি,

– ইতৈমা, ঐদি নুপী থিনিংদ্রেদা তল্লে।

– এ, করিগী? থিদুনা য়েংলুরবদৌনা। করিগী তল্লিবা?

– নহোয় নুপীসি ব্রাই য়াম্না চিন্না উই। থাজবা ইয়া য়াদে।

– কৈনোনে হায়রিসিবো রাজু! নুপী য়াওদ্রবদি নহোয় নুপাসি নখোঙ-নখূৎ তেকপনিদা! 'বেটর হাফ' হায়নবনিদা।

– নত্তদনা শিল্লি হাপ ওইরদি? নহোয় নুপীসিনা অসুক হায়নবা শোয়রিবা, লৌনম্বীদৌনা তৌরিবা অওন-অওন চাবীদৌনা চত্থরিবা অসিবু নুংশিবা কাইসিবু ফাগিদৌনা!

– নঙগীসি নঙগী এক্স-হরেদুগী ব্রা ওইনা তৌইদা! নঙনা লাল্লম্বসু য়াইদা রাজু। মীওইবা দোশাগী মনাইনিদা।

— হ! মাই ব্রা নত্তে 'সুম্মক্তবু হায়বা। বাই-দ-রে, মাই নুপাদুদি করি থবক তৌই হায়বগে?

— মেডিকেল ডাক্তরনি। হেরা নঙবু খঙড্রিবনে, ডাক্তর বিজয় টি, বি, ডিপার্টমেন্টতা এম, ও, ওইরিবা।

— ও! মারো! খঙই। মাদি থবক ইথ্বাং তৌব্রা?

— কনা সীমাবো? মাদি কৈসু তৌদমাল্লে।

ডাক্তর। মেডিকেল ডাক্তর! এম, ও! হ! কৈদৌনেগে! কাও কাবা, অসিদা চৎলু চৎপা তাবা, অসোম লৈয়ু লৈবা তাবা! মন্ত্রী— মেডিকেল এণ্ড হেল্থ মন্ত্রীনা পো ওইনা শীনবা য়াবা! ইলেক্সন, মন্ত্রী, সেবা, কার, ফীরাল থেৎপা; সভাপতি, চীফ গেষ্ট ভাষন! ডাক্তর হ! মীনাই—! হ! সেবা! —করিগী সেবা। তোলোপকী সেবা! রাজনীতিদি শেলগী ব্রা খনবিদে। মন্ত্রীনা তানবা শেলগা পারুবা য়াগদ্রো... ফৈ।

— কৈদৌরে রাজু চাদু ঈংদ্রিব্রো।

— অ, ঐদি খরা ঈংঙগা থকই।

— অদুগনে চানা চানি। লুহোংবদি চহী ঈংথবা ঙাইরুনুকো। কিরুনু নুপী কিরুনু। চিংনরুনু পঙকান কান্নদবা নত্তেহে খঙঙু।

— আই সৈতরো। ঐদি খোৎলি হায়না তায়।

ঐদি চম্না তৌরুবা ফাগিনি। ইতৈমদি করি খল্লুরবনো খঙদে কপ সোসর পুশিন্দুনা চঙখিবদা থোঙজীন্দা লেপ্লগা লৈদুনা য়েংলকই; ইকাইরপ মোমোন তৌরগা 'তামল্লিহে!' হায়রম্মগা চঙখি। ঐসু নোকমি-নোকমি তৌদুনা লৈহৌই। ফনবু থম্মোয় মকা লাম্মুরে।

নোংমা অনকপা ক্লব অমদা বার্ডোন তৌরক্নুনা ব্রা ঙাঙলুই। লু-নানবগী হীরমদা ঙাঙলম্বনা মরক্তা ডাক্তরগী পান্নদবা থৌওং কয়া থেংনবা অমদি অশেম্বা খুদম কয়ানা শৌগত্তুনা ঙাঙলুই। নহারোল খরনা মরক্তা খুবাক তোয়না খুরকখি। লোইশিল্লকপদা ঐগী হীরমদা মওং চুম্না লৈশিল্লকখি। লম্বেনদা ইথক্তা হল্লকই। এম, ও, ময়াম মথং মথং নীংশিংলককুম তৌখি, ঐনা খঙবসু মশাক খঙদবসু।

দলগী ওফিসতা য়াম্না থেঙনা থেঙনা ফম্মী। থবক্তী হায়বা থোইনা লৈতে। ফম্বা উন্নবা ব্রারী শাবা, মরৈ য়েংনবা, তাক্লবা অসিনি থবক হান্নববু। চাদি য়াম্না তোয়না থকপনি। নোংমা নহারোল ইনাওশিং খরগা হীরম কয়ামরুমদা

ঙাঙন-শান্নরম্বদগী নুংশিবা অমদি নুপীগী ঙমখৈরোমদা লৈশিল্লকখি। থব্রায় য়াওবা মাল্লমদবদগী ঐনা অনকপা অচাবা অমদি থাজহনবা য়াবা প্রমাণ কয়ানা নুপী অসি মীনম্বনি, ওইজখিবীনি, ঙাইঙমদবীনি, ব্রাশক কাউগনবীনি, হায়না উৎখি। ভাষণ শাংনা পীখি। কল্লা য়েংপা য়াওরবসু ইনাওশিং অয়াম্বা মায়থোঙ মকা লাম্না উখি। মীচঙদা লৈবসু য়াওখি। নুমিদাং থেঙনা হল্লকপদা ইথম্বা নুংঙাইজরুই। ইথম্বা তান অমদা থোয়না হল্লকখি। – নুংশিবা! হ! থম্মোয়! অঙাওবা! প্রাক্তিকেল ওইদবা! বুদুগী থবক! নহাবু ঙাওচৎনহনবা! মতমগী নুংশিবা! ইবনা হৈরিবা, ওইদবা ব্রারী কয়া পাবদগী, শাজিনবা নোবেল কয়া থেংনবদগী,... "নুমিৎ কৌবা লাইনা নোংচুপলোমদগী থোরকপা য়াই; থা, থব্রান্নিচাক্লা খোঙচৎ ওনখিবা য়াই অদুগা ননাওগী অনীংবদি মতম পুম্বদা ওনখিরোই। ননাওগী থব্রায়সু হকচাংসু তামোগীনি, তামোদা শিন্নজরবনি..." হা! থব্রায়সু হকচাংসু। মীনম্বী! লৌনম্বী মশাগীদা ময়েংবী। নহোয় অসিবু শেমলকপা লাই অদুবু মশক খঙনীংখরেদা সৈতা! কৈ! নঙ! মা!!

কদায়দনোমা থমখিদা হায়না খনবা চে অমা খিবদা চহী কয়াগী মমাঙগী ডাইরী মচা অমা থেংনৈ। অমুক্তং ফ্র-ফ্র কাপ্তুনা ফাক্লগা থমখিগে তৌবদা লোইরমদাইগী অদুদা ফোটো মচা'মা থেংনৈ। য়েংলুবদা সীমাগী ওইরম্মী। মনমদা শোক তারিখ থারম্মী; মাগী মখুৎনি। ঐনা থমখিবা ফোটোনি। ঙাইহাক য়েংলুই। ঐগা উন্নবা খুদিংদা নোকখিবা মোমোন, মাগী হৈনবী খুলেপ মমায়দা হাইথরকপা মশম, ঐনা ওম্মোক্লা পেনজরম্বা মিৎয়েং, অদুমক লৈরম্মী। মীরমগী ওইজরবসু ঐগী, ঐখোয়গীমক্লি, খনজরবা পার্ক মচাদুনি। উখোঙ অদুমক্লি। ফোটো নম্বা লোইরগা ইবানী হান্নগুম মভাই ওইরপ্পা ফম্মিন্নখি। ফমফাত্তে ঐনা হায়খি,

– সে, নতম্বাকুদা মোন খাঙগে।

– তৌরকএ মাই হৌনবী! ওম্মোক্লা ইকাই নাইখিদ্রে। মীনা উরগা...?

– কৈদৌয়ে'গে মী মহোয়গী করি মথৌ লৈদনা! মী ইতৈ-ইনাও পোখাজরগা।

– হৈ-মা! তৌ ঙম্মেদা! কিজরমনে!

– করিগী? হা? সীমা? নঙবু ঐগী ওইদ্রিবরনে? হা?

– হৌজিকমক্তি ওইদ্রিদনা।

– ওইদ্রি কাইনা। কৈ ওইরসি অদুদি চৎসি।

— কদায়দা?

— লাইশঙ অমদা, অদগী হোটেল অমদা। হা য়াত্রা? হা?

— য়াম' কিশিল্লক্কদৌরিকো ঐ! হন্নসি থেঙলে, ঐখোয়। ৱার্ডেননা চক-চক অমুক হংলকঅরনি। মাসু খঙগুম লাক্কুম তৌরে ঐ নঙগা হেক হেক উম্নে হায়বসে।

— খঙনীং' খঙজসনু শানোয় অদুবু। মমাঙদা থোক হোঙদোক্লগা লোইরে। মাদুম নহোয়গী হেড মহাশোয় অদুগা হেক-হেক চৎমিন্নবা উইকো। অদুদুম হায়য়ু মঙোন্দা। ঐনা য়ানীংদে হায়য়ু।

— নঙনা হায়রকই হায়দনা?

— য়েশ। ঐনা হায়রকই হায়দনা।

— ঐ ঙম্মোই, নঙ হায়জররাও।

— ফৈ হায়ররগে। অদু ওইরবদি লুকথরকউ ৱা হায়গে।

— ঙাওশিন্নরক্কনুকো। মীমাঙ-পুমাঙ নাইদ' তৌনু। ঐদি শাউনিকো।

মা শাউখিদে। লামখত্তুনা লুশমদা কোল্লগা চিংথরুই। খাঙলম্মী। মমৈদা ফীজিনা মকোক থোক খুমজিল্লগা লুকথরকখি। মখংগী মিৎকুপ্তা ইচম চম্না হান্ন-হান্নগীগুম লৈখি। মতুংদদি কোয়রুক কোয়রুক য়েংলম্বদু তোকপ্রে, মা হৈনরক্রে, লোয়ননা হৈসু হৈরক্রে।

ময়ায়দা শেগাক শেগায়রগা চেথী-চেকুমগী পোলাং অদুদা লংশিনখিসিরা খল্লুরে। অদুবু অমুক্তং খুনমদা তৈথোকলুরগা হান্নগী মফমদুদা য়েপশিনখি। ডাইরী অদু হান্নগী ফি মখাদুদা ঈনশিন্দুনা থমখি। থিরম্বা চেদু অমুক থিবা হৌখি। অদুম ফংখিদ্রে। হে-রা ফংফম থোকপা চেবু! নহানতা থেংনখিবনিনে। নঙ ফাওবা য়াওরক্লবা! সে-রা-! ফৈ।

নোংমা ঐনা হোটেল অমদা চা থকলুরগা থোক্লকপদা থোঙ ময়াদা সীমাগা উন্নখি। মানা চঙলকপা, ঐনা থোক্লকপনি। থোঙজীন ময়ায়মক্তনি। হান্না কানশিল্লকপা মানা হন্দোক্তুনা থৈদোকই,

— ঐমা, সীমা।

— তাঙো, চা থকপিরম্মীরা?

— অ! পোথারম্মী। চা থক্কেরা? চঙ্ঙু চঙ্ঙু।

— অঙাংগী কৈ-কৈনো খিত্তা লৈবিখিগে তৌবা।

— ফৈ-ফৈ অনা-অয়েক য়াওদেদনা?

— তাঙো।

মাগী অদুঙৈগী মোমোন অদুনি। ঐ থোক্লকখি। হন্না য়েংনীংবতা নত্তে ফম্মিন্নদুনা য়ামদ্রবদা ব্রা অম'নী ঙাঙননীংবনি। মথন্নতা লাকপসু মাল্লি। ঐ হল্লুখিদে। তহা তহা থবক লৈহৌবা মান্না থোরকখি। য়ূম চৎকে থোরক্লবনি। দলগী ওফিসতা অমুক হনজিন্দুনা চুরুপ চম্না চম্না খল্লি— খজিত্তুংদি নোয়থোক্লুম তৌই। হান্নগুম নৌনা অদুম উরি। শাবান অদুম্মক নীংথিরি। মচা কন্না— অহম; নুপা অনী, নুপী অমা। এম, ও, অমগী মচা! ঐগীসু ওইরম্বা য়াবনি। য়াবদা নত্তে ওইরমফম থোকপবু নৎত্রনে! অদুগা করিগী! মাগী ব্রাশক ঐগী আশা—! মীনম্বনি সৌনম্বা! ডাক্তর! মন্ত্রী! ফৈ!

পাবুঙনা মশূ উনীংঙেবু হায়বনে, তাচৌনা মচেক্লা য়ৈ-য়ৈদনা থেম্বনে, ইতৈমনা লক্লবোই করিবোই তকপদগী লুহোঙলে। ফৈ হায়য়ে হায়বদগী হায়নরে; লোইনরে; মাঙ্গোল কারে; লেপ্লে নুমিৎ; হায়নবনচিংবা পঙতা মতায়। থবক চিনবদগী খরা, ইলেক্সন নকশিল্লকপগী খরা ঐ থৌশারুদে। ইতৈমদি নুপী মশাদু অমুক্তা উন্নৌ ব্রারী শাউ হায়দনা কন্না কন্না হায়। ঐনা কৈদৌনরুগবনো নখোয় খ্বাইনা ফরে হায়রগা লোইরে হায়দনা থৌশারুদে। য়েংলে হোংদৌরবা, য়েংদ্রে অদু মঙায়রবা ঐনা নীংঙম্বসু ওইররোইদৌবদা কৈদৌরুগবনো হায়দনা ইকোম কোমথোকখিবনা নম্না থোকই। লুহোঙবা হয়েংনি হায়বা অদু ফাওবা ঐ ময়ামগী থবক তৌদুনা লৈখি। নুংদাং অদু য়াম্না থেঙনা হল্লকই। য়ূমদা কোয়নোম-নোম কোয়লাং-লাঙনরম্মী। ঐসু চঙশিন্দুনা অহল-লমন ময়ামদা ফন-ফনবা অদুম তৌবিয়ু করি করি অব্রাৎ-অপা লৈরিবা খোৎলিবা, হায়দনা হংলুরগা বোর শেন্নগদৌরিবা খুরা অদুগা উ পাম্বী য়েকপনা কানি, ঙানা কানি, শনদি শোম্লরে হায়বনচিংবা ব্রারী কয়া তখৎনরুই। ইতৈমদি ঐগী কাদা মথব্রাই ব্রানা মবুক পায়দুনা নোক্লুনা লৈরম্মে। ঐনা ঈশৈ ঙং ঙংদুনা চঙখিবদা ইতৈমনা চোংশিল্লক্লগা লাক্লদৌবগুম হায়রকই,

— কৈদৌরগে রাজু নঙনা তৌরিসিবো!

— আই কৈনো লেমফূদগী লাক্লদৌরিসিবো! ঐদি খংঙুরে।

— লুহোংগদৌরিসি নঙনিনে নঙবো।

— নত্তে হায়বা য়াওরবো।

— ইহে! ইকায় খোকায়দনা তুমিন্নকা লৈয়ো। কৈনো মী অহল অদুদা

ভোৎ খোমজিল্লুরিবো!

– আই! হয়েং ইকায়দৌ নৎত্রো! ঙসিদৈ হৌরদ্রনে! হয়েংবু, ঐবু শংদব্রা কৈনো! আ-লব্রাইদা ব্রাঞ্চ অমা শঙ্গারু'তারিনে।

– ইমাই! মাঙঙেদনা! কূম্মৈ তান্নদননে। সে পোখারো।

ইতৈমনা নুংশা থিজবা, ব্রাজবদুনদুম হেন্না নুংঙাইখ্রে। তৌগে হায়না তৌবনি হায়বা মাসু খরা খরা খঙই। ঐগী মওং মাদি খর-খরা খঙবগুম তৌই। অদুবু নুংশা চান্ননা থীরুরমাল্লে অহিং অথেঙবদা মা অমুক লাকই। ঐ তূমদ্রি হায়বা খঙদুনা তপ্পা কৌরকই। চঙঙক্তুনা থেম্মগুম তৌই। কুজবা মানা য়াগদৌরিবনি, মমৌ মানা কোন্দুনা পুশিনগদৌরিবনি হায়বনচিংবগী ব্রানা হৌরগা অব্রা-নুংঙাইগী ব্রা খরা ঙাঙলৈ। ঐনা ঐ কৈসু তৌদে তৌসু তৌরোই হায়দনা থাজহনখি। থাজনা চৎখিরমদাইদা মানা ঐগী কোক্তা তপ্পা তপ্পা নানবিরগা হায়রকই,

– রাজু! কান্নদে পুন্সি হায়বসিদি'সি ঙাক্তনি। খরা থুংনা খরা কায়না হায়বদুনি। মতম মতমগী মতাং মতাংগী হায়দুনি। কাউথোকপসিসু য়াম্না ফরবা লায়েং অমা ওইরকপনি। ঐখোয়না থিরকইবা ইমৌ অসে, অসিসু নঙোন্দা পঙনোপ নোপ্পা থোক্রোই। ঐনা হন্দুনা থিবনি। মচে অমা ওইবগা লোয়ননা মনেমসু ওইবা তারিবনি ইখূৎ চাবা থিবনি। নঙ নীংবা কায়রোই রাজু থাজৌ।

হোঙখি য়াম্না চাউনা হোঙখি। ময়াম্না ব্রারীনখিবা লুহোংবা ময়ামগী মনুংদা অমা ওইখি। ঐ নুংঙাইতবসু তৌখিদে, থোইনা নুংঙাইবসু তৌখিদে। লাক্লগা চৎখিবা নুম্বিৎশিংগী মনুংদা অমা ওইনা অদুম্মক ফাওখি ঐঙোন্দা। অদুবু কল্লক পেনবা, শীংনবা য়েংজ-উজসনু হায়বগী ব্রাখল অমদি কদোমদগীনো খঙদনা হাইজিল্লকখি। মদুদগী পূংনান নাম্লোকপদি ঙমখিদবগুম তৌখি।

খঙহৌবা নত্তে চহী ওনখি। মথং মথং ওনখি। অঙাং মথং মথং লাকখি। মরিশুবা অঙাং নুপামচাসিগী হাক্তক্তা ঐ ভোৎসু কাখি। চহী ওল্লকপদা নুপীমচা অতোম্বীসিগী হাক্তক্তদি তাঞ্জানা অওনবা সরকার অমা পুরকপনা ঐসু মন্ত্রী ওইবা তাখি। ব্রাফম কয়ামুক খন্নরকপদা ঐবু মহৈ-মশিংগী থৌরম পু হায়খিবনি। অদুবু হকশেলগী থৌরম খনখি। নুংঙাইজবা পোকখি।

থবক ফজনা নাম্না পুখি হায়না ঐবু থাগৎনখি। য়ারিবমখৈ অচুম্বা অশেংবা তৌনবা লাক্লখি। হান্নগী মোৎলম্বা খরসু মতাং মতাংগী ওইনা শেংদোক্লবা লাক্লখি। মায়সু পাকখি। মতা চাদবা শেল লৌদে। লৌদবদি নত্তে; অদুবু লৌবগী মতিক

চপ চানা থবক তৌবি। ময়াম্না ঐগী থৌওংবু পেনবী হায়বা ঐ খঙই। থরনদি য়াম্না শাউই হায়বা তায়। মতা চাদবা থবক থেংনবদা ট্রান্সফর, সসপেণ্ড, ডিসমিস অমদি মখল মখলগী দণ্ডি পীবদা ঐ কিদে, চিংনদে। মন্ত্রী মণ্ডলগী মনুংদসু ঐবু শাউবা য়াম্না য়াওই হায়বা ঐ খঙই। অদুবু চুম্মী খনবা থবক্তীদমক্তদি ফম, পৈশা অমদি ইজ্জৎ নাচুংদে। ঐবু খরনা কি তুক্কচ্ছনা লোয়নৈ হায়বা ঐ খঙই। য়াম্না শক্তি লৈবা ওফিসর খরদি ঐবু হাৎনীংবা য়ৌনা শাউই হায়বা ঐ অরোনবা পাউ তায়।

ঙসি মঙানি তরানিসিদা অনৌবা কেশ অমা য়াম্না কন্না থাঙ্গৎলকপা, পুখৎলকপা ইনখৎলকপা থেংনৈ। মেডিকেল ডাইরেক্টর অদু রিটায়ার তৌখিবদগী অহাঙবদু মেনশিন্নবা হোৎনরকপদা থোক্লকপা কেশনি। নোম্নবগা, চঙনবগা, ঙাঙনবগা, পীবা অমদি পীনবগী ব্রাফমগনা কৈথেন্দা ব্রাগী ব্রা ওইনা ঙাঙনবা ঐ তারে। ঐ য়ৌরকপা মতমদদি কেশ অদু ফনা য়াম্না চঙশিল্লম্রে, ফনা য়াম্নসু মতৌ থীরম্মে; শাথিরম্মে। ডাক্টর অহল খরগী মীদি ঐগী মীওই খরদা ফৈনা চঙশিল্লকপগী পাউ ফংলবনি। অমখক্তীদি পাবুঙ ফাওবনা নাশোন্দা হায়রকপ্রবনি। ইতৈমসু করিগুম্বা খরা হায়নীং-হায়নীং তৌবগুম উরকপা মঙানি তরানি শুরে। ঐগী নুপীদুদি ঐবু কিবদগী ফ্রুং-ফ্রুং কল্লি হায়বা ঐ খঙই। কেশ অদুগী মরীদা চে-চাং ফাইল-নুং পূম্নমক কৌরগা ইথন্নতা চীক্লা য়েংবা হৌরগে লেপ্লবনি। অরোনদা কাদা ময়ামদু মথং মনাও শীন্দুনা থনম্মে। ঈংনা তপ্লা ফম্মগা অহানবা ওইনা ফাক্তুনা য়েংবদা ওইবা য়াবা মীওই মহোয় তরেৎকী মিং থেংনৈ। মথং মথং পাথৈ। ঈরোই লোইবদুদা য়াওরম্মী ডা: পি, বিজয়, এম, এস। এম, এস,না লোইরে। মথক্তী তরূক অদুগীদি ডিগ্রী কয়া ডিপ্লোমা কয়া টাইটল কয়া পরেং অম'নীদা ইবা থেংনখিবদুগা পান্নবদা নোক্তবা ঙমদে। মাগী সার্বিস বুক অদু চিংখত্তুনা হান্নবা য়েংই, ফাক্তুনা মথং মথং পাথরুই; কৃপ্না য়েংথরুই; য়েংনীংবা, খঙনীংবা, অপাননা খঙনীংলুবগী ব্রাথন্না পীরকপা থৌইনশিন্নি। নুমিত্তু ঐ নীংবা কায়বগুম তৌখি। মথংগী নুমিত্তু ঐ মন্ত্রী খরগী পার্টি অমা য়াওরুই; য়েংথবা শংখিদে। নোংঙাল্লগা ঙাউফিং-ঙাউফিং য়েংথখি। কৈসু খঙবা ঙমখিদে। ঐনা খঙবা হায়ববু ঐ খরা শাউখি।

মথংগী নুমিত্তা য়েংলুই। চে লোইনা য়েংখি; সার্বিস বুক লোইনা পাখি। ঐ নীংবা কায়খি। সার্বিস বুক তরেৎমক পুল্লপ ফাক্লগা য়েংখি। পাখি অমদি

নৈনখি। ঐ হেন্না নীংবা কায়খি। খনখি মীগী অফবনা ঐবু 'সুক কায়হনবা ঙম্মদ্রনে। মা ফহন্নিংদে। মাগী ফত্তবা ঐ খাঙবা ঙম্মী, মাগী অফবা ঐ খাঙবা ঙমদে। করিগীনো মাগী রিমার্কতা ফিয়ারদি লায়রদুনা গুড অমত্তা য়াওরমদ্রিবা! বেরী গুড; এক্সলেন্ট; আউৎষ্টেণ্ডিং! করিগীনো মানা লোয়না সুমগ্রবা জাৎলা? হে-রা! খঙঙোইদ্রদো। সীমা– ফরক্তা সীমাগী মশক উরকই। অদুম খুমজিল্লে। মথংগী নুমিৎ নীনি হুম্নিদা চেকশিন্না য়েংবা লোইখি। হৌজিক হৌজিক্কী পায়নরিবা ফমদা মাগীনা মপীক্লে। মশাগী চহী অমদি থবক পুরকপগী ওইনদি মথং-মনাও শেম্বদা মানা অনীশুবদা লৈ। মঙানি তরানিদু মহোয়না মাগী মাগী মী ফা-ফাদুনা থাজিল্লকই। মরূপ্পা কয়া'মা মপাংনা মথং মথং। নাকোয়ননা শেন-থুমগী মাল-চাংগী ব্রাসু পল্লি। মরক অদুদা মাগী মীদি অমফাওবা য়াওবা থেংনদে। খল্লি হায়জরদ্রগা কৈদৌনি মাদনি মাঙজগদবা। সীমা মাসু–! সীমা, সীমা– মাগী মনাক্তা লৈরমগনি। ফৈ। য়েংগে।

টুর প্রোগ্রাম মথং মথং শেম্মগা মফম কয়া য়েংলুই হকথেংননা থেংনরুই। লোইরমদাইদা চীংনুংগী দাক্তরখানা মচা অদুদা চৎলুই। ব্রাংথ্রবা শাংথ্রবা চীংনুংগী লম্বেলনি। মফমদু য়ৌবদা তপ তায়। য়েংবদি লায়রদনা গাড়ীদগী কুমথবদা থাংথদে হায়বদা খাকই। ময়াম্মা তরাম্মা, চাউনা ওক্লম্মী। লমদুগী মীনা লাই তারকপগুম কিনা চান্না লুনা তৌরম্মী। ঙাইহাক সোর হোন্দোক্লগা মথং মথং য়েংবা চৎলুই। অনাবা ময়াম মথং মথং য়েংলুরে উন্নরম্মে। মতুংদা থবক মতৌ লাকতৌ য়েংলে। ওফিসকা মরী লৈনবা চে-চাং খরা য়েংনা য়েংনা নর্স মকোক অদুদা চিংনরপ হংলুই,

– অসিগী এম, ও,বু কনোনো?

– সর, ডা: বিজয় হায়বা অমনি।

– ডাক্তরদুদি উদেনা কদায় লৈখ্রে?

– সর, লৈরম্মী ঙাইরম্বনি; অথুবা থবক অমা লৈরে হায়দনা চৎখি; কুইদ্রি।

– মাবু ঐখোয় লাক্কনি হায়বা খঙবা নৎত্রনে?

– খঙবাইবু মানা লোইনা শিল্লম্মীবনি। অরুবা থবক..।

– করি অরুবা থবক্লোনে। ইন্সপেকসনগী অসিদি লুদ্রজাৎলা!

ঙাইহাক লৈরগা মায়কৈ অদোমদা পুবা এস, দি, ও, তহা-তহা চেল্লকই।

লম্বেনদা গাড়ী য়াদদুনা থেঙদোকপ্রে হায়দুনা হায়জরে। ব্রারীগী মতাং য়েংলগা মঙোন্দা ডাক্তরনা এবসেন্ত ওইরম্বগী ব্রাকৎ ওই চেকশিনব্রাহে ওই তৌবা ব্রাফম অমা হায়রুই। মাসু খজিক শোকপা মওং অমা লৈবনা মানা কোয়চৎ চৎ মী কোয়কৌ কৌদনা হং-খোৎলি। থিরুরগা কৌরকুবা মী থাখিনবা হায়খিবা তায়। ঐনা হায়খি,

— এস, দি, ও, সাব ব্রাবিরুরনু কৈদৌগে। দরকার নত্তে। ঐ খঙজিঞ্জরে। য়ারে। অরুবা থবক চৎখি হায়বা তাজরে। অসিদগী হেন্না লুবা করম্বা ওইরিদৌনো হায়বা মঙাইরে ভাব তাফাত্তবা। এস, দি, ও, সাবকীনা করি করি খুদোংচাদবা পেন্দবা লৈরিবা। অদুসু সেবা তৌবা ঙমব্রা য়েংজগে তাকপিয়ু।

মাগী অপাম্বা অনীংবা মথং মথং পল্লকখি। লোইশিল্লকপগী অদুদা চীংনুংদুদা মানা লৈরক্লিবসি কুইরে হায়বা উৎলকখি লোয়ননা মশাগী শহরদা লৈনিংবগী অপাম্বা উৎলকখি। অঙম্বা হোৎনজগে হায়না থাজহনখি। চাক চারগা ঙাইহাক পোত্থাগে তৌরকপগী অদুদা লমদূগী পাষ্টর অদু চঙলকই। সুফাত্তবা মৈতৈরোন্দা মা মশামক ডাক্তরদু কৌবা চৎলুরে মখূৎ থাদোকপা য়াহৌদ্রি; য়ান্না থুনা লাকুবা তৌগে হায়জরকই হায়না তস্মে। ঐনা খজিক কল্লপ হংলুই,

— করি থবক্লি হায়বগে থাদোকপা য়াদ্রিবো?

— সর, নুপী অমা মচা পোকপগীনি। ওখাক শাথিবা ওপরেশন অমগুম তৌহৌরিবনি।

— নুপীদু অসিদা পুহল্লকপা য়াদে হায়ব্রো! লায়েংশঙ লীংলিবসি অদুগীনি। মশাগী প্রাইভেট প্রাকটিস তৌনবা লৈবদি নত্তেদনা। হা পাষ্টর সাহেব!

— সর, ঐখোয়গী ডাক্তরদি অদুম তৌবিদবনি। প্রাইভেট ভিজিৎতি সুকতৌ তৌদবনি।

— অদুদি কৈদৌনা য়ূম য়ূম চত্তুনা য়েংলিবা?

— নুপী অদু শাথিনা শোনবনি। শিগদৌবনি। চৎপসু ঙমদবা লম্বেলসু য়ান্না ঙম্বা ঙাক্তা, ব্রাংবা ঙাক্তনি। অসিদগী থরসু থাগ্লনি। শিরবগুম ফর-ফর হাইদুনা লৈখিবনি। পুবিনবা কনাসু লৈতবা লৌ পাম্না ওইবনা। হৌজিকসু অনাবদু মথন্তা থনম্মগা লোইনা চৎনখিবনি। ডাক্তরগা মাগী নুপীগতা নুপীদু হোৎনহৌই।

— মাগী নুপীদি করিগী কমদৌনা?

— চৎমিন্নবনি। সেবা তৌবিনবনি।

— উম! ভাব তাই। ডাক্তরনা লায়েংবা চৎপদা সীমানা ইন্নখিবা। নৎত্রগা, বিজয়না পুখিরম্বা, মা; ঐ লাক্কনি হায়বা খঙবদগী। ঐনি হায়বা খঙলিনি। উন্নরোইদৌগী তৌরিনি। ফৈ! উন্নদ্রগা মন্ত্রী অমগী করি কায়। মন্ত্রীগীদি তৌবা হৌনবা অতা-অতাবী তৌবা তাবনি। ঐগী মীগী, অচান-মীরায় নাইদবা লৈবাক্কী নেতা ওইবা তাবনি। পূম্নমক খঙজিল্লে। য়ারে, লাক্রুবসু কায়দে হায়দনা পান্টরদা হায়খি। ঐগী ব্রাঙাঙ-শঙাঙদা পান্টর অহল অদু চিংনরপ থোকখি। করিগুম্বা খরা হায়নীং হায়নীং থোকখিবগুম তৌই। খলহৌই— মসিদা মনা নৎত্রগা দণ্ডিগী ব্রাফম কৈসু লৈতেনা। তৌফম থোকপা, ইফম থোকপা ইবা তাবনি। ঐগী দিপার্টমেন্টতা ঐনা ফনবা, ময়ামগী ফনবা শীনবা তাবনি। সীমা! হ! মাসু মতুং কোয়ইন ইন্নরিবা! ফনবু চান্নদা লৈমিন্নরিনে। ঐসু ঐখোয়’ মহোয় মমাদু কোয়বোইনা পুরক্লম্বা ময়াবনি। হ! ফৈ!

পোখাবদা ফনা কুইনা তূমথোকউরমাল্লে। মিৎকপ থোকলকপদা ফনা য়াম্না থেঙলম্মে। চা পুরকপা ঐগী অর্দালিনা হায়রৈ— সার উন্নবা মী য়াম্না লাক্লে। করি হায়জৌ হায়বা। নুপী অমদি য়াম্না কুইরে ঙাইরকইবা। ডাক্তর এম, ও, অদুগী নুপীনি হায়নৈ।

— ও! এম, ও, দি য়াওরকপ্রা?

— য়াওবা উদে সর।

— সে, অ... সুমদৌ, ময়ামদো ঐ ঙসি খজিক চোকথরে, হয়েং অয়ুক লাকপীয়ু হায়য়ু। শাউদনবা হায়জরকই হায়না হায়য়ু। অদুগা এম, ও,গী ইবেম্মদো লেঙশিল্লকউ হায়য়ু উন্নফম কাদা ফমহল্লম্মু। চা-নুংগা নীংথিনা তৌ। মী ওফিসরগী নুপীনি। ঙাইবা কুইরেবা?

— সরনা হেক চেপথখিবগী অদুদৈনি।

— হৌদোরক্কনি! মী ফজব্রদো। চাউথোকই হায়খিরোইদ্রো ফরে, ঐ মায় মিৎ তারগা থোরক্কে। ফমহল্লম্মু।

সীমানি, ঐ খঙই। কুইনগী, য়াম্না কুইনগী মতুংদা উন্নগদৌরিবনি। উন্নরনি খনবদা তয়াং তশোয়রকই; অদুঙৈ ঐনা ঐগী হোস্টেলদগী মা উন্নবা থোরকপদা চোংখিবা থম্মোয়গী নুংঙাইবগী মিহুল অদু খঙহৌদনা খজিক চোংলকখি। তথক তথকলকপগুম তৌই। মায় তারগা তৈথোকপদা খুত্তগী টাব্রেল অনীরকনি নাস্থ্দুনা তাখিবা। শমজেৎ হাৎন-হাৎনা ঐগী চুবাদা ফনা য়াম্না পাক্লা ঙৌরক্লবা শমগী

শরুক অদু উরকই। মদু উরুদবা কুইরবনি। থাউ তৈখিদবা কুইরবা কোক্লি। মানা অদুঙৈ থাউ মমিং অমা তাকখিবা অদুগা শমহাৎ অমা তাকখিবদু মথং মথং নীংশিংলুই। মাদি কোক ফাবা হৈনদে। ঐনা নুতিগী, উন্নবা খূদিংগী কায়নরমদাইদা মাগী মকোক অদু হেক হেক নৈখায়রুই। অদুদা মানা শাউনা য়েংলকখিবা, লোন্না চৈরকখিবা, ঐনা নোক নোক্লুনা হল্লকখিবা নীংশিংলকই। শমজেৎ কুইনা হাৎলুদরে। তুপী অদু মওং চুম্না উপ্পগা থোক্লে। হেন্না তয়াংলকপা তথকলকপগী মওং অমা লাকই। সিগার অচৌবদুমা চম্মগা চমথোক্লবা ফাধরগা ঙাঙ ঙাঙদুনা থোকলুই –'হলো সী-মা। কুইরেয়ে? নঙ সিদা লৈ হায়বদি ঙসাইদা তায়।' ঙাঙ ঙাঙদুনা থোক্লগা মানা চা থক্লুনা ফম্মিবা লীগী সোফা অদুদা চঙশিন্দুনা ফম্মুই। মা চা থন্নগা ফুক হৌগত্নুনা লেপ্পি; মখুৎ লোম্নগে তৌই ঐঙোন্দা কিরপ তৌনা য়েংদুনা লৈবগুম তৌই। লঙনরপ হায়রুই,

– এ! লেপখৎ লাকখৎলদনা ব্যবহার হৈরেদা। ফম্মু চা ঈংঙৈনি থকতোকখো। কৈদৌরগে। ঐবু অদুক লাপ্পা খল্লবরো।

– তাঙো, ফমদ্রসু ঐ চুম্নসুম ব্রা অমত্তং–।

– নঙগী ব্রা লায়রি, ফম্মু সুক কুইনা উন্নদ্রবা তুংদা উন্নববু ব্রারী ব্রাতাই ঙাইহাক শাখিসি কৈনো। ডাক্তরনা ঙাইরম্মদ্রো?

মা লকক তৌগুম তৌই। খজিক নোকফেৎ তৌরগা ফমথরকই। মতাইরোমদা নপশিন্দুনা তাশিল্লপ ফম্মী। মানা তখায়দা থম্বা চা অদু ঐনা পায়খত্নুনা পীগে তৌবদা মানা খঙলৌ লৌবগী অদুদা নিকথোরক্লুনা ঐগী পাম্বোমদা খরা তারকই। মানা 'ও! সোরী' হায়না শোল্লম্মগা ইল্লিবা মফী অদুগী ফিজিনা তহা তহা নাম্থোরকই। ঐ মঙোন্দা ঙাইহাক মুম্না য়েংদুনা লৈ। ঐনা তত্তনা য়েংখিবা মিৎয়েংনি। মা খঙই। মখূৎ অদু তপ্না চিংশিনখি। তপ্না হায়রকখি,

– ওম্থোকপাইদুনি চুরনিদো। শঙ্গোমলা চম্প্রা মহীরা খরা তৈশিলহৌরবদি কোক্কনি।

– 'সিবুদি কোক্লবসু কোক্লবসু কায়দে। পুন্সিগী কোকউ য়াররোইদবা মচু অমা লৈরিনে; চুখিবা নত্তবা শঙখিবা মসিনি লুরিবদি, সীমা।

– তাঙো ঐ কোম্না লাকপনা–।

– ফরে, মরমদি ঐবু উনীংদ্রে; ঐবু থাদোক্লে, ঐগাসি মিৎকুপ অমফাওবা খনখিদ্রে ডাক্তরনা ঙাইরম্মনি অসিনি নৎত্রা।

— তাঙোনা অদুয়া থাজবিরগদি ঐগী করি অমুক হায়ফম লৈখিগদগে?

— থাজবগী য়া নত্তে সীমা, ঐ ইশাদা পাল্লবা, অথঙবা খরা হায়বগী য়াদনি। ঐগী লাইবক্লা ওইবা তাই। নীংবা কায়মু হায়দনতা তমথ্রবা ঐগী লাইবক্নি। পাঙদবগী অদুক হিংবা হায়দুনি; নহান্না ঐনা হেক থোক্লকপা যুম য়ৌরকপা মতাংদুদা মায় ওন্দুনা চৎখিরম্বা য়ারবনি। (সিগার অদু অমুক মূৎখিদুনা চম্মী) নঙসু খল্লু সীমা, ইখূৎনা থাজবা, ইখূৎমক্লা কুম্বী কালেন ঈশিং চাইজবা, ঐগীতনি হায়না খঙদুনা সেবা তৌজবা, লৈ অদু নীনিদং চখোক্লু' হনজিল্লকপদা মীতোপ অমনা—।

— তাঙো ঐবু য়ারৌবিনু ঐ ঙসি য়ৌজরগে নোংমা লাকচগে।

— নঙ ঙসি নৎত্রগা হয়েং, নোংমা অমুক্তং লাক্লনি হায়বা ঐ খল্লম্বনি সীমা। ঙসিগী মতুংদা নঙ অমুক লাক্লরোই, ঐ খঙই। নঙবু ঐনা মুম্না খঙই। কুইনদগী খঙনরকপা নৎত্রা। ঐ শাউদে। তৌবতবু নঙনা ঐবু মশক খঙলমদবা খঙদবদি লায়রে ফরে, অদুগা নঙনা শান্নপোৎকুম নীনিদং শান্নরম্মগা লংশেক্লম্বসে মসিনি ঐনা হংনীংলিবা করিগীনো? ঐ-নঙগী মরী অদুবু নঙনা অদুক লায়না থদত্তুনা লংশেক্লম্মিবদু করিগীনো? শান্নপোৎ ওইনা থনখিবা করিগীনো?

— খুম্নবা লৈতবদি নত্তে, অদুবু নচনবু ঙাকপিয়ু। শান্নপোৎ ওইখিবদি ঐ শোয়দনা ওইরমগনি। মীখূত্তা তারিবা লৈ অদুগী মরাল ঙাকসু নত্তে। অশেংবনি। অদুবু পুম্নমক ঐনা লাল্লবা ঙাক্লি খন্দুনা ঙাকপিয়ু।

— ঙাকপা ঙাক্তবা ঐ খঙদে। ঙাকই কৈদৌনি, ঙাক্তে করি তৌরুবা ঙমগনি। ঙাইখো সীমা য়া'মা হংগে। মসি ঐ ভাব অমা তাদ্রদনা হংবনি। নচীম্নি খঙদে নখানি খঙদে ঐবু নঙনা মতম খরা নুংশিবগী মওং উৎলম্মে। নঙ হৌজিক ডাক্টর বিজয়বু নুংশিরবরা?

ঐগী য়াহং তাবদা মা মশাসু খজিক লেঙখি। থাও তৈবা মান্দ্রবা মরায়বক্তা হাইথরকপা মশম খরদু খজিক চেকশিন্না হাইগৎলি। ইতা তারক্তবা মফি অদু শেমজিনবা উই। অদুঙৈগী ইকাইরপ তৌবা মীনোক অদু উরকই। হায়রকখি—

— করি হায়না খুমগনি। নুংশিবা খঙদে নুংশিদবা খঙদে লৈমিন্নরে। অঙাং মরি সুরে। মহাক্লা ঐগী ইপুরোইবনি ঐনা মহাক্কী নুপী। ঐবু লুনা তৌবি। ঐনসু মাগী সেবা তৌই।

— অদুনরা লায়েংবা চৎপা ফাওবা থান্নদে হায়না তারিবসে।

— মতাং মতাংগী হায়দুনি। ঙসিদু নর্স লোইনমক তাঙো লাকপগী থবক চেস্থোক চেনশিন্দা শংনদবা তারে ঐবু খরা চৎলুসি হায়দনা চৎলুবনি। চুম্নগী ঐনা হৈবা খঙবা সেবা খরা অনাবগী তৌবনি। মহোয় ময়াম্না তৌবা উবদগী ঐসু খরা খরা হৈরে। চান্নবা তৌবদি নত্তে।

— নঙ ঐবু নুংশিরিবরা?

— ব্রাহং অদুগী মতম হেন্দ্রিবরনে তাঙো। অশোকপদা অমুক হন্না য়ানশীল্লগা করি নুংঙাইবা ফংগদগে। ব্রাহং অদুমক ঐসু নঙোন্দা হংবা য়ারম্বনি।

— হংঙুনা। খুমগে। শেংনা খুমগে। চুম্মী ঐ ঐগী নুপীগা লৈমিন্নরি। পান্নরি। অদুবু পান্নরিবা লৈমিন্নরিবা হায়বদুনি। নঙবু নুংশিখি; নুংশিরি, নুংশিখিগনি শিদ্রি'ফাওবা।

— তাঙোগী পাউখুমনা নচনবু কয়াগী মতিক নুংঙাইহনবা ঐ তমথোকপা ঙম্মোই। অদুগা তাঙোগী থম্মোয়দা ইনম্মা অদুগী মফম খজিক্তুং লৈরমদুনা তারম্মদি অতিয়া নীংখায়দুনা লব্রাইদা নল্লমগনি। নুপীনিনা নুপী অমগী অব্রা-অনা খঙজে।

— ফরে সীমা, নহোয় নুপীগী ব্রা ঐ খঙদে। নুপীসি খঙবা য়াম্না লুবা পোৎনি। নুপা ঐগী ব্রা অমা হায়গে, নঙসু থেঙখিনবনি—।

— তাকপিয়ু।

সিগার অদু মায়গৈ অমরোমদা ফৈনা চাকলকপদগী শেম্মগা অমুক চম্মী। মা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈ। মৈখু শাংনা ব্রাখল তৌনা কাম্মী। অমুক অনীরক কামদুনা লৈ। ঙাথদুনা ফমলম্বদগী তিংখৎলগা মঙোন্দা খজিক লৈশিল্লি। খজিক অমুক নকশিন্দুনা লুকথরপ তৌরগা তপ্না হায়রুই,

— সীমা লৈকোন্দা ইবানী ফমিন্নখিদনা। নতম্বাক্তা মোন খাঙলগা ঐনা তত্তনা হিপখিদনা। মদু ঐ হায়ররোই মতম নৎত্রে, হেল্লে। অদুগনে, নঙ নত্তবা খনগনু। নহানব্রাইগী ঐনা, অদুঙৈগী সীমাদা, হায়জবনিকো...।

তপ্না ঙাঙনা ঙাঙনা মফৈবাক্তা তাদুনা লৈরিবা মথূৎ অদু তপ্না পায়রুই। ঐঙোন্দা হাইরপ হাইরপ য়েংলম্বদগী মরু লুকথখি। ঐ খরা অমুক্তা নকশিল্লি। খৌগংনরকপগুম তৌই। নম-নমদুনা তিন অমুক অনীরক লোম্না য়োথরুরগা হায়রুই,

— ঙসি অরোইবা ওইনা, পুঙলোই লোইরবা ওইনা অমুক্তা চুপকে। নচীন্দা।

সুপ্নগী অমুক্তা, সে। দিস মচ!

মা তপ্না হৌগৎখি। ঐসু লেপখৎলি। মা খরা হন্দোক্লা লেপ্লি। ঐনা চঙশিনগে ত্রৌরকপদা মানা মখূৎনা ঙাকথোকপগী মওংদা ইংগিৎ তৌরগা হায়রকই,

— তাঙো, অমুক্কসু নচনবু ঙাকপিয়ু হায়জবা তারে। কৃপা তৌবিয়ু। ঙাকপিয়ু।

— সীমা!

— প্লীজ, তাঙো প্লীজ।

— হব্রাই? কৈসু কায়দেনা। লাইরিক-লাইশু হৈরবী, মীরক তিল্লবী ঐগী সীমানা অদুক কনজাবিটিব ওইরক্কনি হায়বা থাজদে। অদুগীসু মথক্তা অনৌবা ব্রাসু নত্তে। অয়াম্বা মতমদা—।

— মতমদু তাঙো, ঐখোয়গী ওইরম্মী।

— হৌজিকসু ওইরি। নঙ-ঐগী ওইরি।

— ওইদ্রে তাঙো! প্লীজ।

ঐনা অমুক খরা চঙশিল্লি। মা হন্দোকই। ঐনা মখূৎ পায়দুনা চিংশিল্লি মরেংবান্দা কোনগে তৌই। কন্না মৃক্তুনা নাম্ত্রেক্লগা হন্দোকই। থোঙলোমদা চৎখি। কদোমদগীনো খঙহৌদে ঐ পীং লাউরকই। কল্লপ কৌরুই— সী-মা! মা চপ লেপ্লি থোঙ ময়ামক্তদা। অনৌবা আশা অমদি ইচ্জৎকী ব্রাখল অমদি থৌনা অমগা লোয়ননা চঙশিল্লি। থোঙলোমদা থত্তুনা নক্লা লেপ্লুই। মকোক খুম্মিবা ফি অদু তপ্না লুখমলোমদা শিখরুই। হায়রুই,

— কায়বা নত্তে সীমা ঐসু ভাব তানা হায়বনি।

— কায় তাঙো। ঐ চচ্চরগে।

— ঐবু অদুক লাপ্না খনবা তারবা নঙনা সীমা?

— মতাং অমদা ঐ য়াম্মা নক্লি। অদুগা লৈকোল অদুগী সীমাদি ঐ ওইজররোই।

— সী-মা!

— প্লীজ।

— নঙ খল্লুদা! ঐগীসু য়েংঙুদা!

অমুক্তা চঙশিল্লি। কোল্লুই। মা নাম্ত্রেকখি। লাপ্লপ লেপ্লি। মশম হাইগৎলি। মকোক খুম্মি। ঐনা চঙশিনগে তৌরুই। মা হন্দোকই হায়রকই,

— তাঙো ঐ থোকচরগে। থোঙ থাদোকপীয়ু।

— সীমা! নঙ, ঐ কনানো খঙদ্রমাল্লে।

— খঙজে, তাঙোনি।

— মন্ত্রী অমসুনি; নুপা অমসুনি। পাঙ্গলদি ঐ থোকনীংদে। নশাগী কনসেন্ত য়াওদনা ঐ...।

— ঐ য়াজনীংদে সুকয়া য়াজনীংদে। ঐনা য়াদ্রবদি তাঙো অমুক্তা নম-হাখিদবদাইনে। ঐনা হায়জরি ঐ য়াজনীংদে।

— খল্লুদা সীমা!

— লেপচরবনি।

— ঐসু করিগুম্বা খরদি তৌবা ঙম্বনিদা। মন্ত্রীনি। নঙগী, বিজয়গী থবক্তী, ফমগী, লমগী ব্রাফম খল্লুদা!

— ঐখোয়গী ডাক্তরনা থোইনা চেকশিন্দবা ব্রাফম ঐসু থৌশাজদে তাঙো।

— অদুদি নঙ করিগী লাক্লি? নুংদাং অসিদা করিগী লাকই। হায়জবা?

— হায়জবা মানা য়াদে। নোঞ্জবা ঐঙোন্দা মানা তম্বীদে। হায়জবা নত্তে ঐনা লাকপদি তাঙো চুম্না উন্নবা লাকপনি।

— মন্ত্রী অমবু লক্লগে লাকপনি নৎত্রা?

— নত্তে মন্ত্রী ওইনা লৈরম্বা থেংনবনি, ঐদি তাঙো, অদুঙৈগী ঐবু লুনা চান্না তৌবিখিবা ঐগী লোকেল গার্জিয়ান ওইনা ঙাক শেনবিখিবা তাঙো অদুগা উন্নবা লাকচবনি। লাইবক থীবনা মন্ত্রী ওইরম্মে।

— মন্ত্রী অদুগী মখূত্তা শক্তি লৈ অদুগা নঙনা লুনা খঞ্জরিবা ডাক্তর অদুগী পুন্সিগী ওইবা কেরিয়ার মন্ত্রীগী খূত্তা লৈ হায়বদি নঙসু খঙঙিনি।

— ফজনা খঙই।

— অমনা অমদা হায়জবা মহৌশানি। ঐনা হায়জবা নঙনা য়াবা; নঙগী ব্রানা ঐনা য়াবা চৎনদবা নত্তে সীমা! লাইথোক্লা খনগনু। ব্রানোম-খোৎনোমগী, শেনগী-থুমগী যুগ অসিদা খরা মহৈজনবা কান্নদবা নত্তে। নথম্বা নত্তেদা! য়ূম লৈরি নচা-নশূ হৌরক্লি। ফম, তলপ, ইজ্জৎকী ব্রা লৈদা! হায়জবা পঙহৈ হৈতবীসু নত্তে নঙ, ঐ খঙখি।

— হৈরম্মবসু কাউদ্রে; হৈনদ্রে মহাক্লা য়াদবা হৈনদবদগী। মানা অহৈবা মী অমা ওইরম্মবদি ঙসিগী ফীবম অসিদা লৈরম্মোই খল্লি। অদুবু হৈশিংদবসিদা

মহাক পেঞ্জে, ঐসু য়াম্না হেন্না পেঞ্জে। মসিনা মমল ওইবা তারবদি, ঐনা লৈগদবা পোৎ সুকলৈ লৈত্রে।

— শেন-থুম য়াম্না পায়রমাল্লে য়াম্না থোয়না পানবা হৈরম্মেনা।

— তলবকী খন্দবা ঙন্নম্মবদি য়ামদ্রবদা চীংনুং অসিদা য়াম্না চীক্না লৈরমদবা য়াই তাঙো। য়াম্না নংনা পানবা নচনসু হৈরে। হেন্না নংলকপা তারবসু ঐ মায়োক্নবা ঙম্মনি। মহাকপুসু ঙমহনগনি।

— হায়বদি ঐ নীংবা কায়বা তারবা?

— নচননি খন্দুনা ঙাকপিয়ু হায়জরি!

— ঙাক্নবা তাদুনা অচীকপা মতম মফম অসিগী খুদোংচাবা লৌবা তারবদি কমদৌবা?

— খ্বাইদগী লাইবক থীরবী নুপী অমা ওইবা নত্তনা উপায় লৈতে।

— হৌজিকপু নঙবু নাম্মোকখিবা ঙমখিদ্রো। নঙনা লাউ-খোত্তুনা তৌরবসু কনাসু লাক্নরোই— মী অমত্তা চঙলক্রোই। হয়েং নঙনা বদনাম শন্দোক্কে হায়বা মঙায়। অদুসু নঙগীসু ইজ্জৎকী ব্রাফম য়াওরি। য়ুম্বান মহী লাংবা, কায়বা থোকপা শোয়দে। পাঙ্গল ঐনা হেনগনি সীমা।

— ঐবু তশেংনা নুংশিবা তাঙোনা অদুমাইনা তৌরোই হায়বা ঐ থাজরি।

— তৌরক্নবদি?

— ঐখোয় অনীমক্কী লাইবক থীবনি।

— নঙগী কনসেন্ত য়াওদ্রবসু ঐনা, হান্নগী নুংশিখিবগী থাজবদা হায়জরিবা অসিদগী খোঙথাং হেনজিন্না নঙবু ফংনবা লাক্নরক্নবদি নঙনা ঐগী করি মাঙনবা তৌবা ঙমগনি খল্লি?

— কৈসু তৌবসু ঙম্মোই, তৌসু তৌজরোই। অমুক্তসু খুরুমদুনা হায়জরি ঐবু ডাক্টর অমগী নুপী ওইনা নৎত্রবসু, সীমা অমা ওইনা নৎত্রবসু চুম্নগী উপায় লৈজদ্রবী নুপী অমা ওইনা চানবিয়ু; ঙাকপীয়ু।

— ঙাকপা ঙমদ্রবদি?

— ব্রিথ প্রোটেষ্ট ঐ তাঙোগী নত্তে; মন্ত্রী অমগী খায়াত্তা চোংশিনবা তাবনি। কান্নদ্রবী ঐবু, করিসু লৈত্রবী কেন্নবী ঐবু ফংবনা লৈবাক্কী মপু ওইরিবা মন্ত্রী অমগী অপাম্বা অনীংবা ওইবা তারবদি ঐ গতি লৈতে। য়ারবদি অরোইবা ওইনা হায়জরি ঐবু থাদোকপিয়ু। ঐ নমাঙদা লেপ্লি। বলীগী হামেংগুম।

থাঙয়ান-থাঙকক খাঙবা তাবনি, ইরায়বক্লীনি। ঐগী অদুঙৈগী তাঙোদদি ঐ হায়নীংদে। অদুবু মন্ত্রীদদি হায়বা ঙম্মী, হৌজিক মন্ত্রীজীনা থোকপা তৌবিবা য়ারনি। অপাম্বা মওংদা শান্নবা য়ারবী চরূগী লাইথী ওইরে। ইশানা শেম শাবদি ঙমদে অদুক য়াম্না লৈখা তাবা ঐ ঙম্মোই। মন্ত্রীজীগী লো শেম্মিবা, লো চলাইরিবা, লোবু ঙাক্লিবা খূৎমক্লা বলী অসি ককপিয়ু। ঐ ব্রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙখ্রোই ইচা অমদি ইপুরোইবা পন্দুনা ব্রাশকচরি। ঙাঙলিঙৈ অসিদা ফাসীগী সগাই মথক্তগী ঐগী অরোইবা পামজবা অমত্তং ওইনা হায়জবা তারবদা—কা অসিদা ঐগী থব্রাইগা হকচাংগা য়াওনা চঙলকখিবনি; অদুগা থোকখিবা মতমদদি কূদা থোকখিগনি। কূ অদু মমায় অমত্তা ফাত্তোকপিগনু য়োৎপী চেৎনা থাজিনবিয়ু। কনা অমত্তসু ঐবু হাংদোক্তুনা য়েংহনবিগনু। ইপুরোইবদা শিন্নবিগনু; ইমুংদসু পাউ তাকপিগনু। লাপ্না পুরগা লোক্তা লংথবিয়ু। য়ারবদি শাহীং চাবা শাশিং ফাওবনা উখিদনবা ফংখিদনবা লাক্লবিয়ু। মখোয়সু য়ামদ্রবদা জীবনি। আম্না য়াওরম্মবদি মঙ্গল ওইখিরোই। মসিখক্তংদদি মন্ত্রীজীনা ব্রাবিয়ু, ব্রাবিবগী ব্রাবিবা। চীংগী লমদমসিদি নোং থুনা ঙাল্লি লেঙশিনবিরকউ—।

ঐ চঙখিদে। মঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা চপ লেপ্তুনা লৈখি। মা ঐঙোন্দা ঙাইহাক য়েংদুনা তরেক-তরেক লেপ্লম্মগা মমায় খজিক লুকথখি। মমিৎ অনীদু মপিনা পূমচোৎ চোৎলি। ফুরিৎথাউদগী সিগার অমা লৌথোক্লগা চম্মি। থোঙলোমদা লৈশিল্লগা— তপ্না হাংদোকই। ঙাইহাক উন-ব্রাইমুক চীকখি। হায়খি,

— সীমা, নঙ চৎপা য়ারনি। নঙগী মতম লোইরে।

মা তপ্না তপ্না থোঙ তম্না থোকলকই। ঐনা লৈথোক্লগা ফক্লাংলোমদা মায় ওনশিন্দুনা লেপ্লি। মানা থোঙজিন লাম্থোকপগী অদুদা কৌরুই— সীমা—। মা চপ লেপ্লি। ঐনা তপ্না ওনশিল্লুবদা মাসু মমায় তপ্না লৈশিল্লকই। ঙক্লপ, চিংনরপ তথক্লপ য়েংদুনা লৈ। সিগারগী তাম্থি খূৎনা ফক্লা ফক্লা হায়রুই,

— ঙসি ফাওবদা ঐগী ওফিসতগী কনামতসু পিরোইননা হনখিদ্রি— কপ্না-কপ্না লাক্লবসু। নঙদ নোক্লা-নোক্লা লাকখিবনি। নপি তৈথোকখো।

মপি তৈথোকখিদে। তপ্না ইনাক্তা চঙশিল্লকই। চুরূপ পায়বা খূৎ য়েৎ পায়গে তৌরম্মগা মখূৎ অনীনা ঐগী খূৎ ওইথংবদু ঐগী থবক মপা য়ৌনা থাঙ্গৎলগা হীকহৈনবা থোঙ্গেল ফারগা তপ্না হায়রকখি— "য়েৎনা মীগী থাকপ্রবসু ওইথংবসিনা তৈথোকপিবা য়াবী সীমা অমা ওইজবগী অখিকার ফাওবা পীদ্রবা।

ঐবু অদুক লাপথোকখিবা তারবরা।" হায়রম্মগা ঐগী খূৎ থাঙ্গৎলগা মমিৎ মমায় নৈদুনা তৈথোকখি। ঐনা হায়রুই,

— অখিকারদি লৌগদবা ওইরম্মে পীরক্কদবা ওইরমদ্রে সীমা।

— অওইবা? মন্ত্রীদগীসু— নৎত্রগা—?

— ডেম মিনিষ্টরশীপ! মৈনুং' লংশিনখো।

— য়াওহন্নীংদবা মী য়াওখিনি ঙম্মোই...

তপ্না হায়রম্মগা ঐগী খূৎ য়েত্তগী মৈখু ব্রা-ব্রা কারিবা সিগার অদু লৌরগা লৈমায়দা থাদখি। মখোঙনা নৈহৎলুই। খূৎ অনীমক মাগী মরেংবানলোমদা মানা থাঙ্গৎখি। লৈদুনা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকই। ঐনা চেৎনা কোনবিরগা ঙক ইল্লপ মিৎচি খত্তুনা ব্রাহং অমা হংখিশুম তৌই। মানা মঙক অমুক্তং হাইরপ সুরম্মগা মমিৎ খজিক উইথখি। ওইথংবা মাগী মখূৎ অদু য়াম্না চিন্না শত্তুনা থিনগৎলক্লগা য়েৎ থংবা মখজায়দা তিংথোকপা খুদোম্বীগা খূৎয়ায়গনা কাইদ-কাইদ নান্দুনা ইঙ্গিৎ তৌরকখি। মানসু ঐনসু চেৎনা কোন্নখি। অমুক্তসু উন-ব্রাইমুক চীকখি।

— হায়! অস! মাঙঙেদনা ঐদি কাউরুরে।

— করিবো? (মা খংলপ মিপাইরপ তৌখি।)

— অস! কমদৌনি।

— কৈদৌরগেমী? (হেন্না ঙকচা-নৈ)

— নঙবু ডাইরেক্টরনা ঙাইরম্মনি।

— ডাইরেক্টর হায়বদি, কনা? (ঙক্লা হংবনি)

— অঙাওবী মানা খঙজিন্নদ্রিনে। তৌনুনে!

— কনানো? সৈতা খঙদে। বাই গোড।

— এ! মেডিকেল ডাইরেক্তর, ডাক্তর পি, বিজয়; এম-এস, ঐগী মরূপ, নঙগীদি কনাসু নত্তবরা, হরেশুম্বা থোক্লবা কৈনোদুবো খঙদবা? (খংঙাল ঙাল্লকপা মোমোন অমা ফাওরকখি।)

-- ওস্থোকপা! হান্নগী অঙাওবগী মিহুন্দু হন্নমদ্রিবোইরে মন্ত্রী ওইরিনেয়ে'সিবু।

— মা মখন্তা হিপ্পা ঈংঙম্মনি, চৎলো।

— অচ্চা! ইকাইসু নাইদে।

— করি ইকাইরুনি। চফু কোৎপৈ চফু কোৎপা হামুক তৈবা।

— রারক্কী তয়াল চাবগী চাবা কোইজোম্বা!

মানা তহা-তহা থোকখ্রবা কান্দা ঐনা চা চুহৌরবা পাম্বোম অদু থোঙ লোনশীনগে তিংথোক্লুবদা উরকই। থোঙনা পায়রগা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরম্মগা থোঙনাদু ইল্লুই। ঐ খঙখিদে, খরা কম্থোকখ্রমাল্লে—ধাং। অর্দালী অদু থংনবা কাগী থোঙ হাংদোক্লুনা তহা-তহা মিপাইনা চঙলকই,

— সর করি তাকপি...?

— কনা লৈরি উন্নবা লাকপা থাজিল্লকউ মথং মথং। চৎলো তূম্মুরো। অঃ য়েংঙোই—

— সর।

— মেডিকেল সেক্রেটরীদু লাউ হায়ু। এপোইন্টমেন্টকী ফাইলদু পায়রকউ হায়য়ু।

— সর সেক্রেটরী সার্বাতি লোয়নরক্কেনা।

— ও! হোয়নহৈ। ফরে তূম্মুরো... তূম্মুরো চো। য়ারে য়ারে।

*মৈনপুরী (উত্তর প্রদেশ), ১৯৮০*

ঐ চৎলুদে; চৎকেদি মখল্লি। ঈশৈ নোংমাইদুগা কয়া হৈফাত্তবগা নুমিদাং অথেঙবদা পাঙথোকপা থৌরম ওইনগা তৌবগা ঐ চৎলুদে। মানা হরাও-হরাওনা লাকহন্নীংনা তাহন্নীংনা অঙাংমচাদৌনা থাজনা হায়রম্বদুদি নীংশিংলকই।

নীংশিংলকই হৌখিবা চহী কুন্থ্রামুক্কী মমাঙদা ঐগা মাগা উনখিবা অদুসু। ঐনা ডাকঘরগী কেরাণী মচা অমা ওইনা কাশী শহরদা থবক তৌরিঙৈদা হমীদ তরামরী-মঙামুক্তগী নুপামচা ওইনা, ইমু-মুরদনা, পঙফ-ফজদ্রদনা ঐগীদা খবর হেক হেক থিল্লকখি। অয়ুক ঙন্তা মম্মীঙৈদা লাকই, থোঙজিন্দা খবর থাদরম্মগা চৎখি। ঐসু মতাং অদুব্রাইদা ঙন্না হৌগৎলগা করিগুম্বা খরা পাদনা খোত্তনা লৈ হায়বা খঙলকপদগী মানা মপান্দগী হেক হেক লাউরকই— বাবুজী পেপরব্রালা। হান্না হাংদোক্লবা থোঙনি। কৌশিল্লি চঙলক্কুনা পীরৈ। অসুম্না থেংনখিবনি; খঙনখিবনি। মানা লাকপা খূদিং ঐ খঙই। লাপ্লিঙৈদগী ঈশৈ মতেক অমা ঙংদুনা লাকই। পীরম্মগা চৎখিবদসু থোঙজিন্দগী হৌনা ঙংদুনা চৎখি। মরক মরক্তা ময়েক য়াওবা ওইনসু তপ্না শক-শক্কুনা লাকই। অয়াম্বা মতাংদা সুরদা ঙংবা ওইনা তৌই। নোংমদি ঐনা য়াম্না হৈনীংনা লৈবা অয়ুক অমদা, মানা ঐঙোন্দা য়াম্না হৈননা থোকপা ভজন অদু তপ্না-তপ্না ঙংলদনা লাকই। অমুক্তং কৌবদা মা চঙলকই! মাগী থাগী পৈশা পীবা নুমিৎনি, চঙশিল্লক্কুনা ইনাক্তা লেপ্লে। মা য়াম্না হরাওনা উই। পৈশা লৌথোক-লৌথোক্লা ঐনা হায়রুই,

— হমীদ নঙগী নখোনদু নুংশিনহে ঈশৈসু হৈব্রো? তম-লাকপ্রো?

— কদায়দৈনোদা বাবুজী! ঈংবদুদা ’সুম ঙংবনিদা।

— হৌজিক্কী নঙনা ঙংলকপা ভজনদু লোইনা ফাব্রা অমুক্তা শক্রুম্মুদনা চা অহাওবা অমা পীথক্কে।

— বাবুজী ফাদেবো।

— ফাদ্রদি ফাদ্রেদনা। অদু হমীদ নঙ ঈশৈ শকপা য়ানীনহে তম্মুদনা নুংদাং নুংদাংদি নঙ থবক কৈসু তৌরিরোই। লাইরিকসু তমদে হায় ঈশৈদুম ফজনা তমশিল্লু।

— তম্ফম লৈব্রো বাবুজী?

— লৈ। নুংদাং-নুংদাং তম্বনি। মফম ঐ তাক্কে। পঙলাপ লাপ্তে।

— মিংজনশেনগা ফীসকা চঙলমগনি বাবুজী।

— চঙজসনু কৈনো পঙয়াম য়াম্মম্মোই। নঙবু তম্নীংব্রো?

নেশা পুমথিং থিংবগী মায়কৈদা চাউরবা ঈহৌ অমা পুরক্লবা আপীল তৌখি। ময়ামগী অপূনবা খুবাক ফনা কুইনা খুখি। 'মিতিং ভিয়ু' হোতেলগী কাখন মচা-মচা ময়ামদুগী মনুংদা অমখক্তা য়াম্না চিন্নদি ফম্মগা মকা লাম্মিবা ভদ্রলোক অহুম অদুসু মহোয় মশেল য়েংনরগা খুবাক মোল্লি-মোল্লি খুখিগুম তৌখি। ভদ্রলোক অমনা হায়খি,

– ইবেম্মা' অমমমতগা হৈখো।

"অশাবরা?" মনুংলোমদগী মেঙবা মানবা খোঞ্জেল অমনা হংলকখি। "অং অশাবা।" ভদ্রলোক অদুনা খুমখি। মখা চত্থরকখি,

– অদুগনে ইবেম্মা, নঙগী ঙসাইগী মতুম অচৌবা অতাউবদো অহুম অমগা হাপথরকউ।

'ইবেম্মা শাহল্লকউকো। অঈংবা চীকপা য়া নাই। চহী য়ামশিল্লক্লবাইসিদদি য়াসু বেরা লৈরে' অয়ুক্কী চন্দোল মমি পাক্লপ লৈরিবা ভদ্রলোক অদুনা তপ্না হায়রকখি। কুইনা কান্নদে হায়খিবা পোৎলম পূন্না পুথোরক্কুনা পীরৈ। হৌনবী মওংদা মখা চৈখে। খরা নহা অমদি অচন্বা অশেংবা ঈশিং থকপা ফাওবদা সুগৎলি। লাপ্লপ্না মিতিংসু মখা চত্থরি। হোতেলগী কা মচা মচাশিং মথং মথং থল্লকই। ইবেম্মা নোমজেল চেল্লকই কা ময়ামগী দিমাগু পূন্বা তহা-তহা নংনবা পীনবা লাক্লরি। লাপ্লপ্না আপীল মখা চত্থরি।

আপীল, দিমাগু; দিমাগু অমদি আপীল অনীমক মাগী মাগী লমদা চত্থখি। নুমিৎ ময়ুম চঙখিবগী অদুদা আপীল খরা খরা পাথরম্বদগী থকখি মফমদু পূমচীক চীক্লকই। নুমিদাং থেঙজিল থেঙজিল্লক্লগা দিমাগুগী খোঞ্জেল মশীং হেনগৎলকই। পাউগী চে কয়াদা নেশাবন্দগী; ইরোন-মীরোনগী মতম মতমগী ফোঙবা চেফোঙ কয়াদা তেন্তকপদগীনা শাংতকপদগীনা ফনা শাংবা ওখাক-শাংবা ব্রারেং কয়া কয়া ইনরকই। পাবা তাবা নুংঙাই; লোইনা ফজে; পূক্নীং লৌশিং ওইনীংঙাইনি; গান্ধীবাদ বুদ্ধবাদ, মানবতাবাদতা য়ূম্ফম ওইবনি; ধনবাদ, মুরাদাবাদ ইলাহাবাদতগীনা কানপুর নাগপুর কাঞ্চীপুর পুমনিল নিল্লি। আকাশবাণীগী লীলা, ভবিষ্যবাণীগী পালা, বীনাপাণীগী শৈরেং, চক্রপাণীগী ব্রারেং ফজবা ঙাক্লি; নহা অহল খাক্তনা থাগৎনৈ অইমন-অব্রামনসু ফন-ফনা ফজরমগনি। বারদা খিল্লিবা পীক্তকপা টেলিবিজন অদুদা লীলা অমা চত্থরি। খাংপোক্লা লৈবা কদায়দনো থবক মচা অমা তৌবা নুপা অমা নুমিদাংদা হাইরং-হাইরং ঙাওদুনা হল্লকই।

অয়ুক্তগী চরা হেল্লেবী চাজেনবী নুপী অদুনা মচা অপীখক অদু মতম্বাক্তা পন্নগা চুগজাক্কী য়াম খজিক্তং অদু তোংপগুম তৌরি। লোয়রোইনা চাউখৎখিবা মচা মরী মওাসু ইকোয় কোয়না ফম্মী। নুপা অদুনা লাউ-খোংদুনা চান থক্লবা পীয়ু হায়দনা লাউরি। মচা ময়াম অদুনা ফীবম কায়রবা মপাবু কিদুনা মমাদা ইকোয় কোয়না কোনশিল্লি। মচা ময়ামগী মরক্তগী শৎলগা নুপা অদুনা কপচরিবী নুপী অদুবু লৈরঙ ময়াদা তনা-তনা ফুবিরি। খরখিৎ চাউবী মচানুপী অদুনা মপাদা নুমিৎ খূদিংগী অদুম্না ওৎ-নৈগদবগী শক্লক ঐখোয় পূম্নমকপু ঙসিমক অমুক্তদা চঙহাৎ-হাৎলো হায়রুই। লৈরঙদা মুৎলি-মুৎলি চাক্লিবা শীং অদু লৌরগা মনাদগী বিরি মতেক অদু মপা ইশোয় শোয়না চমগে লাক্লরিবা হাইরংবা মপা অদুনা ঈ কারবা মমিৎ অদুনা মচানুপীদা খা-না শংত্রিক য়েংলকই। শীং পায়রিবা খুত্তুম অদু খজিক খজিক অসুম' চেৎশিল্লক্লুম তৌই, মমিৎ অদু হেন্না ঙাঙশিল্লক্লুম তৌই। মমায় অদু হেন্না হিংচা-য়াইতম্মক্লুম তৌই। লীলা য়েংলিবা অমখক্তি মেজদা ফনা কুইনা খিল্লবা পেগ অদু তাপ পায়রগা গুৎ থকচিনম্রগা মমায় থোক ওম্লোকখি। মাগা থংনবা মহোয় অনীদুদি মোমোন তৌরগা নৌনা সপ্লাই তৌরবা লিক্লী অদু মনীংদা তোক তোক সুরগা মঙক শৎ লৈখোকখি– প্রেক! মথংগী নুমিত্তা কাঙজৈবুঙগী চিদায় অমদা থবক্তগী পোখারবা মশা নানবা অহল অহম-মরি পোখাবোই লৈপূং ফম্বোই তৌরি। নহানব্রাই কদায়দনো সম্পাদক ওইরম্বা অহল অদুনা ঙসিগী খবর মতেক অমা লাউতক্লা পারুই– 'নাকথং খুল্লেন্দগী য়ু লিটর ১৫০ ফারে।' এক্স-প্রধানদৌনা তৌবা অহল অদুনা য়াম্না হরাউনা হায়রকই– 'এ! অদুমায়না নোংমদা ১৫০/১৫০ ফারবদি চহী অম-অনীদদি লোইনা ফাগৎপা ঙম্বা য়াই।' থংনরিবা মরূপ অদুনা মোমোন তৌরগা হংলকই– অদু... অফাবা মাল অদুনা কমদৌবা? মরূপ পূম্নমক মঙোন্দা য়েংলকই– ঐ-মা! ফাবা ফাওবদনি য়াওরকপা পাউদি– অদু কৈদৌরগে! ফাদোক্লদি লৈত্রে, লৈত্রবদি শীজিন্নদ্রে শীজিন্নদ্রদি ফরেদনা। চৎসি ঈংশিল্লক্রে। অমনা ফূক হৌগৎলগা চপ লেপ্লি। করি থবক তৌরম্বদগী পোখারকপনো অহল অসি, খঙদে। মাদি বিশ্রামদা য়াম্না লেপকল্লি। ময়াম্মক তপ্না তপ্না হৌগক্তনা চৎনখি। সভা মচা অদু লোইশিনখি।

নোংমা 'লৈশেম-তুশেম' ক্লবনা মনাক অনকপদা লৈবা সাহিত্যগী অমদি সংস্কৃতিগী সংস্থন খরগা পূম্না শীনমিন্নদুনা চাউরবা মীতিন অমা পাঙথোকখি।

অশংবা মন্ত্রী অমনা প্রধান অতিথি ওইখি; মায়কৈ অদোমদগী মচীন তোঙবা অহল অমনা সভাপতি। নুপা নুপী নহারোল অহল্লোন কয়া ব্রা ঙাঙখি। শাউনা ঙাঙবসু য়াওই, ঈংনা তপ্পা চিং চিংদুনা ঙাঙবসু য়াওই; লৎ-লৎ তৌদুনা ঙাঙবোই ঙাঙদবোই ঙাঙবসু অম'নী য়াওই। সভাপতি অদুদি মাইক্রোফোন অদু উম্মগা ঙাঙদৌনা ঙাঙখি। লোইনা তাবদি য়াবা ঙাক্লি। ভদ্রমন্ত্রীগী লেকচরদুদি থোইদোক হেন্দোক্লা থাগৎনখি। মহাক্কী ফোঙদোরকপা ব্রাঙাঙদা নেশাগা মরী লৈনবা অচা-অথক পূম্নমক ময়াম পূম্নমক্কা অমত্তা ওইনা থিংমিন্নখি। দেশ অপূম্বা নৌহৌনা য়াইফখি। লৈবাক মরা তপ্পা পানখি। হৌখিবা থা খরা চহী খরগী মমাঙদা পাঙথোকখিবা মীখনগী মতমদা মানা তহা তহা মতাং মতাংগী ইশিনহৌবা দাইরীগী লামায় অমদা খোৎচিলহৌবা হিসাব মতেক অমদা মুক অঙাঙবগী বোলপেন্না ময়েক লাফাত্তনা ইরম্বা খেংনবদি ঃ

| | |
|---|---|
| মাইক | লুপা ৩৫.৭৫ |
| গাড়ী-থাউ | লুপা ১৪৬.৩৫ |
| চুরুপ-বেরি | লুপা ২৩.০০ |
| ক্বা | লুপা ৩০.০০ |
| নহারোনগী হিদাক লাংথক | লুপা ২৮০.০০ |

অসিগুম্বা লামায় অসি অসিমখক্তা নত্তে। ফনা য়াম্না থা-না কল্লি। অয়াম্বা লামায়দা আইতেম অতৈ অতৈদি তাবসু য়াওই, হেনবসু লৈ। অদুগা অরোইবগী আইতেম অসিমদি হাইদোকপা লামায় খূদিংদা অসুম অসুম হেনগৎপগী শরুক্তা মওই। নহারোনগী হিদাক-লাংথক! ইনা নাদবা চঙ-চঙ লাউরিবা ঈ খেগৎলক্লিবা নহারোল কর্মীশিংগী হিদাক লাংথক। তঙায়ফদবা কয়াগী মরক্তা থাফদ্রবা অমা ওইনা ইশিল্লি।

তরানী মণ্ডানী লৈরগা শহর অসিগী লম্বেল পূম্নমক্তা ফাও ফাওদুনা মীয়ামগী রেল্লী অমা চৎলি। অঙকপা ফংনা শাংই। ঈংনা চীক্লা চৎলি। মচু মখল মখল্লি। য়েংবদা নুংঙাইবগী মতিক হঙোইসু চোংই। রেল্লীগী ঈচেল অশাংবদু কাংজৈবুংগুম্বদা ঈপাক ওনখি; মিতিংনা ব্রাথৈখি। থিংবা খোৎপগী পরীংদা অনীসুরকপা অচৌবা মীতিননি। শহরসিগী মচীন তোংল-তোংলবা কয়ানা ঙাঙবিখি। কয়া অমসু ঙাঙগদবগী শেম'-শারি। অদুঙৈগী 'মিতিং ভিয়ু' হোতেল অদুগী কা মচা অমদা গিলাস অহুমথক্ লৈরি— অহাঙবনি; হৌজিক্তা হাঙহল্লম্বনি। অঙনবগীসু

লোইখিবা, থেঙজিন্নকপগীসু হৌফাৎত্রিবা মরক্কী মী লৎপা মতাং ওইবনা গিলাস অহুম অদু ঙাইহাক লৈরিবা ফীবমদা ঙাইহাক পোখাবা ফংজে।

মী কোইরুক-কোইরুক য়েংলম্মগা অহুমদু ব্রারী শারকখি।

১বা— হৌজিক্কী অহুমদো কনা কনানো খঙব্রা?

২বা— মুন্না খঙদে। তোয়না লাকপা মান্দে। অদুগা অমদি লোল তম্বীবা ওজা মাল্লি, লোন্দা শেরান তুরান ঙাঙই।

৩বা— মশা য়াম্না নানবা ময়ায় থংবদুদি ফম্নাইবা নেতা অমগী মচা-মশু ওইরম্বা য়াই, কামজাও হুল্লিনে।

১বা— অমদুদি? চন্দোন-ব্রালাদো?

৩বা— মাদি গিলাস থাঙ্গৎপফাওবা ফাইল সুবদৌনা আলে-জালে তৌদুনা থাঙ্গৎলি। কদায়দনো লোয়শঙ অমদা থবক কারমতাইয়ে। চানবা অতাউবদু ফনা কুইনা পেন্দিংদা থম্মী।

১বা— অমত্রা নত্তেসে। তুংদা ওইরক্কদবদি খঙদে। হৌজিক হৌজিকমক্তি— তু আদা লাউনরিবা মীতিন অসে তারিদনা। (নেপথ্যদা মীতিন লোইশিল্লকপা; সভাপতিগী ভাষনগী মতাং খজিক খজিক তায়। অহুম্মক মনা থাঙ্গত্তুনা ঙাইহাক তামিন্নৈ। অহানবা গিলাসনা মখা চথরকই,

১বা— মীতিন অসে, অসি পাঙথোক্লবা শীনবা লাক্লবদা ব্রাজরবা, ঐখোয়গী নহারোলনিনে মরক মরক্তা নুতিগী অসুমাইনা পোখারম্বা য়াই।

অহানবা অমদি অনীশুবা গিলাসনা অশাংবা ''ও...'' অমগা মঙক কাইদ কাইদ নোমখি। মীতিন লোইরকপগী খোংলকপা মাইকতা, অনী পূন্না শকমিন্নবা কলাকার অনীনা মখাদু ঙম্মিমখৈ ফাক ফাক্কুনা লাউহৌই। তান নুংঙাইবা ঈশৈনি; 'মিতিং ভিয়ু' হোতেলদা গিলাস অহুম তান থারম্বা য়াই।

*ইম্ফাল*

৩০।১১।৭৮

চেল্লকইবনি করিগী চত্তোইনো, কদায়দনো, মতম খরগীদমক ট্রান্সফর তৌরবা জাৎলা হায়দনা কৃপথনা হংলৈ। তশেংবদি লুহোং-খোঙদোংবগী চৎপনি। মঙোন্দদি চুম্না য়ূম থাদোকপা কুইরে মঙানী তরানীদং চৎলুগে তৌবনি হায়খি। চান্ননা চৎপা নত্তে তাবদা মানা নুংঙাইবা ফোঙদোকখি। মতুংদা য়াম্না কিজনা য়াম্নমক হঙ্গোইজনা পাক হেক হায়বা ঙমদনা ওন্থোক্লা ব্রানা মহোয়দা চাক চরা অমতা চামিন্নসি হায়। ঐনা খুমদ্রিঙৈনা মানা হিন্দু হোটেল অমদগী লোইনা পুহল্লক্লগা তৌগদবনি; মহোয়দা পূন্না চামিন্নবা পামজবগী ব্রানি হায়বনচিংবা শাংনা ঙাঙদুনা ঐনা হঙ্গোইদনবা, য়ারক্লবা হায়দনা ঙাঙথদুনা লৈ। মরোল ফাইরি-ফাইরিদনা লৎ-লৎ ঙাঙই। ঐনা মরক্তা হায়খি – ঙাইখোহৈ! চক-চক সুম ঙাঙ লৈরিসিবো। মরোল-মরি ইফাই ফাইরদনা। চাক চাসি শংব্রা শংদব্রা লোইরে। মা তূমিন লৈ। চপ লেপ্তুনা তিঙক তিঙক য়েংই। ঐনা তপ্পা হংলুই,

– নচন নুপীদু থোং থাকপা হৈব্রো?

– হৈ বাবুজী। মানদা থোংই। মাগী স্কুলদসু থোং-থাকপগী বিষয় অমা লৌরি।

– অদুদি মানা থোংলগা লোইরেদনা। বস! হোরেল নুংদাং লাক্কে চৎলো। কৈনো মসিবো!

মা হরাওখি। থোক লৈদুনা তহা তহা চৎখি। ঐনা কৌই– হমীদ। মা চেনশিল্লকই। চিংনরপ য়েংলৈ। ঙাইদুনা লৈ। ঐনা ঐদি শা-ঙাদি তৌদে মনা-মশীং খরা হব্রাই; লৈরগনা শঙ্গোমগী পোৎ অমনী অসিনা লোইরে হায়রুই। মা মঙক য়ুংনা ফৈনা নোমদুনা তারম্মগা হুৎ লৈদুনা চৎখি। খরা চৎলুরগা লৈশিল্লক্লুনা তহা-তহা অমুক চঙশিল্লকই।

– কৈনো কৈদৌরে হমীদ?

– বাবুজী হোরেল নুংদাংনিকো? ঐবু...!

– হোয়নে। তোক্লগেরা হায়খৈ হায়জিল্লম্মগা!

– হু! অদু শোয়দনা লেঙঙকউকো। কো, বাবুজী।

– ইহে! চৎলো থোংহল্লম্মো চো।

ঐ নুংদাংদু চৎলুই। চাউরাকপা মফমদি খঙলগা ময়ূম তাংদাংবদি খঙদে। হংবসু কাউহৌরে! হং-খোত্তনা থিরে। পোৎফম ফম্বী অমদা হংলুবদা য়ূম তাকলক্ত্রিঙৈদা নুপীদুনা হরাওনা মোমোন তৌরগা রজিয়াখোয়গী ভাইজান হায়দু

মাল্লকই; লাকশিনবা ঙম্মকই।

— হাই! নঙবু হমীদ নৎত্রনে!

— বা-বূজী।

হায়রম্মগা মা ঐগী খোঙদা লুকথরক্ই। ঐনা হৈ...হৈ... কৈনোনে হায়দনা মরেংবান পায়দুনা কোনখৎলি। মমিত্তা মপি ঈরা চেল্লি। লেপখৎলগা মতুং হন্না য়েংথোকলুই। ঐসু সুক্তোক্তুনা লাপ্লপ য়েংলুই। মী মঙা তরা লেপম্মী। নুপী অমা চঙশিল্লক্তুনা খোঙ শোক্লে। ঐনা হমীদতা, নুপীদুদা মুন্না য়েংলুরগা লকক তৌনা হায়গে তৌরুই,

... ইবেম্মসি ...বিন্দু শর্ম্মা...?

— বাবুজী! মনাওনুপী বিদ্যা।

— হায়'দি নঙগী...?

— বাবুজী।

— আ...! পুন্সিয়ু পুন্সিয়ু। অল্লাতালানা য়াইফবা পীবা ওইয়ু। কদোমদৈনো কমদৌনা অঙাওবা নঙনা ভৌরকইসিবো হা! ঐবু পুঙক ঙকখ্রেনে! মঙলা হারা হমীদ নঙনা, নহোয়না...

মতাং অসিদা মী মঙা-তরাদু মরী-মরী চঙলকই। ইরৈবাক্কী নহারোল অহল্লোন ঙাক্তুনি। হেন্না ঙকই। কৌশিন্দুনা ফমহল্লে। চা-নুং লোলহনখ্রে। ফমিন্নরে। ঙকপা খজিক হনবদি লায়রদনা হেন্দুম হেনজিল্লকই। হমীদতা হংলুই। মানা খুম্মকপগী মহুত্তা নহারোল ইচাশিং অমনা হায়রকই,

— খুরাবু সুমদৌবনি। ঐখোয়না হায়জবদা, হায়বদি ঐখোয়না চহী খূদিংগী পাঙথোকচবা নোংপোক ভারত সঙ্গীত সম্মেলনগীদমক্তা সোমগী ভারত শীনবা থুংনা মমিং ফাওরবা উস্তাদ সলীমনা হরাও-হরাও লেঙথোকপীরকপনি। ডাঃ বেগম বিদ্যা সলীমাসু ঐখোয়না হায়জরুবা তৌদনা লোয়নবিরক্লে। উস্তাদজীনা হেক থুংলবগা খুরাবু হংই। ঙরাংদি উস্তাদজীগী প্রোগ্রাম লৈরবা; খরগা থেঙনা থুংলবদুদা পুজরক্তবা। অহিং অথেঙবদা চৎসি হায়দনা উস্তাদজীনা হায়বনি। থেঙমল্লবদুদা মতা ইচা চান্নররোই হায়দনা হৌজিক অয়ুক ঙন্না লাকচরিবসিনি।

— উস্তাদ সলীম হায়বা? হমীদ নঙবো!

হমীদ খজিক নোকফেত্তমক তৌখি। ঐনা ঙকলম্বগুম ময়াম অদুসু ঙক্লপ তৌই। তৌবগীদি ঐসু অদুম মঙক্লি। মঙক তিন্নদবগী ব্রাদনি। উস্তাদ সলীমগী

মমিং তাবা য়াম্না কুইরক্লে। সিনেমাশিংদা রেডিওদা, খবরনচিংবদা মাগী ঈশৈ তারে; মখোল তারে। মাগী শৈশক শৈহেক্কী মরমদা ঙাঙনবা তারে; ইরকপা কয়াসু পাখ্রে। দেশ অসিগী ঈশৈগী লমদা উস্তাদ সলীমগী মমিং নৌদ্রবনি। অদুবু ঙসিদি ঐঙোন্দা ওল্লোক্না নৌনা থোক্লরে। ঙক্লসু থোক্লি। ময়াম চা থক্লিঙৈদা ঐনা হংলুই–

– ঙাইখোনে হমীদ, নঙবু উস্তাদ সলীম হায়নরিবসিরনে অওইবা?

– বাবুজীদা করিসু খেন্নরোই। মহোয়না নুংশিদুনা পঙহায় হায়বগী ব্রানি। মপাগী মফমদদি মচাগী মচা অম্মানি; চাউরবসু পীক্লবসু।

– অং! নঙ ওইদবা ঙাঙবসু হন্দ্রি।

ময়াম খজিক নোকমিন্নে। মানা য়াম্না থব্রায় য়াওনা হরাওনা নুংশিনা ব্রারী মথং মথং শারি। লোয়নরক্লিবা ময়াম অদুদি ঘড়ী লোন্না লোন্না নাশোন্দা য়েংবা য়াওনরক্লে। ঐনা নহোয় অনী ঐগীসিদা লৈরোদনা হায়রুই। মানা আদা হোটেলদা অদুম মরৈরগে হায়রকই। হায়রকই,

– নমৌনুপীবুদি বাবুজীগীদা লৈবনা পামগনি। মাসু শা চাদে, ঙা চাদে বাবুজীদৌনা পূরা নিরামিষতা চত্থরি। ঐদি বাবুজীনা খঙবিরিদুনি মীদনি চাদ্রিবা–। অদুবু চরাং-চরাং নুংঙাইররোই। ঐ লাকখিগে। চৎলমদাইদা লাকখিনি ঐ। চাক চারখিনি। অদা বাবূজীনা চারো খোৎলো ইহায় হায়দবসিদা–

– ঐ-মা! কোন্না হায়দৌবা ব্রানি। ঐসু হায়গে খল্লম্বনি। অদুক থাপ্না লাক্লগা চরা’মা চামিন্নদ্রবদি কদায় য়াদগে।

চৎখিরমদাইদা মানা ঐগী খূৎ অনী চেজেৎ চেৎনা পায়রগা মরায়বক্তা থম্মী। হায়রকই,

– বাবুজী। হোরেল লেঙঙকউকো। ঐ ঈশৈ শক্কনি। তাররাও।

– অদ–

– য়াদে। ঐ শাউনি! তাবিদ্রবদি ঐদি য়াম্না শাউনি।

– নহোয়গী ঈশৈদুদি অঙংবী ওইরিনি মদুদি ঐদি পঙহৈ হৈতে।

– ঐনা হেন্না হৈতে। অদুসু তাররাও। বাবুজীনা হৈনবা ঈশৈ ভজন অদু ঐ ফজনা ফারে। মদু বাবুজীদা তাহনগনি। শোয়দনা শক্কনি। চীক্লা তাহনগে অদুনা। নচানুপীগা ইবানী শক্লে। চাক পীজনিনা। মদুদা চীক্লা তাহনগে। ঙসি লাকউকো। লাক্তবা য়ারোইকো। ঐদি শাউনি।

# হোতেল অমা, মিতিং অনী

## গিলাস অহুম

হোটেল 'মিতিং ভিয়ু'গী মনীংলোমদা পীক্তক-চেংতকপা লম্পাক অমদা ঙসিসু মিতিং অমা চথখি। সভাপতি অদু লাপ্না উবদা নুপীসু মাল্লি, নুপাসু মানগুম তৌই অদুগা মাইক্রোফোনদা মথং অমুক চঙশিন্দুনা ঙাঙলরিবদুদি নুপীনি নুপা হাইরপ মানজরবসু। শাউরপ চথরম্বদগী মরৈনা থল্লবা অতা-অতাবীগী মওংদা খাকথরকখি,

– অদুনা, ময়াম্নসু হেন্না খঙবী উবিরিবনি, নেশা চাবদগী ঈশিং অঙাওবা থকপদগী ফখিবা, ফরকপা মীওই অমত্তা পুথোকপিরকউ। থক-চারগা কুচু-কুমেন শেংলকপা; মশা-মউ ফগৎলকপা, নোয় পেল্লকপা, মবুদ্ধি মরৌশিং ফরকপা মীওই অমত্তা পুথোকপিবা ঙম্ব্রা মুন্না থনবিয়ু। ঐখোয়না নুতিগী তাবা ফংলি থকচিন্দুনা নুপী ফুবিরে, পীক্লবা অঙাং কয়া লৈফম চাফম খঙদ্রে; সোরোক লমজাওদা খৎনরে, য়ৈনরে, থাঙনা থিন্নরে, হাৎনরে। পূম্নমক অসি নেশা শীজিন্নবদগী অয়াম্বনি। অদুনা নেশা চাবা থকপা অসি পূমথিং থিংগদবমক্লি।

নেশা শীজিন্নদবগী কান্নবা কয়া মথং মথং পনখি। লোইশিল্লকপগী অদুদা

— ঙস্মোইবো পৈশা তিংঙবদি।

— তমনীংলবদি মিংজনশেন্দু ঐ পুথোকপীগে; ফীসনা নঙনা পীজৌ নঙনা ঙমদা-ঙম্মক্তবা মতাংদা খরা খরা পাংবীগে।

মা চৎখ্রবা কান্দা খলহৌই কদায়দা হায়জিল্লুরিবা— ওস্থোক-ওস্থোকপা! মিনুংশি খঙবা শারদনা! য়ূমদদি পৈশা কোন্নদে হায়দনা খজিক খজিক্তা থায়; কোট অমত্তং তূগে খনবদি অতূমল পুথোকপা ঙমদদনা য়ৈথোক্কদৌরি। অদুবু শাফবা অমনা মা কয়া তমনীংনা উখিদে। অদুবু কুন্নিমুক লৈরগা নোংমা ঐগী ওফিসতা লাক্লগা মিং চল্লগে মতেং খরা পাংবিনি হায়বদু পাংবিরো হায়দনা য়াম্না ইকাইনা হায়রে। চীন পুথরুবগী তৌবনি তোলোপ মতানে তারীখ মতানে চীন হূ-মরুম খাখিবনি। পঙয়াম য়াম্বদি ওইরমদে। পীখি। চৎলমদায়দা ঐনা হায়খি,

— হাই! নঙগীসিবু মিং চন্নবনি হায়দনা লৌখ্রগা অরেম্বদা সিনেমা য়েংথোক্তনা...।

— বাবুজী তৌজরোই। হয়েং রসীদ পুজরক্কে।

— ফৈ ফৈ। তৌরো তৌরো।

য়াম্না ব্যবহার তৌনা খুরুম্মম্মগা চৎখি। মথংগী অয়ুক্তা হরাও হরাও রসীদ উৎলম্মী। মানা হরাওবদু উবদা ফনবু নুংঙাইরুরে।

মাগী মপা লৈত্রে। মমাসু কদায়দনো অতোপ্পা ময়ূম অমা পানখ্রে হায়। মচননুপী পীশক অমগা মাগতা লৈ। মচন অদু মানা কন্না পৈশা তাল্লগা লাইরিক তমহল্লি হায়। মহোয় অনীমক মমাগী মনাক্তা মতম খরদি লৈরুরে। অদুবু ইমুং অদুদা তিন্নবা য়াদদনা মচীন-মৌথ্বা লাক্লে মপানা থনম্বা য়ূম মচা পীশক অমদা লৈররে। মপাদু লমদুগী লোক গীত শকপা, কোয়চৎ চৎপা কাঙবু অমদা য়াওরম্বনি, শকপসু ফনা ফজনা শকই হায়না মানা তমখি। কদায়দনো খুলগী মেলা অমদা ঈশৈ নোংমাই চথরিঙৈদা ডাকু খরনা পোৎ-চৈ মুনবা-লাকপগী মেলা চৈথায়বদা নোংমৈনা পানবদগী শিখিবনি হায়না তমখি।

— নমাদুদি নখোয়বু য়েংদ্রবা? নুংশিদ্রবা জাৎলা?

— নুংদি নুংশিবা জাৎনি বাবুজী। নহানব্রাইদি মরক মরক্তা লাক্লম্মী। পৈশা নুংশাসু পীরম্বা য়াওই। অদু 'মাই নুপাদুনা ফূদনা তাম্থোক্কনি হায়দনা তৌবদগী লাকখিদ্রে। করিগুম্বা কান্দা লোম্না পৈশা খরা ফি-রোলগুম্বা খরা থারকপা য়াওখি। অদুসু থারকখিদ্রে। খঙদে বাবুজী জগৎ হায়বদু 'সি ওইরমাল্লেদো।

— এ, হমীদ মিয়াঁ নঙদি ফনবু ভাব তারেনহে; খুদাই কসম।

অন্নায়বা লৈফম কাদুদগী ডাকঘরগী থবক শুফম কাদুফাওগী অকক্লবা লম্বেল অদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলিঙৈদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। তল্লে তম্না, হৈনীংলে হৈনীংনা অদুম মচৎখি; অদুম মহৌখি। চৎকেসু খন্দে চৎলোই হায়নসু লেপ্তে; খোঙ অদুম থাংই। মরক্তুদা নোংমা হমীদনা হায়রে,

— বাবুজী হয়েং, হংচীৎ, মশেম ঐগী পরীক্ষা লৈ; পেপর পুজরক্লোই শাউবীনুকো।

— এ, ফৈ-ফৈ চহী পরীক্ষারা?

— বাবুজী।

— ফজনা তৌ। পৈশা-নুংশা থরা পীয়ুরো পরীক্ষা মনুংদা কৈনো থরা চা-থক্লবা।

— য়ারেদা বাবুজী ঐ লৌমন্দনা ইকাইরে। ঐ মপোকসিদা লমন শিংবা ঙমগনি থাজদ্রে। খুদানা ব্রারৌব্রা কৈনো।

— হাই অঙাওবা। নঙনা পূবসু নত্তনা, ঐনা পীরগা। শিংনবা পীবসু নত্তনা। সে, সে, লুপা অনীসি পায়শেম্মু। ফজনা তৌ হে। নঙ ঐগী ভজন্দুদি ফারব্রা?

— ফাদৌরে। হেক ফাবগা শক্লগে।

— ফৈ ফৈ। কুইনা তম্মীহে ঐদসু ফারে রেডিওদা তাবদগী।

— বাবুজী অশেংবা ভজন ওইনা তাহনজগে। ফাববুদি ঐসু ফারে। ঐখোয়গী প্রিন্সিপলনা তাকপীবা মতুং ইন্না অশেংবা ভজন ওইনা শকপদি ঙমদ্রি। পঙলাউ লাউবদি লাউবনি। বাবুজীদা অদুমাইনদি শকনীংদে শকচরোই। হৈত্রি।

— হোয় হোয়। ফার কান্দা শক্লরাও।

য়াম্না হেন্না তানীংলুবা তৌদে। হৈনৈ; তাবদা নুংঙাইনা থোকপা ঈশৈনি হায়বদনি। মাদি য়াম্না লুনা খল্লিমাল্লে।

নোংমা ছুটি নুমিৎ অমদা খবরদা থবক হাপ্প-থোৎপগী কলম অমা য়েংদুনা থবক অমদুম ওল্লসিরা হায়না খন্দুনা লৈরিঙৈদা হমীদ লাকই। মানা ফরক্তা লাকপসি ঐ ফুরিৎখাওগী ব্রা হেক-হেক খল্লি। মখুত্তা অনৌবা মেগাজিন অমনীসু পায়রকপা উই। খল্লি শোয়দ্রে, ঙসি ঐনা সিনেমা অমত্তং য়েংসিরা হায়না তৌরিবসি প্লান ফেল ওইবা তারে! মা মশা তনান তনান চঙলকই।

— কৈনো হমীদ?

— বাবুজী, চুম্না সুম লাকচবনি। পূমনৌ নৌবা হন্দক্তা ফোঙবা হৌবা মেগাজিন অনীখক বাবুজীগী পুরকই। ঈশেগী নোটেশনকা য়াওই পাবিয়ু।

— খরা লৌরিবসিফাও পাববু ঙমদেদা। থা অমনীসিদি শেনসু চিল্লি লৌরোইদা।

— বাবুজী শেনগী নত্তে। বাবুজীগী পানবা ঐনা তৌজবনি।

— এ! নশানা নশা নানখৎলক্লিবা। নঙ শেল পায়রমাল্লে। খবর য়াম্না থিনবা ঙম্মব্রো? নহৈদা মাঙঙক্তনিকো নঙ।

— বাবুজী খবর থিনবা তোকচরে।

— আই কৈদৌরবা?

— কৃপাদগী খবর-গা মেগাজিন-গা পূন্না থমদুনা দুকান মচা অমা হাংজরে। কান্নগদৌরি বাবুজী।

— হাই! অদুদি ফৈনহে। হৌদোক্লবা শেন্দি কদায়দে কনাদে লৌরিবা? নঙগীসিবু...

— কনানা পীবিগনি বাবুজী নত্তনা।

— ঐনা! ঐঙোন্দদি নঙ হায়খিবা লৈতে পীখিবসু লৈতে নঙবু মীনম শোরী...

— খুদা কসম! বাবুজীদবু মীনম্বা! সুমদৌবনি বাবুজীনা কাউবিরম্মনি। নহানব্রাই নোংমা পরীক্ষা তৌবা মতাংদা বাবুজীনা লুপা অনী পীবিখিবদো—

— অ! হোয়নে নীংশিংলিনে। অদুনা? লুপা অনীদুনা?

— অদুনা। হায়জরকখিগে! নুমিত্তুমক্তদা ফোরম অমা লৈরুরে। চহী খুদিংগী অঙাংগী ঈশৈ তান্নবগী থৌরম অমা কাশী সঙ্গীত সন্মেলননা পাঙথোকপদো তাবিরিনি?

— থোইনা তাদে। সংস্থান মমিংদি তারে।

— অং, অদো। মদুদা ঐনা অনীশুবা মনা ফংঙে। লুপা ২০০ গা সার্টিফাই অমগা।

— সার্টিফাই নত্তে, সা-র-টি-ফি-কে-ট। হায়য়ু।

— সার্টিফিকেট! — অদুগী পৈশাদুনা।

— ও! ফরেনে। ফৈ অদুমাইনা তৌগদবনি। অদুদতা মী ওইদৌনি। অদুদি নঙ খবর য়েনবা তোক্লে?

— তোক্কে। অঙাং অহুম ঐনা থম্মে।

— অদু নঙদি নুতিগী ঐগীদা থিল্লকইসিদি। ঙসাই অয়ুকসু নঙনা পুরক্লমদাইনে?

— পুরক্লম্মী। অতৈদদি চচ্চদ্রে বাবুজীগীদি ঐনা থিনগনি। নুতিগী পুরকখিনি। অতৈদা তৌহল্লোই! হয়েংব্রাই ফাওবা। শিগ্নদি খঙদ্রে প্রাণ মঙাসিনা হেক লৈরিমখৈদি বাবুজীগী সেবা ঐনা তৌনি।

— এ! ঈশৈ তম্মবাইসিদি ঙাঙবসু হৈরেহৈ। ঐনা নঙগী খবর অসি পাবা তোক্লবদি?

— তোকপা য়ারোই। ঐদি থিল্লক্কনি।

— পৈশা পীদ্রবদি—! ইহে! থা অনী সুরৈনি ঐনা নঙগী পৈশা শোৎলকইসি। হংচিৎ তোলোপ ফংঙগা পীহৌরগে।

— কনানা পীয়ু হায়বগে। পীবিনু।

— য়ামশিনখ্রবদি ব্রানিনহৈ।

— ব্রাসনু। বাবুজীনা শেনগী ব্রাবদু য়েংনীংই। বাবুজীহোয়সু পৈশাগী মৈশা খঙব্রো?

— ইয়া! নঙনা ব্রারীবদুদি ঙরাংদনি। ঐ নিঙ পোক্ত্রিঙৈদগীনি। নঙগীদি নচন অমনা লোইরে। ঐগীদি ইমা-পাজি ইনাও অহুম ইচন মরী। পৈশানা ঙাওদুনা নহোয় স্বায়দা চেল্লক্কুনা থবক তৌররিবসি উদ্রো!

— বাবুজীনা ঙাওরদুনা ঐগা উন্নরিবসি ঈশ্বরগী থৌজান্নি। ঐগী লাইবক ফবনি।

— এ, মাই বাবূজীবু য়াম্না লুনা খনখ্র'জাৎ ওইরে মিয়া ভাঈ।

— খঞ্জে বাবুজী। ঐখোয় ইচীন-ইপ্বাসু লমজা নৎত্রে; ইয়াম্বা অমা লৈরে ইপাগুম্বা অমা লৈরে হায়দনা য়াম্না চাউথোক্লা লৈজরবনি।

— হাই। নয়াম্বা ওইনদি খল্লু। নপা ওইনদি খনগনু ঐ পাখঙ ওইরিহৈ। চৎলো নঙগী দুকান্দু পোৎশিৎ হস্থরনি ব্রারেম সুরিঙৈদা।

মা নোক্লা নোক্লা চৎখি। ঐসু ঐবু থাগৎলরবা অদুদদি ফনবু নুংঙাইরুরে। ওইদবা কয়াদসু অওইবগুম ঙাওবা ঙম্বা সংসারনি। অঙাওবা সংসার।

মূমদগী চিঠি ফংঙদুনা মঙানী তরানী ছুটি লৌদুনা চৎনবা শেম শাবা হৌরকপা মতাংদা নুমিদাংব্রাই অমা মা চেল্লকখি। চৎকনি হায়বা হেক তাবগা

# দ্রুত বিলম্বিত

ঐগী ইপোক নুমিৎনি; হুম্ফুতরাশুবা ইপোক নুমিৎ। হান্নদগী খরা হেন্না ঙন্না হৌগৎলগা ঈরুজ-মায়থদুনা, অদুঙৈ ইমানা তাক্লম্বা মওংদা, ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি উৎপা ওইনা তূমিন্না ফমদুনা পূজা ঙাইহাক তৌরুরে। চরা হেনগদবনিনা করিগুম্বা খরা চাবদুদি তোক্লে; খোইহীগা চম্প্রাগা থক্লগা নুমিৎ খরা-খরা থোক্লকপগী অদুদা ঙরাং নুমিদাং পীরম্বা খবর অদু পাগে হায়দুনা ফমথবদা মঙায়রি থোঙদা কাক কাক খৎলক্লগা তপ্লপ লাউরকপা তায়– ‘‘বাবুজী পেপর।’’

তাবদা ঐ তু খ্যাও চুংই! মঙ-হা ওইরবোই নীংই। তাথীরপ তৌরবা না-নি; থাঙ্গত্তুনা ঙাইহাক তারুই। শেংনা হেক্তা মতারে – ‘‘বাবুগী পেগরব্রালা।’’ ফুক হৌগৎলি। থোঙ হাংদোক্লগা, আনোক লৌথোক্লগা য়েংলুই। মীরৈবাক্কী মুসলমান অমা মখূৎ লোন্নদুনা লেপ্লুনা লৈরম্মী। ঐ ঙকই। শংদোক্লুনা মঙোন্দা শংত্রিক য়েংই। মশক খঙবা ঙমদে। হংলুই– কনানো ইবুংঙো, করি হায়গে?

মা পাক খুমদে। মানা উপ্লিবা তুপী অঙৌবদু লৌথোক্লগা তপ্পা নুংশিরবা সুরদা ঙংলকই– রামজী করেগা তেরা পার *SSS* উদাসী মন কাহে কো ডরে *SSS*। (অর্থ– রামনা নঙবু লানবিগনি, পূক্নীং নঙ করিগী ব্রারিবনো।) খংমান

বাবুজীরা হায়না হংলকই। রজিয়া হমীদকী মচনগী মমিংদি ওইরম্বা য়াইদি খল্লি। মশক্তি অমুক অনীরক উপ্রে মমিংদি খঙদে। ঐনা মানি হমীদখোয়গী ময়াম্বশিংনি হায়রুই। নুপীদুনা মচানুপা অদু কৌথোক্লগা ঐবু হমীদখোয়দা থিল্লুচো হায়খি। নুপামচাদুনা ফুরিৎ নংবোই-নংদবোই হুকচিল্লগা চেম্মোরকই। লম্বেল চিংলৈ। নুপামচাদুনা খজিক লাপ্লিঙৈদগী কৌদুনা তাক্লুই। ইমুংদগী মচীন-মৌপ্বা চেম্মেরক্লুনা গলীগী হেক হাইজিনবগী অদুদা লুকথদুনা খোঙ শোক্লরে। ঐনা নাক-য়েৎ কোইরুক কোইরুক য়েংখিবদু লমজিংলকপা নুপামচাদুদি উখি। নুংঙাইবা অমসু ফাওখি।

কা অদু পীশক্তি পীক্লগা কয়া নীংথিরে, লূনা লৈরম্মে। মৈ অঙানবা অমা থাল্লদনা মনম নুংশিখ্রবা ধূপ থারদনা ফক্লাংদা রাম কৃষ্ণ অনীগী লাই অনীখক-কা থেৎলদনা লৈরম্মী। কানি ওইরপ্লা তানপুরা অমগা তবলা-গা খিনবা উই। মদুগী ফক্লাং অদুদা নেমলপ্লা মানা অদুঙৈ মনা লৌখিবদা নমহৌবা ফোটো অমগা রজিয়াগা মাগা ফমিন্নদুনা নম্বা অমগা অনীখক থেৎলি। চঙখিবদা কয়া লূনা তৌরে। লাই তারকপদু মঙায়খরে! রজিয়ানা তহা-তহা চেন্নোম নোমদুনা চান-থক্লবা পুথোরক্লে। চাকলুক অনী তরু তরু থাররে— লাপ্লপ লাপ্লপ থম্মদনা। ঐনা করিগীনো অনীখক্তদি হায়না হংলুই। হমীদনা য়ানি বাবুজী মা কোম্না চারসনু হায়রকই। হায়রুই,

— হাই! করিগী! য়াদে! রজিয়া। নঙগী টেবিল চৌকীকাসে মসিদা চাবা হৈতে। লৈমায়দা। ফাল মচাগুম্বা দরীগুম্বা লৈব্রা পুথোরকউ। নৎত্রগা খবর অসি হেক্তা থাও। খোঙ্গ্রাই চন্দুনা ফম্মগা চাগদবনি। নঙগীসু পুথোরকউ সিদা।

— ভায়জান ঐ... কোম্না।

— য়াদেনে। নথম্বা কোম্না অহাও অহাওবা চাহৌদৌ তৌরিরা!

রজিয়া তিঙক তিঙক লেপ্তুনা ঐঙোন্দমুক য়েং মবুঙদমুক য়েং তৌদুনা লৈ। ঐনা অদু ওইরগা ঐ চৎলোরা হায়রুই। হমীদনা পুথোরকও বাবুজীনা য়াররোই হায়রুই। চেনশিনখ্রগা পুথোরকই। ফম্মিন্নদুনা চামিন্নরে। কয়া য়াম্না তৌরম্মে। হাওসু লোইনা হাওই। মবানীদি হঙোইরিঙৈদা খর-খরদমক চায়। লোইরমদাইদা ঐনা ইচননুপীনা অসুক হৈরগা নঙনা করিগীনো হমীদ হোটেলদগী মফম মরাংসু খঙদবদু চাসি হায়রিবদি হায়না হংলুই। মানা হায়রকই,

— বাবুজী, ঐখোয়না মুসলমাননি। বাবুজীদি হিন্দু ব্রাহ্মণনি।

— ইয়া! কয়াদনো! যুগ অসিদবু নঙ জেল চঙলরনি। অদুমাইনা হায়বদি লায়রদনা খনবা ফাওবা য়াদ্রবা কাননি। নঙগীদি খঙদে হমীদ ইচন রজিয়াগী নিকাহদি বামোন বোর অমগা। ঐন শীনগনি। কো রজিয়া।

রজিয়া ঐঙোন্দা য়েংলম্বদগী মবুঙদা য়েংলগা ইকাইরপ নোকখি। হমীদসু মোমোন মোমোন তৌজখি। মচীন মৌপ্বাগী মোমোন মিনোক্তা চম্না মকা লান্নবা লৌথুপ লৌকোই লৈতবা মওং অমা উখিবদু ঙসি ফাওবা নীংশিংলি।

ছুটি নুমিৎ খরনিগা লৌথ্বদুনা য়ূমদা ফনা কুইনা লৈথরকখি। ঐনা লাকপা মতমদা হমীদ খংচাউ চাউরম্বদৌনা তৌরম্মে। মশা-মউসু হান্নদগী য়াম্না হেন্না নাপ্লম্রে। মাগী দুকান্দু ফজনা কান্নরে হায়না তম্মে। ঐসু মাগী ওইনা নুংঙাইবিরুই। ঐগীদা অয়ুক্কুম্বা নুমিদাং তাপ্লককুম্বদা য়াম্না তোয়না লাকখি। করিগুম্বা ব্রাফম অমগী ওইনা লাক্লগা হিন্দু ধর্মগী অমদি হিন্দু বামোনগী চৎনবীগী অকুপ-অতা কয়া হংলে। ময়াম্না ইখঙ খঙনবা হিন্দুগী লাই ময়ামদগী হেন্দোক্লুনা ললিতা বিশাখানচিংবা গোপী কয়াগী মরমদা হংলে। রাধা আয়ন অমদি মধুর রসকী মতাংদসু হংলে। অখঙবা খরা মতাকই। খঙদবসু কোঙ্গাইনি। ঐদি মাগী ঈশৈগী ওইরবোই নীংই। মানা পাবা ঙমদৌবা লাইরিক খরসু মতাকখি। মাসু ঈশৈগীনি মহায়। করিগুম্বা কান্দা ইংলিশকী ব্রাহৈ খরসু পুরক্লুনা অর্থ হংলে। ব্রাহৈ পরেং ওইনা হংলবসু য়াওই। ঈশৈগী মানফাত্তবদনা করিগীনো হংলুই। মানা ইংলিশকী লাইরিক মচা মচা অসুম, দুকান্দা ফম্না ফম্না, পাদুনা শান্নরুবদা থেংনরকপনি খঙনীংদুনা তৌবনি খুম্মী। থাজরুই লোয়ননা থাসু থাৎলুই। নোংমা করিগীনো হড়তাল নুমিৎ অমদা নুংথিল লাকখি। ঐসু ইথক্তা য়াম্না তন্না লৈবা মতাং থোকলুদুনা চা-নুং লোলহন্দুনা ফম্মিন্নরে। ব্রারী মরক্তা মানা চেকশিন্না হংলকখি,

— বাবুজী ঐখোয়গী ঈশৈ অসিদসু বি, এ, এম, এগা মান্নবা লৈ হায়বা। শকপগী য়ৈবগী খোংবা-খোৎপগী য়াম লৈ। অদু চুম্নগী বাবুজীহোয়্ননা তৌরিবা বি, এ; এম, এ,দো অদুগা ফবা, চাউবা কান্নবা অদুম মান্নেনা?

— করি মান্নদদগে! বিদ্যা খূদিংমক অমনা অমদগী হেন্দে-তাদে। নশানবু ফরবদি খুবী শোয় তৌরবসু অদু মঙাই চুম্নগী এম, এ অমদগী হেন্দৌরিবনি। মীথোই-মীহেন্নবতা লাক্লৌ। কন্নদা লাক্লৌ। তম্মীদো হায়দনতা তৌবদুদি খরা লাউরগা লোইরে। এম, এ খূদিংমক, বি, এ, পূম্নমক ফাওদেদনা; খরদনি। ঈশৈসু অদুঙাই পঙতম মতম্নে; পঙশক মশক্লে। অদুগা ফাওরিবা মখোন তাগদবগী

কোয়তান তান্নরিবদি খরদংদা নৎত্রো। নহোয়গী বিদ্যাপীঠতা ওজা পঙয়াম য়ান্মিরোইদা।

— য়ামদে অদুগী মনুংদসু ঐখোয়গী প্রিন্সিপাল গুরু অদুগা উস্তাদ খরগদনি য়াম্না খঙনরিবা।

— নহোয় প্রিন্সিপাল অদুদি করি কৌই করিদনো মানা ফাওরিবনা?

— পণ্ডিত বিশ্বনাথ পাণ্ডেয়। লোয়না হৈ। হেন্না ফাওরিবনা খ্যাল অসিদনি। গুরুজীগী দ্রুত-বিলম্বিত তা...।

— মদু মরোল খঙদে।

— গুরুজীনা শকপা ভজন বাবুজী তারবদি পৃংসুম সুমহৎকনি।

— য়াম ফজব্রা? নঙদি তারবা?

— গুরুজীনা তম্বীরিবনি। পাকতি শক্তে। ময়াম মমাঙদকা শকউ য়াগন্দে। অস, জাৎ অমনি পুরা সাধুদৌনা লৈপ্রজাৎনি। চাবসিমা করিমতা চাখিদ্রজাৎনি। নেশাদা চা ফাওবা থক্তে। লাইকা য়াম্না নীংই। গুরুজীগী লাইশঙদৌনা তৌবা কা অমা লৈ। মদুদা ব্রহ্ম মুহূর্তদা হৌগৎলগা ঈশৈগী সাধনা চথে— মথন্নতা।

— নঙদি উর্দূরোমদগী সংস্কৃতলোমদা লৈশল্লক্লেনহে হমীদ শর্ম্মা। গজলকাদি তমদ্রা?

— ঐ তমদে। ঐখোয় কোলেজদা লৈতে তোঙান্না মুসলীমগী অমা লৈ।

— ও! নঙগীসিনা বামোনগী ওইরে; নঙ বামোন্দুম মানবনে ওনগে হায়রগা ওম্লোকও। বামোন নুপী অমা লৌরগা পাল্লো।

চীলাং-খরাং ওইনা লক্করুবনি। মাদি কয়াদা পেঙ্গনা উরে। তৌরিবনা ঈশৈ অসুম তম্মিন্নবদা প্রিন্সিপালগী মচানুপী য়াইমদুগা মাগা খঙনরে মমৈদা খরা খরা চান্নরকপনা মখোয় অনী অমনা অমবু নুংশিরে হায়বা খঙলকই। নুপীমচাদু বি, এস-সিদা তম্মি, নুমিদাং নুমিদাং মপানা লাকপদা য়াওরক্লুনা ঈশৈসু তম্রি হায়না মানা তাকখি। থোইনদি ঙক্তে হায়ববু মাগীদমক্তা কল্লকপীরুই লোয়ননা নুংসু নুংঙাইবিরুই। মখোয় অনী নুতিগী উন্নে; ফম্মিন্নদুনা ব্রারী শাই; ঈশৈ ঔরাইমিন্নে হায়বা খঙলকখি। হমীদ মশানা তশেং তশেং তম্বদি নত্তে; মাদি হজোইজবনা তম্বা ঙমদে। ঐনা থৌ-থৌদুনা হংবদা খঙলকখিবনি। উন্নবগী ফমিন্নবা চৎমিন্নবগী ব্রাদি মানসু তমদে ঐনসু মখা তানা হংলুদে। নোংমা ঐনা হংখি,

— নহোয়গী গুরুদুদি খঙলব্রা নখোয়’নীগী লীলাসিবো হমীদ?

— হৌজিক ফাওদি খঙদ্রি। বাবুজী ঐনা ব্রারিবসি অসিনি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি খঙলক্কনি। মদুদা ঐনা তৌদৌসি খনবদা মস্মী বাবূজী।

— কৈদৌগে অদুবো নখোয় অনী য়ানরগা লোইরে। গুরুদু অশেংবা কলাকার ওইরবদি মবুকচেল শোয়দনা চাউরক্কনি। ব্রারুনু। নহানব্রাই চঙশিন্দ্রিগৈদা খলহৌগদবনি। হৌজিক্তি মতম হেল্লে। নুপীমচাদুদি মমিং করি কৌই?

— বিন্দু।

— মমিং ফজে। মশকসু ফরমদৌ মাল্লি। অমুক্তা পুরকউদনা মশক য়েংগে। য়াম্না ইকাই থীগনব্রা?

— থীদে বাবুজী মহা মৈনি। মানদি বাবূজীবু খঙই। ঐনা তত্তনা ব্রারী পুম্নমক শাই। মানা য়াম্না থাগৎলি। বাবুজীগুম্বা ঙাক্তা লৈরবদি ঐখোয়গী সমাজ অসি য়াম্না থুনা চাওখৎনি হায়না হায়। নোংমা তাঞ্জা চাবা অমদা পুরক্কে। ব্রারী খরা শাউ। ঐনা শাবদি মানা হেক্তা ঙম্মি।

নুমিত্তু হমীদ ইকায়-ইকায়না মমায় পুবা ঙমবোই ঙমদবোই ফনা য়াম্না লীরম্মী। নুপীমচা অদুনসু মাবু তশেংনা নুংশিরবা মাল্লে। হমীদতি ঙাওজরবগুম তৌনা উই।

নোংমা ঐনা য়ুমদা চিঠি অমা কন্না ইথরিগৈদা, থোংনাওদগী থোঙ্গান্দা রিক্সা অমা খাম্মবা উই। হমীদকা নুপীমচা অমগা চঙমিন্নরকপা উই। থবক তোকথোক্লগা মুন্না য়েংলুই। মশক-মতৌ ফনা ফজে, চীং লেম্না উই। অদুবু মমিং মনাদি তথক তথক্লা উই। মবানী ব্রারী তপ্না তপ্না শারদুনা চঙলকই। নুপীমচাদু হঙ্গোইরপ হঙ্গোইরপ চঙলকই। শোয়দনা ওইরম্মনি খল্লি। দারী কাখৎলকপগী অদুদা ঐনা মনুংদগী হায়রুই হমীদ নবানি চঙঙকউ চঙঙকউ। অমদি বিন্দুরা?

— 'অঙ্কলজী।' নুপীমচাদুনা তপ্নপ্না খুমলকখি।

মবানীমক চঙঙক্লুনা খোঙ শোক্লে। চৎনবী মওংদা মঙ্গল পীরগা ফমহল্লে। অহানবা উন্নবা-খঙনবগী পাউহং খোৎহংনরিগৈদা হমীদতি মশাদু শাউবীং-শাউবীং লাউবগী মওংদা লৈ। মেজদগী মেগাজিন অমা ফাক্লুনা য়েং লৈ। ঐঙোন্দসু হূরান·মিৎয়েংদা খরা খরা য়েংলকখি। ঐনা চা-নুংগী ব্রা পল্লুবদা হমীদনা 'বাবূজী ঐ চা লোল্লক্কে' হায়দুনা ফুক হৌগত্তুনা চঙখ্রে। খাম্বা নংহৌদে। চেনশীনখিবোইনা তৌখি। ঐনা বিন্দুদা হায়রুই,

— ঐগী ইনাওসি থবক ফৎত্রা, বিন্দু।

— অঙ্কলজী। মতন তনবনা মহানি 'সিদদা তৌশিন্নরিবনি।

— বিন্দু, নঙগীসিবু ব্রাকৎ হৌজিক্লা হৌরবরনে।

বিন্দু খজিক নোক্লগা তূমিন লৈখি। হমীদসু তামাল্লে। পর্দা মরুমদা খোয়রুম মোমোন তৌবা উই। নুমিৎ অদু ব্রারী হকচিনবা কয়া শাখিদে। শকখঙ শকতাক্লবগী মওংদগীদি খরা হেনজিল্লি হায়ববু ঐখোয় অহুম্মক চমথোক্লবা ঙম্মখিদে। অদুমকপু ঐনা হঙ্গোইদনবা লাক্লখি। অনীমক অঙাংনি ঐঙোন্দদি। তৌবদি মপূং-মরৈ ফারবনি। অমুক-অনীরক উন্নরবা মতুংদদি মখোয়সু— মরু ওইনা বিন্দুসু হঙ্গোইরক্তরে। করিগুম্বা মতাংদদি মথন্তা ঐগীদা লাক্তনা পোখাবা য়াওররে। থা খরা লৈরগা ঐনা নোংমা মঙোন্দা মওং অসিবু কমদৌরিবা জাৎনো নঙনা হমীদপু মরক্তা থাদোক-খোত্তোক্লমদুনা অরেম্বদা তোক্লরগদরা হায়না হংলুবদা মানা ঈচঙ থৌনা খুম্মকখি,

— অঙ্কলজী। ঐনা মুন্না খল্লগা ভাব তানা লেপচরবনি। কনানসু ঐখোয়বু থিংবা ঙম্মোই। হায়জরিবসিনি ঐ মাবু থাদোকপা ঙম্মরোই। য়ূম পানবা তারবদি মাগা পানগনি। নৎত্রগা—

— নৎত্রগা?

— নৎত্রগা সুকপান পাল্লোই। মাগদি লৈমিন্নগনি।

— ইমাহোয় পাজিহোয় লৈরিবসিদি!

— ঐনা ফজনা হায়গনি। পাজিদি য়াগনি খল্লি। মস্মীদং খরা লুনা থোক্কনি, অদুবু ঐনা য়ানবা ঙাঙনগনি। ফত্তবা থবক নত্তে ঐখোয়না তৌরিবসে। সমাজনা য়াদবা তৌরোই য়াবিদ্রগসু ঐ সমাজবু থাদোক্কে লেপ্লে।

— সমাজদি বিন্দু য়াগনি। হরাও হরাও নখোয়নীবু ওক্কনি। অদুদা ঐনা চিংনবদি নহোয়গী ইমুং, নহোয়গী শাগৈ-নাতৈ ময়ামদুনি। পঙলায় লায়বা লম্বেল নত্তে নহোয়নীগীসে।

— য়ূমগী ঐনা তৌগনি। ময়ামগী ওইনা অঙ্কলজী অমা য়ামদ্রবদা লৈবিরে। কৈসু কিদে।

— ঐদা নত্তে ঐগুম্বা ময়াম অমা লৈরি। অদুগীদি চিংননু। নঙগীসিবু হমীদনবু করি হায়রিবগে মাদি ঐঙোন্দা পঙতম তম্মু য়াদে। মাদি ঐঙোন্দা ইকাইখিবসিনা ইকাইখিবসিনা নুপীমচা মরায় অমা হেনপ্লে। মানা থোক লৈথোকখ্রবদি?

— য়ারোই। অদু ওইরবদি শিমিন্নরেদনা। অঙ্কলজী মাদি ঐ খঙই সুকলৈ লৈথোক্লোই। মাদি নহান্না চৎলসি লৈমিন্নরসি হায়রবনি। ঐগীসু মাগীসু পরীক্ষা লোইথোকখিসি তম্বা মতাং অমা চানা লোইথোক্লগা চৎসি হায়দনা থম্মিবনি। অসি য়ৌরগা মানা ঐবু থাদোক্লম্মবদি—

— নো! ঐনা নতৌ য়েংবনি বিন্দু। হমীদপু ঐনা পীশক পীক্লিঙৈদগী খঙলক্রবনি ইনাওমক্লি খল্লবনি। মানা কৈদৌঙৈদা অরানবা থবক তৌরোই। মানা নঙবু নুংশিজরিসিদি বিন্দু করি হায়রুরনি! অঙকপনি। তশেংবনি মাদি নঙবু চান্নবা নুংশিরবনিকো।

বিন্দু হরাওখি হেন্না থাজবগী মওং অমা উখি। থাদোক-খোত্তোকপগী কায়ন-খোৎনবগী ব্রা খজিক পল্লুবদা মমিত্তা ঈরা চেনবা উখি। ব্রাঙাঙ খূদিংদা খোঙফম চেৎনা লেপ্পবগী মওং অমা উরকখি। হেন্না থাজরকখি। অদুবু মরক মরক্তা মখোয়গীদমক্তা খল্লুবদা চিংনবা ব্রাখল অমা হেক হেক ফাওরকখি। ব্রাবিরুবসু তোয়না য়াওই। ঐখোয়গী নুপীনা হেক হেক হায়খি— "করিগীনো নহাক্লা মীগী অদুক ব্রাবিরুরিদুবো! মশা মশানবু লেপ্পরবদি মহোয়না থোকপা'মা তৌজনি। অপঙবসু অমত্তা নত্তনা হয়েং থুংনখ্রগা নহাকপু অদুম কাউনখ্রদৌদা। নুংশিবা খূদিংমক থুংনগদবনি হায়বগী ব্রাসু নিয়ম ওইনা লৈবা নত্তেকো ব্রা'মনা।" ব্রা ঙাঙবদা মকোক মমৈ শম্নদবা, অমদগী অমদা লান্নপ তাবা ঐখোয় নুপীগী হৌনবীনি। অদুম মতাশনখি। ঙাইহাকসু খঙ্করুগুম তৌখি; ইথৌ অমা ওইনা খল্লুবদি নত্তে।

থা মথং মথং হৌখি চহীসু ওল্লকখি। মখোয় অনী হান্না হান্নগীদুমঙাই হমীদনা মরক মরক্তা ব্রারী শায়। কুইর-কুইরগা নকশিন্নবা হেল্লকপা মশানা তাবনি। চান্নবা হেঙ্গিল্লকপগী মওং উখি। থোইনা ব্রারী শারুখিদ্রে। মহোয়গী পরীক্ষা অচৌবা অমা তৌখ্রে। হায়সু হায়দোকখ্রে। হমীদনা মখোয়গী কোলেজগী ওইনা মকোক অদুগা ঈশৈগী ওইনা লিংবা সংস্থান অদুগীনা অহুমশুবা তারে হায়দনা ঐখোয়দা অচা-অথক ফনা য়াম্না লৈদুনা পীরে। লাইদা কৎলুবা প্রসাদনি হায়দনা শঙ্গোমগী অথুম-অহাও দোনা অমসু পুরকখি।

— কনানা কৎলুরিবা, নঙবু লাইশঙ চঙঙুব্রনে।

— ঐদি চঙঙুদে বাবুজী। মানা চঙঙগা কৎলুবা।

— মা হায়রদি?

— কৈনো, অসি, বিন্দুনে।

— হো, অদুম হেক মহায়য়ু। নঙন’মুক মা-কায়না। হায়গে হায়রগা ঐখোয় নুপী হেক হায়বা ঙস্রা য়েংউ।

মাসু ঐনা লক্লবা ফনা হৈনরক্লবনি। অদুবু ঐখোয়গী নুপীদা ইকাইনা য়েংলুরগা ‘বাবুজীসিমা’ হায়দনা নোকমি নোকমি তৌখি। ঐখোয় নুপীনা পাংশিল্লকখি– ‘হমীদ নহোয় বাবুজীসিদি য়াম্না তৌজগনবনি অসুমাইনা।’

— হাই, মাদি? বিন্দুদি কমদৌই?

— মাদি বাবূজী পরীক্ষা থাদ্রে। এম, এস-সিগী পরীক্ষাগা নক্লমনখিদনা থাহৌদ্রে। মথংদা থানি হায়।

— তস! নঙনা হেল্লেদনা, হা? কমদৌই! তমখো মখা তমথখো হমীদ। লৈরিবা নৎত্রা মখা তম্লবা?

— য়াম্না লৈরিজাৎনি বাবুজী। চহী অনীগুম্বা তম্লবা অসিদা লৈরি। মতুংদদি অসিদা লৈত্রে লক্লৌদরা বোম্বেদরা চৎপা তারে। মদুদি ঙম্নি থাজদ্রে বাবুজী।

— করিগীনোনে!

পৈশা-নুংশাগীনে, মচননুপীদু চাউশিল্লকপগীনে মরম মফাং মফাংবগী ওইরম্মি। য়ারবদি পৈশা খরা য়াম্না থোকপা থবক অমা থিগে হায়বগী ব্রাখন্দা লৈখি। অদুবু হেক য়ারিবমখৈ ঙম্মিবা মখৈদি তমথখিনি হায়বগী থৌনা অমদি লৈখি। ঐনা থাগৎলি। মতেং পাংগে খোৎকে হায়রুবদি ঙমদ্রে।

থা অহুম মরিগী মতুংদা নোংমা মা নুংথিল অমা ঐগী ওফিসতা চেল্লকখি। ঐবু কৌথোক্লে। মাগী তহা-তহাবা মওং অদু উবদা ঐ কোলোম খুমজিনবা নংদে মপান্দা থোকমিন্নে। লাপ্লপ্না উখোঙ অমগী মনাক্তা মানা চিংদুনা চৎখি।

— হাই কৈদৌরগেনে। ইপা পাখৎলিদুবো হমীদ?

— বাবুজী, বিন্দুদো ঙরাং নুমিদাং থোঙ লোনশিল্লগা য়াম্না ফুবিরে হায়য়ে। হৌজিক ফাওবা ঈশিং ফাওবা থকউ য়াদনা লৈ হায়না তম্মে।

— কনানা? করিগীনে’গে?

— মরম মাসু খঙদে। অদুগা... মহোয়গী ইমুংনা খঙঙম তারে।

— ঙাইখোদা অদুগী ওইরমদবা য়ারি। য়েংখিসি।

— মহোয় মমাদো মচিং জাৎ অমনি। বিন্দুসু হন্দবীনি। ফুবীরম্মনি। মমাদুগী সাউম ঐ খঙই বাবুজী। কমদৌবা ফৈ বাবুজী। কনাসু তান্নফম হংফম লৈতে ঐগী

হায়ববু বাবুজীনা লোইরে। কৈদৌজ্ঞৌ হায়বগে?

ঐঙোন্দা ইন্থোরক্লবা অদুদদি ঐসু মমখি। হায়ফম-তৌফম খঙখিদে। পোখিসু উবা ফংখিদে। অচুম্বা অশেংবা অমুক্তা খঙখিসি অদুগা থবক চখৌ হায়দনা থেমদুনা থাদোকখি। চৎখিবদা ঐনা হায়খি– "হমীদ নঙ মহোয়দকাদি চৎলুখিনুকো। কোলেজদা হোরেল নহোয় গুরু– প্রিন্সিপালদুগী মওং লোন্না য়েংউ।" মা চৎপ্রবা কান্দা খলহৌই– কমদৌবা?

মথং নোং-নীনি হমীদ লাক্তে। ঐনা ঙাইখি লাঙতক্লবদি নত্তে। ঙাইহাক ব্রাবিরুরবসু য়াম্না থোইনা পূক্নীং চঙলুবা ঙমদে। ঈংথনপ্রমাল্লে হায়না লৌরে। অদুবু খবর থিনবা লাক্তবদুদদি মাগীসিবু য়াম্না মওং চাদ্রবা জাৎলা হায়না খল্লুই। অঙাং অনী সুঙৈদগী খবরগাদু পাবোই পাদবোই তৌপ্রবনি ঐ। অদুবু ঐখোয় নুপীনা অদুম লৌখো কৈদৌগে হায়রবদুদা, হমীদনা পৈশা-নুংশাদগা তুকা খিরদবগা অদুম লৌথবনি। (ঐখোয় নুপীনা লৌথসি হায়রিবসি মাসু পাগুমসু তৌই অদুগা পুল্লপ থা অম'নী অম'নী লৈরগা য়োনবগীসু মাল্লি।) নোংমা হমীদ নীনি হুম্লিগী লাকখত্তুনা পুল্লপ পুরকই। ঐনা কৈদৌরে ঈংথনরব্রা হংলুই। মানা পাউ অমত্তা ফংদ্রে বিন্দুসু মপান থোকলকখিদ্রে; গুরুসু নোং নীনি কোলেজ কারকউদ্রে; ঙরাং লাকই; উম্নে; কৈসু হায়রক-খোৎলক তৌদে, তৌবতবু মুন্না মুন্না য়েংগুমদি তৌই হায়না তম্মে। খঙপ্রমাল্লে লোইনা হায়না কন্না থাজবা অমদি চিংনবা উৎলম্মী। ঐনা মবুক্নীং ফাদখি।

মরক অসিদা ঐনা চহী খরদগী ট্রান্সফর তৌবিনবা কন্না হন্না হন্না ইদনা-খোত্তনা তৌরকপদুগী ফোল ওইনা (নৎত্রগা মশাগী অতাবীগী ওইরম্বসু য়াই) ঐ ট্রান্সফর তৌরক্লে। ইরমদনি; ইশাগী শহরদনি। পূম্নমক্লা নুংঙাইবা ফোঙদোকখি। অদুবু হমীদ মচীন-মৌথ্বাদি ও-খোঙনা কপখি। (মবুঙদু য়াওনা কপ্লম্বগী ফবনি; নৎত্রগদি মপূং-মরৈ চপ-চানা ফারবী মতৌসু ব্রাত্তবী লৈশাবী অমনা থোইদোক্লা হঙ্গোইবা তৌদনা কপ্পরবা অদুদদি ঐখোয় নুপীদি চিংনরপ তৌরম্মবনি।) চৎকদবা নোং-নীনিদা ঙায়রক্লবা মতাংদা হমীদ নোংমা হোটেল মচা অমদা ফম্মিন্নবদা মমিত্তা মপি তরং তরং চেল্লদনা হায়রকখি– 'বাবুজী! সরকারসি ওন্থোক্লা ফৎখিদ্রেকো।' মথম্মোয় শোকপ্রবা সুর অমা য়াওখি। ফনবু নুংশিক্লরে। হায়খি ঐনা–

– হমীদ মসিনি জগৎ অসে। অমুক উন্নবা অমুক কায়নবা; অমুক ব্রাবা

অমুক নুংঙাইবা ঈশ্বর মাগী পথাপ্পি। ঐখোয়না তম্বা ঙম্বা ব্রা নত্তে। ঈশ্বরদা কাউনু। খোইনা নুংঙাইতবা তৌরুনু। ঐসু মরক মরক্তা লাকখিবা য়াই। অদুগা নঙগী বিন্দু লৈহৌরিদনা। হাই নঙ নহোয়গী লুহোংবদদি পাউ শোয়দনা পীরকউকো ঐ শোয়দনা লাক্কনি। শোয়দনা। কাউনিকো নঙগী বিন্দুদু অমুক্তং চৎলমদাইসিদা উন্ননীংবনিদা। মা অদুম থোক্লকখিদ্রেনেকো?

— অদুম থোক্লকখিদ্রে। পরীক্ষাগা অমত্তা থাখিদ্রমাল্লে।

— নঙদি মহোয়দা চৎলুদ্রো? গুরুদু উন্নবা শাদুনা—?

— য়াদ্রে বাবুজী। খঙগ্রে; ঐনা হায়দুনি। ঐবুসু ফুনি ফুহনগনিকা হায়দনা মমাদু শীং' লৈরি হায়। গুরুজীদি কৈসু হায়রক্তে। উন্নবদা তম্বীবদা হান্না হান্নগীদৌনা অদুম তৌবি। গুরুজীদি ঐবু হান্নদগী হৌনা লুনা তৌবি। ঐবু অদুম হৌজিকসু থাগৎপি।

— মঙোন্দা ফজনা শেংনা হেক্তা নহোয়গী অনীংবদু হায়রবদি কমদৌই। অমুক্তং হায়দুনা য়েংঙোদনা। ঐ হায়সিরা?

— বাবুজী তৌবিরনু। ঐনা থোকপা তৌহৌরগে। ঐগীদি শিব-চঙবা কৈসু চিংনদে। বাবুজীনা কান্নদবদা ইচেন চেন্নরনি। ফৎখিদ্রবা লমনি। মী মশক খঙনখিদ্রবা থব্রায়গী মমল থোইনা থম্নদবা লমনি। ঐনা লান্দবা শেংলবদি বিন্দু থোরকখিনি ঐগা শোয়দনা উন্নরখিনি। অমুক্তংদি শোয়দনা উন্নরকখিনি। ঐ থাজে বাবুজী।

— অদুগনে হমীদ, নঙনা কাউরোইদবদিনে, ঐবু নঙনা লুনা খল্লবদিকো, বিন্দুগা অমনা ঈশৈগা অনীনি ঐনা নঙোন্দা শিন্নরম্মীবসে। অমদা নৎত্রগা অমদা নথব্রায় লূপকদবনি। নরায়বক লৈরগনা অনীমক ফংজবা ওইসনু। অমনা রজিয়াসে ব্রাজরক্লবীনি; নঙনা মাগী মমা-মপা মবুঙ পূম্নমক ওইরবনি।

মানা থাজজবদু চুমখি। মা অশেংবা ওইবা তায়। অমুক্তা নত্তে অনী অহুম্লক উন্নখি হায় ঐনা য়ূমদা লৈরবা থা অহুমলোমগী মতুংদা হমীদকী চিঠি অমা ফংখি। কাশীদগী নত্তে বোম্বেদগীনি। য়াম্না শাংবা চিঠিনি : চেনা ফনা য়াম্মী। অদুবু পাবদা হন্না হন্না পাবদা নুংঙাইতনা পেনখিদ্রে। চুম্নগী চিঠি নৎখিদে। কায়রবা থম্মোয়গী মচেৎনা পিরাংতগী ওইবা মৃত্তা লূপ্ন লূপ্নগা মপুন্সিগী শৈনাইরবা চেবাংদা ইবদৌনা তৌই। কুইনা ফাজীন্দুনা লৈরুরবা মতুংদা, নুংদাং অমা অঙাওবীদৌনা বিন্দু মাগী মনাক্তা চেল্লকখি হায়। ময়াম তাম্নরক্কুনা ফাদুনা পুখি। মতুংদা অমুক

অনীরক উন্নখ্রবা মতুংদা চিঠি অমদা লাও ইমাগা পাজিগনা ব্রারী শাসি হায়রে হায়দনা কৌরকখি হায়। নুমিত্তুমা মখোয় মরি চীক্লা ব্রারী শান্নখি। লৈখায়দি পৃথিবীগী পোল অনী উন্নবা-তিন্নবগী ব্রাদা তাখি। মমৈদদি ফূব-চৈবগী ব্রারোমদা তারকখি। কিসনু খংসনু হায়না ব্রারক ব্রাতেম্বোই নীংলম্বদুনা নোংমা অহিংদা মীশক খঙদবা মরী-মঙা চঙলজুনা হেক্তা লোইশিনবগী মওংদা চথরম্মে। মরিনি মঙানিগী মতুংদা মানা লায়েংশঙ অমদা ভাব তারকপা মতমদদি মচননুপীসু মফম খঙদনা মাঙখিরম্মে। অমনা বিন্দুসু মাগী কাদা মাগী ডাইসেক্সন বোক্সকী সোরীমচাদুনা চরমদা তশ্বায় য়ৌনা হনজীন্দুনা লেনথংলগা মশাবু লোইশিনজরম্মে। মশা ব্রাই শংখিদ্রবীনি হায়না ইরকখি। বিন্দুনা, অঙকপা অমনা, নঙশিল্লবা ঈখেংতনা চিঠি মচা অমা ইরম্মী হায়। চপ চাবী মরোল অদু হমীদনা হাপ্লকখি। ইরম্মী হায়,

"ইমা, পাজি অমদি অতৈ,

ঐ ইশানা য়ানা চচ্চরে। ঐগুম্বী ধর্ম্ম মশক খঙদবী জাতি নাইদবী অমগী লৈফম লৈত্রবা সমাজ অসি থাদোকচরে, ব্রারৌবিনু। মসিদা কনা অমত্তগী মরাল লৈতে। ঐনা হায়জগদবা অমনা য়ারবদি, ঐবুদি ইমানা পাম্বা মফমদা অমদি মওংদা পোৎলোইবিয়ু। অদুগা ঐগী মরাইবক ফরবা ইচা অসিবুনা হিন্দুগী মোংফম অমদি মুসলমানগী কব্র অনীগী মরক্তা ফুম্বিয়ু। মাদি কনাগীসু নত্তে ঐগীনি ঐখোয়গীনি। ইমা ইচা চৎলে নুংঙাইনা। মপুরোইবা অমদি মপাগী মনাক্তা চৎপদা করম্বা নুপীনা করম্বা মচানা হরাওরোইদগে।

ময়ামগী

বিন্দু।"

লোইশিল্লকপদা হমীদনা হায়রকখি,

"বাবুজী, মমা মচানা হানখিরম্মে। হানখিসনু। ঐসু চৎপা ঙমদবা নত্তে চৎনীংবা মিৎকুপ্তা হেক্তা ঙম্মী। পাঙদে হায়না লৌবিগনু। হৌজিক ঐ চৎখিরোই। বাবুজীনা ঐবু থাদোকপীরম্মে; ইচননুপী ইনাক্তগী নাম্বোকখরে, বিন্দু অমদি ইচা অদুনা চৎখ্রে সমাজ অসিনা ঐবু তাল্লবনি। অদুবু ঐ চৎখিরোই, বাবুজী ঐ চৎখিরোই। বাবুজীনা শিন্নবিরম্বা ঈশৈ লেঙদনা লৈরি। বাবুজীনা হাপ্পীরম্বা থৌনা মচী লেঙদ্রি। ঐ শকখিনি, তমখিনি ঈশৈতনা সমাজদা পাউদমখিনি ব্রারী লীখিনি তাকলমখিনি। বাবুজী ঙসিদগী সাধনা হৌজরে। হান্নগী হমীদ নত্তবা অনৌবা

হমীদ অমা ওইনা থোরক্লবা লাক্লবদা ননাওবু (ব্রাহৈ অসি ইরগা ককথৎলি) নচাদা মঙ্গল পীনবিয়ু...।”

মাগী ঈশৈ ঐ তাবা চৎলুদরে। নোংঙানবদা মা চেল্লকই। .মাগী নুপী য়াওরক্তে। লাক্লবদি কৈদৌরে হায়দনা ব্রাকৎলে। ঐনা অচুম্বা খরা ওইদবা খরা’মা ঙাঙদুনা নুংঙাইতবা ফোঙদোকলুই। মাসু অদুম য়াবা তাবনি।

মানা চৎলমদাইদা চাক পীজে। মখোয় অনীদমক পীজবনি। অদুবু ভজন তাগনি হায়দনা অচৌ অশাং খরা অমগা লাক্লনা মখোয়সু চাবা তাখি। ফক মচা অমা থারগা মানা অদুঙৈ ঐনা পাম্মী তানীংই হায়খিবা ভজন অদু ফনা ফজনা থব্রায় য়াওনা শকই। শক্লমদাইদা ঙাইহাক মমিৎ-মনা উইশিন্দুনা সাধনাগী ফীবমদা লৈখি। ময়াম পূম্নমক ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙবিগনু হায়দনা মাগী নুপীনা থাম্মী। ঙাইহাক লৈরগা মমিৎ উইশিন উইশিন্না তানপুরা পায়খত্তুনা ফনা কুইনা কপ্তুনা লৈরুরবা মতুংদা শক্লকই। মাগী নুপীনা তবলা য়ৈ। কয়া ফজনা নুংশিনা শক্লে। মমিৎ অনীদা মপি অর-অর শিন্থ্রদনা মানা শকপসি ঈশ্বরমক্তা হকথেংনরমগদবা মাল্লি। লোইরকপদা ঐখোয় খরা অদু খঙহৌদে হরাওনা খূবাক খূখি, ফনা কুইনা খূখি। ঐগী মিত্তগীসু অতৎপা লৈতনা পি শিন্থ্রকখি। লেপ্পা হায়বা লৈতনা শিন্থ্রকখি। মানা হেক লোইরকপগী অদুদা ফুক হৌগত্তুনা চঙশিল্লগা চেজেৎ চেৎনা কোনশিনবিরুই। মানা ঐগী তম্বাক্তা মরু লুকশিল্লগা মখোল থোক্লা অঙাং মচানা কপ্পদৌনা কপখি। মাবু থেমগে কপকনু হায়গে হায়দুনা য়া কাথোকপনি; ঙমখিদে; খৌনাউ অসিদগী খোঞ্জেন্নি হায়বা মরীক অমত্তা থোরকউ য়াখিদে। ঐদি ঙমদ্রে নঙ অমুক্তা খাম্মু হায়সিরা হায়দুনা মাগী নুপী বিদ্যাদা য়েংলুই। মাসু মমিৎ মমায় মপিতনা পূমচোৎ চোৎলদনা তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈরম্মে। ঐনা খূৎ খজিক তিংথোকলুবগী অদুদা মমাগী তম্পাক্তা চঙদি চঙনীং, চঙবদি ঙমজদা তিঙক তিঙক লেপ্তুনা লৈরম্বনা মমাগী ইঙ্গিৎ খজিক ফংবদা চেনশীনজরকপা পঙজরিবা অঙাংগুম হোৎচিল্লক্লনা ঐগী খোঙ কোল্লগা কপ্পরে। ঐখোয় অহুম কপমিন্নখি। পূক্লীংদা ব্রাখল কয়াগী মফাং মফাংলবা ঈচেল কয়া কয়া হৌরক্লনা পঙকপ কপলুরে। মমৈদা ঐনা হায়খি,

— হমীদ! নঙদি অসুক ফজনা শকপা ঙম্মবোইরেকো। ঐদি অমুক্তা তাল্লিদনা!

অসিদনি ঐনা হায়রুবা। মা ফুক হৌগৎখরে। পুমঙাও ঙাওরবা মী অমদৌনা

লৈ-না লৈ-না জগোয় শাবা হৌরক্লে। ঐদি নুংশাবু থীরুরে। ওক্লিঙৈদা হায়থরকই– ‘‘বাবুজী ঐ লোইরে। ঐগী মহে য়াল্লে। ঐনা তমজরকপা, ঐগী সাধনা ঐনা নীংজরকপা বিদ্যা পুম্নমক মহে য়াল্লে। ঙসিমুক নুংঙাইবা হরাওজবা নুমিৎ লৈখিদ্রি লাকসু লাক্লরোই। ঐগী নুংঙাইজবা থেংলে বাবুজী; লোইরে। তান্নবা কয়াদা মনা ফংখিবা; সংস্থান কয়ানা শেল-থুমগী মনাগা কোম্লনা ইকাই-খুম্নবিখিবা; দেশকী খ্বাইদৈ চাউবা মনানা মীংচৎ অমদি লন-থুমনা ইকাই খুম্নবিখিবা মতাং অদুদা ঐ অসুক নুংঙাইবা ঙমখিদ্রি। হৈর-হৈরবা কয়ানা থাগৎপীখিবা ঐ থোইনা হরাওরুদে। ঙসি ভজন অমখক্তং তাবদমক হৈবা ঈশৈগী অ, আ মশক খঙদবা বাবুজীনা থাগৎপীবা অসি...মুক নুংঙাইবা ঐগী লৈত্রে। ঐ ওক্লে শিরবসু য়ারে। ঐগী পোকচবগী মহে য়াল্লে। হাই বিদ্যা নঙদি লাইরিকসু হৈবা নৎত্রা ঐদি ইবা হৈতে ইশল্লুনহে হৌজিক্কী বাবুজীগী মরোলদো। অনীরক হন্না হায়বিয়ু য়ারোইদবনিনে; য়াম্না কাউগনবনিনে অহলসে। ইশিলহৌ বিদ্যা... ইশিলহৌ... আ! মতাংসিদা শরূক য়ামিন্নবা মহোয় অনীদংদগা ইনাক্তা লৈরম্মবদিকো...। মহোয় অনীদংগা...।

মা চান্নবা ঙাওবদু ঙায়খরে। ঙাইহাক অদুদা কোলোম শৎলগা বিদ্যাদা লানশিল্লি, ডাইরী ফাকতোকই মখূৎনা নম-নমদুনা মফম তাক্লগা ইশিল্লু হায়। বিদ্যাসু অদুম ইশিনবগুম তৌই। ময়াম অদুসু ঙক্লখ্রে। ঐবুদি থোইনা ঙক্তে। ঐনা হায়খি– হমীদ নঙবু অঙাওবদৌনা তৌরিসিবু কৈনো? লাউসে ফম্মরাও।! চাক ঙাইবোইনা ভজন অমনীগা তাখিসি। ব্রারবরা?

– ব্রাদে। ব্রাদেদা শক্লে। শক্কনি। অফবা ভজন মখৈ কৎলম্মসি বিদ্যা। সে তানপুরা কাপ্পু নঙ। তবলা য়াওগুমসি। ঙসি অসিদগী ভজন কনাগুম্বা অমগী মমাঙদা শকখ্ররোইদবনি। ভজন থুপচিনবা হৌরবনি। হৌরগেকো বাবুজী।

শকখি। মথং মথং শকলকখি। পোথাদে পেন্নবা শকখিবা মাল্লি। মশাদু তপ তাখি হায়বা ঐ খঙই। অদুবু ব্রায় হায়খিদে; পোথারগে হায়বগী ব্রা লৈখিদে। মানা অপু-নবা অমগা লোয়নবদৌনা শক্লকপা, শক্তুনতা লৈরবদুদা খামগদবা হঙ্গোইরে। মরক্তা মাবু কৌরুগদবা ফাওবা ঐ লকক তৌরে। ঐদি মতৌ য়েংলিঙৈদা ঈশৈদি থোইনবু তারুদ্রে। মাগী ঈশৈ মরক অদুদা ঐগী নাকোংদা তারকখি ঐনা নুতিগী অয়ুক অয়ুক তারম্বা শকখঙলবা থোঞ্জেল অমা– বাবুজী পেপর ব্রালা...

মথংগী নুমিত্তা মখোয় অনী চৎখ্রে। ময়াম থিন্দোক্লুই। ঐসু য়াওরুই। এরোদ্রোমদা ঐদি খরা থেঙনা থুংলুরে। প্রেসকী মী ময়াম, মাবু থিন্দোরকপা লাকপা ময়াম, মাবু য়েংবা লাকপা ময়াম মাগা লোয়নরকপা ময়াম— ময়াম অদুগী মরক্তা মহোয় অনী লৈরম্মী। ঐবু উবদা মহোয় অনী লাপ্লিঙৈদগী চেম্থোরকই। ময়ামসু ইন্নরকপগুম তৌই। এরোপ্লেন তম্মা চঙলমদাইদা খোঙ শোক্লা খুরমম্মী। ময়াম মরক অদুদা ঐদি শাওবীং-শাওবীং লাউখিবনা কৈসু হায়খিদ্রে; চুম্নগী, — ফরে য়ৌখ্রোকো; মঙ্গল ওইয়ু হায়বদগী হেনখিদে।

হমীদ অমদি বিদ্যা অনীবু পুদুনা এরোপ্লেন অদু রনৱেদা চেল্লম্মগা পাইখৎখ্রে। মনীং পাংনা পাইখ্রে। অসুম উরম্বদগী চীংদোল অমগী মরুমদা লিৎশিনখিবদগী উখিদ্রে। ঐনা লৈথোরকপদা প্রেসকী মীওই খরনা করি করিনো হংলৈ। ঐনা হৈবা হৈনবা থবক নত্তে হায়দনা মখোয়দা হায়জরগা, ঐদি করিমতা খঙদে চুম্ন'সুম খঙনরুবনি; অহল অমা ওইবদুদা লুনা তৌরম্বগী ৱাদনি হায়না থাজহনখি। মহোয় থাজদা থাজদা থাজবা তাখি।

সোরোক্তা সিটি বস ঙাইরিঙৈদা নীশিংলকই... আ! মতাংসিদা শরুক য়ামিন্নবা মহোয় অনীদংগা ইনাক্তা লৈরম্মবদিকো...! বস মনুংদা ইথন্নতা খল্লি মাগী 'মহোয় অনী' অসিবু কনা কনা ওইরিদৌনো?

*কাশী, ১৯৮০*

## ঈচেল খকখ্রবা তীর্থ মচা মচা

নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। অয়ুক মম্মিঙৈদগী মমৌ অহুমদু লাঙবা হৌখ্রবনি– মপাম মপামদা চৎকদবগী! অঙাং পুক্কক পুক্কক চাউবা মহোয় তরেৎ অদুনা লাঙখিবনা ওখাক চাউবা য়ূম অদু থাংদুনা পুখিদৌগুম্বা অমা মাল্লে। খরা চাউবা মশুনুপাশিংদুনা মফি-মরোল শেৎ-চারগা ঈশৈ ঙংল-ঙংলদুনা গাড়ী অমমম্ ঈন-ঈনদুনা থোক্লখি। মশুনুপীশিংনা মমা-মমাগী লাঙবদা মতেঙ পাংনরি; মৌপ্বাশিংনা মনাওশিংবু থেমদুনা খরা চৈদুনা খরা শাউদুনা খরা ঈরুজবিবা য়াও, মফি শেৎপিবা য়াও লাঙলি। তোঙান তোঙানবা মাগী মাগী কাশিংদা লাঙজবনিদি হায়ববু ইমুংদি অমত্তনি য়ূম অমত্তনি। চৈরাও কৈথেলদু ঙাইহরে নিল্লিবা।

চাউবা আমীন মাগী কাদা ফমদুনা ঙরাং মচানুপা অহলনা পুরকপা ইংলিশকী খবর অদু য়েংলি। য়েংবনি পাবা য়াবগী ব্রা লৈতে। ময়াম লাঙবদু তারি। হান্নগী মতৌগুম্না ঙন্না উচেকমচা খোংবগী অদুদা হৌগৎত্না সুমাঙ ব্রাই শিত্তনা লম-তু শেংদনা ঈরু মাইথরগা ফম্মিবনি। ঙসিসু মমৌ অহুম্মক্তগী চা অমফাওবা য়ৌরক্তে। মচা য়াইমগা অতোম্বগগী কা অনীদদি থকখিবগী মখোল তাখিবা ঙাইহাক ওইরে। অমূক্তা চা অমা থকপা নুথিল-নুমিদাংব্রাই অমা থকপা হায়বসি

চাউবা হৈনরক্লবনি। আমীন ওইরিঙে মনুংদগী শোয়ফদবা ওইনা তৌরক্লবা মওংনি। চৃথ্রবা হৈনবীনি থবক্তগী পোথাজরবসু খংকক হেক ককপা ঙমদবা হৈনবীনি। মচানুপা অহলদুদি নুংদাং থেঙনা হল্লকপনিনা অয়ুক থেঙনা হৌই। মমৌ অহল্লা পুরকপা য়াই হায়দনা ঙাইরি। চুরুপ অহুমগা বিরি অনীগা থক্লে। য়ৌরক্লি। রুমাল অমা মুন্নবগী তাম্নবদা মপুগী কাদা চেনশীল্লকপা মশুনুপী অতোপ্পীদুদা তপনা কৌরুই,

— হাই, ইবেম্মা প্রিয়লতা।

— কৈনো কৌরক্কনু পুপু। লোৎলিবনে বল্লুনা (মৌপ্পা) নূংনা সুগে হায়দনা তাম্নরিবা।

— করিগী মীঙোন্দবু নূংনা সুই হায়ব্রো। চঙঙকখিসনু ঐ য়েগে। সুরোয় সুরোয়। য়েংঙাই পু পু ব্রা হায়গে লাউসে।

— কৈনো?

— নহোয় বাবা হৌগৎখ্রবো? চা-নুং থকখ্রবো?

— ঙসাইনা থকখ্রে। ঐখোয় থিন্নবা গাড়ী লৌবা চৎখি বাবাসু।

— ই-হে! ফরে ফরে।

ঈরুজরুরগা মশম কংহল্লিবী মমৌহন অদু তারমাল্লে। 'হৈমা ঐদি কাউরেদনা' হায়না শোল্লম্মগা মচানুপী কৌদুনা পুপুগী চা অমত্তা থাগৎলু হায়খি। লাইরিক পারিবী মশুনুপীদুনা করি-করিনো খুন্নকখি। ময়েক মশোন্দি মাসু খঙদ্রে। নুমিত্তু চাউবা আমীন অয়ুক্কী চা থকখিদে। মমৌ অহুম মথং মথং চৎখি, মশু ময়াম মীর মরী ইন্নখি। থোঙনাওদগী চাউবা আমীন য়েংহৌই, পূম্নমকসি মাগীনিকো মাগী মশাদগী থোকখিবা ঙাক্লিকো খল্লুবদা নাকন অমদা ফৈনা ফনবু নুংঙাইরুরে; হাইরপসু চাউথোকচরুই। হন্দক্তি মচানুপী অনীমক অমত্তা কৌদ্রে। অমনা মশা য়াম্না লূমশিল্লক্রদনা লাকপা ঙমদ্রে অমনা মখোয়দা উসোব ওইনা চাউনা তৌরদনা থাদোকপা য়াদ্রে হায়ররে। মহাকপুসু বার্তোন তৌরকপনি। চৎত্রে। কান্নদে মীগী মচা-মশু চাক্লৌজরগা ঐনা ফরক্তা য়াওরুবা কান্নদে খন্দুনা চৎত্রে। লোইনা চৎনখ্রবদুদদি য়ূম অদু অমুক পুমচীক চীক্লে। পোথাদুনা লৈবা পঙহৈ হৈনবা মী নত্তে। অপাননা য়াইবা নুঙাইরক্লবা নুংশা মরক্তা ইথোল শম্বল ঙাইহাক শেংবোই তৌবোই হোৎনরুই, য়েনখা-লুকখা তরু-তরু শেংই। মশুশিংগী খুনাম ময়াম শিৎচিন তাশিল্লি। হরি সোয়োন ঈশৈশুম্বা অমসু ঙংবোই, শকপোই,

নীংশিংবোই তৌরি। ঙাইহাক লৈরগা মশুনুপী খরখিৎ চাউবীদুনা চাক তাক্লে।

— পুপু চাক চারদ্রা থিরম্মোরা?

— নপা চাখ্রবো?

— চাদ্রি, ঙসাই ইমাহোয় থিনবা চৎখিদে হন্নক্লি।

— ই-হে! নহোয় চারো নপাইগা ঐ'ইগা থনম্মো।

— বাবাগীদি মফম খঙপোৎ নত্তেদা। ইবানি চাথোকঅসিবা। হঙ্গামগা ঙাগা থোংবনি। ঈংখ্রবদি হোরেল হাউজরোই। হাউত্রগা ঐঙোন্দা তাইনরক্কনি।

— ইশুদবু করিগী তাইনজরুদগে। ইশু মঙাইরে ইপুগী খল্লিবা। নঙ চাথোকও লাম্মেনি, ইপু কোম্না তপ্না চারগে। চাখুম-নুংখুমদু ইরেম্না লোইশিল্লুহে সনা, নমানা হোরেল লাউজরনি!

মশুনুপীনা চঙখ্রবা ফাওবা নাপী মন্না মন্না শোলহৌই— করিনো নমা অসিনা লাউরিবা অমুক্তোইবা! ফনা ঈংঙয়নিদা ইমৌসে, ইখুৎ চাবা খন্দুনা থিবনি মবুদ্ধি মরৌশিং ব্রাত্তে, কৈসু ব্রাত্তে। মচা ময়াম অসি হেক লাক্লবদা মাসু ফনা য়াম্না হৈরে। হ! নুংঙাইরিয়ে ঙাঙবা শকপা ফনবু হৈরে। মচা চৈবগাদি কল্লিকো, কল্লি। 'সুম হৈরকপনিদা অমুক থোইনা তম্মুবা নাইদবনিদা...। মথন্নতা ঙাঙলি, শোল্লি, হংলি খুমলি, মথন্নতা লৈথায়সু তারি। মরক্তা ঈশৈসু ঙংলি। তাবা য়াবদি নৎত্রে অদুগা মাগী থাজবদি নোংথোন দুহারগী চোল্লোম শাগোন্নরবা খোল্লেদুনি।

হায়গুম্মদনা এক্লাং অদু মচু তাফাৎলমদ্রে, মপোৎ পঙফৎ ফত্তবদি নত্তে। তোয়না থোংদবা মশুগী মথূত্তগী থোকপা ওইবনা শিংজু অদুফাও খাইবুং খাইবুং তৌরম্মে। অহাউবা চাগনবদা, মচু তানা মওং তানা চাবদা হায়নরিবা আমীম্নি। ঙা থোংনা থোংনা ঙারৌ অমা য়াওদবা য়ারক্তবা অহন্নি লৈতবসু নত্তে। লৈগনবসু মহানি। পেনশনগী পৈশা লৌরুবা নুমিত্তা ফজ-ফজবা মনা-মশীং চান থক্লবা লোইনা লৈথোরক্লিবনি। চাখুম অহুমদা য়েল্লিবনি। মমৌশিং মশুশিংনা হরাওবদু উবদা পুঙপেন পেঙ্গরিবা অহন্নি। মচানুপা অহন্দু থেংনরবদি শাউই,

— কৈদৌ' লৈরকইনো। অদুম পায়শিনবা থমজিনবা য়াদ্রো। চানীংবা লৈরগা হায়বা য়াদ্রো পাজিনা তৌরিবসিবো। ঐনা লৈরক্কনি।

-- নহোয়না লৈরত্তে হায়দনা লৈরকপা নত্তেনহৈ। ইশুশিংগী লৈরকইবনিনে। হেক্তা লৈনীংইনে অতো।

— অদুনা হয়েং হংচিত্তি চুরুট লৈনবা ফাওবা পায়ররোইদৌনি। সে অসি

পায়শিন্দুনা থম্মু ঐগীসু তোলোপ ফংঙে ঙসি।

কয়াদা মবৃক্লীং পেঞ্জরিবা অহল অসে। পূংপেন হেক পেঞ্জে। লৌবদা চিংনরপ তৌগুমসু তৌই। নুংঙাইগুম চাউথোকচবগুমসু তৌই। মচা অতোম্বদুদি মপাদগী মম্থোকই। অদুসু চাউবা আমীন মাগীদি নুংঙাইজবা মনুংঙাই অমনি।

নুংথিল ঙাইহাক তূম্মী। হৌগৎনীংবা কান্দা মথন্তা হৌগৎলি। নুমিদাংব্রাই ওইশিল্লকপদা মফী-মরোল শেৎলগা লীচৈ অমা পায়রদনা ঙাহৌ-ঙাহৌ চখোকই। মাগী হৈনবীনি, নোংমগী থৌদাংগুন্নবা মওংনি। মথন্নতা মচৎলি। কাদা মথন্তা লৈ; মথন্নতা হনজিল্লি, মথন্নতা তূন্নগা অয়ুক মথন্নতা হৌগৎলকই।

চাক্লৌবগী নুমিদাংব্রাই অদু লম্বেল অসি য়াম্না চিল্লি। চৎনীংনা চৎখ্রগা, অমুক হন্নীংনা হল্লকপা মতাংনি, ঙসাইগুম চিল্লি, হেঞ্জিল্লকপা অমনা হন্দক্তি সোরোক্কী নাকন্দা কৃম্মে য়েংবা কাঙবু অমসু লোয়ননা অচৎপা ভাবোক কাঙবু অমসু য়াওখৎলক্লবনি। আমীন চাউবা মতাই ওইরপ ওইরপনা চীং লেম্না চৎলি।

রিক্সা, স্কুটর, জীপ, কার অতৎপা লৈতনা চৎলি। খা-গীনা ব্রাংদা, ব্রাং-গীনা খাদা, মনীংগীনা মমাঙদা মমাঙগীনা মনীংদা চৎনৈ। মফী-মরোলনা শক চিংখৎপী কয়ানি। শক্লা চিংখৎপীসু কয়ামনি। খোঙনা মরী-মরী চৎপা চৎমিন্নবা কয়ানি। পূম্নমক্কী মায়থোঙ, অয়াম্বনা মকা ইরাম-ইরাম ল্লাম্নৈ। আমীন চাউবা চৎলি য়েংই, মরক মরক্তসু খল্লুই। খোঙভুপ মখোল অমদি মাগী লীচৈ সুবগী মখোল মাদা মতায়। মানদা কাবক কাবক য়েংলুবগুম তৌই মাবু য়েংবা য়াওদবগুম তৌই। চৎনা চৎনা ব্রাখলগী ঈথক ইপোমদা চুরুট অমসু চম্মুই।

চহী য়াম্খেনিথোইমুক্কী মমাঙগী নুমিৎ অসিদা...

চাউবা — আই লাকঅবোরে, ঐদি হল্লক্লরোইদ্রা হায়দনা ব্রাকুরেদা।

অশংবী — হল্লক্লবদি কদায় চৎলুনি। ইয়ূমনিদনা। ঙাইহাক্তা পম্ফনীংদেদা চৎনীংবনা নহাক চাফম থককম খঙঙম্মরোই খনবদা আদা চাবা য়াদে। চাক কনানা থোংই অবোক্লা থোংব্রা? হাউব্রা?

চাউবা — ঙসিদি নঙ চান্ননা ফজে হায়বা খঙঙে, কেববু য়াম্না হৈখ্রে। চন্দোন সিরি মরক্তা মচা অমা নম্মিদো য়াম্না রাসী লৈখ্রে। নহানথৈদি উদে। শেৎ-চাবা পকই।

অশংবী — সৈতা?

চাউবা — সৈতা, লাইনা খঙনি। কদায় দোখিনা য়েন্নরসি করি করি তৌরকই?

অশংবী – অদুবো অস য়াম তৌরকখ্রজাৎনি, 'সিসু, সিমসু, ফীদুপসিসু, অদৈ পৈশাসু।

চাউবা – কদায় ঐগী শরূক।

অশংবী – পীরোই কৈমফাও। মীনা ঙসাই চৎলূসি চারুসি হায়দি য়াদ্রগা। লাকপ্রা লাক্কদ্রা হায়দনা হেক হংবনা ইমানা, পাজ্জিনসু।

চাউবা – ইমাই, ইকুবোক উন্নদৌ শরূকপুদি কৈ মমায় নানগে। ইবাইহন্না খরা ফৈ। মথেনদি করি করি?

অশংবী – অস অদুবো, য়াম তৌখ্রজাৎনি। ঙাদনা মথেল মরি, অতাউবগা মঙা–।

চাউবা – খরা পুরকপা য়াদ্রো?

অশংবী – ইমাদি পুখো পীজরুচো হায়। ঐনা ইকাইদনা পুরক্কবা পুনীংবাদি নহাক্লা ঙা চাগনবদো নীংশিংলুবদা ফীজিদা লোন্না য়োম্মসিরা হায়বা য়ৌনা খল্লি।

চাউবা – ঐঙোন্দা পীজনীংব্রা?

অশংবী – কৈগীনো খঙদে পঙপীদা পীজনীংই। নহাক্লা চারগা ঐনা হাউই। পঙহাপ্তা হাপনীংই। খঙদেদা নঙগীদা খল্লিদা।

চাউবা – করিগীনো ঐদি খঙই। হায়য়ুরা?

অশংবী – হায়য়ুনে।

চাউবা – অদুবুরো অহিংদা চেৎনা...

অশংবী – হাই! অবোকহোয় তানিবা। ঙাওমাম্নেনে, অসিবু!

চাউবা – ইমাহোয় লৈব্রা?

অশংবী – করি লৈতনি। অবোক্লা থোঙ্গান্দগী ওকপীরম্মীনে...

চাউবা আমীন খজিক ইকায়না মোমোন তৌরুই। মমাঙমক্তদা অঙাং মচা অমা খুদি থীদুনা পুন্ত্রে তুই। ব্রাখলগী পরীং খংকক ককখি। মমা অদুনা মখূৎ শংনবা লাক্লরিঙৈদা মানা চিংখৎপীরগা কপ্তনবা থেম্বিরম্মী। কপ্লা কপ্লা চৎখি; চৎমিন্নখি মমা মচা মখোয় খরা মরী-মরী। মচানুপা অহল অসিনা পীক্লিঙৈদা তৌরম্বা মওং খজিক নীংশিংলুই। নীংশিং পরৈ খজিক হন্দোক্লুনা হেন্না কুইখ্রবা মতাং অমা অমা ঈরোয়নরকই। অহানবা মচা অসি পোকপা কাননি। অশংবী হৈবোই হৈতবোই মৈনীং কৃন্নি' মতাং–

অশংবী – (ঙক্রপনা) হে-মা চঙঙক্কনো! ঙাওমানেনে! চৎলোমী।

চাউবা – (ঈংনা) কৈদৌয়েগে?

অশংবী – মীনা উনেমী নহাকপো। কমায়তৌদোইনো'সিবো।

চাউবা – কনাসু লৈতে। ইবানী, হ! ঐখোয় অহুমদনি ইপা-ইচা ইতৈ-নাও।

অশংবী – (খজিক নোকচৈ) হে-মা! শোক্লক্লেনহে! ফম্মনোমী–!

চাউবা – মীনা য়েংগে তৌজরগা।

অশংবী – তূম্মী। হোরেন কোন্না য়েংঙোবা, সে চৎলো! ইচোপ চোপন' তারেনে ঐদি–! তনজপ্রে নঙসিমা।

চাউবা – (থৌশাদে) ঐদি তন্দে কুচু কুমেনকা তঙাং-তঙাংঙদনা য়াম ফজরে অশংবী নঙ।

অশংবী – তুক্কচদ্রো নহাক্লা ফম্মরিসিবো?

চাউবা – করিগী! অঙাওবা কনানা হায়রিবা। ইচাগা নুপীগবু তুক্কচ্চবা হৌনব্রো। সে তপ্পা অমুক্তা চুপকে, ইচাদা নত্তে নঙোন্দা।

অশংবী – তল্লি। চৎলো। থোকখ্রোবা!

চাউবা – থোকখ্রগে'সে সোমদা লৈথোরকউ। সৈতা চৎখ্রগে।

অশংবী – লাইমা কল্লি মপা শাবগী অনমসি। হয়েং মচাসিসু মপাসিদৌ কল্লরদি ফুগেবা খঙনেবা। সে, মী লাক্লনি থোকও। খুরুমজগেবা সে।

চাউবা – খুরুমগনু। নমায়দু সোম লৈশিল্লকউ। অদৈ চৎখ্রগে।

অশংবী – চিক্কনুকো। তপ্পা...

কৈথেল মনাক্কী লম্পাক মচাদুদা মথন্নতা ঙাইহাক ফমদুনা নাক-য়েৎ য়েংলবা পোত্থারবা মতুংদা ঘড়ী য়েংই। নুমিৎ তাখিবা ঙাইহাক ওইরে। তপ্পা হৌগৎলগা কাইদ-কাইদা হল্লকই। মমখিবা খঙহৌবা নত্তে। মতম ফরিঙৈগী অয়ুক্লা নুংথিল মায়কৈ তম্মকপা, নুংথিল মানা নুমিদাংব্রাই ওল্লকপা খঙহৌবা ব্রা নত্তে। চহী নিফুমঙারোম খূৎশম্নূনা চৎমিন্নরকপনা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা অশংবী অরোইবা য়াহিপ তানখি। কুইনা নারম্বা নত্তে মরায়বক ফবী ধর্ম্ম লৈবী বৈষ্ণবী ওইখি। অরোইবা ওইনা চৎখিবা তারবা মতাং অদু ফাওবদা ভাব ফজনা তাখি; অহল ওইবগী পেং চোইবা থোইনা লৈখিদে। অয়ুক অমা ইখঙ খঙহৌদনা ব্রাহ্মরকপদগী মচাশিংনা মমৌশিংনা হোসপিটালদা পুখৎলুই। ভাব তারক্লবা মতমদা মফমদুদা লৈসি হায়বা য়াদ্রে। নুংশিজরবা মচাশিং, মখূৎ চা-না চা-না খন খন্দুনা

থিজবা মমৌশিং অমদি মামক্কী ঈখায়তনা য়েনীং চোংলকপা মশুশিংদা অরোইবা ওইনা হায়খি— 'ইচাশা ইমা য়ূমদা চৎকে। ইয়ূমদগী চৎখিগে। ইমা য়ূমদগী থোক্কেকো।' খজিক ফরকপনি হায়না থাজনরকপা মতাংদা নোংমা ফমশেন্নরিবা মপুরোইবগী মখোঙদা তপ্না তপ্না শিৎ শিৎ নানজরগা তপ্না তপ্না হায়রকখি,

— "মায় পাজি, ব্রাহ্নৌনু ঐ য়াররোই। ঐগুম্না লাইবক ফবী লৈরম্মোই। ইচাশিংগী তম্পাক্তা ইপূরোইবগী খূয়াদা প্রান থারগনি খনবদা খুয়া ভুশিংলে। অসিনি ঐনা পামজবা, নীংজবা। ঐনা খরা হাল্লক্লগা নহাকপু ওকলমগে। নচাশিং নমৌশিং ইশুশিং ঈংনা ব্রারকউকো, নহাক্কী শাউগনবদো খরা হল্লুকো। ঐবু হরাও হরাও বিদায় তৌবিয়ু। নহাক্কী নয়াথংনা ঐগী পম্বুংনি লম্বেলনি চেংজেলনি চিংনবিরনুকো।

পিরাংতনা থূমহৎলবা অহল অনীগী মিৎলুনি। চিংনবিরনুকো হায়নদি হায়রুবা শারুই। অদুবু মবূক্লীংদদি কন্না ফাওরি-- ঐ লৈত্রগা মহাক্তি ব্রাহৌরনিদকো! করিসু হৈজদবা পীজদ্রিবমখৈ চাবা হৈজদবা মাবু কনানা য়েংশিনবিরগবকো। ঙারৌ চাগনবনিদা! মাগী চাদি চিনী নমদ্রবদি য়াদবনি মাগী অপাম্বা হৈনবদি হায়দ্রবসু ঐদি খঙই। কমদৌহৌরগবা—! ঙাইহাক মমিৎ উইশিন্দুনা খল্লি! চাউবা আমীননা অশংবীগী অমদি মাগী মিৎলুগী পিরাং পূম্না তৈথোক্লগা খজিক মোমোন তৌগে লাক্লে। তপ্না হায়রকই— "অশংবী, ময়েক্কীদি ঐনা হানফম থোকপনি। অদুবু ফয়ে নরায়বক ফবা নঙনা হেনপ্রে। নবূক্লীং চিংনরনু। ঈশ্বরগী নাম কাউনু। নাম শোল্লু অশংবী। ইবুংঙো মাবু কাউগনু। নচাশিং, নশুশিং খল্লনু। ঐ লৈরি। নহুৎ শিন্দুনা ঐনা লোইনা য়েংশিনগনি। চিংননু। চৎখিবা তারবদি ঐসু চিংনদ্রে। ঐনা লান্দবা, নঙবু লুনা চান্না তৌবা শেংলবদি নুংঙাইনা চৎখোকো। চৎলো।"

মচীন্দদি 'চৎলো' হায়রুরি। মমিত্তদি ঈচাউগী ঈহৌ হৌরক্লি। মবূক্লীংদা তপ্না অতৎপা লৈতনা খোম্থোক্তবা ব্রাহৈনা হায়রি,

"অশংবী, নঙ চৎখিবগীদি চিংনদ্রে; অদুগা নঙনা চৎপ্রগা ঐনা কমদৌনা লৈহৌগদগে, মসিনি ঐনা চিংনরিবা।"

খোনো মোরো নিত্যাইনন্দো...; পূঙ, ঝান, মাঙ্গংগী খোঞ্জেলনি। নাম তাকাগী মিরবা খোঞ্জেলনি। মপোক নুমিৎমক্তদনি। নুমিদাংগী মতমনি। নোংসু খরা-খরা চুরকই, কন্না চুবসু নত্তে...।

থোঙ তপ্পা হাংদোক্লুনা চাউবা আমীন মাগী কাদা মথন্নতা চঙজরকই। মচাশিং মমৌশিংনা হান্নদগী হেন্না য়ান্না থনম্বা অচা-অথক য়েংনা য়েংনা উরুদে। মাগী লুখুমদা থেংলিবা ফোটো অনীদুদা মুন্না ঙাইহাক য়েংলুই। লুখুমদা লীচৈ ঙারিঙৈদা ঈরিক অনীখক্তং মোন মথক্তা তারকই— তপ্ তপ্।

*ইম্ফাল, ১৯৭৯*

# থাশিগী মঙাল

মৈসু লাক্কে; গ্যাসসু লোইথোকখ্রে; শীং চোৎলি-চোৎলিবদু থারগা মপা-মচা মহোয়গী চাবা নংনবা কন্না থোংবা লাক্লরি। অদুমক্তদা ইচানুপা অহল অদু মফি-মরোল শেৎলদনা তহা-তহা চঙলকই; হায়রে,

— ইমা, নঙগী চাক অসি অসুক কুইনা থোংইসিবু পূংসি আ য়ৌখ্রে। চাদনা হেক চৎখি তোক্লরনি।

— লোইরে কৈদৌরগে রোবীন, সে চাবা হৌরো মথং মথং হাপ্লক্কে।

— তু তৌরকএ মাই হৌনবী হিংজ্রোং-মাংজ্রোং! কদায় পীদ-পীরকও খরা য়োচ্চখ্রগে।

মৈথক্তগী কোত্তুনা পীজখ্রে। চাইখায়রম্মগা চৎখ্রে। মনাও শমশাংবদুসু পীজখ্রে। নুপীনি হায়দনা অমা য়াওরিবসিসু মমাগী মতেং খরা পাঙ্গত্রা হায়রগা থা তরক্কী পরীক্ষানি হায়দনা ফমখৈ ফম্মুরগা হোবে হোবে চারগা চৎখ্রে। অতোম্বা অদুনা মপানা স্কুলদা থিনখ্রি। চাখুম অদু য়েংবদা অকিবা ফংই। লোইশিনগদৌরিবনিকো খল্লুবদা খোঙ খূৎ শৎ তিংথোক্লগা কপনীংবা হায়বদু য়ৌই! কপ্পা শংঙুবদি হায়রুনু মপা অফীং-অফাই অদু লাকপা তায়। কদায় কদায়

য়ৌরুরবনো খঙদে থেঙঙেমখৈ লাকই। মখূৎ হাম্মী খঙদে হামদে খঙদে চঙলকই। ঈশৈসু মতেক অমা ঙং শারিয়ে।

— ইমাই! কৈনো অশংবী নঙগী চাকখুমসিদি! লমওক ময়াম্না নীল্লম্মদৌনা তৌরিসিদি। ঐদি কদায়দা চাদৌরি, নঙগী লৈরঙ অদুদা ফম্মুরা ওকলোইবী ইবেম্মা!

— মপা কয়া জুগোৎ চাবনি হায়দনা! ঐগী কোক্তা তোংঙগা হেক চাররো। ফরৈনি'সি হায়রদি।

— কৈনো ঙসিদি গরম ঙন্তানা কায়না। তোংদুনা তোংলবদি নকোক্তদি তোংলোইনা, তোংফম খঙইনা, থৌফম খঙইনা থৌরোরা অয়ুক অসিদা?

— থৌবিরোহৈ হনুবা। মমায় অসি কয়া ইকায় নাইদ্রিনো। সে, সোম' চাররো। য়েনশাংসিসু য়াম্মমদ্রে। মথোঙ মরম অমত্তা খঙদেঙ্গা নচা ময়াম অসিনা। ফনা য়াম্না থোংবনি তু সিখক্তা ঙায়রম্মে। ইমাই রোমেশনবুনে ওস্লোক' য়াম চাখ্রেব্রানি। উতোং অহোবদা হৈবসিঙাই। হাপ্পুদা হায়বা।

— অদুনা মশা অসি মরৈ মরৈ তারদনা য়েংবদা নুংঙাইরিসি উদ্রো। চাসনু অয়োকপা শন্দংদু ঙাইরে। লাইরিক্তবু গধা চঙদৌরিব্রা কৈনো মমা লৌরবদি!

— ইচা ফৈনা কৈনো। সেকেন্দ ডিভিজন্দা লাকইবো, ইপাসু পাদনা! মমা লৌরবদি কায়না ঐদি ইবুংঙো ওলক্ত ফার্ষ্ট ক্লাস ঙাক্তনে খঙবিরব্রো। সার্টিফিকেৎ য়েংগেরো?

— য়ারে য়ারে। উপুদা অদুম থমজিল্লু। হয়েংব্রাই নগুগী কৈ-কৈনো শেংবা কান্নরক্কনি। মমিংগী বানান্দি খঙলিনিদনা 'অশংবী' অশংবীদি কে, আই, পি,...

— মিং কাউজরসু নবেম্মা।

— হোয়নে চাকখুমগী মবেম্মা, য়াম হাওগ্রে সাগতু খিত্তগা থাদরকখো।

— হৈ-মা! লৈত্রে ব্রানি। তো তক্তুনা হাপ্লবনে। কমদৌনি। অস চাকতি অদুক য়াম্না লৈরিবা। ঙরাংগী ঙাদু লৌরক্কে বাবা, কুইরোই।

— হ! ঐগীবুদি য়ারে। নঙবু করিগা চাদৌরিনো! ঐসু কাউথোকউরে।

— ঐবুদি থন্ন থন্নবা চানিনে নথৌ লৈতেনে। বাবাগীবু হায়বনি। নুংঙাইত্রে। সে ঙাইখো লৌরক্কে। ওমলেট অমগা হৌরগা—।

— হ! য়ারে। থল্লবনি। পূংসু আ য়ৌগ্রে ফাইল অথুবসু পৈদুনা লৈহৌবনি ঙাইনরম্মনি। ঙন্তা কূম্মক্কে।

— হোয় ঙন্তা থোংগৎলম্মগে। অতৈ-অতৈ চৎলক্লনুকো। য়াম্না হাউনা থোংঙমগে হায়বা, কো। নঙদি থেঙনা থেঙনা হেক্তা লাকইদা!

— হৈ! ঙসিদি ঙন্তা লাক্তবা য়াদবনি। ইবানী হিপমিন্নদনা ব্রারী শান্নদবা কয়াদি কুইরে। শগোল থৌদবা কয়াদি—

— মসি হনুবসিদি! লাইমা ঙাঙই!

তহা তহা চৎখি। হান্নগুম মাগী টাইগী নোট শেম্মিঙৈদা পূম্না কোনশিল্লকই। হামুক তৈরম্মগদবা চীনবান মখূৎ তনান তনানবদুনা তৈথোক্লগা তপ্লপ্না লুকথরম্মী। গাড়ী থৌদুনা থোকখি। মাঙ্গোন্দা লেপ্লগা থোঙ্গান লাম্থোক্তুনা লৈখৎখিদ্রি ফাওবা য়েংদুনা লৈরুই।

মসিনি ঐগী নুতিগী পুন্সি। মপা মচা মহোয়গী অরেম-অপা খরদু হাউনা চারগা পূম্নমক লোইশিনবা লোইবদা নুমিদাংগী য়েনশাং শেম্বা য়ারে। চথোকউবা শংদে। লাইরিক-লাইশু মচা'মা করিমা পাগে খনবকা অরেম্বনি। কুপনোম ময়াম অদু নংনবা লাক্লরিঙৈদা পাবদি লায়রদনা মানা হায়গুম্মদনা, মিং ইবা ফাওবা বানান লাল্লক্কদৌরে হায়বদু য়ৌরে। চৎকল্লমখ্রবী, য়ূমদা ঙাইহাক্তা লৈবা শংজরমদবী, পাবগা ইবগা চৎথোকপগদা চাবা থকপা শংজরমদবী ঐনি। হৌজিক্লা থোঙ্গাল ব্রাংমদা করি তৌরিবগে খঙদ্রে। খঙনীংবসু পোক্লুদরে। নোংফাদোক চথোক্তবা য়াদদুনা চথোক্লুবদা, হল্লকপদা কপচনীংই। ফনা-ফনা মচাউরবা অঙাংশিংনি। পোলাংখোক্তগী টাব্রেল মচাদু ফাওবা লৌশীনবিরমদে। শাউদুনা ঙাঙলুরে চৈরুরে কনাসু নাচুংদে। খদাঙদা চোক্লগা তোকই। নোংমদি শাউনিংমনখ্রদনা নুপী অমা য়াওরিবা উরুম হব্রাই মতোন্দুদা ফুরুই মশম লাক্তুনা হাইরুই। কৈসু থৌশারমদে মশমদু নাম্থরগা— ঐঙোন্দা নোকশিল্লম্মী, ঈশৈ অনৌবা অমা ঙংলগা মপাদা কৈনো অমা হংবগী চঙখি। নুপা ময়াম অদুদা চৈরুবা ঙাঙলুবা ফুরুবদি শামুদা পেনাদা পেনানি। মপা অদুদংদি ঐগী মীচংদা লৈবদৌনা লৈ। অদুসু ব্রা ঙাঙদনা তূমিন্না চীং লেম্না লৈবদনি। কৈসু তৌবিবা নত্তে। গতি লৈতে চাকখুমদা ইথন্তা কপচৈ— চাক থোংনা থোংনা। অদুসু কুইনা কপ্পুবা শংদে। শাউনা লৈরুবা য়াবা নত্তে লৈগে হায়নসু খন্দে। ইচা মরি অদুনা মরী মরী চঙলক্লগা লক্লরে, থেম্মৈ; নোকহল্লে। মপা শাবা অদুসু য়াওরে। ইচা ঙাক্তা মতুম-মতুম। অমনা অমদগী তাদে। লোইনা চপ মান্নে, লোইনা ইনুং নুংশি। মহোয় উবদা ইপেন পেল্লি। করিগীসু নুংঙাইজরোই করিগীসু পেল্লরোই

নুংশিবা মাগী মচা ঙাক্তনি; ঐনা য়াম্না ব্রানা পোকচবা; ইবানিগী ইচা, ইচাশিং।

অসুম তৌজরম্বী অশংবী নত্তে। ইবুং অনীগী মনুংদা চানীংদা চা, শেৎনীংবদা শেৎ কেনা থোয়না হৌরকপনি। লাইরিক পাবগা কোয়বগা, কৃম্মে য়েংবগা ফি মচু খনবগা, সনাগী মওং য়েংবগা ঐগী ইথৌদা ওইদুনা লাকপনি। চাক থোংবদি লায়রদুনা চাবা ফাওবা ইমাগা ইনেহনগনা ইন্দে হায়বদা খাকপনি! মরূপ-মপিজানা ব্রাৎপা লৈতে। নুতিগী অমমম হেক হোংদুনা চৎপদা থা অম'নী পোথাদবা য়াবা জাৎনি। অদুবু লুনা হেক তিন্নবা পূম্নমক হেক হোদোক্লা, ফাওদোক্লনা তিন্নবদি ঐখোয় অহুম খক্তনি— সখী, সনাতোম্বী, ঐ। পীশক পীক্লিঙৈদগী তিন্নরকই, লোয়নরকই, শান্নমিন্নরকই। সনাতোম্বীদি য়ূম খরা লাপ্নবনিনা খজিকসু থাপ্নবা মতাং লাকই অদুগা সখীদি লৈকায় তোঙানজরবসু সোরোক অমত্তনা খনবনিনা য়াম্না নক্লে। অয়ুককী নুংথিল নুমিদাংগী অদুম্মক লোয়নদুনা লাকপনি। লাইথী শান্নবদগীনা ঈশিং মিন্নবা ফাওবা, চাকথোংবী শান্নবদগীনা লৌ শুমিন্নবা ফাওবা, চামীন্নবদগী লাইরিক ঔরাইমিন্নবা ফাওবা অদুম লোয়নদুনা লাকই। স্কুল অমত্তদা তম্মিন্নে ক্লাস অমত্তদা চঙমিন্নে ফাল অমত্তদা ফম্মিন্নে। ঙাইহাক্তা থান্নরক্তে। ঐঙোন্দগী অমনা ব্রায়খিবা লাইরিক মঙোন্দা পীরম্মী, মাগী পৈশা পৃখিবা ঐঙোন্দা শিংলকই। মাগী নৎত্রগা ঐগী সনা ব্রায়রুবা থেংনবা অমদা পীরম্মী। ময়াম্না লক্লবোই কল্লকপোই, নুংশিবোই ইবানীবু পূন্না সখীশংবী কৌই। হায়স্কুল থাদোক্লমদাইদা সনাতোম্বী লাকখি; ময়াম্না অমগা নপশিল্লকই; পূন্না সখীশংবীসনা হায়না খঙনরকই।

সনাতোম্বী চঙলকপগা লোয়ননা ঐখোয় অহুমগী পুন্সিদসু অনৌবা পাউজেল অমা লাকখি— নুংশিবা। মসি ওইরে সখীনা য়াম্না তাথীরিবসে। নোংমা ঐখোয় অহুম খেন্ত্রী হৌদুনা চামিন্নবদা সখীনা কল্লক পেন্না হায়খি,

— নুংশিবা! হ! নুংশিবা! অঙাওবা, নমথাক, মিরেজ! মসিনা নৎত্রা নুপী ঐখোয়বু মীনাই ওইহল্লিবা। ঐখোয়দগী নুপানা করি হেল্লি। ঐখোয়নদুম হেল্লি। লাইরিক ঐখোয়না ফবা হেল্লি; নম্বর ঐখোয়না হেল্লি। মহোয়না কদায়দনো হেন্দৌরিবা। মহোয়না ঙম্বা ঐখোয় ঙম্মী। মহোয়দগী হেনবা ঐখোয় তৌসি। তৌগনি শোয়দনা। মান্নবা নত্তে ঐখোয়না হেল্লি হায়বসি উৎপা তায়। উৎপা তাবনি। ঐখোয়বু খুদুপ মরি-মঙাদা শেৎলি, অবলানি লুখাক চাগদৌনি সেবা তৌদৌনি সতী ওইদৌনি— নো! নুপী মীনাই নত্তে— অরৈবা মীনাই ওইরোই!

য়েংউ ঐনা করি তৌরকপগে হায়বদো।

মথৌনা লৈবী লৌশিং চাউবী লোয়ননা নীংবদা থৌবী সখীনি। সনাতোম্বীনা অদু নত্তে; লৌশিংদা তাদে, লাইরিক্তা নোপ্তে অহোয়নদুম পীথোরকপা মগুণ অমদুম মানা হেল্লি। তাকপগা খঙই; বুদ্ধি তাবা মানা হেল্লি। মশক-মতৌ চঙখোল্লি। হৌবদগী বৃত্তিদা ফংদুনা লাকই মবুঙ মৌপ্বানা য়াম্নমক আশা চাউনা থমজবী সনাতোম্বীনি। কলেজগী অহানবা পরীক্ষাদা বিশ্ববিদ্যালয়গী ওইনা অহুমশুবদা লাকই, লৈবাক অসিগী ওইনা সাইন্সতা মানা মকোক ওইখি। সনাতোম্বীনা খরা হন্থনা লাকই। অদুবু পঙতা তাবা নত্তে; লাইবক্কী হায়বদুনি। ঐনা ইতা তায়। মহোয় অনীগী মতুং ব্রারপ ইল্লি; ইনবদি ইল্লি।

বি, এস, সি, লোইরকপগী অদুদা সনাতোম্বী লুহোংখ্রে। লুহোংগদৌরে, লেপ্লে হায়বা তাবা নুমিত্তু সখী অঙকপা ফংনা শাউখি। চৎলগা মানা চৈরুবসি, ঙাঙলুবসি সনাতোম্বী হান্নগা য়ানিংঙমদবগা কপখি অঙকপা ফংনা কপখি। সখী লেপ্তে; ঙাঙথখি,

– করিগীনো নচীন অদুক লৃম্মিবো। হায়য়ু এম, এস, সি, লোইরগা রিসর্চ তৌরগা মথং-মথং অনৌবা থিথখিনি। অদুগা কোন্না হোঙঙবসু হোঙগনি। হোঙদ্রগসু তোকথোক্কনি।

মদু য়াখিদ্রে। ফনা খাঙদুনসু কপ লাউদুনসু সনাতোম্বী হোঙবদা তাখি; হোঙখি। সখীদি মাবু হোঙডু হায়বদগীসু হেন্না শাউখি। অদুবু চান্নশ্রবা মরূপ্নি ঐখোয় অনীনা মাগী পূন্নমক তৌবিরুই। পোৎলোই ফাওবা ইবানী চঙদুনা শেৎপগী মওংদা চথখি। মঙানী চাক্তৌবা হল্লকপদা সখীনা নুংঙাইবিদবসি, ব্রাবীবসি মঙ্গারকপসি মঙায়। মমিত্তা মপি ঈরা চেল্লি। হায়রকখি,

–লোইরেদো। সনাতোম্বী ঙসিদগী লোইরে। পূংলোই লোইরে। লোইরে। মাগী ইদুকেশন, মাগী টেলেন্ট, মাগী তুংগী লম্বী টুটেল্লী কট ওফ। নাউ, সি ইজ ফিনিশ্‌দ। সনাতোম্বী ইজ নো মোর। ও! মাগী আত্মানা শান্তি ওইনা...

– কৈদৌরগে সখী নঙসিমা। অদুক ব্রাবিরুরিদুবু। মী মচা মোংফমদা নত্তেয়ে চৎখ্রিদো স্বর্গদনে কয়া হরাওনা মথব্রায় নুংঙাইনা লৈহৌরিবা। স্বর্গদা স্বর্গনি হায়বগী খুদম মচীনবান্দা মখজাইদা অদৈ মথবাক্তা লৈহৌবদো নঙবু উরজ্রো?

– হ! মদুবু নঙনা খল্লিবা স্বর্গগী খুদম্নি 'সিনিনে।

— নত্তবদি।

-- বুদ্! মদু মরিচীকাগী ইলুশননি ইলুশন! হংচিত্তা ঙাইরে মাবু পোৎলোইখ্রিবা মফমদা হঙ্গাম মচা মচা হৌরক্লনি! ময়াম্না সনাতোম্বী হায়বা অমা লৈরম্মী ফাওবা কাউনরক্লনি। মাগী একজিস্টেন্সকী মফম লৈররোই। মোংফমদা ফাওবা মাগী লৈররোই; সনাতোম্বী হায়ররোই ওনলী শ্রীমতি করি'য়ে মাই মৱাদো।

— ব্রজবিধু।

— য়েশ। শ্রীমতি ব্রজবিধু সিংহ, লোইরে। মা লৈত্রে, মমিং লৈত্রে, মশা লৈত্রে; ব্রজবিধুদা তিনশিনখ্রে। মিং লৈত্রে; য়ূম্নাক য়াওদ্রে; মশামক তিনখ্রে; মসিদবু মাবু হিংলি হায়না লৌরিবা নঙনিনে ঐনা ঙকইবদি!

— হিংদবা নত্তেদা হিংমিন্নবা হায়য়ুদা সখী।

— করিগী হিংমিন্নদোইনো! ঐখোয়বু মিপান তাংদুনা কয়াম কুইনা লৈদোইনো। নুপীবু চাকখুমগী খাবৈ চেগপ্না পুনবা করি মতিক লৈ! চপ মান্নরবা ফীবম অসিদা ফমুংদা মহোয়গী ঈরাং নেমথহন্নবা পোৎ ওইবা, য়ূমদনা ময়ামগী নাইথাং ওইবা, অদুদগী য়াম্মবদা চখোক-খোত্তোকপদা মহোয়গী কোটকী থবাক্তা থেৎপা অদোরগুলাপ অঙাংবা মচা অমা ওইরুবা। নো! ঐখোয় থৱায় য়াওদ্রবা লৈতেংপোৎ ওইবা চুমদে। ৱি আর লিবিং বিইংস। ৱি আর ষ্টিল এলাইব; ৱি মষ্ট লিব এজ লিভিং বিইংস, নোট এজ ডেড কোরেলস্। নৎত্রো?

— খঙদ্রেদা অদু য়ৌশিল্লক্লবদি ঐসু। নুংশিবগা লুহোংবগসিবু করি কদায়দা কায়রিনো খঙদ্রেনে ঐবু।

— য়াম্না কায়নে অশংবী। নঙনা নুংশিবনি হায়না লৌরিবদো মদু পুন্সিদা খোঙথাংদা চাওখৎপদা অথিংবা অপনবা ওইরিবনিনে। লুহোংলে, অঙাং মথং মথং মেচিনদৌনা পোক্লক্লনি। অদৈদি মপাগী সেবাগা মচাগী সেবাগদা মী ওইররোই। য়েংসিনে সনাতোম্বীনা তুংগী পুন্সিদা করি তৌরকপগে য়েংসি। ঙরাংগী লৈবাক অপূম্বগী মকোক থোংনা লৈরম্বী সনাতোম্বী কৌবী নুপী অমা ঙসি খজায়, চীনবান, থবাক্তমক ওইখ্রে; হয়েংনা মচাশিংগী মচীঙ্গাক, মচাই মপাগীনা ফদি। বস লোইরে। চুমদব্রা য়েংউ ঐনা হায়বা!

— অদুবু নঙসু ওইরক্লদৌরিবনি নুপী ওইরুরবিনিনা। অহান অকোনগী ৱাদনি। নঙসু কনাগুম্বা অমগী নুপী ওইরনি, নচাশিংগী মমা...।

– নো! নো, নেভর। ঐ ওইরোই। আই ডোন্ট ব্রান্ট ডোজ ব্লডী ইলিমেন্টস। আই হেট ডেম্।

– তৌনুদা সখী। মতম মতাংনা ঐখোয় মীওইবসি পঙথহনবনিদা য়ু নীড এ পার্টনর, এট লিষ্ট–

– নো ডিয়ার। দরকার লৈতে; পামদে। ঐ সখী ওইনা লাকপনি সখী ওইনা হিংগনি সখী ওইনা অদুম চৎখিগনি। মরমদি ঐ সখীনি। নঙসিসু অশংবী ঐ থাজরক্লে উতাংবী ওইরক্কদৌমালে। নঙ নহান করিগীনো কান্টিন্দা নথন্তা চৎশ্রগা নুপা অমগা ব্রারী চিকথরম্মিবদি?

ঐ স্বায় লাউই। পাবুঙনা, ইমানা ইবুংশিংনা হংলম্লবা ঐ অদুক পাখৎলম্লোই। মাদা খঙদ্রবদিকো হায়দনা চেকশিম্না লাক্লবনি কদায়দা থেংনখ্রিবা। ফিগে ফনেক অদু থুপ্চিন থুপচিন্না হায়খি,

– চরদা! কনানা হায়রিবা। মী ঐখোয় তামোহোয় মমান্নবা অমগা লাকমিন্নবনি। মহোয় মমান্নবা ঐখোয়' ওজা অমা উন্নবা লাকপদা তান চান্নরুদুনা আ মপান্দা তম্বা-খোৎপগী মিং চম্লোক-চনশিনগী ব্রারী ঙাইহাক্তুং শান্নরম্বদুবো। নঙ লাকপদুদা ফমমমদা ঙাইরম্মীনা।

– মিং চনবগী ব্রারীদু নক্লা শারম্মীদা নঙবো।

– চো-দা!

– মমিংবু করি কৌবগেনে?

– নোরোক হেক তাগে খঙদে হৈ! হং লাকউদে। নোংমদুদং ঙাইহাক ফম্মিন্নবগী ব্রানি।

তশেংবদি ঐ মঙোন্দা মীনমখিবনি। মাসু মীনম্মে খঙনা-খঙনা অদুম থাজদনা থাজনবা লাক্লখি। ফনা কুইনা মাসু থাজগে তৌরম্বনি। অদুবু ঐনসু লোৎপা ঙমখিদে মানসু থেংনদনবা খঙদনবা লৈথোকপা ঙমখিদে। বিশ্ববিদ্যালয়গী হোষ্টেল অমত্তগী কা অমত্তদা লৈমিন্নরকপা মতাংদদি খঙদবসু য়াদবনি। নোংমদুদি ঐসু মঙোন্দা কপ্পুনা, হেক্তা ইরাল য়াবগী মওংদা, হেক্তা হায়দোক্লে,

– সখী ঐ ঙসিসু মাগা সিনেমা য়েংমিন্নরুরে; থেঙদোকখরে। নঙ ঐবু য়াম্না শাউরে ঐ খঙই। ঐ মায়থীরে। ঐ ইবানীনা হায়নখিবদু ঙাকপা ঙম্মোইদৌরে, সখী। ঐ মাবু তশেংনা নুংশিরুরে। ফনা কন্না লাক্লবনি ঐসু।

ঙমদ্রে। ঐগী ব্রাশক, ঐগী ব্রাখল ঐগী অপাম্বা পূম্নমক মহা হিংচাবসি হেক উন্নবদা পুমকাউ হেক কাউথোকখি। উন্নরোই চৎমিন্নররোই মখল্লি হেক্তা ঙম্মক্তে। মানা ব্রাহে অমা হায়বদা ঐ হেক্তা ঙাওই। খঙদে সখী ঐবু মহোয়গী শেমজনবগায়দু তৌখ্রবা জাৎ ওইরিদ্রা! ঐগী থম্মোয়সিসু ফনা কনবনি অদুবু ঙমদে। ঐ ঙম্মোইদৌরেবো সখী। মতা অমা চাদ্রবদি ঐ ঙাওরকপ্রা কৈনো খঙদ্রিজাৎনি। শিরসি...

— হৈ! অঙাওবী। নঙোন্দা কনানা নুংশিগনু হায়বগে। কনানা কৈদৌগদগে! নুংশিবা চান্নবা ফত্তবা পোৎসু নত্তনা। সে কপকনু। চাক ঐনা লৌশীন্দুনা থম্মিবনি চাথোকও, তূম্মসি অয়ুক ঙন্তা হৌসি হয়েং টেষ্ট অমা লৈরিসে। সে চাথোকও, ঐ ওমলেট হৌবিরক্কে, ঙসিগী এঞ্জাংদু হাউখিদ্রবনি, অঙকপনি।

নুমিৎ অদু মা ঐগী মীচঙদা লৈদুনা থেমখি, নীংথিজনা লোয়নবিরকখি। ঐসু মানা শাউরক্তবদুদা তশেংনা নুংঙাইখি। মহাক্তা চৎমিন্নরুবগী নুংঙাইবনে মানা য়াবগী নুংঙাইবনে করিনে ইপা পাখিদুনা অহিংদু তূম্ববু য়াখিদে। ঙন্তা হৌগৎমিন্নরগা লাইরিক পামিন্নখি।

পরীক্ষা পূমলোই লোইরগা য়ূম থোকলমদায়দা কৈথেল কাদুনা পোৎ-চৈ অব্রাৎপা খরা লৈরুই। খোঙনা হল্লকখি। ব্রারী মওং মওং মথং মথং শারম্বদগী তুংদা করি তমথবা করি কমদৌবা হায়বগী ব্রাফম খন্নবা হৌখি। তৌবদি হন্না হন্না কাদা খন্নখ্রবনি। অশেংবা অরেপ্পা ওইনা খন্নবা তান্নবা নুমিত্তুদা তৌখি। মাগী অপাম্বা, অনীংবা তৌগে খনবা ওইগে লেপ্পা পূম্নমক হান্নগুম ফোঙদোরকখি। অহোংবা অওনবা কৈসু থোইনা লৈতে। তৌবতবু মানা খজিক ব্রারৌরপ খজিক মবূক্লীং নুংশিরপ তৌনা উই। মমৈদা হান্ন-হান্নগী থৌনা অদুদা শীংনবগী সুর অমগা লোয়ননা মানা চৎলিবা, চৎকদৌরিবা, চৎকে লেপখ্রবা লম্বেল অদুদদি নাইতোমদা ওইরবসু, নাইতোমদগী হেন্দুনা মখোঙ নাম্ম তেক্লবসু চোং-চোংদুনা চৎকনি; লমথুঙ শোয়দনা য়ৌরমগনি হায়না ফোঙদোরকখি। ঐ খঙই, মা ঐঙোন্দা খজিক য়ানশীল্লপনি। ঐঙোন্দা ব্রা অমুক্তা লোৎখিদবা, ফুমখিদবা, কোইনা হায়খিবা লৈত্রিবা মানি। ঐসু খৌতক চাখি। ঐসু হায়নীংদবা য়েৎনীংবা, ফোঙদোক্লীংবা কয়া নমশিন্দুনা থমখি— ইরাল য়াজবগী খরা, পাঙলুদবগী খরা, লোয়ননা মাগী মমায় য়েংঙুবগী খরা অমা।

মতাং অস্বায়দগীনি ইবানী খরা খরা থৈয়াইনরকখিবা। অদুমকপু য়াম্না

হেন্না লাপথোক্লবদি নত্তে। পরীক্ষা হায়দোক্লে; মাদি হান্না হান্নগুম ফার্ষ্ট ক্লাসতা লাকই; নম্বর অহুমখক হেনখিবদগী অনীশুবদা লাকখি। ঐদি হান্নদগী য়াম্না হাইথনা লাকই। উচীন-নাচীন্না সেকেণ্ড ক্লাসতদি লাকই। নোং-নিনীদি ঐ কপখি অদুবু মঙানি-তরানি, কুন্নিমুক লৈরগদি ফরকখি। লুহোংলবা মতুংদদি পুমকাউ অদুম কাউথোকখিবগুম তৌপ্রে। সখীদি রিসর্চ তৌবা চঙখ্রে। খরচ পুম্নমক সরকারগীনি। মীরৈবাক্তা লৈখিবনা মা ঐগী লুহোংবা য়াওবা ঙমখিদে কোন্না তাকপগী মওংদা খঙহনখি। মা য়াম্না শাউরৈ মরক্তী ছুটি অমদা থোরক্লম্বা মতাংদা ঐখোয়গী অনৌবা য়ুমদা লাক্লুনা কপ্পমক ঙম্না ব্রারৌরম্মী। মাবু ঐনা কপ্পা উবসি, চাউরক্লবা মতুংদা মদুনা অহানবা ওইরম্বা য়াই। মতাং চানা তাকহৌরুদবগী মরম কোইনা খজিক ফোঙদোকলুবদা মানা হায়খি,

— অশংবী, মদু ফাওবদি নঙ লাল্লিহে। লুহোংবা য়ুমপানবদনি ঐনা তাথীবা নঙদি ঐগী মরূপনি নঙবু কৈদৌঙৈদা মীরায়বা লৈতে, লৈসু লৈরোই। নঙ ঐগীদমক্তদি অশংবীনি অশংবী অদুম ওইদুনা লৈগনি। ঐসু নঙগী সখী ওইনা অদুম্মক লৈনীংই।

লৈবদি অদুম্মক লৈনৈ। অদুবু ইথৌনা মথৌনা অমদি লমনা ইবানিসু খরা খরা অদুম লাপথোক্লরকখি। হেক থোক্লকপগা মা য়াম্না চাউবা ফম অমা ফংখি। ফংবা নত্তে পীখিবনি হায়নৈ; তশেংনা পীখিবনি। মহে মবুদ্ধি-মরৌশিং অমদি মথৌনা উবদা লৈবাক্তীদমক মাগুম্বা দরকার লৈ হায়দুনা সরকারনা মাবু লৌশিনখিবনি। ফমথোন মথং মথং কাখি। ফমগী ওইনা তৌবগী মথক্তা অমুকসু সমাজগী অমদি লৈবাক্তী সেবাদা মবূক্লীং লূপখি। মরু ওইনা লৈবাক্তী শোখরপ তারিবা নুপীগী ফীবম অসি শেমদোক শেংদোক্লবা থব্রায়-হকচাং য়াওনা লাক্লখি; ঙসিসু লেপত্রি। অচঙবা মী লৈবাক্লা ইকায় খুম্নদবা হৌনদে। হান্ননা মনীং ফুম্না লৈরকপা ইমুংগী মচানি। মান-ইজ্জৎকা লোয়ননা মশানা লাকচবা মান-চাং ধন-লননা পীক অমুক থল্লরে। মাগী ইমাগা পাজিগা লৈখিদ্রে; মনাওনুপী অনী মতা চা-না চা-না ময়ূম পানখ্রে! মৌপ্পা অমা য়াওবদু মানা শেম্বা য়াবা শেমখ্রে; ইখোল অমত্তদা লৈরবসু লুহোং-খোঙদোংদুনা মচা-মশু পোক্লনা তোঙান্না লৈখ্রে। ময়ূম অমা য়াম্না চাউনা শাখ্রে। মশাদি ইচম চম্মী অদুবু কোনুংদা পানবদৌনা লৈখ্রে। কৈরোয়-লৈকায়না মাগীদমক্তা নুংঙাইবী ময়াম চঙদুনা মাগীদমক চাওথোকপি। কল্লকপসু কোঙ্গায়নি অদুবু মাবু শাউবদি য়াওরম্বদি ময়াই অদুগা

য়াম্নমক তাঙনা য়াওরম্বা য়াবগী ব্রা লৈ। কল্লকপগী ব্রাদি ঐসু মাবু কল্লকই। ব্রাফমসিমক নোংমা ফোনদা ব্রারী শাবদা ফোঙদোকখি,

— নঙগা ব্রারী শাসি হায়দৌফাও কিরেনহে সখী? .

... অঙাওবী করিগী?

— নঙদি য়াম্না চাউখ্রেনহে।

... হোয়নে। নঙনা চাউরিরা ঐনা চাউরিরা খঙদ্রে। ফোন্দ-কা নৎত্রবদি ঐখোয়গা ব্রারী শাবা নঙ শং-লাক্লেনে নৎত্রা? ইমুংগী লাক্নবদা ঐখোয়কাসি কাউথোক্লে হা'বা!

— নঙনদি শংঙেনে! নয়ূম অদুক ফজনা চাউনা শারগা মদুগী মখাদা ঙাইহাক্তবু লৈতেনে। ঐনা তৌবা রিং অসি নীনি মরক হম্নি-মরক খূদিংগীনি। লৈতেদা হায়বা ঙসিদি লৈ হায়রকপদুদা ঐদি থাজদ'মখে ঙক্লুরে। ঐখোয়দি সখী য়াদ্রেবো, লোইরে। মীরক তিনবদি হায়রু'নু থোঙাল ব্রাংমা লান্দ্রে। সনাতোম্বীদি কদায়দনো ওজা ওইরে হায়দনা হেক হেক চঙলকই ঐখোয়দা। নহোয়গী পুন্সিদু ঐ ওম্থোক্লা কল্লকখ্রে। তশেংবনি সখী নঙসি কল্লভবা ঙমদ্রেবো।

... ঙসিদেরো হান্নদেরো?

— হান্নদে, কুইরেনা।

... কুইরে কাইনা নহোয় ওফিসারদু লৈত্রো?

— লৈতে, টুর চৎখি।

... অদুননিদনা নঙনা শংদুনা ঐঙোন্দা ব্রারী শাবা হৌরক্লিবা। অঙাং'নুবী কনাসু লৈতবা নৎত্রো? ব্রা'ম হায়গে?

— হোয়নে। হায়য়ু কৈদৌরগে?

... নঙবু নচা-নশু ফনা ময়াম্মে নহোয় মাঞ্জদু খরা মথাদোকও, হায়! মাবু ঙাংজেংনরে। খরা কোল্লবদি ওক্লেদা!

— তু তৌরক্লে। নঙদুম সখী য়াম্না ঙাঙখৎলকইকো হনুথঙদা! মীতিংদা ঙাঙমল্লদনা বেরা হায়বা লৈরক্লমাল্লে নঙ। মাবু কোনবদি হায়রুনু কা অমদা তোপ্পা ইথন্তা তূমজরগে খনবা কুইরেদা।

... অদু ওইরগা ঐখোয়' লাকওদনা লৈমিন্নরসি।

— ফৈনে। নঙনগা নুপাগী মওংদা লৈবনে। নঙোন্দা অমুক পাল্লসিরা য়ূমসিবো খঙদ্রে।

ইবানি নোকমিন্নখি। হস্থরকপদা মানা শকফম হনজিনবগী মওং চঙলবা খোঞেন্দা তপ্না হায়রকখি– "হাই অপঙবী, রোং সাইড্ ওভ ফোর্তি, ফিপতি নক্লক্লবসিদা সনাতোম্বীগা নঙগদুম কন্না কল্লকপা অমা তৌরকইএ। ফরে, কোন্নমুক শারসি ঐ কাউথোকউরে চৎকদবগী ঙাই লৈরি' ময়ামসি ব্রারৌখি তারে। ঐ নোংমা লাক্কে।" "অং! লাকঅরনি!" ঐগী পোলোই অমদি ব্রাকৎনি।

মাগী নোংমদু ফনা কুইনা ঙাইখি। লাকখিদে। ঐসু চৎলুদে। মরক মরক্তা রিং তৌদুনা য়েংই। অমুক্তা থেংন্দে। ঐগীদি খঙদে মাগী মরু মরু ওইবা পাউদি ঐ অদুম্মক তায়– খবরদগী রেডিওদা অমদি মীনা ঙাঙনবদগী। মতম অদুম হৌখি; খঙহৌদে। খঙহৌরবসু অদুম্মক মহৌখি। থাগী চক্রুদা চহী মথং মথং ওল্লকখি।

কুইরবগী তুংদা নোংমা ইমৌনুপী অহল অদুনা তহা-তহঃ হনজিল্লক্লগা চাকখুম চঙলমদাইগী মফি হোংনা হোংনা পাউ অমা হায়রে,

– ইমা, মম্মী লৈশাবীদো য়াম্না কন্না মশা ঙমদে হায়। পাউ তারবা? (সখীবু ইচাশিংনা মম্মী লৈশাবী কৌই)।

– আই! তাদেনা ঐদি।

– কুইরমাল্লে। হোস্পিটালদা লৈরুরে হায়; হৌজিক্তি য়ুমদা লৈরমাল্লে।

– ই-হে! ইমাদি তাদেনা। হৌজিক ঙহাক্তং য়ৌরুসিরা ঐবো পূং কয়া তাম্রে নুপীমচা?

– হে-রা হৌজিকপু। হয়েং মচৎপীরো কৈদৌগে।

মহোয়দদি মম্মী লৈশাবগী হেন্না কৈসু ওইদ্রিবা। ঐঙোন্দদি করি ওইরিবা হায়বদু অঙাংশিংনদি খঙপোৎ নত্তে। তাকলুবগী কান্নবসু লৈতে।

– কয়া কন্না ঙমদবনেগে নুপীমচা? কয়াম কুইর জাৎনো?

– মহোয় অদুব্রাইদগী ইমান্নবা অমনা হায়বনি। থরা কনমাল্লে থা-মখায়মুক কুননিমক ফারমাল্লেনে।

– আই! ফনা কুইরেনে হায়'সিদি। মাসু ঐঙোন্দা ফাওবা হেক তাক্লক্তেদা। ঐবু খঙদেনে য়ৌরুবনা ফরিবরা। হয়েং অয়ুক ওইনা–!

– হোয়দা হয়েং ওইনা চৎলোদা ইমা।

কুইদে ইচাশিং ময়াম চঙঙক্রুনা হৌজিক চৎলু, হয়েংনা ফৈ, হোরেল চাকচা তোক্লগা থিনবিগে হায়বনচিংবা খন্নবা তান্নবা য়াওররে। চুম্না চান্নবা খন্না

খন্নৈনা মরক্তা মহোয়না লক্করপ তৌবা মওংদসু চথরকই। মহোয় ময়াম অমত্তা ওইখি। তাকলুবা লৈতনা চাক চাগদবগী চঙলকপা মপা শাবদুগা অদুম ওইশিন্নখ্রে। মতুংদা ঐগী ব্রাদু তোঙান্না থম্মগা লৈবাক্কী রাজনীতিগী করিগী ব্রারীরোমদা চথখ্রে। চাকসু লোইশিল্লক্রে। ঐ অদুম চৎত্রে।

নোংঙাল্লে, অয়ুক অদু চৎকে খনবনি ঙমদে। ইচাশিং ইমৌশিং চথোক্লখ্রবা কান্দা মপাদা ঐনা হায়রুই,

— সখীহোয়দা ঙাইহাক্তা য়ৌরুসিদনা বাবাসু।

— ঐ তল্লিবু ইবেম্মা। য়ূম শঙজহৌগে।

— য়ূম মরাইনা লৈজবসিবু। নুংশিদ্রো ঙাইহাক্তা ময়ৌবিরুসি য়ূমদা সুম নৈশন লৈদৌ শরুক হায়বনি।

— য়ূমদা নৈশিন্দুনা লৈবসি ফনবু হৈনরকএহৈ অশংবী। রিটায়র তৌবগী অহৌবা থা অম’নীদুদং খরা ব্রারম্মী হৌজিক্তি হৈনরে। ইবানীদা লৈমিন্নবসু ফংঙে হা অশংবী নঙবু লৈমিন্নবসিবু নুংঙাইতবরো প্রান প্যারী?

— হো ইবুঙো হনুবা, খিজরে খিজরে। নঙগা লৈমিন্নরকপদৈনি ঐ অসি য়ৌখ্রিসে। লৈশারিঙৈদা অসুমাই তৌজরম্বা নত্তে।

— এ! ঐসুনিনা অদুদি পাখঙ ওইরিঙৈদা ঐসু— অদুগনহৈ অশংবী, ঐদিনে হৌজিক ফাওবনে নঙ-ঐসে অহল ওইরে হায়বসি থাজবা ঙমদ্রিদো। হা! নঙদি অশংবী?

— ঐসু।

— সৈতা! লাউ অদুদি চঙশিল্লকউ ব্রা অমা হায়বিগে।

— তৌ ঙম্মেদা হনুথংদা ঈরাং পুখৎপিরকইদা!

— অদুই নত্তে। ব্রা অমা হায়বিগেবা! সে নকশিল্লকও।

— অদুম হায়য়ু কৈদৌরগে। কনা লৈ হায়দনা।

— য়াদেনে ননাকোংদা হায়দৌনিনে। সৈতা অদু তৌবিরোই, সে, সে’মি।

— মসি হনুবসিদি অনম লাইমা কল্লি!

ঐ চঙনীংদা চঙনীংদা চঙশিল্লি। ঐ খঙই মাগী ‘সৈত’নগা চৎনরোই। অদুম চৎনখিদ্রে। ঙাইহাক্তি ইনৌ নৌথোকখিবগুম তৌই। মতুং তারকপদা হায়রকখি, লোম্না নাপ চীক্লা,

— নমৌ নুপী য়াইমসে মবুক কংঙমাল্লেনহৈ?

— কংসনু কৈদৌরগে। নঙদি কমায়না খঙইবা?

— মবানী ব্রারী শাবা তাবা।

— য়েনখা পাউদারুরি ব্রা ওইরে। তুক্কচ্চদ্রা অসিবু!

— হৈ! ঐনা চাকশঙদা মৈ য়াইরিঙৈদা মহোয়দি কনাসু লৈতবোই নীংদনা মহোয়গী কাদা শাজবনি। ঐসু অদুম লোন্না খোঙথাং হূরান হূরান থাংলগা থোরকলে। মহোয়গী মরালসু নত্তে। ব্রাদবু হায়বনি।

— ফে অদু কৈদৌরগে। নুপা ওইরক্রবদি ফনি খল্লম্মিবনি।

— আই, নঙসু খঙঙজাৎ ওইরে।

— মচেত্তা থা অহুম হায়রক্রে।

— আই! নঙদি ঐঙোন্দা তাক্তবা! মহোয়গীসিবু অশংবী থুদি থুম্রেদকো হা!

— থুসনু কৈদৌগে! মপাগী মচানিদনা।

— ই-য়া! মমা লৌরবদি ইশুনা ব্রাই চাইদৌরিদা। হা পূকংগনবী।

— নঙদি কংদ্রেহে হনুবা।

— নঙবু মদু হায়নোইমী! নঙ নপাম য়ৌগেরা?

ইবানী নোকমিন্নখি। সখীবু পূমকাউ কাউরুরে। মমৈদা ঐনা অমুক নীংশিংলক্তুনা হৌদোক্লুই। মাদি চৎলরোই হায়রে। চৎনীংদবগী মরম অমা মানা হায়খি— ‘ঐ মাবু কয়া হৈনদে; পশিংথোক মাল্লি। মা পশিংনা য়ূবা শোয়রোই।’ ঐসু ফনা খঙগনবনি মহৈদা মঙোন্দগী পঙতা তাবা নত্তে, মানা খজিক্তং হায়বা, ঙাঙবদা হোদ্রোং হেক্তা খঙখিবনি। অদুবু মাগী ব্রাফম অদুমদি খঙখিদে। ইকাইবোই করিবোই মখাসু হংলুদরে। অদুবু লম্বেলদা করি অর্থ ওইরিদৌনো হায়না খনখি। ফল তাবদি ঙমখিদে!

ঐনা চঙখিবদা নুথিল তাল্লক ওইবনরা কৈনো ইচীক চীকলম্মী। মৌথ্বাগী নুপী অদুদং অঙাং অমা পম্না পম্না মাঙোন্দা চেফোঙ মচা অমা য়েংদুনা লৈরম্মী।

— ইবেম্মা ননম্মা কমদৌরে। ঐদি ঙরাংদা তায়।

— ইনম্বেম্মা লেঙশিনবিয়ু। অদুগী অদুমঙাই।

— কৈনো, ঙসিদি ইচিক-চীক্লা লৈরম্বসিদা ঐদি হোস্পিটান্দকা অমুক চৎশ্রবরা হায়না খল্লুরে।

-- চত্তে ইনম্বেম্মা। ময়াম লোইনা চৎনখিবা তাল্লক থোকপা।

লেঙশিনবীয়ো।

— কদোমদা করম্বা কাদনো? নহোয়গীসি য়াম্না চাউমন্দুনা ঐখোয়দি মফম খঙজ-লাকচদেদা। মাই হান্নগীদুদরো?

— হোয়।

ঐনা চঙখিবদা সখী মথন্নতা হিপ্পুনা লৈরম্মী। ময়াঙ খজিক কংথবদৌনা তৌই। কুচু-কুমেনদি কৈসু তৌদে। হান্ন-হান্নগীগুম তরু-তরু তনান-তনান হিপ্পুনা লৈরম্মী। হান্নদগী হেন্নদুম তরু তরুরম্মী মাগী কা অদু। ইখোন তাবদা মা হৌগত্তুনা ফম্মী। মশম-মনা খজিক নাম্থে। ব্রারৌনা হায়রকই,

— কৈদৌনা লাকই হিংচাবী। অস্তিদা ওইনা য়ৌরক্কনি।

— হৈ হিংচাবী! ঐ ঙরাংদা মতাই। অদুসু নুংদাং থেঙঙকান্দা। নমৌনুপী অহন্দুনা ভম্মে। তাবগা চেন্নকইসিনি। করি ওইনা ঙমদবনো। হোস্পিতালদসু লৈরুরে'না চুপ্পা?

— তরুক্নি লৈরুরে।

— ঐ তাদেদো। নঙসুনে পাউ অমত্তং—!

— কনানা হায়বিগনি অশংবী! নঙনা খঙভিদুঙাই ঐ ইথন্তনি।

— ননাই-নশন য়াঙ্গোল অমা লৈরিসিবু। মন্দিলা খিঙবদা তরামুক চঙলকপদুদা অমদা ইঙ্গিৎ তৌখ্রগা লোইরদুবু। খঙঙে ইবেম্মা ঐখোয়গাসি মী ওইনা থান্নবিপোৎ নৎত্রে। ননাক্তা চঙহন্নীংপোৎ নৎত্রেদা সখী। ঐ খঙই।

— অং নঙ অমসু ব্রারৌবা ব্রাকৎপা হৌরক্লবা। নঙদংদি খজিক্তুংদা ওইরবসু ঐগী ওইরি, খরা নক্লি হায়না লৌজরিবনি। নঙসু লাপথোকখিদৌরবা! ফে অশংবী! কমদি তৌনি ইরাইবক্কীনি।

অদুগুম্বা খজিক শোস্থবা ব্রাঙাং মাগী মচীন্দগী অমুক্তসু তাখিদ্রি। ঐ ঙকই। হেন্না অমুক্কা ঙকপদি মাগী মায়থোঙগী ফীবম অদুনি । মরু লুকথরপ মমিৎ অনীদু তুকথরপ লৈ। চীং-লেমদুনতা লৈরবা মাগী মায়থোঙদা ইহান হানবা ওইনা নুপীজাগী ওইবা শক্তম অমা উরকই। ঐ মঙোন্দা ঙাইহাক ঙক্কুনা য়েংই। ইকায়-নুংশি য়ান্নবা থম্মোয়দা খজিক পোৎলুম পুরুগুম্বগী মওং অমা উরকই। মাবু মশক মুন্না খঙই ঐ। খরা চঙশিল্লি। মানা ঙসাই তহা-তহা নাম্থবদা য়ৌরম্বা নংদ্রবা লুখমগী ফারপ তাবা মশম অদু নাম্থবিরুই হংলুই—

— সখী কৈদৌরে? নথব্রায় খজিক নুংঙাইতবগুম তৌব্রা?

মা খুমদে, ঐঙোন্দা য়েংদুনা ফনা কুইনা লৈখি। ঐনা খজিক মোমোন নোক্লুরগা অমুক্তসু হংলুই। হন্দকমুকসু মা খুম্মক্তে। মরু খজিক লূকথবগুম তৌখি। মা মথব্রায় নুংঙাইত্রে হায়বা ঐ খঙখি। হায়রুই থেন্বা ওইনা, মবূক্লীং থৌগৎপা ওইনা লোয়ননা নুংনাংদনবা হায়দুনা– 'নোং নিনীখক কুল্লগা, চাককী-ঈশিংগী মমল হায়দুনি, অদুক নুংনাংবা হৌনব্রো সখী। হয়েং-হংচিৎ ফরদৌসিবো। ফনদুম ফরে নঙসু পোত্থারে; ঐখোয় থ্বাইগা উন্নবসু মতম শাংনা ফংলে। কন্না ফরে। ইবেম্মা নঙ মরক মরক্তা কুনবা ফৈ-হৈ।'

ব্রাপাং ওইনা ঐঙোন্দা সনাতোম্বীসু ঙরাং লাক্লম্মী হায়না খঙহল্লকই। ঐনা হায়খি– 'তো ফৎত্রো! লোইনা উন্নবা, নে-না তা-না উন্নবা ফংঙে হা নৎত্রনে?' মা অদুম খুমদ্রি। ঐঙোন্দা য়েংদ-ময়েংলি। ঐনা মমৈদা লক্লরুই– 'কৈদৌরগে সখী নঙবু নরোল-গা ইয়ে য়ৈশিনখ্রবা জাৎলা হায়বনি। অদুমাইনা ঐঙোন্দা য়াম্না রোমান্টিক ওইবা মওংদা য়েংঙকইদুবু ঐবু নঙনা পাম্ম'জাৎল'মী? ঐবু ওম্লোক্লা পাম্না য়েংঙক্লে হায়বনি নঙনা! হা?

– পাম্মে।

– লৌরগে হায়রিবরো মাঞ্জ ইবেম্মা?

– তশেংবনি অশংবী। পোত্থি চুম্বা নহোয়গীনা হেন্দৌরমাল্লে। নহোয়গী লন্দাননা মরীক চুম্বা হেন্দৌরমাল্লে। ঐনা তাল্লুবনা চহী নিফুগী মমাঙগীদমক্তা ওইরগা নহোয়গীনা য়াম্ন্থেগী মতুংগী ওইরম্মে; ঐনা তাল্লুবনা সূপ্নগী ময়ামগীদা ওইরম্মে, মনীং ইকৌ কৌগদৌরে; নহোয়গীনা হন্না য়েংবদা কনা উরক্লবা, জীব কৌবনিনা অরাম-খৌরাংবদি থাদোকপা ঙমদ, পীজবিনবা চামিন্নবদি কনাসু লৈরক্তা, মতাংদুদা নাইতোম চীক্লা ঈংনা লনাই ওইনা লনাইগীতা ওইনা থাই-থাইদুনা চা-নবা, চামিন্নবা ওইরম্মে অশংবী, মমৈদা অসুম অসুম পূংঙক্লদৌরি। ঐ খঙলক্লে; খরা থেঙনা খঙলক্লে। ওখাক থেঙলক্লবা কান্দা তারকপা বুদ্ধি অসিদি য়োংগী বুদ্ধি হায়দুদা তাদৌরি।

– অদুক য়াম্ন'কা খঙজ লাকচদেদা। নহোয় অচৌ অশাংগী দর্শনদু ঐখোয়দা চঙদ্রে ইবেম্মা। ঐবু লাইরিক খরা হৈ হায়বসি সার্টিফিকেট উরবা কান্দা নীংশিংলকই। নহোয়গী দিগ্রী ময়ামগী অরোৎ অফুম ব্রাদু চঙদ্রে ইবেম্মা।

– চুম্মী অশংবী ঐগীনা থিওরিদা লৈবা দর্শন্নি, নঙগীনা হকথেংনরিবা পুন্সিগী দর্শননি। করম্বনা হেনবা ঐ খঙদে। অদুগা নহোয়বু কল্লক্তবদি ঙমদ্রে।

হুম্নিদংগী ওইবা য়াহীপ অসিদা অসুপ লোনলী ওইরবসিনদি অরোইবা য়াহীপকী মতাংদা কমদৌরগবা ঐ খনবদা মম্মী। য়ামদ্রবদা অশংবী, ঐনা নঙোন্দগী হানগে, নঙগী নরাইবক ফরবা নতম্বাক অদুদা মোন্দংদি খাঙলগা লানজখিগে হায়নীংঙ্গ্রেদা নঙবুদি ময়ারনি। নহোয়' ওফিসারদা অমুক্তং নিদুনা য়েংবা তারিমাল্লে।

— সখী, নথব্রায় অদুক পীকথরিবা করিগীনো। হয়েং-হংচিৎ ফরনি সে, মপিগা তারদনা অঙাং মচাদৌনা। নঙসু নপি তাবকা হৈবোরে? অঙাওবী!

ঐনা তৈথোকপীখিবা মপি অদুম কংস্ত্রে; মখা অমুক তারকখিদরে। ব্রারমাল্লে হায়দনা হিপহল্লে। ঐনা ব্রারী অমরোমদা লৈথোক্লগা মাগী মবৃক্লীং নুংঙাইনবা হোৎনরুই। মরৌশিং চাউদৌখৈ চাউরবী সখীনি। মা ঐনা তৌরিবা ঙাঙলিবা পূম্নমক খঙই; ভাব লোইনা তায়। ঙাঙদি ঙাঙলক্তে; খুন্নক্তে; য়েৎসু য়েৎলক্তে। ফনা কুইনা, য়াম্না কুইনা লৈখি মনাক্তঃ। নহা ওইরিঙৈগী পুম্সিগী মতাং খরা নীংশিংনদুনা ঙাইহাকসু তয়াং তশোইনা পোত্থাখি। খেঙজিল্লক্লবা মতাংদা ইচানুপা অহল অদুগা ইমৌগনা ঐবু লৌবা লাকই। মহোয় অনীসু ঙাইহাক ফম্মরে। চৎপা তাবনিনা হায়গদবা ঙাঙগদবা খরা হায়রম্মগা থোরক্লে। মা হৌগৎলক্তুনা ঐবু থিন্দোরকই। ঐনা খাম্বা মা য়াখিদে। থোঙ্গাল ফাওবা ঐবু, হান্নগীগুম, অদুঙৈগীগুম লোইহৌদবা ব্রারী শা শাদুনা তপ্পা তপ্পা লেঙবোই-লেঙদবোই চত্তুনা থিন্দোক্লকখিবগুম ইবানী থোকমিন্নরকই। অদুবু ব্রারীদি শাদে। লোইহৌদবা ব্রারীসু লৈতবা নত্তে। অদুবু তূমিন-তূমিন অদুম খব্রাংননা থোকমিন্নরকই। কায়নরমদাইদা মানা স্বর অমুক্তং শাংনা হোন্দোক্লরগা তপ্পা হায়রকপা হায়রববু — 'অশংবী, নঙনদি খঙদ্রবা, ঐসু নুপী ওইরম্মে। ফরে, য়ৌরো। কোন্নমুক উন্নরসি।' অসিনি।

*এলাহবাদ, ১৯৭৮*

## কবিদ-কবি উন্নরুবা

... ... ...

নঙবু থিবদা লোমজগে পুন্সি
থিবদা ফংবা শকচগে মহৈ
নঙগী নখোঙ থম্বালদা, মরূপ
মপোক অসিগী ঈরাং মিকাবা
কচ্চবা ঙন্না থৌনা পীবিয়ু।
নঙদা লেঙবিনু মরূপ
ঐগী লায়র খাঙপোক্তা॥

— 'বিশ্ব'

লাক্লিবা নোংমাইজিংগী অয়ুক পূং নিপান্দা লেঙবিরকউ, ঐহাক ঙাইজরমগে। লায়র-ইরানয়াইদা খোঙলেঙবিরকপা ঐগীদি লাইবক ফবনি।

— অদোমগী
'বিশ্ব'

ঐনা ইপৌ পৌনা অমুক্তা উন্নজগে মতম অমত্তা লেপ্লীরকউ হায়না

ইখিবদুগা, মাগী পাউখুম অসিদা ইথন্তা ইকায়রকখি। ইরৈবাক্তা নত্তনা মীরৈবাক্তসু মমীং চৎলবা কবি ‘বিশ্ব’ – বিজয় কুমার ‘বিশ্ব’। মতীক চায়। কবিদা কবিনিদনা।

চৎলমদাইদা ফনা কুইনা খল্লি ঐবু ফেজোম শেৎলগা চন্দোল মতেক অমগা তৌসিরা; ঐগী হান্নগী খোঙ্গ্রাও বুশর্ট অসিনা সুম– নৎত্রগা সুট অহনবসিদা টাই অপাকপা অসিগা কিশি চাউনা...! হ! ঈরাং চঙদ্রবা কবিনিকো! মাগী ইরৈবাক মীরৈবাক কয়াদা ফোঙবা কবিতাশিংগী পরেং খূদিংদা “ঐ”, “মা”, থব্রায়-হকচাং, অসিগুম্বা মপোক– অদুগুম্বা মপোক, অমদি ভক্তিগী মরী– শেংলবা মরী অসিতনা নীক-নীক চোল্লিবনি। মাগী শৈথেক অমত্তনা অকাশবাণীগী অয়ুক অমদি নুমিদাংগী লাইশোল থৌরম কয়াদা অনৌবা ঈনিল, অনৌবা ঈথক অখন্নবা অশেংবা ব্রাখল পোকহল্লিবনি। ঙরাংদা হপ্তাগী চেফোঙ অমদা থেংনখি–

ঐবু লমজীংবীউ মরূপ,
ককঙাওনরবা ঐনি; লম্মাঙনরবা ঐনি
মায়াগী লাং অসিদগী
নঙগী স্বর্গগী লৈকোলদা চিংবিয়ু চিংবিয়ু।

– বাবুজী অসিনি ‘মায়া কুটির’।

– ও! হৈ, শোয়দ্রবনে নঙগীসিবু ওন্নরমদনা!

– ওন্নদে বাবু হংবিয়ু য়েংবিয়ু ঐ’সুম ঙাইজগে শোয়রম্মদি পৈশা অমফাও’ পীবিনু।

চুম্মে। থোঙ্গান্দা নূংঙৌদা ময়েক লা-না থারে। রিক্সা থৌবদুদা পৈশা তরা হেন্না পীখি। হরাও হরাওনা চৎখি। ও...! মায়া কুটির। খাংপোক। চাউখরেদা চেক অমদি নূংগী খাংপোক। মথোল অমা, অনী অহুম খ্বাই মথক অসিদি চিনাগী য়ূমকুপ্পা মওং মাল্লি কৈরেন কৈজাউ মওং চঙগুম তৌই। য়োৎকী চাউরবা থোঙ্গাল অদু তপ্পা হাংদোক্লগা নূংঙৌতনা ইন্দ্রি শিৎলবা চাউগোন কোল্লবা লম্বেল অদুদা চৎপবু ঐনা খোংঙুপ লৌথোকসিরা হায়বদু য়ৌই। নাক-য়েৎ হাইরপ য়েংলগা কোলিং বেলগী মতোক অদু নমগে তৌরকপগী অদুদা মশা নানবা পাখঙ অমা মতমদুদা শহর অদুদা কন্না ঈনিল নাইরিবা ফিলমগী ঈশৈ অমা ঙংলদুনা লৈকোললোমদগী থোরকই। ঐনা নমস্তে, তৌরদুনা ঐগী শক চাউরাকপা তাক্লগা লাকপগী মরম খঙহল্লুই।

– ও, অদুদি ঙাইহাক্তং ফম্বীয়ু। লাক্লনি; থবক অমা চৎখি।

— ফনি।

কা অদু ওখাক চাউই; মতমগী খম-খম থেংলবা লৈতেংপোৎ অমদি শান্ন-পোৎনা চপ চানা লৈতেংবা কানি। নাকন ওইরপ্লা থেল্লপ চাইরিবা নোংপোক অমদি নোংচুপলোমগী থাগী, চয়োলগী অমদি অতৈ চেফোঙ ময়াম অদুদগী অমা লৌরগা চাউয়েং য়েংই। থাজসিরা ঐবো—! কাগী অকোয়বদা কোয়না য়েংলুই। মখল মখলগী লাই থেৎলি। চাউর চাউরবা ফোটো অনী মরীসু য়াম্না মওং চা-না থেৎলি। মীতা করম্বা ওইরিদৌনো কবিসিবো! অমত্তা মান্দে, চন্দোল, শিখা পূময়াৎ ফৈজোম অমত্তা য়াওদে; সাহেবমক্তনি ঈশ্বরগী আত্মা-পরমাত্মাগী লৈখোন ইচঙ চঙদে। কাচিন ওইরপ্লা কেলেন্দর অমা য়াল্লিবদুগী লাই অদু কনাগুম্বী মথোক কারকপী অমগীনি; মফি অদু মমীংতগী ওইনা তৌই; ঈখৌগী শাথেক্তা লৈ।

— সার চা...।

— ও! থেঙ্ক্যু।

চা থনম্মগা চৎখিবদুদা হায়রপ মুন্না য়েংলুই; লৈশাবীদু, মীনায়সু মানফাত্তে, মান্দবসু তৌফাত্তে, মচা ওইরিদ্রা? মমৌ? অদুক নকপনদি শকখঙদবা অমগী মমাঙদা মচা পুথোরক্কদ্রনে? চৎনবিরা! হাই কবিসিদি ঐনা পাবদা থেংনখিবদদি নুপী থিদে হায়বনি। চুম্নগী অমা অমা ওইরম্বা য়াই— অদুগা মাই কেলেন্দর অসিদি মতা চাদেসে। চেকশিন্না থেৎলিদা! ময়ায় ওইরপ্লা খিল্লিবা রবী ঠাকুরগী মূর্ত্তি অদুদা মুন্না য়েংলুই। ফীজোল অনীদুগী মরমদা খন্না খন্না চা থকই।

— হলো মি: শর্ম্মা।

— হলো সার।

ভাব মেন তাফাত্তনা খুৎ শোক্লরুই সুট-টাই মরক অদুদা কাংচুপ মচা অমগা— ঐদি নোংচুপ্তা নোংচুপ ওইরবোই নীংলুরে। কবিগা উন্নবা লাকপা ওইরগসু ঐগী মিং...! ঐবু কনানো অমা ওইরবোই...? নৎত্রগা কবিনা তাক্লকপা! হ! কবিদি ঐগা অমুক্তা উন্নখিদ্রি। ঐনসু খঙদে কবিনসু খঙলম্মোই। ঙাইহাক ব্রারী শাবদা মহাক কবি 'বিশ্ব' ওইরম্মে। ও...

— ও... অদোম কবি 'বিশ্ব'?

— য়েস!

— ও সোরী, ব্রারৌবিনুকো ঐ খঙজদদনা। ঐগী মিং...

— আই নো। ইম্ফালদগী?

— হো। ঐ উন্নজনীংদনা। মিং তাবদি কুইরে। শহর অসিদসু তোয়না লাকচৈ অদুদা তান অমুক্তা চাদবা। হন্দক্তি উন্নদবা য়াদ্রে হায়দনা লাকরচবনি।

— অদুদি করি সেবা তৌজগনি?

— নুংঙাইজরে। চুম্না সুম, অদোমগী সাহিত্যগী মরমদা—।

— নো— নো মিঃ শর্ম্মা, ব্রারৌবিনু। ঐ ইশাগী সাহিত্যগী মরমদা ঐ কৈ'মতা খঙজদে। অদোমহোয়না নৈনবিগদবনি। অতৈগী নৈনসি হায়রবদি য়াজে।

— য়াম ফজখ্র'ব্রানি। অদুমকপু নৈনজগদবা নত্তে, করিগুম্বা অমনীদা চুম্না সুম খঙজনীংদনা...।

— ঐ ইশাগী কবিতাগী মরমদদি ঐসু খঙজরোই। অতৈগী তানসি হায়জরিবা।

— হ! কবিনা খুম্বদা কায়রোইদবা ব্রাহং অমনীদনি। ঐগীসি ভাব তামন্দদনা লাকচবনি। চুম্ন'সুম। মানা —ঐসু সেরান-তুরান খরা খরা তৌজে কবিতাসে।

— ও আই সী। শর্ম্মসু কবি ওইরে।

— কবিমক্তি নচ্চদেমা। শৈরেং মচা-মচা সুম—।

— ও, অদুদি; য়াম্না নুঙাইরে। অদুদি, ঙাইহাক্তা ফম্বিয়ুকো ঐ...।

থোকখ্রে। ঐ মুন্না য়েংহৌই। নীংশিংলকখি ঃ

ঐগী মল্লবা শেগায়রবা ফীজিদা
নঙগীনি হায়দুনা পুরকপা অথেনপোৎ
নঙনা লৎনরোই, ঐ খঙই
নঙগী নরলনি
মচু মঙাগী ঐগী নমখাঙ
শেগায়রবা কান্দা নঙোন্দনি
মচু অমমম
নঙোন্দা তিনজবা
... ... ...
... ... ...
... ... ...।

অঈং-অশা চাং তমদুনা থম্বা কানি। ঙাইহাক্কী মনুংদা ফিজোল অমা হোংলগা থোরকই। পৃমহোং হোংদোকপদি নত্তে মথক্তা অচৌবা ফুরীৎ অমা লীৎশিন্নকপনি।

ফম্মরে। য়াম্না নক্না ফম্মে। মতম পূন্নমক্তা মোমোন-মোমোন তৌদুনা লৈ!–

অতৎ অখম লৈত্রবা ঐগী পিরাং

নঙগী মায়খুমনুংদগী মোমোন

লানঙমদ্রবা ঈপাকসি উদ্রবদা

ঐনা হোনগদবসি কদোমদনো!

নঙগী নতেঙ য়াওদ্রবদা!

ব্রারী শাবা হৌরে। ঐগীসু ইশক নীংথিনা তাক্লে। মাগীদি ঐনা শক্তনি খঙদবা, লোইনা তাদ্রবনি। তাদবা খঙদবা খক্তিক খঙবা ঙমগদ্রা হায়দুনা য়ৌরুবনি। মরক মরক্তা মঙোন্দা মুন্না-মুন্না য়েংবা নত্তনা করিসু খঙদ্রি। ঐনা অমুক হংখি– বিশ্বজী, অদোমগী 'নঙ' অসিবু কনা ওইরবনো?

– ব্রাহং অদুম্মক অরাকপা পূন্নমল্ল হংখি, ঐসু পাউখুম অমত্তা অদুম পীখি–।

– কবিজী ব্রারৌবিনু ঐগী ব্রাহং লোইজদ্রি; মপূং ফাদ্রি হায়জরিবা।

– তাকপীসি।

– হায়বদি কবিনা খুমবিখিবা পাউখুম ঐ পাজরে, তাজরে– নঙনি, মানি, নুপীনি, কৃষ্ণনি, অল্লাহনি, জেসসনি...। মসিদি কবিতাগী 'নঙ'নি। ঐনা খঙজনীংলিবদি; ব্রারৌবিনুকো ঐগীসে, ঐ ইশাদা পানবা, ইশানা ইজবদা ফাওজরকপা ঈহল অদুগী মতুং ইন্না হংজবনিকো।

– তাকপীসি।

– 'নঙ' অসি থাদুনা ইরকপা কান্দা কবিজীনা শংশং হেক উবা, হায়বদি মিৎতা লেঙ-লেঙ হেক চত্তুনা, অনৌ-অনৌবা শাথেক কয়া ঈরোয়নদুনা লাকখিবা শক্তম অদু কনা ওইরবনো, কমদৌই, করিনো?

– ও...;

হায়রম্মগা মহাক কাংচূপ অদু চমথৎখি। ফনা কুইনা পক-পক পক তৌদুনা লৈখি। মরক অদুদা ঐঙোনলোমদসু হাইরপ হাইরপ য়েংলকখি। ঐসু চূরূট অমা লৌথোক্তুনা চম্মী। মৈখু চপ মান্ননা কামথোকমিন্নে। সোফা অদুদা লোইরোইনা ঙাথখরে। ঐ ফনা কুইনা ঙাইদুনা লৈখি। মা ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। ঐ শাওবীং শাওবীং লাউরকখি। ঐনা হংলুরিসিবু কায়রবা জাৎলা! হংনদবা ওইরিদ্রা! খুন্না হৌনদবা ব্রাহং হংবদি চাওখত্তবগী খুদম্নি। মানা মৈতৈবু করি ওইনা খল্লনি! অস, ঐদি ইপা-ইপু চেন্থবা থবক তৌরবোইনা!

— শর্মা, অদোম সূক হারকলমখিরোই।

— হ! ঐ, য়াজরে। হোটেলদা...

— নো; ঐগী চামীন্নদবা য়ারোই। অদুক লাপ্লা লাকপা গেষ্ট অমবু তরাই তরাই থাদোকপা ঙম্মোই। হৈ, রীনা রী না!

রীনা থোক্লকই। (ঙসাইগী নুপীমচা নহাদুনি) চাক শেম শানবা হায়খি। ঐসু ইকাই-ইকাইনা য়াবা তাখি। (হোয়দহৈ! হোটেলদা লুপা নিপান সেভ।) ঐনা য়াদ্রদবু মানা হাৎল য়াগদ্রো!

ব্রারী ঙাইহাক অমুক শারে। ঐগী ব্রাহং অদু ঐসু হঙ্গিল্লুদ্রে; মাসু অমরোমদা থৈদ্রে। ঐনসু ভুকা থিরুদ্রে। কিবদু খরা ফরে। হংবা য়াবা খরা ঐসু হংলে। (মাসু মহংলকই; ঐনসু ইশানা কয়া থাজফাত্তনা য়ানীং য়ানীংদনা খুমখি।) মানা থব্রায় য়াম্না য়াওনা খুম্মী। য়াম্না চম্না দ্রো-দ্রো ঐগীদা ঐগী ওইবা মীওইদৌনা চিংনবা লৈত্তনা খুম্মী, ঙাংই, হংলকই— নৈনৈ।

শেম শারম্মিবা চাকফম অদু উবদা ঐ ঙক্তবা ঙমদে। নোংচুপলোমগী ফম্নাইবা মচীন চৎপনা চা-থক্লদবা পোৎলম ঙাক্তা ওইনা তৌই। মথেন্না য়াম্মীবা। ইমাই মতুম অসি চাউখ্রেদা ঙা-রা শা ওইরিদ্রা! ঐঙোন্দা হং লাকলমদে। রীনানা হৈরগা হেক্তা লানশিল্লকই। বামোননি হায়দে হান্নবা তমদুনা হৈরমদ্রবদি চোপ্নরোইদ্রদ্রো। পোৎ অদু ভারতকী মান্দে অরাপ্পা নোংচুপলোমদগী নৎত্রগা য়াম্না লাপ্পা নোংপোকলোমদগী ওইরম্বা তাই। মহাও লৈ ময়াক ফৈ, য়াম্নমক কুইনা চৎলি। ঙরাং ঙন্না চাবগা ঙসি অয়ুক চরা ব্রাল্লক্তবগা ফনবু তান চারুরে। মখল মখলগী ওইবা ব্রারী-ব্রাতায় খরগা লোয়্ননা ঐখোয় অনী চামিম্নে। পুক থম্নীং থনমাঙ তৌরকপগী অদুদা অমুকসু নীংশিংলকখি—

নোমহৌ নোমহৌ চৎলিবা শামু
মিৎনা কুপ্পা পুজিঙ্গী য়ুরাল
অনীমক্তা নঙগী শক্তম
ঐগা কনা মানা কনা
নঙগী খুৎশেম নত্তবরা।
মশানা মশা চাবগী লাংসিদগী
কৌশিনবীমু ঐবু নখুয়াদা
... ... ...

– মিঃ শর্মা, মটনসি ইহা হাবিদ্রবদি, হাউত্রবরা?

– এ য়াম হাউখ্রে। অহাউবগী অহাউবমক্তা চাফম্বু খঙদ্রে কবিজী।

– অরোইবগী ওইনা অমুক্তংগা হৈথরকখিগে।

– অ অসি, সীবি...

এ! মাই অরোইবগীসিদি চাউইহে! ঐবু নুংশা থীদা; রেলগী খোঙচৎকী হকচাং অসি হঙ্গত্রিবনিসে। ফে, মানা হেনবদি... রী-না।

রীনা কয়া নীংথিনা লেপ্লরে। কবি খরূং অমগী শৈহেক নাশোন্দা নীংশিংলকখি– য়ু– শকহেনবী– শৈরেং–। ঐ রীনাদা ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈরুরমাল্লে; মা চৎখ্রবা মতুং ফাওবা য়েংদুনা লৈখি হায়বা ঐ নীংশিংলি। ঐনা লৈশিল্লকপদা কবিনা মোমোন তৌদুনা ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলম্বদু থেংনবদা ঐ হাইরপ ইকাইরুরে।

– শর্মাগী ব্রাহং ঐ খুম্মগে।

ঐগী ব্রাহং মা কাউরমদ্রি; ঐদি থোইনবু খল্লুদ্রবনি। ঐনা ঙরুপ তৌরুবদা মানা মমুৎ তা-না খুমগে তৌবনি হায়রম্মগা ঐগী ব্রাহংবু অমদি ঐবু হন্না হন্না থাগৎলগা, মমৈ মকোক খজিক খৈয়ায়ননা হৌরকখি।

...ঐগী 'নঙ' মথব্রায় পান্দবা মালঙগী 'নঙ' নত্তে মিঃ শর্মা! অহিংবা, ঈ তোংশা লেঙলি পাল্লিবা মহাক্লি। ঐনা কলম হেক পায়রকপদতা নত্তে তূম্বা চাবা চৎপা মতম পূম্নমক্তা ঐগী মিত্তা অদুঙৈগী থাবল মরক্তা ফিডৌগী মায়খুম মরক্তা পিরোয়নরবা মোমোনগা লোয়ননা...

(নঙনা–
থেঙলবা থাবলগী ঈপোমদা
ফিডৌগী মায়খুমগী মনুংদা
পিরোয়নরবা মোমোন মীনোক লোয়ননা
করিগী লাক্লি ঐগী নাক্তা হন্না-হন্না!)

... তারিকো শর্মা? নুমিৎ অদো ঐখোয় অনীগী অরোইবা অহিংনি। মা চৎখ্রে লাপ্না, ইরৈবাক ব্রাংমা লান্না কনাগুম্বা মহাক অদুগা লোয়ননা। মাদি চৎখ্রে অদুবু ঐগী মমল য়াওদ্রবা থব্রায় অসিসু পুদুনা চৎখ্রে। ঐসু থিংবা ঙমহৌদে, হৌজিকসু ঙমদ্রি, ঙম্মোই।

(কৎপ্পবা ঐগী থৱায়দা
মমল য়াওদা, মন্তিক্লদা
নখোঙ খুয়া থম্বালদা
নঙোন্দগী থোকপা নশাদা
নঙোন্দা তিল্লবা হৌনশা

... ... ...

... পুন্সিসিদা কয়া লাকখি। মথোক্কী ঈরাং মতাঙ হেনপ্পবা ফাওবদা কয়া কয়া লাকখি। ঐনা নক্না-য়াম্না নক্না য়েংখি শর্ম্মা। অদুবু অদুঙৈগী মীনোক অদু উবা ফংদে; উবা ঙমদে— ঙসিসু ঙমদ্রি।

ৱারী তানা তানা ঐ উইথরকখিবা খঙহৌদে; মানা হাল্লি হায়বদি খঙহৌই। মশক মমীং হায়রমদনা মা লোইশিনখ্রে। ঐসু হংলুদরে। হংগে খন্দবদি নত্তে পাঙথোক চাম্বনি। নুমিদাংৱাই বিদায়গী মতমদা ঐনা হংলুই হঙোইরপ। অদুবু মানা,

— মশক মমিং হায়রুদুনা করি কান্নগনি। শন্নপ্পা হৌজিক মা লৈরি। নুঙাইনা লৈরমগনি হায়না থাজরি ঐসু নুংঙাইরি— ঈরাং অমদা অসুম তাউদুনা লৈরি। হা— শর্ম্মসু মউরিদনা। ফরে মথং অমুক—।

— নমস্তে।

অদুগা ঐনা তম্মকপা, পারকপা, খল্লকপা ভক্তিগী ৱাফম অদুনা কমদৌবা। ভক্তিগী অর্থ ঐনা খঙবা ৱাৎলবরা ৱাৎনা খঙহনবিরবরা!

অদুগা মাগী লাইরিক পাফম-ইফম কাদা খিলহৌবা টেলিভিজন অদুদা কদায়দনো তীর্থ অমদা তৌবা ধর্ম্মগী মেলা অমদা কনানো স্বামীজী অমনা করি করিনো ঙাঙহৌবদু উরকই; করি করি হায়হৌবা নীংশিংবদি থোক্রে— য়াম্মবদা 'ধর্ম্ম', 'আত্মা', 'পরমাত্মা'গুম্বা খরদি ৱাউরি ৱাউরি তাবগুম তৌরি।

হয়েংসু উন্নবা লাক্লে লেপ্পখিবা অমা লৈ। কবিদি নত্তে; অইবনি; তুহৎ-তাহৎপীরবা কাঙলুপকীদমক্তা লালহৌ মথং মথং ফোঙদোকপা রাইটরনি হায়না মশক তাক্লে। লাইরবা কাঙলুপকী মরুপ্পি হায়নৈ। অদুগা মাগী কলম অদু য়ু এস এগী পারকর ওইরিদ্রা, ভারতকী ডোরিক ওইরিদ্রা। ঐবু উন্নবা চৎখিসিরা?

*এলাহবাদ*

৩১/১/৭৮

## এলাংবম দীনমনিগী লাইরিক

ৱারীমচা—

১। *থক্রবী* (১৯৭০, ২০০৭)

২। *মোরাম্বী অঙাওবী* (১৯৭৪)

৩। *তিংখংলৈ* (১৯৭৭)

৪। *পিষ্টোল অমা কুন্দাপ্লৈ অমা* (১৯৮১, ১৯৯৫, ২০০৭)

৫। *ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ* (১৯৮৩)

৬। *মন্ত্র-জন্ত্র-তন্ত্র* (১৯৮৬)

৭। *লাইরেল মরীম্বোং* (১৯৯১)

৮। *কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট* (১৯৯৫)

৯। *লাইকিশি* (১৯৯৭)

১০। *ঈপাক* (২০০০)

শৈরেং—

১। *চোইজাইনরবা* (১৯৭২)

২। *লুরিবদি* (১৯৮৭)

৩। *কুম্বং শারবা পরেং* (১৯৯৫)

৪। *শৈরেং খুদাপ অমত্তং* (২০০২)

খোঞ্জেল লীলা—

১। *তরঙ খোংনাং চাউখোইবা* (১৯৯৩)

২। *বন্দ কৈথেল* (১৯৯৫)

৩। *খোঞ্জেল লীলা অহুম* (১৯৯৮)

৪। *বিজ্ঞা ওল্লবা এক্স প্রেসিয়া* (২০০৬)

**ফম্বাক লীলা—**

১। *খোঙসনা* (১৯৯৪)

২। *কাপখায়রমদাই* (১৯৯৪)

৩। *ব্রাকৎ উপু* (১৯৯৮)

**অনুবাদ—**

১। *ত্যাগ পত্র* (১৯৭০)

২। *অমম্বা যুগ* (১৯৮৫)

৩। *হয়ব্রদন* (১৯৯৩)

৪। *ইঙাগী নোংমা* (১৯৯৩)

৫। *নাগমণ্ডল* (১৯৯৪)

**ব্রারেং—**

১। *মণিপুরী অমদি মণিপুরী ঃ ব্রাখল মতেক মতেক* (১৯৯৪)

**উপন্যাস—**

১। *শঙায়শেল* (১৯৯৭)

২। *লাঙ্গাও মচা অচৌবা সন্ধি* (১৯৯৮)

**সাহিত্য নৈনবা—**

১। *মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার* (১৯৬৬)

২। *খ্বাইরাকপম চাউবা* (১৯৭২)

৩। *ডা. কমল* (১৯৭৬)

৪। *ডা. কমল ঃ পুন্সি অমসুং সাহিত্য* (১৯৮২)

৫। *অঙাংহল ঃ সাহিত্য, সমাজ অমসুং সংস্কৃতি* (১৯৯২)

৬। *হিজম অঙাংহল* (ইংলিশ, মোনোগ্রাফ, ১৯৯৭)

৭। *ভারতকী কাব্যশাস্ত্র* (১৯৯৯)




